ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯤ ꯁꯪꯁ꯭ꯀ꯭ꯔꯤꯇꯤꯗꯥ ꯄꯦꯅꯥ

# মণিপুরী সংস্কৃতিদা পেনা

## Pena Music in Manipuri Culture

মাখোনমনি মোংসাবা




Angomningthou Preservation & Documentation Centre,
Uripok Achom Leikai, Imphal




**Manipuri Sanskritida Pena**



**by Makhonmani Mongsaba**

Published by . Angomningthou Preservation & Documentation Centre, Uripok Achom Leikai, Imphal



E-Mail. taoba@rediffmail.com

First Edition November, 2010

Cover Author

Copy : 1,100

Price . Rs. 150/-

ISBN 978-81-920096-0-5



DTP · Author

Printed at : Lamyanba Printers, Konung Lampak, Imphal - 795 001

# ꯑꯏꯕꯒꯤ ꯋꯥꯔꯣꯜ
# অইবগী ৱারোল

পেনা মশক খঙবসি অরুবা অমা নত্তে, খঙননবা হোৎনবসিনি লুরিবদি। মসিগীদমক লাপ্পা চৎলুগদবসু নত্তে, নক্লা থিরগসু ফংদে। থম্মোয় শেংবা, নুংশিবা মতৌ অদুনা ফংগদবা পোৎশক অমা ওইরম্মী। ঐখোয়গী অহল-লমনশিংনা মমল যাম্লবা নাৎকী পোৎশক কয়া থম্বীবম্মী। থম্বীরম্লিবা পোৎশকশিং অসিগী মমল, শীজিন্নফম খঙদবা অমদি লায়থোক্লুবনা, উনা উনা কোঙ্গোলগুম তাকখিবদা মাঙজহৌরিবসি, ঙসিগী মীরোল ঐখোয়ত ওইবম্মী। **"পেনা"** হেক হায়রুবদা অঙাংসু অহলসু খঙঙি । খঙলিবা অসি ফাওবদি ফরি । খঙলিবসি, লাই হরাউবা হাযবা থৌদোক অমখক্তনা নীঙশিংহনবনি। লাই হরাউবনা মুৎখিবা থোক্লবদি ঐখোয়গী পেনাসু কাওরমগনি। লাইবক ফবনা লাই হরাউবদি খুল খুদিংদা, লৈকাইদা শোযদনা হরাউনরি অদুনা, পেনা মমিংতগী ওইনা উরি, খঙঙি । পেনাগী মতীক ময়াইদি ইউ -উবিদ্রি । ঐখোয়না, পেনাগী মরমদা নোংমতসু হংলুদে, করিসু লুনসু খল্লুদে ।

পেনা খোংবা অমত্তা য়ুম-কৈ নুংঙাইনা লৈবা উদে। মচা মসু ডাক্তর-ইঞ্জিন্নীয়র য়াওবা উদ্রি । পেনা খোংবা কার তোংবা থেংনদ্রি । পেনা খোংবা লাইরিক-লাইসু হৈজদে, মরল-মথুম, মিচং সঙ্গসু লৈজদে । অদুবু,মখোয়দা য়াউরিবা, লোয়নরিবা লোনচৎ, নাৎকী মশক,অশেংবা-অরুবা ইচেল অদুদি, ঐখোয়না ফংগে তানবদা অবায়বা অমদি ওইদ্রি। মসিসু চংশিল্লুবদা খঙলকপনি । **"মণিপুরী সংস্কৃতিদা পেনা"** হায়বা লাইরিক অসি পেনাগীদমক মপুং ফাবা লাইবিক অমদি ওইদ্রি । পেনাগী মরমদা ইগদবা য়াম্না ৱাৎলম্লি। মসিসু চংশিল্লুবদা থেংনবকপনি, ইগদবা অৱাৎপা কয়া চাউনা লৈরম্মী। ইজরিবা খরসিদি, চাউখ্রবা ইপাক অমদগী ঈশিং খুজোক অমখক শোকলকপগুম্বনি। খুজোক খব খকসি শোকলক্লবা হোৎনবদা, পেনাগী ওইবা ৱারী-শীংবুল, ঈশৈ পরিং, কয়াৎশিং তাকপীরকখিবা পেনা অশৈবা ওজাশিং, চীংগী অহল-লমনশিংগী মফমদা শিংঙমদ্রবা লমন তোনশিঞ্জবি।

ফংলকপা, থেংনরকপা, তারকপা উরকপা পুম্নমক, নীয়ম নাইনা থীজিন্নবা, ইথোক্লবা হোৎনবদা, নাপচৈ পীবিরিবা, ঐবু লমজিং লমতাকপীখিবা ডা.হুইরেম বীহারি অমদি কো-গাইট তৌবিখিবা ডা. পাউনম গুনিন্দ্র ওজা অনিগী মফমদসু ইকোক নোঞ্জরি ।

অরোয়বদা লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা শেন্থুং পীবিরিবা, সেন্ট্রেল ইনষ্টিট্যুট ওফ ইন্দিয়ান ল্যাংগ্বেজেস, মহিশুরগী মফমদসু থাগৎচবা ফোংদোকচরি। লাইরিক অসি মীয়ামদা থম্মোয়শেংনা লান্থোকচরি । পেনাগী মরমদা লাইরিক অসিনা খরদং পাউদমজবদা, মীয়ামদা খজিক্তা ওইরবসু কান্নবা ফংহনবা, খঙমিন্নবা ঙম্লগদি পুথোকচবগী মহয় য়াল্লে খনজগনি।

*- মাখোনমনি মোংসাবা*

# ৱাহৈ খরদং

মতমগী মতুং ইন্না লমদম অমগী সংস্কৃতিগী শক্লোনদা অহোংবা নাইরকপা হায়বসি হৌনশানি। য়েলহৌঙৈদগী মতিং লৈনা লমদমসিগী সংস্কৃতিদা চাউরবা মফম অমা কন্দুনা লাকখিবা 'পেনা' না মমি শামথরকপদা নাংপু নুংশিজবশিংনা নুংনাংবা পোকপা হায়বসিসু হৌনশানি। মখোনমনি মোংশাতাবমসু নুংনাংবদু পোকখি। চপ য়ুংনা খনখি, লৈবাক নিংথৌনা মশক খঙদুনা লৈজরম্লবা পেনা, মালেমগী মীয়ামদা রোয়েল কোর্ট ম্যুজিক অমা ওইনা শকতাক্লে হায়না। পান্দমসিগী মখাদা চহী কয়া চংনা খোমজিঞ্জরক্লবা মচাকশিংবু বিজ্ঞানিক ওইবা মওংদা ফোকলোরগী নৈনবোলগা লোয়নননা রিসর্চ তৌরগা পেনাগী লাইরিক অমা পুথোক্লে হায়না।

লাইরিকসিদা মচা খায়না নৈনরিবা পন্দুপশিং অসিনা মণিপুরগী পেনা রোয়েল কোর্ট ম্যুজিক অমনি হায়বা য়াবগী মচাকশিং মরাং কায়না পীরি। মণিপুরী সংস্কৃতিবু শক্তাকপদা চাউরবা থৌদাং লৌরিবা পেনাগী মরমদা মপুঙ ফারবা লাইরিক অমা পুথোকপসি পুম্নমক্কী লাইবক ফবনি। অখন্নবা মহৈবোয় অমসুং স্কোলার শিংনা খঙবদুখক্কী নত্তনা, মীপুম খুদিংনা পাবদা খুদোং চানবগীদমক লাইরিক ওইনা পুথোরকপসিমক য়াম্নমক পুক্নিং থৌগৎনিঙাইনি। মতুংদা লাইরিকসি ইংরাজীদা হন্দোক্লুনা মণিপুরগী পেনাবু মালেমগী মীয়ামদা শক্তাকপা ঙম্নসু ওইসনু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা খুরুমজরি।

**প্রোফেসর পাওনম গুনিন্দ্র**
হেদ, মণিপুরী দিপার্টমেন্ট
মণিপুর য়ুনিভর্সিটি, কাঞ্চিপুর

# মনুংগী লমায়শিংদা



অহানবা পন্দুপ

# ৱাহৌদোক

## মণিপুরগী লম্মিৎ-তুম্মিৎ অমদি মহৌশাগী ওইবা মওং-মতৌঃ

মণিপুর অসি ভারতকী অৱাং-নোংপোক থংবা শরুক্তা চীংলোন কয়ানা ইকোয় কোয়শিন্দুনা লৈবা, অপীকপা রাজ্য অমনি। তোংঙান-তোংঙানবা কাঙলুপ কয়ানা নুংশি চান্ননা পুন্না খুন্দামিন্নরিবা লমদম অসিদা, নিংথৌ পান্দুনা মশাগী লৈঙাক্লোন লৈনা, মনিংতম্না পানজরকপা লৈবাক অমা ওইনা লাকই। মণিপুর অসি অৱাং থংবা মাইকৈনা শাংলগা, নোংপোক-নোংচুপ মাইকৈনা তেনতক তৌবা, তম্পাক্কী শরুক্তা ময়াইদা লৈরগা চীংশাংশিংনা ইকোয কোয়শিনবা লম্‌দমনি। মহৌশা লাইরেম্বীগী খুৎশেম মতুংইন্না, মণিপুরগী লৈমায়গী শরুক অসি অৱাং মাইকৈরোমদগী খা থংবা মাইকৈরোমদা ঙমথৈ। ঙমথবা অসিনা মরম ওইরগা, মনিপুরগী তুরেলশিং মখা মাইকৈ তম্না লোয়না চেস্থে। লমদমসিগী অইবশিংনা তোংঙান-তোংঙানবা লাইরিকশিংদা মণিপুরগী মশক-মওং অমদি মণিপুরগী ফজবা থাবা কয়া ইরম্বা থেংনৈ। কনাগুম্বনা লৈপাকনিংবা ঈশৈ অমা ওইনসু শক্লে। লাইরিক্তা ইরম্বা, লমদমসিবু শৈথবা মতেক খর মখাদা পীজরি ঃ-

"মৈতৈ পোইরৈ লৈময়োন,<br>চীংনা কোয়না পনশারি,<br>সনানা ময়ুং কারিবী, মণিনা মপান্ খোপলিবী,<br>হান্না শেম্বা লৈবাক্লি,<br>কৌনরিয়ে মৈত্রবাক"

মথক্কী অসিদসু নত্তনা "কংলৈরোল" কৌবা লাইরিক্তসু মখাগী অসুম্না শৈথানরকই ঃ-

**"কংলৈ লিক্লাই পুঙময়োন,**
**ময়াই সনা সুপতোংপাল**
**চোইনৌ সনা তাওবালম্,**
**লুপা তকুপ্ মলমখে**
**ইয়ু তুপী পাখংবা**
**চাকথাং থংলেন শুবনা,**
**মৈবী মৈরা ওইবনা,**
**খুলদা লৈতা হৌদ্রিঙৈ,**
**অরিবা সরারেল অহুম্না,**
**লৈতা খুন্দারম লমনুংশি।"**

মণিপুব চীংলোন মাপলনা কোয়শিনবা লমদম্নি। লমদম অসিগী চীংশাংশিং, হিমালয় চীংশাংশিংগা শন্নে। ব্রাং চাওরবা চীংজাও কয়া মরোল নাইনা লৈখ্রি। তম্পাক্কী লমদা লৈরিবা অপিকপা চীংদুম মচা মচাশিং অমদি চীংজাও কয়া অসিদসু লমদমসিগী চীংমী অমদি তম্মী অনিমক্কী খুম্হোকলোনগা মরী লৈনবা কয়া য়াওরি। মণিপুর অসি চীংগী শরুক অমদি তম্পাক্কী শরুক হায়না অনি থোক্লা খায়দোক্কুনা লাকই। অঙনবা মতমদা মীশিং য়াম্না খুন্দাবমদে। চাইনা অমদি লন্না-লন্না, মাগী-মাগী খুদোংচাবা মওংদা খুন্দাবা থেংনৈ। লমদম অসিগী পাক-চাউবগী শরুক তারা থোকপগী মনুংদা মাপলনা চীংগী লম ওই। লমদম অসিবু চীংশাং কয়ানা কোয়শিন্দুনা লৈবা, মওং-মতৌবু শৈথাবদা, অশৈবশিংনা মখাগী অসুম্না শৈথাদুনা শৈশক্লে ঃ-

**"মণিপুর সনা লৈময়োন,**
**চীংনা কোয়না পনশাবা**
**খয়না য়াংকোক মওংনি**
**লাইনা থাবা লমদমনি। "**

ফুঙ্গারেল জগোয়দা লমদম অসিবু শৈথাদুনা ঈশৈ ওইনা শক্লদুনা লাকই। জগোয় অসিদা শক্লরিবা ঈশৈগী মতাং অমা লৌখৎচরি ঃ-

**"মণিপুর সনা পুংময়োন্,**
**চীংঙু লাইগীনা শায়োন লম্,**
**অশংবা ফিজোলনা থোল্লিবী,**
**লোইবী চীংলোম্না ঙাল্লিবী,**
**ইরম লাইজনা ঈহৌনা,**
**(ঙাংলৌ) খুয়া থম্বাল য়েংলিবী,**
**অনি শুবনিসু লাইরৈপাক,**
**খোইয়ুম লাইয়ামগী শায়োনফম্...।"**

লৈঙাকলোন্দা নুংঙাইনবা, অঙনবা মতমদগী লমদম অসিদা জিলা কয়া থোক্লা খায়দোকলম্মী। হৌজিক ফাওবগী ওইনা মণিপুরগী চীংগী লমদা জিলা মঙা, তম্পাক্কী লমদা জিলা মরি, পুন্না জিলা মাপল থোক্লা খায়দোক্তুনা লৈরি। তম্পাক্কী অমদি চীংগী লমদা খায়দোক্তুনা লৈরিবা, জিলাশিং অদুদিঃ- (১) ইম্ফাল ইষ্ট (নোংপোক জিলা),(২) ইম্ফাল ৱেস্ট (নোংচুপ জিলা), (৩) বিষ্ণুপুর জিলা,(৪) থৌবাল জিলা অমসুং (৫) জিরিবাম অসিনি। চীংগী লমদা খায়দোক্তুনা লৈরিবা জিলাশিং অদুনা (১) সেনাপতি জিলা, (২) উখ্রুল জিলা, (৩) তমেংলোং জিলা অমসুং (৪) চুরাচান্দপুর জিলা অসিনচিংবশিং অসিনি।

মণিপুরগী চীং অমদি তম্পাক লমদমগী মফমশিংদা, মীওই কাঙলুপ কয়ানা য়েলহৌঙৈদগী হৌনা নুংশি চান্ননা খুন্দামিন্নরক্লি। শোক ২০০১গী ভারতকী মীকোক মশিং থীবগী মতুংইন্না, লমদম অসিগী অপুনবা মীশিং অসি ২৩,৯৯,৮৯৬নি। পুন্না খুন্দামিন্নরিবা মীওই কাঙলুপশিংদি- মৈতৈ,মৈতৈ পাঙল অমদি চীংমীশিংনি । চীংমীশিংগী মনুংদা কাঙলুপ কয়া অমসু লৈরি। হৌজিক ফাওবদা ভারত সরকারনা শকখঙলে হায়না লাওথোক্লবা কাঙলুপ ২৯ লৈরি । শোক ২০০৪দা ভারত সরকারনা অনৌবা লমদমসিগী চীংমী কাঙলুপ মরি অমগা অমুক ইনৌ নৌনা শকখঙখি। মসি থারগা হৌজিক ফাওবা শকখঙলবা **চীংমী কাঙলুপ ৩৩** লৈরে। হায়রিবা চীংমী কাঙলুপশিং অসিগী মশা-মশাগী ওইবা তোংঙান-তোংঙানবা লোন, চৎনবী, ফিজেৎ-লৈতেঙ লৈজরি। জাতি অমগা অমগা লোন ফাওনবদা, মৈতৈলোন্না কাঙলুপ খুদিংমক্কী লোনফাওলোন ওইরি। মৈতৈ লোন্দা ৱারী শান্নে। ঙসিদি মৈতৈ লোন অসি ওফিসিয়েল লেঙ্গুয়েজ ওইরে অমদি কাঙলুপ অমখক্তগী লোন ওইদ্রে। মৈতৈ লোনবু, মণিপুরী লোন হায়না ভারত সরকারনা খঙবীরে। মথক্তা পনখ্রিবা চীংমী কাঙলুপশিং অসি চীং অমদি

তম্পাক অনিমক্তা খুন্দাই। লোন মান্নদ্রবসু, লাইনীং-লাইশোল তীন্নদ্রবসু, নাৎকী শক্তমদা হায়ফেৎ নক্কবা কাঙলুপসু য়াওরি। মৈতৈগা নক্কবা কাঙলুপশিংগী মনুংদা কবুই, তাঙখুল, মাও, মরাম, চিরু, মরিং, তারাউ অমদি চোথে পনবা য়াই। মাঙলমচৎতগী হৌনা কাঙলুপশিং অসিগা নক্কবা মরী থম্নরকই ।

মণিপুবগা য়ুমথংনরিবা রাজ্যশিংদি- অৱাংদা নগালেন্দ, নোংপোক মাইকৈদা ম্যানমার, খাদা মিজোরাম, লুসাই চীং, চিন চীংশাং অমসুং নোংচুপ থংবা মাইকৈদা আসাম স্টেটকী মনুং চনবা কাছার জিলা লৈরি। মহৌশাদগী হৌনা, মণিপুর লমদম অসিগা অতোপ্পা মপাল লৈবাকশিংগা চৎথোক-চৎশিল তৌনরকই। মতম অমদা চৎনরল্লিবা মওং অসি, চীংদা খোংলম্বীনা অয়াম্বা চৎনরম্বা ঙাক্তনি। অঙম-অথৌশিংনা অথাপ্পা মফমদা চৎপা তারবদি শগোল-শামু তোংদুনা চৎনৈ। মীওই কয়ানা খোঙ্না নুমিৎ কয়ানি চঙ্না ললোন-ইতিক তৌবা চৎনরকপগী ৱাৰীসু অহল-লমনশিংদগী তাবা ফংঙি। মণিপুরদা মহৌশাদগী হৌনা চীং-পাৎ অমদি তুরেল কয়া মরাং কায়না লৈরি। হায়রিবা চীং, পাৎ অমদি তুরেলশিং অসি লমদমসিগী মীওইশিংগী পুন্সিগা নক্কবা মরী লৈনরকই।

মহৌশানা লমদম অসি য়াম্নসু শাদবা, য়াম্নসু ঈংদবা লমদমনি। চীংগী লমদমশিংদি তম্পাক্কা চাংদম্নরুবদা য়াম্না ইংঙি । নীংথম থাগী মতমদা উন তাবা মফমসু লৈরি । নুংশিত্তা ঈশিং মণিলগী চাং য়াম্না য়াওবনা, কালেন থাদা য়ুম্লোন্নবা লৈবাকশিংগা চাংদম্নরুবদা, থোইনা শাদবা লমদম অমসু ওইরি। মহৌশাগী উমং-ৱামং মরাং কায়না লৈবনা, উরি-উপাল, হৈপাল-লৈপাল কয়াসু মরাং কায়না ফংঙি। লমলক্কী শজি-শাঙাই, উচেক-ৱায়া কয়াগী চাকতাজফম মফম অমসু ওইনা লাকই । লমদম অসিগী মীওইশিংনা হরাউ-কুম্মে অমদি ঈশৈ জগোয়দা পুক্লিং চংবা, কলা-সংস্কৃতিগী ওইবা হীরম কয়াদা, থৌদাং চাওনা লৌরল্লিবসি, মহৌশা অমদি অকোয়বগী ফিভমগা নক্কবা মরী লৈনবম্বদগীনি।

## মণিপুরগী তোঙান-তোঙানবা মিংথোলশিং ঃ

মণিপুরগী মমিং অসি অঙনবা মতমদা তোংঙান-তোংঙান্না কৌনরম্বা কয়া অরিবা লাইরিকশিং অমদি মপাল লৈবাক্তা ফোঙবা অতৈ লাইরিকশিংদা থেংনৈ। লম্-লম্গী ওইবা, লৈরম্বা অমসুং লৈরিবা মীওইশিংগী থৌদোক-ৱাথোক্কা চানবা মমিং থোন্নরকই । চীন্থাং য়ৈনা লমদম অসিগী তোংঙানবা মিং কয়া কৌনরম্বগী মতাংদা **লম্মীৎলোন** কৌবা লাইরিক্তা য়াম্না ময়েক শেংনা ইদুনা থম্বীরম্মী। **শাকোক লম্লেন** পুয়াদা পল্লিবদি-**হয়ি চক্তা তিল্লি কোক্তোন অহানবা, খুনুংচক্তা মীরা পোংথোকলম, লাংবাচক্তা হান্না শেম্বা কোন্না**

**লোইবা, কোন্নচক্তা মুৱাপল্লি থোল্লি। শাদিং শাকোক পুয়াদা- তাইপোং থোংগা নুংগোইবীগা অনিগী মরক্তা মণি অমা লৈয়ে হায়বগীবু মণিপুর কৌই। সনামহী লাইকন্দনা-সান্তিদাসনা লমদমসিগী ঈশিং-নুংশিৎ, লৈবাকসিগী চৎন-লোনচৎ, পানখিবা নিংথৌশিংগী মতীক মথৌনা তারগা, লৈবাক অসি অচম্বা অরায়বা লমদম নত্তে। ঙসিদগী হৌনা লৈবাক অসিগী মমিং মণিপুর থোল্লসি...**। পোইরৈতোন্না খুম্হোকঙৈদনা লমদম অসিবু **পোইরৈ** মৈতৈ হায়না কৌরম্বগী ৱাফম থেংনৈ। **"মণিপুর"** কৌখিবগী মতাংদা **"সনামহি লাইকন "** লাইরিক অসিদা ময়েক শেংনা ইদুনা থম্বীরম্মী ঃ-

> **"বংশ নঙগী শাগৈরেংনসু নুমিৎ মহুমনুংগী মণি নোংলুম য়াইরংচানবু ওইনা খুনগুম্বনে হায়য়ে। অতুসুং মদোমদে। সুরুং ময়ায় কোয়রেন অহোবনসুং মালেম লয়রোন ফায়ে। অসুম হায়না পাউখুম্বা অসিবু কোনুং অরায়বা ৱাংঙম অচম্ববু নত্তে। লৈবাক মমিং থোন্দি মণিপুর লৈময়োন হায়না মিংথোনসে।"**

মসিগী মমাংদা, মণিপুব লমদম অসিগী খঙনরম্বা অতোপ্পা মমিং কয়া অমসু লৈরি। মখোয়শিং অদুদি-**পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক, মৈত্রবাক, কংলৈ পুঙময়োন, কুরুম পুঙময়োন** অসিনচিংবশিং অসিনি। য়ুম্লোন্নবা লৈবাকশিংনসু মখোয় মখোয়না খঙনবা মমিং কয়া থোন্দুনা মণিপুরবু অঙনবা মতমদা ঔৱা (বর্ম্ম) লৈবাক্কী মীওইশিংনা কতে, তেখাউ লৈবাক্কী মীওইশিংনা **মেখলী, কাছারী** (আসাম লৈবাক্কী মীওইশিংনা) **মোগলী** অদুগা লমদমসিদা মতম শাংনা শক্তী লৈনা পাল্লম্বা সাহেবশিংনা **মুনিপুরী** কৌনরম্মী হায়না পেম্বরতন্না মহাক্কী লাইরিক **দি ইর্স্টন ফ্রন্টির ওভ ইন্দিয়া** লাইবিক্তা ময়েক শেংনা পল্লি ঃ-

> "The country inhabited by the Muneepoorees is, by the Burmahs called Kathe, which term they equally apply to the people; by the inhabitants of Cachar it is named Moglie; by those of Assam, Meklee, and by the Shans or those who inhabit the country east of the Ningthee or Khyedwen river, it is known as Cassay of which term the Burmese word Kathe is a corruption."

লমদম অসিগী ঙমখৈগী মতাংদসু মৈতৈ লৈবাক অসি তোংঙান তোংঙানবা কাঙলুপ তরেৎনা মফম তোংঙান-তোংঙানবদা পান্দুনা লৈপাক

ঙাক্নু রম্মী। কাঙলুপশিং অদুদি- (১) সরাং-লৈশাং,(২)হাওরোক-কোনথৌ,(৩)অরোক-উশাই,(৪) থাঙঙা-কম্বোং,(৫) খুনফম-ঙাংজেং, (৬) হৈরেম-খুনজান (৭) লোকখা-হাওখা অসিনচিংবনি। মসিগী মতুংদা য়েক তরেৎকী নিংথৌনা তোংঙান-তোংঙানবা মফমশিংদা পাল্লম্মী। মণিপুরগী ঙমখৈ অসি কয়াম পাক-চাওবগে হায়বগী মতাংদা অকক্নবা লমখৈ অমা পীদ্রবসু হৌজিক্কী ওইরিবা মণিপুরগী পাক-চাওবা অসিদগী য়াম্না হেল্লি ।লমখৈগী মতাংদা আর.বি.পেম্বরতনন অসুম্না পীরি ঃ-

> "The territories of Muneepoor have fluctuated at various times with the fortunes of their princes, frequently extending for three four journey east beyond the Ningthee or Khyendwen river, and west to the plains of Cachar."

ৱাফম অসিবু অমুক শৌগৎলদুনা সার জেমস জোনস্টোননা মহাক্কী ৱারোলদা অসুম্না ফোঙদোকই।

> "The territories of Manipur varied according to mettle of its rulers. Sometimes they held a considerable territory east of the Chindwin river in subjection at other times only the Kabo Valley, a strip of territory inhabited not by Burmese but by Shan."

মণিপুরগী লমগী ঙমখৈ অসি য়াম্না পাক-চাওরম্মী হায়বসি মথক্তা পনখ্রিবা ময়াম অসিনা ময়েক শেংনা তাক্লি। পাক চাওরম্বা মণিপুরগী লম অসিদা তোংঙান-তোংঙানবা কাঙলুপ কয়ানা পুন্না খুন্দাদুনা লৈরকই হায়বসি মথক্তা নৈনখ্রে। পুন্না খুন্দাদুনা লৈমিন্নরকখিবা কাঙলুপশিং অসিগী মনুংদা মশিং খর য়াম্বা কাঙলুপ অসি মৈতৈ কাঙলুপ অসিনা ওইরকই ।

মালেম শেমলকপদা,কৌব্রুদা লাইয়াম্না খুন্দাখিবগী ৱারী-ৱাখোং চীনবুংদা অমদি মৈহৌরোল পুয়া লাইরিক্তা লৈরি। ইপা-ইপুশিংনা থম্বীরম্বা খুভম কযা চীংদোলদা, চীংথক্তা লৈরম্লিবা অসিনসু, খুম্হোকলোনগা মরী লৈনবা অদু তাক্লি। মৈহৌরোলদগী হৌনা, য়েক-শল্লাই খায়না তোংঙানবা কাঙলুপ কয়ানা পুন্না খুন্দামীন্নদুনা নুংশি চান্ননা লৈমিন্নরকই। চীংগী লমদা খুন্দারম্বদগী তম্পাক্কী লমদা কুমথরক্নুনা খুন্দাখিবগী ৱারী ফংঙি। লোন মান্নদ্রবসু, য়েক-শল্লাই তীন্নদ্রসু অমগা অমগা চারৌ-মৌরৌনবা অসিদি অঙনবা মতমদগী চৎনরক্লে।

মৈতে কাঙলুপ অসি অমত্তা ওইজরবসু চারৌ-মৌরৌনবা য়াদবা,য়েক থোক্লবা,ঈ তিন্নবা,শাইরুক তিন্নবা হায়দুনা তোংঙান্না খায়দোক্লুনা অমুক লৈরি। মণিপুরগী তম্পাক অমদি চীংগী লমদা খুন্দারিবা মীওই কাঙলুপশিংগী মনুংদা, মপুংওইনা য়েক-শাল্লাই খায়না অঙনবা মতমদগী মৈতৈশিংনা পাল্লকই। চীংমীশিংগী মনুংদসু কবুই কাঙলুপ অসিদি য়েক-শাল্লাই খায়না, মৈতৈগা মান্ননা লৈরি। মৈতৈগী খায়রিবা য়েক-শাল্লাইদি- **নিংথৌজা,অঙোম, চেংলৈ (শরাং লৈশাংথেম) খা-ঙানবা,লুৱাং, খুমন, মোইৱাং** অসিনি। য়েক-শাল্লাই অসি মৈতৈশিংগী য়াম্না মরু ওইবা অমনি ।

য়েক-শাল্লাইদা নত্তনা অমুক য়াম্না অঙনবা মতমদগী, মণিপুরগী লৈঙাক্লোন দা নুংঙাইনবা,মমাংদা পানখিবা নিংথৌশিংনা তম্পাক্কী লমদা, লৈকাই মরি থোক্লা খায়দোক্লুনা ৱায়েন থৌদা চৎনরম্মী। লৈকাই মরী অদুদি- **খ্বাই, য়াইস্কুল, খুরাই** অমদি **ৱাঙ্খে** অসিনি। খ্বাই হায়রগা খঙনরিবা মফমদি-দিমাপুর লম্বী মশাংদগীনা টিদিম লম্বী মশাংদা তাবা খুলশিংবু খঙনৈ। য়াইস্কুল হায়রগনা-কছার লম্বী মশাংদগীনা ইম্ফাল তুরেল পরিংদা তাবা খুলশিংবু খঙনৈ। খুবাই হায়রগনা- অয়াংপল্লি মশাংদগীনা দিমাপুর লম্বী তাখিবা মশাং অসিবু খঙনৈ । অমদি ৱাঙ্খে হায়রগা- ইম্ফাল তুরেল মশাংদগীনা অয়াংপল্লিগী নোংপোক থংবা শরুক্তা তাখ্রিবা খুলশিং অসি ফাওবনি।

সার চুবাচান্দ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা, জিরিবাম হায়দুনা জিরিবামগী শরুক অসি হাপচিল্লকখি। জিরিবামনা কোল্লিবা খুলশিংদি- **জিরিঘাট, কালিনগর, বাবুপারা, লম্বাসরক, দিবোং, ইসলামবাদ, অলিপুর, পাৎচাও, বাখাল, চম্পানগর, বেরাবাক, লালপানি, য়াইরেলপোকপী, মুলারগাও, নুংফৌ, লাটিংখাল, কাছিপুর, অরামপুনজি, অহম্মদবাদ, ছোটবেগরা, ভুচাংখাল, বরবেগরা, জাকুরাধর অমদি শিবপুরীখাল** অসিনচিংবনি। মতম মতমগী পানখিবা নিংথৌশিংনা,মখোয়গী লৈঙাক্লোন্দা নুংঙাইনবা থৌদাং কয়া লৌখৎখি । মৈদিংঙু কিয়াম্বনা পানবা কুমশিং (১৪৬৭-১৫০৮) অসিদা অহল্লুপ অমদি নহারুপ হায়না লোয়শঙ অনিখক হান্না লীংখৎখি। মহারাজ গরিবনিৱাজনা পানবা মতমদা অমুক হান্না লৈজরল্লিবা লোযশঙ অনিসিগী মথক্তা অতোপ্পা খাবম অমদি লাইফম লোয়শঙ অনি অসি হাপচিন্দুনা চাওথোকহনখি। মতম অদুদগী হৌজিক ফাওবা পানা খায়বা হায়দুনা অহল্লুপ পানা,নহারুপ পানা,খাবম পানা অমদি লাইফম পানা হায়না চৎন্দুনা লাক্লি। পানাশিং অসিগী লুচিংবা অমমম অমুক খন্দুনা থম্মী । লুচিংবশিংনা পানা পানা অদুগী থৌ পুদুনা লৈঙাকলোন্দা লায়না শরুক য়াবা ঙমহল্লি । অসুম্না মতম মতমদুগী পানখিবা নিংথৌশিংগী থৌদাং খঙবা ঙম্মী । হৌজিক খায়দোক্লুনা লৈরিবা পানাশিং-অহল্লুপ, নহারুপ,খাবম অমদি

লাইফম হায়রিবা পানা মরি অসিদা করম করম্বা খুলশিং য়াওবগে,হায়বা মশক খঙননবা,য়াওরিবা খুলশিং লাওথোক্কুনা থম্মী। অহল্লুপ পানাগী মনুংচন্না য়াওরিবা খুলশিংদিঃ ৱাঙ্গোই, ময়াংইম্ফাল, উৎলৌনম্বোল, লৈমপোকপম, ওইনাম, বিষ্ণুপুর, খোইজুমান, খুলেন, নিংথৌখোং, ঙাংখা লৱাই, মোইরাং, কুম্বী, ক্বাক্তা, ৱাংঙু, ইথাই, চাইরেল, থাঙ্গা, কারাং অমদি ইথিং অসিনচিংবনি। নহারুপ পানাদা য়াওরিবা খুলশিংদিঃ-অৱাং লৈকিনথবী, ফৈদিঙ্গা, সেকমাই, খুরখুল, কৌদ্রুক, কাংচুপখুল, চকপাফায়েং,তাইরেলপোকপী, মাক্লং, লমশাং, কোম্খৌজম,ফোইজিং,কাঙমোং অমদি হৈক্রুজম অসিনি। খাবম পানাদা য়াওরিবা খুলশিংদিঃ- পুখাও,য়াইঙং ইঙ্খোল, লমলাই, চলৌ অরিবা, অন্দ্রো, কর্পুর শুংফম, কামু, য়াইরিপোক, বোঙ্গি, পেচি, মোইরাংপ্রেম, ইথম, মোহৌ, নুংব্রং, চন্দ্রখোং, ফানজংখোং, নিঙেন, ককময়াই, শিখোং, সেকমাই, খুনবী, ইরিনবুং, লৌরেনবম অমদি ৱাংজিং অসিনচিংবনি। লাইফম পানাদা য়াওরিবা খুলশিংদিঃ-লিলোং, ৱাইথৌ, থৌবাল, থৌবাল অথোকপম, ৱাংজিং, হৈরোক, লাংঙাথেল, খোংজোম, ককচিং, ইরোং, ককচিংখুন্নৌ, ইরেংবল, পলেল, থোংজাও, ৱাইখোং, চাইরেল, তাংজেং, শুগুনু অমদি নুংঙু অসিনচিংবনি। মৈদিংঙু লোয়ুম্বনা পানবা মতম (১০৭৪-১১২২) অসিদা অমুক হান্না লৈজরম্লিবা পানাগী মথক্তা লুপ কয়াথোক্লা খায়দুনা ৱায়েন থৌদা চৎনবকই। খায়দোক্লিবা লুপশিং অদুদি ঃ- (১) লুপলেন লুপ্ (২) থৌচাং লুপ্ (৩) কোংচা লুপ্ (৪) লুপ খুবা লুপ্ (৫) চিংচা লুপ্ অমদি (৬) খাইচা লুপ্ অসিনচিংবনি।

মৈতৈ কাঙলুপ অসিগী মশাগী থাজনবী কয়া অমসু অঙনবা মতমদগী লোয়নদুনা লাকই। মণিপুবগী মফম কয়াদা খুন্দাদুনা লৈরিবা মৈতৈ হায়বা কাঙলুপ অসিবু ঙাকপী শেনবীবা লাই ময়াম অমা লৈরি হায়নসু থাজনরকই। খুম্হোকঙৈদা,লৈশেমলকপদা শারোই-ঙারোই, উমংলাইশিংগা শাগোন্নরকপা কয়া অসিনা, খুন্দারকপা মতমদসু মখোয়গা নক্লনা লৈরি হায়বগী চৎনবী ঙসিসু ঙাক্লা লৈরি। লাইয়ামশিংনা মাইকৈ ঙাক্কুনা খুন্দারকপগী ৱারোল ঙসিফাওবা ৱারী লাইরিক্তা ইদুনা লৈরি। কুম খুদিংগী মখোয়দা ইরাৎ-থৌনিবা, হৈকৎ-লৈকৎ তম্বা, শারোই-ঙারোইশিংগী চাকথাক হুনবা থৌরম অদুমক পাঙথোক্লি। লমদম অসিদা,কুম খুদিংগী ইরাৎ থৌনিরিবা, হরাউ থৌরম পাঙথোক্লরিবা মাইকৈ ঙাকপা লাইয়ামশিংদি ঃ- (১) নোংপোক নিংথৌ(নোংপোক মাইকৈ ঙাকপা লাইনি হায়না ইরাৎনৈ।) (২) ইরুম নিংথৌ(মৈরম মাইকৈদা লৈ হায়না থৌনিনৈ।)(৩) ৱাংব্রেন নিংথৌ(খা মাইকৈ ঙাকই হায়না ইরাৎনৈ।)(৪) থাংজিং নিংথৌ(মোইরাং যম্থোং মাইকৈ ঙাকই হায়না থৌনিনৈ।) (৫) লাইনিংথৌ খোরিফাবা (নোংচুপ মাইকৈ ঙাকই হায়না থৌনিনৈ।) (৬) লোয়ালাকপা (কৌব্রু

লাইজিদা ঙাকই হায়না ইরাৎনৈ।) (৭)মার্জিং (অৱাং মাইকৈদা ঙাকই হায়দুনা ইরাৎ থৌনিনৈ।) অমসুং (৮)চিংখৈ নিংথৌ (চিংখৈ মাইকৈ ঙাকই হায়না ইরাৎনৈ।) অসিনি। মথক্তা পনজখ্রিবা মাইকৈ ঙাকপা লাইয়ামশিং অসিগী ইরাৎ থৌনিগী মতম, অমগা অমগা ইমান মান্নদে। অয়াম্বনা কালেন থাদা ইরাৎ থৌনি পাঙথোক্লে। চহিগী নোংখোং অহানবা তাম্বা মাইকৈ য়েংলগা, কুম অদুমা লাইনিংথৌ অসিনা মাইকৈ ঙাকই হায়না থাজনবী অমসু হৌজিক অখঙ-অহৈশিংনা লৌনরি । মাইকৈ অদুদা ইরাৎ থৌনিসু তৌনৈ। মণিপুরগী মহৌশাগী ওইবা অইং-অশা অসিবু, তাঙ্কক তকুক থোক্লা খায়দুনা চৎনরকই। থাশিং অনি অনিনা ঋতু অমমম শাই। ঋতু তরুক্লা কুম অমা হায়না খঙনৈ। অশৈবশিংনা লমদম অসিগী অইং-অশা, মহৌশাগী মওং-মতৌ য়েঙলগা "ঋতু তরুক্লা থৌগল্লিবী, অশংবা ফিজোলনা লৈতেংলিবী মণিপুর" হায়না শৈথানৈ। ঋতুশিং অসি লাকপা মতমদা মণিপুরগী তম্পাক অমদি চীংগী লমশিংদা মহৌশাগী ফিভমদা অহোংবা কয়া উবা ফংঙি। উপাল-ৱাপালদা মচু কয়াগী অহোংবা লাকই। অরিবা উপালদা সনৌবা য়েন্নিং হুল্লকই । অসুম্না, হোংলক্লিবা মশকশিং অসি ঋতুশিংগী মতুংইন্না অমত্তা মান্নদে। লমদম অসিদা খঙনরিবা অমদি চৎনরিবা ঋতুশিংগী মমিংদি- (১) ওলাংথা (শজিবু অমদি কালেন)(২) নোংজু থা (ইঙা অমদি ইঙেল থাবু খঙনৈ।) (৩) শরং থা (থৱান অমদি লাংবল থাবু খঙনৈ।) (৪) নাকেন থা (মেরা অমদি হিয়াঙ্গৈ থাবু খঙনৈ।) (৫) নীংথমথা (পোইনু অমদি ৱাকচিং থাবু খঙনৈ।) অমসুং (৬) য়েন্নিং থা (ফাইরেল অমদি লমদা থাবু খঙনৈ।) অসিনি।

## লমদম অসিগী লোন অমদি ময়েক ঃ

মণিপুব অসি য়াম্না লিরবা লৈবাক অমনি । লমদম অসিদা খুন্দাবিবা মীওই কাঙলুপ অসিসু য়াম্না লিরবা কাঙলুপ অমনি হায়না অখঙ-অহৈশিংগী মোৎ কয়া লৈরি। খুন্থোকহৈদগী য়েংলগা মশাগী হৌরক্লোন, ইতিহাস চহি লিশিং অনি হেল্লে হায়নসু পানরি। অসিগুম্বা মণিপুরী হায়রিবা চীংমী অমদি তম্মী অনিমক্কী অপুনবা কাঙলুপ অসিগী মশাগী লোনশিং লৈজে। মথক্তসু পনজখ্রে, তোংঙান তোংঙানবা কাঙলুপ কয়াগী তোংঙানবা লোন কয়া, অঙনবা মতমদগী লৈরকই। লোনশিং অসি অমগা অমগা খঙনবা ৱাৎলি । য়েক-শাল্লাই তোংঙানবা মৈতৈশিংগী মরক্তসু অঙনবা মতমদা মায়দবা লোন কয়া লৈরকই। তম্পাক্কী লমদা খুন্দাবিবা মৈতৈ কাঙলুপকী ওইনদি, মতম অমা লোন তোংঙান্না ঙাংনরম্লবসু ঙসিদি অমত্তা ওইনা ঙাংনখ্রে। চীংমীশিংগী মরক্তদি মান্নদবা লোন কয়া হৌজিকসু লৈরি। পুন্নমক অসি মৈতৈলোন্না মখোয়গী মরক্তা পাউ ফাওননবা লোন ওইনা শীজিন্নরি। ঙসিদি মৈতৈলোন অসি মণিপুরী লোন হায়না অমত্তা ওইনা খঙনরে। মৈতৈ লোন অসি চাউখৎনবগীদমক্তা ভারত সংবিধানগী নিপাল

শুবা সেড্যালদা মণিপুরী লোল হায়না শোক ১৯৯২ আগস্ট ২০ দা য়াওবে। লোল অসিগী মশাগী ময়েক লৈজৈ। ময়েক অসিবু মৈতৈ ময়েক হায়না খঙনৈ। শোক ১৯৮০দা মণিপুর সরকারনা গেজেত্তা ফোঙদুনা স্কুলশিংদা তম্ব ফাওবা হৌখ্রে। ময়েক খঙলবা অহল্লোন-নহারোল, চীংমী-তম্মী কয়া ঙসিদি লৈরে। নাৎকী ওইবা মমল য়াম্লবা ব্রারী,লমদমসিগী চৎনবী, খুম্বোক্লোন, লাইনীং-লাইশোল অমদি অতৈ হীরম কয়াগী মরমদা ইবা লাইরিকশিং মৈতৈ ময়েক হায়রিবা অরিবা ময়েক অসিদা ইদুনা,ইপা ইপুশিংনা থম্বীরম্মী। অসিগুম্বা অরিবা লাইরিক-লাইশুশিং অসিবু ঐখোয়না পুয়া লাইরিক হায়না খঙনৈ। পুয়া লাইরিকশিং অসি মতম কুইনা লোত্তুনা থমনরুই। ঙসিদি, লাইরিকশিং অসি মীপুম খুদিংনা মসিগী তংঙাই ফদবা খঙনরক্কুনা পুথোক্লরে। খঙননবা হোৎনরক্লে। অরিবা মৈতৈ ময়েক্তা ইদুনা থনম্বা পুয়াশিং অসি, বংলা ময়েক্তা হৌজিক্কী ওইবা লোন্দা-পুদাদা শিন্দোক্কুনা ফোঙদোক্লবা লাইরিক য়াম্না লৈরে। মসি লোল অমদি ময়েক অসিগী চাউখৎলকপনি।

## হীরম অসিনা কোল্লিবা মফম ঃ

মণিপুর অসি মশাগী নাৎকী ওইবা কলা-সংস্কৃতি মবাং কায়না, পুক্লে চোন্না লৈজবা লমদম অমনি। নাৎকী ওইনা লৈজরিবা মশক অসি ঐখোয়না তাঙ্কক মরি থোক্লা নৈনবা যাই। অহানবা তাঙ্কক্তা-লাইয়াম্শিংনা পাল্লিঙৈগী থাজনবা মতম, (পাখঙবনা পানবা ৩৩ এ.দি দগী মীগা লাইগা শম্নবা মতম), অনিশুবা তাঙ্কক্লা-নিংথৌশিংনা পানবা মতম, (পাখঙবগী মথংদা চাদা নাওদা ওইনা তাইবঙ মীওইবনা নিংথৌ ওইনা পানবা মতমদগী অরোইবা বুধচন্দ্রনা নিংথৌ ওইনা পানবা মতম) অহুমশুবদা, বুধচন্দ্রনা নিংথৌ ওইনা পানবা মতুংদগী পৃথিবীগী অনিশুবা লান হৌরকপা ফাওবা অমদি মরিশুবা তাঙ্কক্লা লান মতুংদগী হৌজিক্কী মতম ফাওবা অসিনি। হায়রিবা মতমশিং অসিদা ওইখিবা মশক অমদি হোংলক্লিবা কয়া অসিনা,পেনাগী হান্না লৈজরম্বা মশক্তগী, মতমগী মতুংইন্না অহোংবা কয়া লাকখি। মসিনা মণিপুরগী কলা-সংস্কৃতীগী মশক্তসু অচৌবা অহোংবা ওইরকখি। অঙনবা মতমদগী,মণিপুরগী সংস্কৃতিদা পেনানা অচৌবা মফম অমা কন্দুনা লাকই। লমদমসিগী থৌরম কয়াদা পেনা অসি শীজিন্নরকই। পেনা কয়াম লিরবা পোৎশক্লো চপ চানা হায়বমক ঙমদ্রবসু লৈশেমঙৈদগী, খুম্বোকঙৈদগী লোয়নরক্লবা নাৎকী ওইবা থৌরম কয়াদা য়াওরক্লবা পোৎশক অমনি হায়বসিদি,পুয়া লাইরিক কয়ানা ময়েক শেংনা ইদুনা থম্বীরল্লি। লাই হাকতক্তা অনোয়রোল শকলকপগী মতাংদা অসুম্না পল্লিঃ-

"মালেম লৈশেম্বা লোইরবদা, খোইয়ুম লাইয়াম্না অব্রাং
কৌবা চীংথাংলাং, চীংঙু খুন্দা অহানবা, চরিক মপাল

থাবা, নোংথ্রে মউ লিংলিবা, কোরৌ মালং হুমফবা চীং,
লোইবী শারুম শাবা চীংগী হাউরৈ নোংপোক হাইথবা
মফম, হোইরাও থেল কৌবা মফম অদুদা, য়েলহৌঙৈদা
কৌব্রু কৌবা লাইনা লাইয়াম্বু কৌরগা, মেরা থাগী
অফবা নুমিত্তা খোইয়ুম লায়াম্না চবি চনৌ চানরগা,
নুমিদাং ৱাইরমগী মতমদা, খোইয়ুম লাইয়ামগী মমাংদা
লাইবুংথৌ মাপল, লাইনুরা তরেৎনা লৈশেম
নোংশেমখিবগী মওং মতৌ অদু তম্ববু অনোই কৌই।"

পেনা পুথোকখিবগী ৱারোলদা অখণ্ড-অহৈশিংনা **"পেনানা ইমা ইপানি। পলেম পম্থৌ ঙাম্নরে, লেম্নরে, তক্লরে, পেম্নরে পেনা কৌই। হুং লাওনা থোকলকপা ইৱাই ইনিলনা, মালেম তাইবঙ পানবা ওইরকই ..।"** ৱাফম কয়া অসিনা, ঐখোয়গী পেনা হায়রিবা খোংন খুৎলাই অসিগী মশক ময়েক শেংনা তাক্লি। পেনাগী ৱারী-ৱাখোং মরিক চুম্না শুগায়না ইদুনা থম্বীরম্বা লাইরিক অমা হায়বা তারবদি, **"পেনা মৈহৌরোল"** লাইরিক অসিনা ওইগনি।

## পেনা হায়বসি করিনো ?

পেনা হায়রিবা অসি অঙনবা মতমদগী শীজিন্নরক্লবা খুৎনা লেন্দুনা খোংনবা, অরেন খুৎলাই (বোইং ফোক ইন্সট্রুমেন্টল ম্যুজিক) অমনি। শামৈ অনি তক্লরগা থোকলকপা মখোলনা, তাইবঙ মীওইবগী পুক্লিং ৱাখল অনিবু নুংঙাইবা পোকহল্লি, তাবদা শুমহৎনিংঙাই ওইহল্লি, থৱায় পানবশিংনা তারগা পুক্লিং হকচাং পেল্লি হায়বগী পেনা কৌই, তাইবঙগী চাদা নাওদা শন্দোক্লবগা মরি লৈনবা পোৎশক্লি হায়না অখণ্ড-অহৈশিংনা তাকপী। তাইবঙ মীওইবগী মৈহৌরোলগা শাগোন্নরক্লবা,নাৎকী ওইবা, পোকপদগীনা শিবা ফাওবগী মনুংদা লৈবা থৌরমশিংদা পেনা অসি থাদোক্লবা য়াদনা লৈরক্লি। পেনা হায়বসি, মী অমনা অমুক্তদা পেনাসু খোংবা, ঈশৈসু মশানা শক্তুনা মীয়ামদা তাহনবনি। পেনাবু শিনফম অমা ওইবা মীওইবু মাঙলম্চত্তগী লমদম অসিদা, পেনা অশৈবা হায়না খঙনরকই। পেনা খোংবা হৈরগা,পেনা ঈশৈবু শৈশক শুনা শকপা ঙমদবা মীওইদি পেনা অশৈবা হায়বা অসি ওইবা য়াদে। পেনা হায়রগা, খোংননবা যন্ত্রা মখলগী খুৎলাই অমদি মসিগা শাগোন্ননা শক্লরিবা ঈশৈ অনিসিবু খঙনদুনা লাকই। ইশম-শম্না হায়রবদা খোংন-খুৎলাই অমদি ঈশৈ অনিমক অসি পুল্লগা পেনা হায়নসু খঙনৈ। পেনা তাবা হায়বা ৱাফম অসিদা পেনা মশা অমদি পেনা ঈশৈ অনিমক য়াওরি। খোংননবা খুৎনা পায়গদৌরিবা পেনা অসি মশক মওং অনি শুরি। শরুক অনি অসি মমিং তোংঙান্না লৈ। খুৎ য়েৎনা পায়গদবা অসিবুনা পেনা চৈজিং,খুৎ ওইনা পায়রগা, থাদা পমগদবা অসিনা

পেনা মরু হায়না কৌই। পেনা মরু অমদি পেনা চৈজিং অনি অসিনা পুল্লগা পেনা হায়না খঙনৈ। পেনা মরুনা লৈমরেন ঈমাগী মশক্তি, চৈজিংনা কুরুগী শক্তিনি। নোংথৌগী মশক্তি, ইপাগী মশক্তি। মৈতৈগী পেনা অসি, তাইবঙ মীওইবগী মৈহৌরোল অমদি চাদা-নাওদা শন্দোক্লবগা মরি লৈনবা পোৎশক্তি হায়বা **"পেনা হৌফমনে"** হায়বা লাইরিক্তগী কুপ্না খঙবা ঙম্মী। পেনা করম্না শেমলকখিবগে, পেনাগী মশাদা য়াওরিবা শরুকশিং, পেনাগী মতীক মগুনশিং, হান্না ওইরম্বা মশক মওংশিং অমদি পেনা কনানা খোংখিবগে হায়বগী মতাংদা থম্বীরম্বা **"পেনা মৈহৌরোল"** লাইরিক্তা অসুম্না ইরি।

> "তাইবঙ পানবগী মপুপু খুরম্না ইজরক্কে। তিংপালবগী মপুনা তরং ওইনা লৈরিঙৈ, তিংপালবা অমগী মওং লেপত্রিঙৈ, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, নুমিৎ, থা, থব্রাইমিচাক অমম্ অঙান খায়দ্রিঙৈ, মথন্তা ওন্ন-খোইনা তবং-মালং ওইনা শাইওদুনা লৈরিঙৈদা, তরং অতিংববু ইপুং লোয়নবা অপাকপা তরং-মালংনা ইম্ ওইনা হাইনা -হুম্না অসুম্না লৈরিঙৈদা, মালেম নোংথৌ মনুং ওইনবা শেমগে নীঙলক্কে হুং খোন্থোক ইব্রাই-ইনিলনা, তিংপানবা, তাইবঙপানবা মথং মথং শেমলক্কে। কোরৌ নোংমদোল নুংনাং কাউখংনুংদগী মালংবা নুংশিৎ শিদবনা তোক্লেন তপ্না হুমলকপা চীংঙু য়াব্রা নখোঞ্জেল অহানবদা লাংবন খোইমু খোন্দান্নবনা খোঞ্জেল উং ময়েক থোক্লা মপোক খোইবা য়াল্লকপা। চীংঙু য়াব্রা নখোঞ্জেলনা। নমু পোংথেমলকপা লাইনিংথৌ। অসুম তৌনা, মপু সিদবগী য়াব্রা অহানবা খোঞ্জেল ইব্রাই-ইনিল অসিনা। পেনাগী অহানবা খোন্থোক ওইখিয়ে। মপু সিদবগী নুংগী ব্রাখলনা, ইনুংপুংদা লুপখিদুনা মালেম লৈশাবু ফককৎ-চিংখৎ থাংকৎলকপা মতমদা। ইনুং পুংগী সাইওন্না কামপি, লাইজা, মালংবা চায়নরে। অসুম চায়নরকপনা, মথং মথং খোন্থোক, ইব্রায়-ইনিল ওন্না ওন্না শাইওল্লে। কোরৌ নোংথৌনা পেনাগী চৈজিং ওইখরে। মালেমগী শকওংনা মরু লেপখবে। শরিক্লা নোংশরিক মিহুল ১০৮ গী মওং লাকখরে। হৈ হা খোঞ্জেল থোকলক্কে। মীওইবনা নিংশা হোল্লিবা খিবিকপু হৈ হা কৌরে। হৈদি মৈনে, পম্থৌনে। হাদি ঈশিংনে, পলেমনে। হুংদি নুংশিৎ

নুংহুম্নে। হেদি লৈপাক্লে। উংদি ইব্রায়-ইনিলনে থব্রায় মঙা শুপ্লবা খোম্হোক খোঞ্জেলনে, লেপ্লা খঙবিও। লিরি শিৎপবু রি কৌয়ে। অসিতি মিগা থানা তরুকশুবা ময়েক্লে। উং হুং হৈ হৈ হে অসি খিবিক্লা পেনাগী শৈহৌ-শৈহেক ওইগদবনে। চক্রিকপদি খুং খোংবা, তাংক্রিকপদি খোইরিনে, তাংচিংবা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ অহুমক্কী খোঞ্জেল অদুবু শিংলিগী লীতোল্ খিত্তা হোবদা হায়নরে, পেন্নরে অদুবু পেনা কৌয়ে ।। মসিবু মপাল থোক্লা তাইবঙপানবনা খোংবনে। চক্রিকপদি নুংশিৎনে, তাংক্রিকপদি ঈশিংনে। তাংচিংবদি মৈনে। মরি লিসাবা মরাং লাংসাবা হায়বদি শরিকনে। হিংনা চাবা মরম চাম্মা, মুন্না চাবা মরম চাম্মা হায়বদি খোয়রিনে। অনি তোকও লিতোকও তোকত্রিও। অনিমকসে তোকত্রিমখৈ, পোকসু পোক্কদবনে শিসু শিগদবনে। অদুবু নুংপু শিনা খাইনা মখোরাই কৌয়ে। থব্রায় পাল্লিবা খিবিকপু চংনা কায়নদে শিনা কায়নৈয়ে। তাইবঙ পানবগী পোক্লবগীদমক অশিবনা পেনা হান্না খোংএ। অদুগী মতুংদা পাখঙবনা কেগে মোইরাং লোইরেল সনা পুঙদা চহি চাম্মা পাল্লগা চক শুরে হায়না কংলৈদা খুনকারকপদা থাংচিংনা পেনা খোংগৎলকএ। মতুংদদি তাইবঙ পানবদা খাপী লাইতোংফানা পেনা খোংএ। নহাবা মোইবেংচাম্বনা মতুংদা, তাইবঙপানবনা খোংনবা হায়দুনা খোমতুম্বানা মরু ওইরে। মুকমৈ হাইমৈচোনগী মউলনা তিংঙে। উয়েক-উতোং হাপ্লে। চৈচিংদি নোংশরিক্লা ওইরে। মবি অনিমক্তি সমুতোন অয়াংবা ফাঙে শমথরকপা নোংশগোল অপাইবগী মমৈনা ওইরে। সনা খোংনাং লৈমগী খোংলি মসুং তম্না লাংনা চুম্বুল ওইরে। অসিগী মতুংদা কেকে কংলৈ লমথোল শকঙৈদা খোংলমই, মতুংদা অশৈবনা শকএ। মতুংদা খোইমোম লাইনিংথৌ খাগেম্বগী হাকতক্তা চৈজিং তেংনৌ য়োংকোলনা শিল্লে। শরিক্ল শেলনা হৈরে। অসিগী মতুংদা পামহৈবা নিংথৌগী সনা হাকতক্তা অশৈবশিং তিন্নরম্মী। পেনা খোংবনচিংবা খায়দোক্লুনা, পেনা লোয়শঙ লিংএ। শঙলাকপা, হনজবা অমসুং হিদং হাপ্লে।"

**"পেনা মৈহৌবরোল"** অসিগা হাইরপ্ মান্নবা মওংদা অমুক **"পাতমমো লাগা"** হায়বা পুয়া লাইরিক অসিদা তাইবঙ পানবা পোক্লবগীদমক অসিবনা পেনা খোংঙি, তাইবঙ পানবনা হেক লৈরিমখৈ পেনা লৈখিগনি হায়না নুংগী ওইবা ৱারোল তাক্লি। **"পা-তমমো"** হায়বদি ইপাদগী তমসি অমদি **"লাগা"** হায়বদি ইমাগা লোয়ননা তমসি, অসুম্না তাইবঙপানবা শেমলকপগী, থক-খা মশক তাক্তুনা ওইরকপগী ৱারী-ৱাখোংশিং, ইপা-ইমাদগী তমগনি হায়বা ৱারোল কয়া নৈনরি।

"তাইপঙ পালপকি মপু ।। খুমনা য়িচারক্কে ।। তাইপঙ পালনা পোক্লরকপা।। মরমপু হায়রক্কে।। চক্রিপা খুং খোংপতি নোংসিতনে।। চাংক্রিপতি।। য়িসিংনে ।। সিংলিকি লিতোল।। খিচিকতা হোপা লাকলেলতা হায়নরে।। হৌচিকসুঙ।। তত্তরিপা মখৈ ।। পোকসু পোক্কতনে ।। সিসুঙ সিগতনে ।। ২মা হায়না নুংসি নুংঙোননা।। অখুপা মফমতা ।। লোন্না খাইনরে।। অতুকিপু।। ২ তকও লেতকও ।। তোকত্রিওই ।। নুংপুসিনা খাইনপা মখুরোন কৌই।। খোইনৌ কৌপতি ।। পানথোইবীনে।। পেমমতি।। সনামহীনে।। পেমমানা নাওফমনে ।। খোইনৌনা খোইরিনে ।। চাক্রিপা খুং খোংপতি সনামহীনে।। তাংক্রিপতি পানথোইবীনে থোঙঙারেলনে।। ৱাবা কৌপতি ।। রিতুনে ।। তোকপতি কামনে।। সবিতি ব্রিজনে।। সবিনা থোঙঙআরেলকি যুমবী পাইনা পাউ লৌপতি।। য়িমবী কৌপতি।। মীরুনে।। পাউনৌপা কৌপতি।। চাননপনে।। পোইরৈতোল কৌপতি।। অঙাংনে ।। চাক্রিপা খুং খোংপা ।। তাকুপ তয়াং সাবা ।। চংনিং হেলপা মোইফেঙপা।। মরি লিসাপা ।। মরাং লাংসাপা।। অনতৌরিপা।। সাকারিপা।। হাইপতি।। য়িমুয়িৱায় খৈপিকপু হায়পনে।। হিংনা চাপা মরম ১০০।। মুলনা চাপা মরম ১০০ হায়পতি।। খোইরিনে।। নাউফমতি থানে।। খোইরিতি।। নুমিতনে।। অসাইকি হায়খিপা।। পুমনামা অসিনা মপালফাওনা হায়রপতা ।। নুমিত কৌপা লাইনা।। মরু ওইরে।। মনুংতকি থৈবোং অতুনা।। তেঙখল ওইরে ।। মখুল অখুপা হায়পা অতুনা পুঙকোইকি মনুং ফাউরকতুনা।। অয়ামবা হায়খিরিপকি ৱুংকার অতুনা।। সিংলি মৈরোমপা ওইরতুনা।। পুঙকোই মনুং অতুতা উয়েক ওইখিরে।। সিংলি মৈরোমপকি।। মতোল

অতুতা।। তাইপঙ পালপকি পেনারিপা মখুল অতুনা ।। উতোং ওইতনা উয়েক ওইরিপা সিংলিতা হুকলে।। য়েৎ ওইপা অসাই হায়খিপা।। খোইরি অতুনা।। চইচিং ওইরে।। হায়খিরিপা।। মরি লিসাপা।। মরাং লাংসাপা পুমনামানা।। সারিক ওইরে।। অতুকি অউঙপা লাইফম অতুতা হৌরিপা অতুসিং অতুনা মরি ২মা ওইরে।। সিংলি খঙনপ অতুনা ফারতনা মপালথোকনা তাইপঙপালনা ।। পেনারে হায়পকি পেনা কৌয়ে।। অসিপু মপাল থোকনা খোংপতি।। তাইপঙ পালপকি পোকনাকতাপকিতমক।। অসিপনা খোংএ।। অসি মতুংতা।। পাখংপনা ।। মোইরাং লোইরেলসনা পুঙতা ।। চহি ১০০ পালুইএ ।। চুক সূরে হায়তুনা।। খুনকারকপতা।। থাংচিংনা খোংখতলকএ।।অসি মতুংতা ।। তাইপঙপালপা নিংথি নুংঙাইনপা ।। হায়পকিতমক।। খাপি পেলনপা।। নহাপা মোইরেংচামপা কৌপনা খোংএ।। নহাপা মোইরেংচামপানা।। নামু তাইপংপালনা ।। খোংননপা হায়পকিতমক।। খোংনা মরু ওইরে ।। মুকমু হাইমৈচোনকি।। উন্না তিংএ ।। ৱুরেক উতোং হাপএ।। চাইচিংতি নোং সরিকনা ওইএ ।। মরি ২ মতি সামাতোল অয়াংপা ফাঙইকি ।। সমথরকপা।। নোং সকোল মমৈনা মরি ওইরে ।। সনা খোংনাং লইমকি ।। সামাতোল ফানাপকি ।। খোংলি মসুংতমনা।। লংনা চুমপুল ওইরে।। অসি মতুংতা ।। খোইতোম মালতোম ২ মানা কেকে কংলই লমথোল সকঙইতা।। খোংলমএ।। অসি মতুংতা অশৈপনা সকএ।। নিঙোল যাইমপানা ।। খুতলই অয়ামপা পুথোকতুনা খোংএ।। অসি মতুংতা।। খোইমোম লাইনিংথৌ খানা চাওপা।। সলথোং মরিপনা ।। নোংচুপ মযাং কাললাপুরতা ।। তখেল খোমা কৌনা পোকলুঙৈতা।। লায়িংথৌ খাকেমপকি হাকতকতা।। খোমানা য়ুবী পুরকতুনা।। খোমতাকি য়ুবীনা শিললে।। পেনা অচৌবা পিসক খায়য়ে।। চইচিং য়োতনা ওইএ।। সরিক সেলনা হইএ।। অসি মতুংতা।। মপুথৌ য়িবুংঙো পামহৈপা হাকতকতা ।। অসৈপকা তিলনরমপতকি।। পেনা খোংপা খাইতোকলকতুনা।। শং লিংএ।। শংলাকপা হাপএ।। হলচপা হিতং হাপএ।।"

পেনাগী ৱাফম অসিদা, পেনা মরু মচা খায়বগী ৱাফম, পেনা ঈশৈগী খায়দোক্লিবশিং, অমদি পেনাগী হোংলক্লিবা মশক কয়া অসিবু শৌগৎলদুনা, পণ্ডিত অচৌবা, ঙারিয়ানবম কুল্লচন্দ্রনা মহাক্কী ওইবা ৱারোলদা অসুম্না পীবিবম্মী।

"ঐনা খুবাং তারা লোন্ন তাংজা লুরুকচনা পেনাগী হৌরকপা মতমদগী শৈশক শৈথাগী মশিলবু হায়জরি। পেনা হায়না খঙনরিবা অসিনা ঐখোয়গী লাইগী থৌরমদা কয়া য়াম্না চন্নবগে হায়বা অয়াম্বনা খঙনবিরি। লাইগী থৌরম অমা তৌবা তারবদা পেনা হায়বসি য়াউদবা ইয়া য়াদবনি। ওঝাশিং, পেনা খোংবি-রিবশিংনা থোইদোক্না খঙবিরবনি। লাইগী লাইরোলগী শৈশক মতুং ইন্না পেনা মরোল তিন্নদে। মান্নবা মরোলসু য়াওই হায়বসি পেনাগী ওঝাশিংনা হেন্না



খঙনরিবনি। পেনা অসিগী, মরুদা মখল অনি থোকই। খুৎখোং হায়বা অমা চৎনরকই। পেনা মরু অচৌবা অসিনা অয়াম্বা মতমদা শীজিন্নে। খুৎখোংদি ইকৌবা মতমদা নত্রগা শামু মতুংদা খোংবা পেনাদি খুৎখোং পেনা হায়রিবা অসি খোংবা চৎনরকই। চৈজিংদি অমত্তনি, মরুদা খায়দোকপা খক্তনি। শক্লিবা শৈশক্তা খায়রিবনা, লাই হরাউবগী হোইরৌ হোয়া লাওবগী শৈশক অমা, লাই ইকৌবগী মরোল অমা, অনোয়রোলগী মরোলশিং, পাময়ানলোন, মরু হুনবা অমদি য়ুমশারোল অসিনচিংবশিং অসিনি। লাই হরাউবগী অয়ুক্কী য়াকৈবদগী হৌনা লাই নোংকাবা থৌরম ফাওবদা খোংলিবা অমত্তনি, মরুদা খায়দোকপা খক্তনি। শক্লিবা শৈশক্তা খায়রিবনা, লাই হরাউবগী হোইরৌ হোয়া লাওবগী শৈশক অমা, লাই ইকৌবগী মরোল অমা, অনোয়রোলগী মরোলশিং, পাময়ানলোন, মরু হুনবা অমদি য়ুমশারোল অসিনচিংবশিং অসিনি। লাই হরাউবগী অয়ুক্কী য়াকৈবদগী হৌনা লাই নোংকাবা থৌরম ফাওবদা খোংলিবা পেনাগী শৈশকশিং অসি অসুক্কী মতীক মরোল য়াম্মী। মীওইবনা শিবা মতমদা পেনানা নোঙ্গারোল, শিংকুমলোন অসিনচিংবা শৈশক কয়া অমসু শক্তুনা অঙনবা মতমদগী চৎনরকই।

অসুম্না পেনাগী মতীকপু শৈথানরি। অসিগুম্বা থাদোকপা য়াদ্রবা পেনা অসিগী হৌরকপদি,কুরু-লৈমরেল অনিমক্না উনবী পুক্লিংবু পেনবি। অনিমক্না পেন্নরে হায়বগী পেননা (পেনা) কৌই। কুরু লৈমরেল লাই অনিমকপু পেলহল্লিবা অসি কনানো হায়বদি- চাক্রিকপানে মথংদা তাংক্রিকপানে। চাক্রিকপানা য়াৱানে তাংক্রিকপনা খোঞ্জেল থোকএ হাযবগী শামৈ অনিবু উচান মরেক্না মখোল থোকহল্লিবনে। চাক্রিকপা খুং খোংবা তাংক্রিকপা লুমলিবা অনিবু শৈথাবদি অসুম্না শৈথানৈএ।।"

"লৈনুংবা লৈনুংবা,
লৈনুং চক্রিক খুংখোংবা...।।"

"মতম অসিদা চকপা ফিশা হৈবীনা চকফি শাইয়ে। মথংদা তৌফি তৈকোই, লায়েং পুম্নমক্কী অহানবা ফিদি তোংকাপ ফিনে। উরৈরোম মশানা চৈজিং ওইরগা, নোংশ্রিক্না শরিক ওই । তাংশাং মউলনা খোমতুম্বাদা পুংমাই ওইনা তিংঙি। শামৈ অশাংবনা চৈজিংগী শামৈ ওই। মরুগী শামৈ খোংদিংনা অতেনবনা ওই। তেংখল ৱানা ওইরে । উযেক্কা উতোংগা হুৰ্কচিন্নরগা, চুম্থুলিনা শামৈবু লাক্ল তীংনা পুল্লি। শামৈবু উচান মবেক্না নাল্লগা শীজিন্নে। মমৈথংদা চৈজিং য়োৎনা ওই, শরিকসু সেলনা হৈদুনা শীজিন্নরকই। পেনা মরু খোম তুম্বা ওইরম্বদগী ৱারুনা ওইবকই। কাইনথং, খাগেম্বগী মতমদা তখেল খোম্মানা মপান্দগী য়ুবী পুরক্কুনা পেনাগী মরু ৱারুদগী য়ুবীনা ওইখি।।"

পেনাগী মতাং অসিদি,লমদম অসিগী অখণ্ড-অহৈ, পেনা খোংবা অমদি পণ্ডিতশিংনা মানা মানা খণ্ডজবা পেনাগী মতাংদা ৱাফম কয়া হায়রি। লমদম অসিগী পেনা ফমশক্কা মমিং লৈখিবা, পেনা শকপা উয়ান ইবোমচানসু পেনা মৈহৌবোলগী মতাংদা মহাক্কী ওইবা ৱাফম খর ফোঙদোক্লমই ।

"তাইবঙ্ পানবা মপুনা অমম্বা মশক ওইনা লৈরম্মী । অমম্বগী মরক্তা, মঙাল অমা উরম্মী মদুগী মশক মওং অদু অঞ্জি মাল্লি। অঞ্জিগী মওং অদু হুংকারদগী ফিদুপ্ অহুম থোকই। ফিদুপ্ অহুমদগী মৈ,ঈশিং, নুংশিৎ পোকই । মৈদগী নুমিৎ, ঈশিংদগী থা, নুংশিত্তগী থৱানমিচাক পোকই । অহুম অসি শঙ্গোলনি।

হকচাংগী মনুংদা, লৱাই, খোইদৌ, খাদা শঙ্গোল অহুমগী মশক্কি। অহুম অসিনা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ থাদোকপবু সন্ধা কৌই। লনাইদা থোকপনা অয়ুক্কী সন্ধানি। অসিনা অতিয়ানি। খোইদৌদা অশাবা থোকই। নুমিৎযুংবা সন্ধানি। অসিনা সনামহিনি। খাদা থোকপনা নুমিদাং সন্ধানি। অসিনা পাফল লিলনি। হুংকারদগী অঞ্জি অদু মতুম তাশিনখ্রে অদুদগী অমুক ঙংবদা তম্বা মী ওইরে অসুম্না, তাইবঙপানবদা মী শেম্বা লোইরবদা মীওইবগী হরাউ-তয়াম্বদা শীজিন্নবগীদমক্তা পেনা অসি অঞ্জিগী মতৌ তমদুনা চৈজিং শারে, হুংকারদা অঞ্জিনা মতুম তাশিল্লকপা অদুগী মতৌ তমদুনা, পেনাগী মরুগী মশক অসি শারে। মতৌ অসুম্না পেনা ওইখি।"

উয়ান ইবোমচা পেনা শকপা অসিনা মহাক্কী ওইবা ৱাফমদা মখা তানা পেনাগী শৈশকশিং মখাগী অসুম্না খায়দোকই হায়না তাকপী। খায়দোক্লিবা পেনা ঈশৈশিং অদুদি ঃ- (১) শিকপ্লোন (২) তেঙথারোল্ (৩) হেমলোই পাবোৎ (৪) হেমলোই থাংয়ৈ (৫) হেমলোই তানজাও (৬) জাৎ (৭) খ্বাইনু মরোল (৮) থাংয়ৈ (৯) জাৎ তাল্লোই (১০) কালেন শৈজিং (১১) ইপোম তাল (১২) তাল চোং (১৩) তাল খাই (১৪) তাল থক (১৫) খুৎলোই ঈশৈ (১৬) তান অরিবা (১৭) তান খপচোং (১৮) তাল্লোইবা (১৯) লমইন অসিনচিংবনি।



পেনাগী মতাং অসিদা পেনাগী মৈহৌরোলবু শৌগৎপা ৱাফম কয়া মখা তানা ফোঙদোক্লুরকই। অয়াম্বনা পেনাগী শেমগৎ-শাগৎলকপগী ৱাফম, পেনা অসিগী মনুংদা য়াওরিবা পোৎশকশিংগী মমিং, পেনা অসি পোৎশক অনিগী লাংওন্নি, পা-পি অনিগী খুদমনি হায়বা ৱাফমলোমদা হেন্না থম্মী। পেনাবু মশক তাকপদা, শাৎপম লৈরেনজাও, পেনা শঙলাকপা অসিনসু পেনা মৈহৌরোলগী মতাংদা মখাগী অসুম্না ফোঙদোকপীরকই :-

"থাইনা মমাংঙৈদা মীগা লাইগা শম্নরিঙৈদা শেমলম্বা ৱারোলনি। ইহান হানবদা অমতমক লৈরম্মী, মমিং শালাইরেল কৌই। অনিশুবদা লৈমরেল ইমা চোংথোকলক্লে। অনিগী নুংশি- নুংওল ৱারিদগী অহিংবা চাফু অমা চোংথোকলকখি। চফুদুগী মনুংদা অঙাংবা পোৎশক অমা লৈরম্মী, লৈরল্লিবা অদুগী মমিং হুম্নি শুবা অঙাং হায়না খঙনৈ। মমিং সনামহি পিবারেল হায়না খঙনৈ। অহুমশুবদগী য়াওরক্লবা পেনানি। য়েত্তা পায়রিবা চৈজিং অদুনা অঞ্জি য়াংবি কৌই। হঙ্গৎ-হন্দা খোংবদা থোক্লিবা শরিক্কী মখোল অদুনা তাইবঙ পানবা শেল্লিবনে ওইদা পায়বা পুংমাই অদুনা মালেম ইমানে, পুংমাই মথক্তা হাপ্লিবা তেংখল অদুগী মশক্লা, তাইবঙ পানবা শুমহৎনবা ওইরিবনি। খুবীনা চপ্লগা মরিনা শান্নরিবা খোঞ্জেল অদুগী ইনিলনা, তাইবঙ পানবা জীব পুম্নমক শন্দোকলকপনে, তিংলিবা মরি অদুনা মচা ইবুংঙোনা তাইবঙপানবা শেম্বা লোইরগা অমম্বা তঙ্খাই, অঙানবা তঙ্খাই লাকপদা শেম্বীরকইবা ইপানে। পোকপিরকইবা ইমানে অনিগী সেবা চংননবা শাগোল অঙৌবগী মমৈনা পরিং লাংশাং শেমখিবনে। অদুদগী ইপাগী মঙাল ফংবদা ৱাকৈয়ু অমম্বা লাকপদা ইমাগী তম্পাক্তা নাওশুমনৌ, পায়রিবা অদুগী মমিংদি নহাবা কৌই। নুমিৎ তরেৎনা হেক লৈরিমখৈ য়াকাইরকউ নাওশুমউ হায়না শিন্নরক্লবা পোৎশক্লে। অনিগী মমিংদি কুন্তা কুন্তী হায়না কৌই। রিরি,রুরু,রেরে অহুমক্তগী তাইবং পানবা পুম্নমক থোবকপনি। মতম অদুদা উশু-ৱাশু হৌরমদে, অনিনা চপ্লিবা পবিং লাংশাংগী মখাদা য়াম্থরিবা লৈনাদো তাইবঙগী মিৎয়েং ওইনরিবা অদুগুম্বা মাগী মমিংবু লৈগুম নৌই হায়দুনা লৈনা কৌই। শুপ্না পুল্লিবা অদুনা মাঙোন্দগী থোকলক্তবা লৈত্তে হায়দুনা চিলবুনসু কৌই চুম্বুলসু কৌই। তাইবঙ লৈশেমলোনগী মতুংইন্না লাইচিং থোকপী মরোল অহুম্নি, হোইরৌ হোয়াগী মরোল তরুক্নি,অনোয়রোল মরোল মঙানি। অসুম্না পুন্না মরোল চামনিপালনি।"

পেনাগী হৌরকফমগী মরমদা পেনাগী ওজাশিং পাংঙম্বা, য়েদেম্বা, লাইশ্রবা,থিঙ্গুজাম্বা চুংখাম মনিক অমসুং চুংখাম তোলেন্না মাগী মাগী ওইবা

ব্রাফমশিং ফোঙদোকপগী মতাংদা **"পেনা অনোই"**লাইরিক্তা পীরি।

"তাইবঙ পানবা মপুনা নোংথক শেম্বা লোইরবদা লাইয়াম শেল্লে মতুংদা ইবুংঙো মশামক্কী য়েৎথংবা শরুক্কা লাইনিংথৌ ওইরে, ওইথংবা শরুক্কা লাইরেম্বী ওইরে, লাইনিংথৌ লাইরেম্বী পুন্না মালেম লৈশেম্বা লোইরবদা লাইনিংথৌ কৌব্রুনা,কৌব্রু চীংদা খুন্দারে। মী শেম্বা হৌরে । মী শেম্বা অহানবদা, উকক্ ওইনা লৈরে। মতুংদা তাইবঙ্ মী শেম্বা লোইরদুনা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা হাপ্লগে খনখরে। তাইবঙদা হরাউ-তয়াম্না পুথোক্লবগীদমক্তা অনিদগী পেনা পুথোক্লে। লাইরেম্মগী থবাক্না মরুগী মশক ওইরে, লাইনিংথৌগী শিংলি তোলোম্বগী শউন্না পুংমাই তিংলে, মনুংগীময়োল অদুনা উয়েক ওইরে, উয়েক্কী মতোন্দা ইমা লৈমরেলদগী মখুলগী শরুক অদু লৌথোক্লগা উতোং ওইরে, উদুগা লৈমরেলগী ফিনুংগী শম্না পেনাগী মরু শামৈ ওইরে, মতোলগী চুম্বুলিনা খোইরিনা ওইরে। গুরুনা য়া কাখৎলকপদা খনাও মনুংদা উবা তেনখলগী মওং তমদুনা পেনাগী তেঙখল শারে। তাইবঙ পানবা মপুগী ওইগী চুকখোংদগী য়েৎকী চুকখোং য়েৎলিবা অকোনবা শিংলি অদুনা পেনাগী চৈজিংগী মশক ওইরে। চৈজিংগী থিংজিল্লিবা অহোবগী শরুক অদুনা লাইরেম্বীগী ফিনুংগী মশক্লি। লাইনিংথৌগী ফিনুংগী শম্না চৈজিংগী শামৈ ওইরে। অসুম্না শেম্বা লোইরবদা, লেন্দুনা য়েংবদা মখোল থোকউ হায়বা য়াদ্রে মদুদা গুরুনা তাকপিদুনা ইমা লৈমরেন্দা হংজবদা, ইমা লৈমরেল মহাক্কী ফনেক্তা য়েংবদা ব্রাকোল তৈবা মচেৎ অদু শেত্তুনা পীবক্লে। মদুনা তকপদা পেনা খোংবা য়ারে । পেনা অসি খোংবদা মমা মচা খঙনদ্রে, অউ-অউবা ইরাং হৌনরে। মতুংদা পেনা অদু খোংবা তোক্লো হায়রে, অদুগা লাই ময়াম তিল্লবদা লাই হরাউবা হায়বা থৌরম অমা পাঙথোকপদা খোংনশি, অসুম্না হরাউবদা শীজিন্নরকখি ।"

অসুম্না,অতোপ্পা অখঙ-অহৈ কয়াগী ওইবা পেনাগা মরী লৈনবা ব্রাফমশিং পেনা হৌরকপগী মতাংদা, মাগী মাগী ওইনা ফংলকপা, খঙলকপা, চিনবুংদা লৈরম্বা ব্রারী কয়া অমসু লৈরি। অয়াম্বনা, ইমান মান্নবা ব্রাফম ওইবনা,

লোয়নমক মতাং অসিদা পঞ্জদ্রে। মথক্তা পঞ্জখ্রিবশিং অসি নত্তবা পেনা পুথোকপগী মতাংদা তোংঙান-তোংঙানবা লাইরিক কয়াদা ইরম্বা থেং নৈ। "খমনুং ইঙাল লৈশাবা" লাইরিক্তা পেনা পুথোকপগী মতাংদা অসুম্না ইরীঃ-

"পোইরৈ মোইরেংচাম্বা ব্রাঙম থৌপুবনা, তুম্বা মচা মঙক য়াওদবা অমা পুদুনা লাকপদা, শনম্বা কৌবা শা অমগা খৈরোই মমৈ মতু চুম্না পানবা অমগা থেংনদুনা মশক অহুমবু পুদুনা অমুক মথং মথং লাক্লে। খুদক অদুদা (মহামনিক তেকপাক) কৌবা শগোল মশা পানবনা, কোয়না পাইদুনা লৈকোইবদা উ অমগী মশাদা শামৈবু লৌদুনা তত্তুনা খুবাম অমা পন্দুনা লৈঙমহৌববু হন্না মক্তা য়েংদনা মহামনিক তেকপাক হায়বা শগোলবু পাইদুনা চৎখ্রে অদুনুংগীবু লৈফমবু (শামৈপন) কৌঙল্লে। লৈফম অসিদা পোইরৈ মোইরেংজাম্বসু য়ৌঙমলক্তুনা, লৈফম ফম্বাল লাংবদা উশাদা শামৈ খর পন্দুনা লৈবদো উরদুনা শামৈ অদুসু লৌশিল্লে। লৈফম অসিদা নোংশরি হায়বা পামেলবু মহৈ নীঙথিনা মপুংফানা য়ান্দুনা উহৈ অসিবু হেক থেংনবদা, মনুংদা লৈবা মরুগা, মহৈগী মকুগা থেংনদুনা শ্রিক শ্রিক লাওবা ইব্রাই খোল্ অমা তামফংলে, অদুনুংগীবু নোংশরিক মিংহন্দুনা মহৈবু ফিগাও থন্না হেক্তুনা মরম মঙাবু লৈশুনা তানফংলবদা, মশক অসিনা ঐবু করি শাথোকসিবনো ব্রাখল তৌনা লৈঙল্লে। উম লৈবেদনা, মশক মঙা অসিনা ওইগদবা মশক্তী, অনিথোক্লা শেম-শারগা অনিমকপু (নেতকদুনা) অখুরোনবা য়াব্রা ইখোনবু ওইরক্কদৌরিনা অদুদি শেম্বা তারে থৌরম য়েংলগা করিগুম্বা অব্রাৎপা মশক অদুদি মতম অদুদা লৈয়েংনা থিদুনা হাপ্লবা তৌবা তাই। ঐনা শেমগে হায়বা মশক অসিগী মরুওইবা মচাক থোইনা ব্রাৎত্রে হায়দুনা তুম্বা অদুবু ময়ুং ইন্না মতৎ অমা লৌথোক্লে ব্রা মচা, মতাং মনিং মমাং কক্লগা খুনিং অমা শাংনা মঙক হাপ্তুনা শনম্বা মউন অদুনা খাইদোকখিবা তুম্বা অদুগী মমাই অদুবু নপ্তুনা মেল্লে। শামৈ অদু ব্রাগী মতোন্দা পোঙ্গান মকুনা চেৎনা কন্না পুল্লগা শামৈ অদুগী মমৈবু তুম্বারোমদা পুথরক্তুনা, তুম্বাগী মখুনলোমদা হংকোক মউনগা তাইনবদা

> য়েত্তুনা তীংলে। শনম্বা মউল অদুগা শামৈগা তাইনবা মরক অদুদা, হৱাই থাংপাকক্কী মকু অকুবা অমনা লোনশিন্দুনা শামৈগা মউন মমাই মেল্লিবা অদুগা শম্নহনদ্রে। ৱাশা অমা খুত্তোন্দগী পাম্বোম মরু অমা কক্লগা, মতোনলোমদা কোইরপ তৌনা কোলহন্দুনা শাগোল শামৈবু লৌশিন্দুনা পুনশিল্লে। শামৈ মখোকপু ৱাশাগী মখোক খুৎ পায়ফমলোমদা পুনশিল্লে। নোংশরিক অদুবু পোঙ্গান মকুনা পরেং ওইনা লিক্লম অমত্তদা লেংদুনা ৱাশা শামৈ পুল্লিবা মতোললোমদা য়েৎশিন্দুনা শেম শাবা লোয়রে। তুম্বানা ওইথংবা থবাক খোময়াদা পায়রগা অনিদুবু য়েংবদা রিকো রিকো হায়বা য়াৱা অমা শাথোক্লে। হি, মসিদি ৱা লৈনা হায়দুনা খোংদুনা কোয়না লাক্লে। মশকপু উবদা, মখোলবু তাবদা মরু ইমানা তক্রিনোইয়ে নুংশি নুংঙোন্নৈদা হায়এ। মরুনা হায়, মশক অসিদি পেনা ৱাঙম থৌপুবনি হায়এ।"

মথক্কী ৱাফম অসিদা, শনম্বা মউলনা, তিংলকপা পেনাবু অহানবা খোংদুনা পুথোকলকপগী মতাংদা **"খম্নুং ইঙাল লৈশাবা"** লাইরিক্তা অসুন্না তোংঙান-তোংঙানবা ৱাফম কয়া ইরম্মী ।

> "পোইরৈ মোইরেংজাম্বা, ৱাঙম থৌপু তেংথা নাওয়ৈবা চক্রিবা কৌবা লাইনা মখুৎশুবু খোংদুনা কাংথং-পুথং নাইদা খংদনা লৈফম খুদিং চত্তুনা খোংবদা লৈবা য়াদ্রে অতিয়া মরু।। মোইরেংচাম্বা ৱাঙম তেংথাবা সিনা মখুৎশুনি, ৱাখন্না শাদুনা খোংলিবা মশক চৎলম মপোক্লোন অমগী চৎনরমগী মশক্কি অদুবু নোংদম্বনা নোংদমদুনা মশক অসিবু শাথোকহল্লবা অসিনদি ফালম অমা লৈহৌনবা থৌয়েংলো শিন্তাকলে ।। অদুদি নোংদম্বনা খম্নুং ওইবা মশকপু ইঙাল লৈশাবীদুনা নোংদম থৌদাবু থৌঙম থৌশিনবিরিবা হৌখিবা পরমবু থৌকাওদনা (হৌকংলৈ লম্মা হনবা সনা পুংমাইয়োন) লৈবাক অসিনা কুমজা খুদিংগী থৌকাওদনা লৈঙম্বা পুম্বনা নীঙশিংনবা ওইনববু থৌহৌবা ওইনা থৌরোইনখ্রবা থৌরম্মু মিহিং লিপোন খোইরৌনা অশৈ খোনফাংনদুনা অনোই শাদাম শাকোই শদম্না খংদববু উহন্নবা থৌপুনা নোংদম্বা মাগী লাইমিংবু শোনজবা শকচবনা মপু

> মাগীদমক্তা লৈকৎ-লৈহুন লৈরাংবা ওইনা লৈকৎলগে ।।
> লৈঙন্বা হৈরাং-লৈরাং সনা লুপা,হি,য়াই পুন্নমক অসিসু মপু
> মাগী ঙাক্তনিনা ঐনা ঐনা থোইনা কৎনিংঙাইদু লৈঙমদে।
> মপু মানা কোরৌ খুদিংদা অপান্বা মশকপু নোংদম থৌদারগা
> ঐনা লৌশিল্লুবতনি। নঙগী থৌগনবু, নঙগী লাইমিংবু
> নীংশিংজদুনা ইপুক হরাউ-তয়াম্না লৈহুল-লৈরাং লৈকৎ
> ওইনা লৈকৎলক্কে,নখুৎ য়েৎনা য়াবিদুনা লৌবিয়ু ঐনা লৈকৎ
> লৈহাপ্পদা হায়জরম্বদগী মাইকৈ তারাবু লৈশিন্না (হয়ম হে
> হয়া) পাওশানা সনা মিৎয়েং কোইনা লৈয়েংদুনা লাওয়ে।।
> খোইয়ুম পুন্বা লৈবা য়াদদুনা কাখৎলকএ।।"

পেনা হায়রিবা খুৎনা লেল্লগা খোংবা মখলগী যন্ত্র অসি খুং হায়বা যন্ত্র অমা ওইনা "খম্নুং ইঙাল লৈশাবা" লাইরিক অসিদা পল্লি। পেনাদি খুৎনা লেল্লগা খোংবা পোৎশক অমনি হায়বা মথক্তা নৈনখ্রে। খুংদি, চিন্না কাল্লগা খুৎনা নমথোক-নমশিল তৌনা খোংবগী মওংদা থেংনৈ। মখল অসিগী যন্ত্র অসি মৈতৈশিংগী মরক্তদি মাংলমচৎতা শীজিন্নবা থেংনখিদ্রি। অমবু ওইবে, খুং হায়বিবা পোৎশক অসি পেনাগা অমত্তনি হায়না অখণ্ড-অহৈশিংনা পল্লি । **"খমনুং ইঙাল লৈশাবা"** লাইরিক্তা অসুম্না ইবি।

> "চক্রিবসু মখুৎশু শাথোকপবু খোংদুনা কারক্লে । মহাক্কী
> মখুৎশুগী য়াৱা ইখোলবু তাবদা থম্মোয়বু নিকহনবা য়াৱানা
> ঙংলগা নুংশিবা ইখোল অমগা লোয়ন্দুনা শাথোক্লা খোংদুনা
> ময়ানা চুপ্তুনা মখুৎ খুবাং তারানা পায়না খুৎপু নমথোক -
> নমশিল তৌনা খোংদুনা লাক্লে। অতিয়া মরুনা হংঙি করিনো
> মশক অসিদি ? অতিয়া মপুনা খণ্ডবিগনি মশক্তি, নোংদম
> থৌদাতবু থৌপুনা শাথোকচবনি ঐহাক্তি। মশক মমিংবু
> নোংদম্বীয়ো ।। অদুদি খুং খুং অচিবা মশক অসিদি নুংশিৎকি
> মশক্লি লাইমিং লাইয়েকপু ৰুংম কিক ওক কুক উং কৌএ ।।
> নমিংবু লৈরৌনা খুং মিংহুন্না নখুৎশুবু অশৈবগী খোনপাং
> ওইনা তেংপানবগী মপুদা লৈহুন লৈরাংনশে লৈথম্লে।।খুদক
> অদুদা লৈনুং থোংঙারেনসু মখুৎশু ওইনা পমদুনা মখোক্লা
> য়েৎকি লেংবান্দা ঙারগা খুৎশা য়েৎকি খুয়াইনা লিরোন্দুনা
> খুদোম্বীনা লিখৎ অহুম্বু খত্তুনা নোংদম্বগী মতীক মঙালবু
> মচিন্দা শক শোন্দুনা চঙলক্লে। থোংঙারেলগী মখুৎশুগী য়াৱা

ইখোল (উংলৈ হিংফা লৈফাও-এ ক্রিং নোংলুম) উংলৌ য়াইবিরেল হায়বা য়াৱাবু তাবদা অতিয়া মরুশিদবগী ৱাখল থৱায় হকচাংবু ঈশিং ঈচেলগুম্না থোংনা মেঙনা ইঙলক্কুনা সনা ফম্বাল্লাংদা লৈফমদা য়ারক্কে ।। মিৎসনা থম্বাল লকানা তমজবা অসিদা ইরা ইহৌনঙম্নদুনা মাইকৈ তারাবু লৈনা য়েংদুনা কনা ওইগবা ৱাখন্নদুনা ঙাইঙমদনা ঙাইদুনা লৈয়ে।। লৈনুং থোংঙারেনসু অপনবা লৈতনা চঙলক্কুনা অতিয়া মরু শিদববু পুরম লৈপাইনৈ। অতিয়া মরুনা হায়, খোংনাং নঙগী নখুৎশু অসিবু করি কমদৌনা শাথোক্কুনা তানফংবনো ? মশক অসিদি অচিক-অশা অনিবু লৈতিল্লিবা তেংবানবগী চৎলম তরুক্না লৈফমবা শেমগৎপা তরুক, শাগৎপী ইমা কুন্থ্রাতরুক (৩৬) কি তিলু লৈথানা লৈফল্লিবা, ইহৌরোল মাপল, মৈহৌরোল মাপলবু লৈহাপ লৈথম্বা অসিবু করমনবু তানফংলুবা য়াইফংঙিদা থোংঙারেল নঙদি । অতিয়া মরু শিদবা ঐনা শাবা শেম্বা নত্তে ।। নঙগী নোংদম্না শেম্বা মশক্কি। মতীক মঙমসু লৈখংদে।। মমিং মশকপু লৈখংজগে. অদুনুংগী নফল্লাংদা মায়োক থানা চংজবনি । থোংঙারেল খঙদা উদবনা হায়বদি পরম্পু লৈয়েংনা হায়ঙমদবনি অদুবু অখঙবনা খঙনা খঙনা ঐগী লৈহুনবু তাঙম্নগে থৌপুনা ৱাহংবদো তাঙম্নো।। মশক অসিদি খঙলো লৈখারোন, লৈয়াইরোন, নোঙলোন লৈফম অহুমবু শাফোঙবা নোঙদম্বগী মশক্কি। মরি লিশাবা উয়ুং মরি অসিদি লুতুং লৈপাল্লগদবা, চক ফৈদোম মরিগী মশকপু শাথোক্কুনা উৎ লৈথম্বা মশকি । মদুদি অমনা অহুম ওইবা, অহুম্না মবি ওইবা, মরিনা মঙা শাফোংদুনা অমদুগা লৈতন্না, তরুকপু শারেপ্লিবা, লৈহাপ্পগী লৈরোইবা লৈতবা (নহাক,ঐহাক,মহাক) হায়বা ব-র-স লাইয়েক্না তিলুথাবা নখুৎশুনি। মমিংবু ফৈদোম মরি লৈশাববু অমমম্ লৌদুনা নখুৎনা লিখৎপবু (খোইরৌ লিখৎ) মিংহুনসে। মেরুবা লাইমিংবু উংলৈহিংফা কৌবনি, পাওশা নোংদম্না নোংদম্বগী লাইমিং শৈরাওবদা লৈরাংনবা লৈথেম্লে ।"

**"খমুং ইঙাল লৈশাবা"** লাইরিক অসিদা,পেনা অশৈবা ৱাঙম থৌপুবা পোইরৈ মোইরেংজাম্বাগী মতাংদা মখা তানা অমুক অসুম্না ইরি ।

"তাংক্রিকপসু মখুৎশুবু খোংদুনা হৌলম্মহনবা কংলৈপুং মাইয়োন তাম্না খোংচংলক্লে । তাংক্রিকপগী মখুৎশুগী য়াৱা ইখোলবু নুংশিৎনা হুমলক্কুনা কংলৈপুং ময়োন্দা লৈচল্লক্লে।। য়াৱা ইখোন ৱাঙমলোয় নাওয়েন্দুনা খোংববু তাবদা লৈশিরেন লৈপুনবী ফম্বাল লাংবা য়াঙমলক্লে, য়াৱা ইখোল অদুদা খোইদামনখিবনা কাংখং খঙদনা ফম্বাল্লাংদগী হৌগত্তুনা কোইজাইনরক্লে । খুদক অদুমক্তদা ৱাঙম থৌপুবনা, পোইরৈ মোইরেংজাম্বা নঙগী নখুৎশু অসিবু অনি লৈতকহন্দুনা অসুক নুংশি নুংওনবা য়াৱা ইখোনবু শাথোক্লা লৈশাবা লুতুং মরোন অমদা নৌহৌনা চৎনগদবা মরম্বু হৌজিক নঙনা করম্না লৈখৎনদুনা নখুৎশুবু অসিদা হাপ্লিবা, য়াওরিবা মশকশিং অসিনা করি করিগবু পান্দম্না হাপ্লি পাল্লিবা? মরম শাখাইনা লৈশিরোন দা পাওশানা তাকঙম্বীযো অতিয়া মরু মশক অসিদি ঐনা শেমজা শাজবদি নচ্চদে, নোংদম থৌঙম থৌশিনবনা থৌঙম্ন বা থৌশিন্দুনা শাবনি।। ঐদি নোংদম্বু থৌপুবদনি মরম্বু হক্লা খঙজদে ।। মশক অসি মরু নোংদম্বনা খঙবীগনি।। ৱাবু তাবদা লৈশিরেন্না হায়য়ে। মরু নোংদম থৌঙম থৌশিনবা মশক অসিনা ওইবদো লুতুং চৎলম ৱাবু ওইঙম্নবসু মশক্তদি শখাইনা তাকঙম্বীও মরুনা তাংক্রিকপদি পরম খায়না পাওশাবদো ৱাহৌজবা ওইঙল্লে। অয়োন পাওশাবু ওইগবরা লৈখল্লমান্নে, পরম অদুবু তাজবগা অনোই শাকোই ওইনা লৈশাজদুনা তেঙপানবগী মপুদা লৈহুন লৈরাংনবদা ইঙম ওইনা লৈহুন থৌগনবু লাংজগে।। মরুনা লৈশিরেনগী ৱাখনবু লৈখাংলদুনা হায়য়ে।। ইবেন্মা মশক অসিবু লৈখংলগে মহায়রবনিনা হায়দি হায়রগে। মমিংবু হান্না লৈহুনগে । অনিনা লৈতক্লবদি থৱায় পানবা অচৎপা লৈঙম্বা অপুম্বগী পেন্নবা নুংশি নুংওনববু শাথোক্লেএ থৌকাওদনবা অমনা মশক অসে পোইরৈ মোইরেংচাম্বনা শাজবনি খঙনবা র- স -হ, স- হ- র, হ র- স না ইয়েক্লা খাওনগা নাওয়োমগা ওইনা ফিশেৎপা কৌগে ইবেন্মা ।। খোইয়ুম পুম্বসু তারো পেনা হায়বা মশক অসিনা ওইখিবা পরম্বু অনোই শাফোংনা তেঙপানবগী মপুরেন্দা লৈহুন লৈরাং ওইনি নোংদমলে, পেনাগী মশক হায়গে তারো লৈনুং খুং খুং অচিবা, চক্রিবা কৌবদি নুংশিৎনিদো। পোইরৈ

মোইরেংচাম্বা তাংক্রিবা কৌবদি ঈশিংগী মশক্লিদো।। অনিমক্ত নুংশি-নুংওন্না নোইনবনে অসিদো শজুম্বা লৈখাগী পুঙ্গোইগী অখুরোক্তা হুকচিন্দুনা খোইজং খোইদারগদবা মশক্লি অনি তক্লে লৈতক্লে, তোকত্রি নোইএ তিলু লৈতিন্নবদা লৈথুংনদ্রিবা ফাওববু তক্লরগদবা মশকপু লৈতম্না পেনাদা চৈজিংনা তক্লিএ । তক্লববু লৈথুংদ্রিবা মখৈদি নুংশি নুংওন্নরনি তাক্লিএ।। অখুরোইনা কাইনা লৈশংলে, তক্লদুনা য়াৱা ইখোল নুংশিববু লৈশাবা লৈথুংলবদা অখুরোইদগী নুংশি-নুংওন্না খাইদোক্লগদববু লৈতাকপনি। অনিবু তক্লবদগী তোকঙমলকপনা খোইনৌ পাম্বোইবী নুংশিরবী খোইজং খোইদাবী পুঙ্গোই অদুগী মপানবু থোংনা থানা নৌনা পাল্লগদববু পেনাগী মশক্তি তাংক্রিকপনি, পেম্মা হায়বদি নাওফম হায়বা মশক অমা লৈরগনি অদুনুংবু খঙহনবনি।। মশক্তি খুং খোংবা চাক্রিবা তকুপ তয়াং কৌবনে।। লুতুং অপোইবদা লৈগদবা লাইমিংথোইগী মশক্লি।। য়াৱা তোকপা শাবীনা থোংঙারেনগী য়ুম্বী পায়না পাওনোইবদি নুপা-নুপী অনিনা লিতিন্নবদা, শাগোন্নবদা থাজা অমদা লৈপিবা লৈ অদুনা য়েন্নিং হুন্নবা মশক অমা ওইখিদুনা ইরু তাঙ্গা লৈহুন্না মপোক শাথোক্লগদবা ৱাবুনি।। পোইরৈতোনবু তানফংলে।। তপোপ্ -তয়াং শাবা, চনিং হেন্বা মোইফেংবা, মরি লিশাবা, মরাং লাংশাবা য়েন্দৌরিবা, শাকারিবা, হিংচা চাবা মরম চাম্মা, মুন্না চাবা মরম চাম্মা, অচা-অথক পুম্ববু চারিবা, চানিং-থকনিংহনবা, অরাম্বা খৌবাংববু খঙহনবা, ৱাখনবু লৈতক্লনা খলহনবা, খোইরি-নাওরি হাইনা শখাইনা শেম্বা মরিবু অমগা অমগা লৌশিন্নদুনা থৌরম্বু শখাই নাইনা থৌপুরগদবা, য়োমশিন্দুনা মশক-মওংবু শাগৎলগদবা, ইমু-নাইমু, শিংলি-নাওরি লৈহাপ্না খাগী থোংদা পোক্লগদবা মশক্কী পরম্বু লৈতাক্লা (পেনাগী মশক ওইনা) লুতুংগী য়ুম্বাললোনবু শাথোক্লেদো, মশক্তি খোইরিনা নুমিৎনি, নাওফমগী মশক্লা থানিদো ।। পেনা হায়বা মোইরেংজাম্বাগী মখুৎশু অসিদি, লুতুংগী ওইগদবা শাথোক মপোক চৎনরম নুংশি-নুংওন্না লৈপান্না চানিং-থক্লিংবা, শেৎনিং-ইন্নিংবা পুম্ববু লৈহাপ্না শাথোক্লবা মশক্লি খঙলোদো। মদুদি-নুমিৎকী মঙান্দগী মরুগী মনুংদা মউ মপাম্বী হৌনবা পোক্লবা ময়োন য়েন্নিং চোংনবা মশক অদুবু পোকহন্দুনা হাপ্লে লৈহল্লে। থাগী পুঙ্গোইগী মপুং

মপান্দা লৈবা মুরৈ ৱাওথাং শংথাংনবা মশক অদুনা ময়োং তেঙখল ওইনা হাপ্লে।। তুম্বানা নিংশানে, তুমবাগী মমাইদা কুপ্লিবা অদুনা পুঙ্গোই পাম্থোইবীনি।। অনিগী তাইনবদা হুৎলিবা, হোরিবা মখুন্না,খুরোয়ে অদুগী মনুং অখুবা অদুদা শজুম্বদগী মিউগী অখুবা লৈখুম্বু মনুং মপান ফাওনা চুপশিন্না লৈশোক্লদুনা পুঙ্গোইগী মনুংদা লৈরিবা শিংলি মৈরোম্বা অনিমকপু লৈশোক্ল থাদনদুনা মতম অদুদা লৈখন্নরক্কদবা পুরম্বু থৌয়েংনা (উয়েক ওইনা) পুঙ্গোইগী মনুংদা উয়েক্লে হায়বদি নুংঙাইবা পেন্ননবা ওইনরনি হায়বনে। চৈজিংনা শিংলি মৈরোম্বগী মতোন তেংবানবগী পেন্নরিবা মখুন অখুবা অদুদা উতোং ওইনা হুক্কুনা উয়েক ওইরিবা শিনুংদা হুক্লে।। থৌরম অসিদা নুংঙাইবা পোক্ল বা ৱাখনবু পোকহল্লিবা শিংলি অদুদা হুক্লে।। ময়োন ওইবা খোইরি অদুনা চৈচিং ওইরে, খোইদৌদগী কারক্লিবা ময়াই থংবা মরি লিশাবা কৌবা শিংলিনা চৈচিং ওইরকপা মরাং লাংশাবা পুম্নমক্লা শাবিক ওইনা হাপতুনা খোইরি মরি লিশাবাগী নাক-য়েৎ ওইদা কারিবা চংনিং হেনবা, তবোপ তয়াং শাবা শিংলি অনিবু পাদম্না লংহিং লংফাইনা হাপ্তুনা নোংশরিকপু য়ান্দুনা পুথোক্লি। পুঙ্গোইগী মনুংদা লৈবিবা, লৈফম অয়ুংবা লৈফম অদুগী শিংলি মচা অপুম্বনা পেনাগা চৈচিংগা অনিগী মরি লিশানা লৈথম্নদুনা শাথোক্লিদো । অউংবা কৌর্বদি, তেঙপানবগী হকচাং পুম্ববু লৈথুংনা ইফাওনা নুংঙাইবা লৈফম অদুনে ।। লৈফম অসিদগী হৌনরকপা নুংশি-নুংওন ৱাখন্দগী নুংঙাইবদি হকচাং পুম্বা লৈশিন্না নুংঙাই-তুচুং ইফাওনা, লুৱাই-কোরেল লৈশাৎনবগনিদো শিংলিগী খ্বাংনপ লৈফাববু, শাদম্না পেনা পুঙ্গোইবু লৈফারিবা মশক অসিনি, পলেম মমাগী শিওমনুংদা, মরু-ইহুন লৈতম্না মশকপু নাওয়োম্না লৈথেম্লগা খাগী থোংদা ইফাওনা মশকপু অপোক শাথোক্লগনি। পাওশা লৈতাকপগী পুঙ্গোই মমাই মেনবনি।। "

## পেনাগী শরুকশিং অমসুং শেম শাবগী মওংশিং

পেনা হায়রগা, খোংননবা যন্ত্রা মখলগী খুৎলাই অমদি মসিগা শাগোন্নবা শক্লরিবা ঈশৈ অনিসিবু খঙনদুনা লাকই । খোংননবা খুৎনা পায়গদৌবিবা পেনা অসি মশক মওং অনি শুরি। পেনাদা শরুক অনিথোক্লখায়দোক্লগা শীজিন্নৈ। শরুক অনি অসি মমিং তোংঙান্না লৈ । খুৎ য়েৎনা পায়গদবা অসিবুনা পেনা



চৈজিং, খুৎ ওইনা পায়রগা, থাদা পমগদবা অসিনা পেনা মরু হায়না কৌই। পেনা মরু অমদি পেনা চৈজিং অনি অসিনা পুল্লগা পেনা হায়না খঙনৈ। পেনা মরু খক্তনা নত্রগা চৈজিং খক্তনা খোংবা যাদে। অনি অসিনা পুল্লগা, তক্লদুনা লেনবদা মখোন থোক্কনি। পেনা মরুনা লৈমরেন ঈমাগী মশক্লি, চৈজিংনা কুরুগী শক্তম্নি, নোংথৌগী মশক্লি, ইপাগী মশক্লি। পেনা খোংবা, য়েংবদা লায়না উবা, তমদ্রগদি হৈগন্দবা পোৎশক অমনি। পেনাগী খায়দোক্লিবা শরুক অনি অদুদিঃ- **(১) পেনা মরু** অমদি **(২) পেনা চৈজিং** অসিনি খুৎ ওইনা পায়রগা থাদা পমগদবা পেনা মরু অসিদা অমুক তোংঙান তোংঙানবা মমিং কয়া খায়দোক্তুনা লৈরি। পেনা মরুদা য়াওরিবা মচাক মশিং মাপলনি। মখোয়শিং অদুদিঃ-**(১) পেনা মরু,(২)তেংখল, (৩) পুংমায়, (৪) শামৈ,(৫) চুমপুলি,(৬) উয়েক,(৭) উতোং, (৮) লৈনা অমদি (৯) উচান মরেক** অসিনি।

পেনাগী মচাক মাপল অসিগী মনুং চন্না তোংঙানবা মমিং খরসু হায়নৈ। হায়নরিবা মমিংশিং অদুদি-**(১) লেঙ্গোই মরি, (২) শামায়, (৩) ক্লাক্লে মরি** অমসুং **(৪) নুরা খ্বাংশেৎ** অসিনি।

পেনা খোংবা মতমদা,খুৎ যেৎনা পায়গদবা **পেনা চৈজিং** অসিদসু তোংঙানবা মমিং,পোৎশক কয়া থোক্লা অমুক য়াওরি। তোংঙানবা পোৎলম ময়াম অসিনা পুল্লগা পেনা চৈজিং হায়বসি ওই। পেনা চৈজিংগী পোৎলমশিং অদুদি ঃ-**(১) নারেং খোংজি, (২) য়োৎকোল, (৩) শরিক লং, (৪) শামৈ, (৫) শামৈ কোন্থাং, (৬) মোন, (৭) খুদুম, (৮) চৈজিং শায়াং** অসিনি।

পেনাগী চৈজিংবু অমুক কনাগুম্বা অখঙ-অহৈশিংনা মমিং তোংঙান্না হায়নবসু য়াওই। মমিংশিং অসি পেনাগী মচাক মাপল অসিগী মনুং চনবা ঙাক্তনি। মমিংশিং অদুদি ঃ-

**(১) চৈজিং য়োৎকোল, (২) চৈজিং চৈখোক, (৩) চৈজিং শায়াং,(৪) শামৈ কোন্থাং,(৫) শামৈ লং,(৬)শামৈ, (৭) শরিক লং,**

**(৮) শরিক,(৯) খুদুম, (১০) খুবীখাং** অমশুং **(১১) উচান মরেক** অসিনি।

পেনা চৈজিংনা নোংথৌ ঈপাগী মশক্কি। চৈজিংনা শাংবা হেল্লবদি ৱায় । চৈজিং শামৈনা খুদুপ্ অমা মখাই শাংগনি, শামৈগী মশিংদি তারা তরুক শুগদবনি। মসিনা ঈরম তরেৎ খোংলম মাপলগী মশক্কি। শরিক্কী মশিং চামা নিপাল শুগদবনি। মসি তাইবঙ্ মীওইবগী মিহুল চামা নিপালগী মশক্কি। চৈজিংনা শা অমা শাংগনি। চৈজিং চৈখোক্ খুবাক অহুম শাংগনি । মথক্তা তেংনৌ য়োৎকোল অমা অঞ্জি মওংদা কোনগনি। মখুল য়াঙ্খে মরি হুৎকনি। মখুলশিং অদুদা খুরৌলংনা খুরৌ চন্দুনা শরিক চামা নিপাল য়ানগনি। খুরৌলংনা মরি লিশাবা মরাং লাংশাবগী মশক্কি । মোন্না, পেনু লৈমগী মশক্কি। মোন্দা কোন্থাং অমা মতোন্দা পানগনি, অতোপ্পা মতোন অদুদা চৈজিং শামৈগী মতোন অমা মোন্দা য়োমশিল্লগা পানগনি। চৈজিং শামৈগী অতোপ্পা মতোল অদুনা খুবীখাংগী ফি অদুদা তুদুনা পানশিনগনি। খুবীখাং অদু চৈজিং চৈখোক্তা পাল্লগা শামৈ লংনা চৈখোক্কা পান্ননা য়েৎশিনগনি । মোনগী কোন্থোং অদুনা তেংনৌ য়োৎকোলগী মতোনগী কোচিদা কোৎশিনগনি।



পেনা হায়রিবা অরেন খুৎলায় অসি খোংননবা পায়বা মতমদা য়াম্না চেকশিন্না লৌনৈ। পেনাগী মরু অমদি চৈজিং অনি অসিগী পায়ফম, থমফম তোংঙান্না লৈরি। পেনা মরুনা ওইনা পায়রগা, ওইগী থাদা থমগনি, মাংলোমদা য়ুংনা ইন্থোক্তুনা থমগনি। পেনা চৈজিংনা খুৎ য়েৎনা খুদুম চেৎনা য়ুংনা পাযগনি। ওইগী মরুনা মখা থংলগা, য়েৎকী চৈজিংনা মথক্তা নম্লগা শামৈ অনি তক্লহনববু, পেনা খোংবা হায়না খঙনৈ। য়েৎ-ওই ওন্নবা য়াদে, ওন্নরবদি মখোনসু থোক্তে, তৌসু তৌহৈদে হাযনা লুনা লৌনৈ।

পেনাগীদমক উচান মরেক অসি য়াম্না মরু ওইবা পোৎশক অমনি। উচান মরেক য়াউদনা পেনা খোংবা য়াদে, মখোন থোক্লোই । উচান মরেক হায়বসি উচান পাম্বীদা থোকচবা, অনপ্পা মরেকপু,নিংথিনা খোমজিন্দুনা তাশিল্লগা শেম্বা পোৎশক্কি। পেনা অশৈবশিংনা পেনা খোংলমদাইদা, উচান মরেক অসি পেনা মরু অমদি পেনা চৈজিং অনিমক্কী শামৈশিংদা তক্কুনা শামৈশিং নপ্-নপ্ লাউনবা তৈশিল্লি। অমুকখক শামৈদা উচান মরেক তৈবনা য়াদে । পেনা শকপা খুদিংগী শামৈশিংনা মরেক রাৎলক্লবা মতমদা অমুক অমুক তৈশিন্দুনা খোংনৈ। গুসিদি

উচান মরেক্কী মহুত্তা, ভাইওলিনগী রোজোম হায়না খঙ্নবা পোৎশক অসি ওইনা তৈদুনা শীজিন্নরে। খোংবদি য়াই হায়ববু মসিনা পেনাগী নুংশিবা মখোল অদুদি ফংহনবা ঙমদে। অহল-লমন খরদি, উচান মরেক নত্তনা রোজোম শীজিন্নদবসু লৈরি। উচান মরেক অসি য়াম্না শেংবা, অরূবা, লাইরেম্বীনা তাইবঙ পানবগীদমক শিন্থবীরকপা পোৎশক্লিহায়না অহল-লমনশিংনা লৌনৈ। উচান পাম্বী অসিমক তাইবঙ মীওইবগী থানবা য়াদ্রবা পোৎশক অমসু ওইদুনা লাকই। পোকপদগী শিবা ফাওবদা উচান য়াওদবা য়াদে। উচানগী মতাংদা অসুম্না ইরম্বা থেংনৈ।

> **"লৈমরেল গুরু অনিনা অহানবা ওক্লরে, ওকশং কৌই। পুক্লিং অনিবু লাংনরে, লাংশং কৌই। লাংনরিবা পুক্লিং অনিবু উন্নবদা, চান্নরে উচান কৌই। মহাও মরেক থোকই উচান কৌই।"**

পেনা মরু অসিদা অমুক পেনা চৈজিংদা লৈখিবা তোংঙানবা মমিংশিং অদুগুম্না মরুগীসু মমিং খর লৈরি। মমিংশিং অসিদি পেনা মরুদা লৈরিবা পুংমায় অসি পাক-চাউবগী মতুংইন্না মখাগী মমিং অহুম অসি লৈ ঃ-(১) **হুইরোল পেনা, (২) লমঙ্গন পেনা** অমসুং**(৩) খুৎখোং পেনা** অসিনি। মখোয়শিং অসিগী পাকপা-চাউবা অমদি মান্নদবা মওংশিং অসি অসুম্না অমুক নৈনরি ঃ- **(১)** হুইরোল পেনা হায়না খঙনরিবা পেনাগী মরুদা তিংলিবা শউলগী পুংমায অসি, পাকপগী মতুংইন্না পেনাগী মওং মান্নদে, মশক মান্নদে। অসিগুম্বা পেনা মরুগী মান্নদবাগী মতুংইন্না পেনা মখল অসি তোংঙান্না খায়দোকই। হুইরোল পেনা পুংমায়গী অপাকপা অসি খুদোল অনি মখায় পাক্কনি। মসিবু হুইরোল পেনা হায়না খঙনৈ। **(২)** পেনা নৈনরকপদা, লমইন পেনাগী মতাং অসি য়াম্না মরু ওই। পেনা শকপা ওজাশিংনসু য়াম্না লুনা খন্নবা অমনি। পেনাগী মরোলদসু লমইন পেনা মরোল হায়না পেনা মরোল ময়ামগী মনুংদগী অমুক লৈজরি। মতাং অসিদা তাক্লিবা অসিদি পেনা পুংমায় খেন্নবগী মতুংইন্না খঙনবা মখল অদুনি। পেনা মখল অসিগী পুংমায়গী অপাকপা অসি খুদোল অহুম পাক্কনি। **(৩)** খুৎখোং পেনা অসিসু পেনাগী য়াম্না মরুওইবা অমনি। পেনা মখল অসিগী পুংমায়গী অপাকপা অসি খুদোল মরি পাক্কনি। খুৎখোং পেনাগী পুংমায়গী অপাকপা অসি, মিৎ ময়ুং অমা মারাক অমা, পেনা অচৌবগীনা মিৎ ময়ুং অনি, মফৈ অমা পাক্কনি, হেল্লবদি খোঞ্জেল ফজদে। খুৎখোং পেনাগী মরুনা ৱাই অমগী তঙ্খাই অমনা কোনগনি।

পেনা অচৌবা হায়দুনা, পেনা খোংবা ওজাশিংনা পায়নরিবা পেনা মখল অসিগী মরু অসি ৱাই মখাই অমা খুবাক্লা কোনগনি। হায়বদি-খুবাক্লা

কোল্লগা, খুবী অমসুং খুয়াইগী মরক্তা মিৎ ময়ুং অনি মরাক অমগী অশাংবা লৈহল্লগা চাওবা ওইগনি। পুঙজৈনা উয়েক য়াওনা, খুবাক অহুম শাংগনি। খোংদিং শামৈ খুদুপ অমা শাংগনি। উতোংনা খুত্তুম অমা শাংগনি। ৱাদি খোকৱা নত্রগা লোংঙা ৱানা ওইগনি। উয়েক্তী খুদোল মরি শাংগনি। পুংজৈগী শরুক্তা খুদোল অহুম শাংগনি। পুংমায় মথক্তা ৱাচেৎনা শাবা খোংদিং শামৈবু থাঙ্গৎনবা অদুগী মমিংনা তেঙখল কৌই। মসি লৈমরেলগী মশক্কি। খোংদিং শামৈগী মতোল অমনা উতোংদা লংজা তরুক্তা তাবা চুম্বুলিনা পুল্লি। লংজা তরুক্তা লোল্লিবা লিরোল অদুবু চুম্বুলি কৌই। চুম্বুলিগী মশক অসি পাম্থোইবীনা লোল্লম্বা লিরোলনি। খোংদিং শামৈগী মশিং তারাতরুক ওইগনি, মসিনা ঈরম তরেৎ খোংলম মাপলগী মশক তাকপনি। পেনাগী অসিগুম্বা নুংগী অকুপ্পা ৱারোল, ৱাংউলোন কয়া মীরোল অমদগী মীরোল অমদা চীনবুংদা থাজনবি অমা ওইনসু ৱারীনদুনা লাকই।

## পেনা শাবদা চঙগদবা পোৎলমশিং ঃ

পেনা হায়রিবা মৈতৈগী খোংননবা যন্ত্র অসি য়েংবদা ইচম চম্মী। মসি শাবগী পোৎচংসু থোইনা পংচঙ চঙদে, লায়না ফংবা পোৎশকশিংনা পুনশিল্লগা শাবনি। মৈতৈগী পেনা অসি,ৱারু,অৱাথবী, হিদাকফু, য়ুবী, ৱা, উ,শাউন, শামৈ, উচান মরেক, অশেঙবা চাক, মৈতাল, উহল মনা, য়োৎকোল, শরিক,লং, তারা মচাকশিং অসি লৈরবদি পেনা অমা শাবা হৌবা য়ারে। শাননবগীদমক খুৎশু-খুৎলাই থোইনা চঙদে। ইৎননবা অথৌবা থাং মচা, অচৌবা মখল খর অসিনা মরু ওইবনি। হৌজিক্তি মখুৎ হৈরবা মীওই কযা থোকলকপা অমদি অফবা মখলগী খুশু-খুৎলাই ফংনরকপনা, মেচিনগী মতেঙনা শাবা য়ারে, মতম চঙনা নুমিৎ কয়া চঙনা পেনা শানরম্বদু ঙসিদি অকক্ল বা মতমগী মনুংদা লায়না শাবা ঙম্ল



রে। পেনা অসি শাবা মতমদা পেনাদা লৈরিবা তোংঙানবা শরুকশিং অসি মশক থোক্লা অমমমতা হান্না শানৈ অদুগা কোন্না পুনশিন্দুনা অমত্তা ওইনা শেম্মী। অঙনবা মতমদা পেনা মরু অসি মখল কয়াদা শেম্নরম্বগী ৱা ফংঙি। পেনা মরু ওইনবগীদমক, খোম তুম্বাদা(তুম্বা অখাবী মখল অমা)শাবা অমা, ৱারুদা কোৎথোক্লগা শেমবা মওং অমা, অৱাথবীদা শেম্বা মওং অমা অসিনচিংবনি। কায়নথংদা য়ুবীনা শিনখিবগী ৱারী লীখুল মথক্তা নৈনখ্রে। ৱারু পেনা, খোম

**তুম্বা পেনাদি হৌজিকসু উবা ফংঙি অদুবু শীজিন্নবদি তৌনদ্রে। অব্রাথবীনা পেনা মরু ওইরগা খোংখি হায়রিবা পেনা মরু অসিমদি চীনবুংদা লৈহৌরি। হৌজিক হৌজিক শীজিন্নরিবা পেনাগী মরুদি য়ুবীনা শেম্বা অসিনা ওইরি। পেনা মরুগী মমায় অকোয়বা অসিবু পেনা পুংমায় হায়না কৌনৈ। মসি শাউন্না শেম্বনি। অঙনবা মতমদা পুংমায় অসি ব্বারুকাক্কা, লিনগী মউন্না, হংঙোইগী মউন্না, খৈরোই মউন, শনম্বা মউন্না তিংদুনা খোংনরম্বগী ব্বাফম মথক্তা নৈনখ্রে। শনম্বা মউন্না তিংবগী মতাংদা পণ্ডিত ঙারিয়াম্বম কুল্লচন্দ্রনা অসুম্না ইরি ঃ-**

> **"অৱাং কৌব্রুদা খুম্থোকঙৈদা,**
> **কোরৌ শরিক লেম্বনা পায়বা পেনাদি**
> **শনম্বা মউন্না তিংঙে..।"**

ব্বাফম অসিগী মতুংইন্নদি শনম্বা মউন্নসু পেনাগী পুংমায় তিংনরম্মী হায়বসি তাকই। শনম্বা হায়বসি মতম অমদা লমদম অসিদা মরাং কায়না ফংনবম্বা শা মখল অমনি। হৌজিক্তী, ষন মউন্না নীংথিনা ঈশিংদা তিংলগা, থাংনা পানা ইত্তুনা শেম্লগা, তিংদুনা খোংনরে। লাইরেন মউন্না তিংবা পেনা পুংমায় পায়নবা কনাগুম্বা মীসু লৈরি। পেনা পুংমায় অসি, নীংথীনা থাংনা ইৎথোক্লবা শাউন অদু, মরুগী পাক-চাওবা নাপ তমদুনা কোইরোক কোইনা কল্লগা, নপ্পুনা শেমই। শাউন অসি মরুগী পুংমায়দা নপহন্নবগীদমক-চাক, মৈতাল, লৈপাক্লে মরু অমদি উহল মনা অহুম অসি পুন্না শুগায়রগা নপশিল্লি। নপ্পবগীদমক খুৎ চংনা থৌরাং তৌই। অসিগুম্বা অঙনবা মতমদা নপ্পবা শীজিন্নরল্লিবা মচাকশিং অমদি চৎনরল্লিবা মওংশিং অসি ফোক ট্রেদিসনগী ফজরবা মশক অমনি। মসিনা খুল্লক্কী খুৎ-শা হৈবগী মওং তাকপগা লোয়ননা পেনা শাবগী মশিল অমা ওইনা লৈরকই হায়বসু খঙবা ঙম্মী। হৌজিকসু পেনা খোংবা ওজাশিংনা পায়নরিবা পেনা অসি তোংঙান্না শাফম, মফম লৈরি। পেনা খোংবা মীনা পেনা শেম শাবগী থবক অসি তৌনরকই। শেম শাবগী থবক অসি নাৎকী চৎনবি অমা ওইনা মৈনা ব্বায়, তাংনা শম হায়না চৎনরি। হৌজিক্কী মতমদা শাবা পেনাদি মথক্তা পঞ্জখ্রিবা নপ্পবা মচাকশিং, তৈনবা মচু অঙনবা মওংগী পাম্বৈশিং অসিদগী তোংঙানবা মওং অমদা শানরে। দুকানদগী ফংবা ফেবিকোল গম শীজিন্নদুনা নপ্পরে। পেনা পুংমায়দা শউন্না তিংলকপগী মতাংদা **"খমুং ইঙাল লৈশাবা"** লাইরিক্তা ইরি।

> **"মুকমু হাইমৈচোননা-খোইরিনা খোইশেৎপা, খ্বাংলি**
> **লি ফাববু লৈতম্না, পেনাগী পুঙ্গোই মমাইদা খ্বাংলি ফিশেৎ**
> **লাকপনি। শজুম্বা মিউবু উম্না পুল্লিবা পানা থোৎপী পুঙ্গোই**

**ময়াইদা নপ্লিবা লৈতক উয়েক শেক্লা নপ্লবু লৈতম্না পেনাগী পুঙ্গোই ময়াইদা তেঙ্গখনবু হাপ্লনি। পান্থোইবীগা পন্থৌবগা অনিনা তক্লববু তেংবানবগী পেম্নফম অউংবা ওইনা শাথোক্লগদবা পরম্বু লৈতম্না শাঙন্নবা অদু পুঙ্গীদমকপ নখুৎশু অসিবু ঐনা পেনা হাম্না লৈহুনবনি।। মশক্তি পেনানা লৈশিরেনগী মশক্তি, চৈচিংনা ঐগী ইশকপু ওইজনা নোংদম্বগী লৈফমদা লৈহুন ওইনবা লৈথেন্নসি নোংতম্না লৈথেন্রে।।"**

অসুম্না,তোংঙান তোংঙাম্বা শাউন কয়ানা পেনাগী পুংমায়দা হাপখিবগী ৱারোল ঐখোয়না থেংনখ্রে। মথক্কী ৱাফমদা, **মুকমু হাইমৈচোন** হায়বসি খৈরোই নি হায়না "খম্লুং ইঙাল লৈশাবা" লাইরিক্তা পল্লি। খৈরোই হায়রিবা অসি মমৈ শাংবা অমদি মমৈগী শরুক অসি জুম-জুম লাওবা, অপিকপা শা মখল অমনি। শা মখল অসি লাইরিক্তা য়াওরমলিবা অসিনা অঙনবা মতম অমদা মরাং কায়না লৈরম্বা য়াই হায়না লৌবা য়াই। হৌজিক্কী ওইনদি লমদম অসিদা খৈরোই অসি পংনা উবা ফংদে। মণিপুরদা অঙনবা মতমদা লৈরম্বা শা-ঙা,উচেক-ৱায়া, হৈ-লৈ কয়া ঙসি লমদম অসিদা লৈশিল্লকত্রি। মালেমগী হোংলক্লিবা মশক অসিনা মুৎখিবা ওইরমগনি হায়না থিজিন--খোৎচিনবদগী ফংই। মখা তানা থিজিনবদা,মুকমু হাইমৈচোন হায়বসি ষনবু খঙনৈ হায়না পেনা শকপা লাইশ্রম লৈবাকমচানা মহাক্কী ওইবা ৱাফম ফোঙদোকই। হৌজিক্কী ওইনদি পেনা মরুগী মমায়দা হাপ্লিবা অসি যনগী মউন্নি।

মৈতৈশিংনা যাম্না অঙনবা মতমদগী মচু শঙবা,পোৎ লীবা হায়বসি চৎনদুনা লাকই। পোৎ অমা মচু শঙবা হায়বসিনা, পোৎশক অদুবু যেংবদা ফজহনবা খক্তা নত্তনা, তীন চাদনবা মশা তনান-তনান্না উবা অমসু ওইহল্লি। পেনা মরুগী মচু ফজনবা অমদি মশা নান্না উননবা,পেনা শাবা লোইববা মতুংদা, খেকউ হায়রিবা উসিগী মরেক খোমদুনা, শাবা লোইববা পেনাগী মরুদা তক্লগা শেম্নরকই। খেকউ মচু অসি তৈবদা পেনা মরু অসি, মুবৈননা অরংবা মচু অমা উবা ফংঙি। ঙসিদি,খেকউ মচু তৈবা, শঙবা অসি পংতৌ তৌনদ্রে মদুগী মহুত্তা, দুকান্দা ফংবা রং, থাও তৈদুনা পেনাগী মচু শেম্বা হৌজিক্কী মতমদা চৎনরে। মসিমক্তা মতম অমগী চৎনরম্বা পোৎশক অদু মাঙখিবমক্তি ওইদ্রি। খুল্লক্তা কনাগুম্বা অহল-লমন পেনা অশৈবশিং অমদি উশুবা মীওইশিংসু হৌজিক ফাওবা খেকউ তৈবা অসি শীজিন্নবা য়াওরি। পোৎচাক ফংনরক্তবা, শেম শাবদা মতম চঙবা অসিনা খেকউ তৈদুনা মচু শঙবগী শিনফম অসি পায়নরক্তবগী মবম অমা ওইরি।

পেনাগী শামৈবু, পুংমায় মথক্তা কাংখৎনা থম্‌ননবা, শামৈ খাংননব' ৱাচেৎনা ইত্তুনা শেম্বা পোৎ অসিবু তেঙখল্ হায়না খঙনৈ। অরিবা লোলদা "ফোনলাং" হায়বসি পেনাগী তেঙখল্ অসিবু খঙনৈ। তেঙখলবু অমুক লাইরেম্বীগী চীংমৈশাং হায়না খঙনৈ। তেঙখল্ অসি লাইরেম্বীগী চীংমৈশাংগী মওং লৌরগা শেম্বনি । লাইরেম্বীগী হকচাংগী শরুক অমনি হায়না পল্লি ।

**"লৈমরেনকি ফোনলাংতকি পরিং অমা চিংথোক্লে । পরিং অমনা কৌপরুনে। অনিনা খোং অমা শেম্লে, খোং মাতি নুংশিৎনে । থাংচিংনা খুত্তুম ওইরে, কৌপরুনা নমখাং ওইরে, অপানাকা মায়োক্লরে ।"**

পেনা হায়বা যন্ত্র অসি শেমগৎ-শাগৎপদা, পেনাদা য়াওবিবা মচাকশিং অসি অমমম ওইনা নৈনবদা তাইবঙ হকচাংগী ওইবা পোৎকা মরী লোয়নমক লৈনরি। মখা তানা পেনা মরুগী শেমগৎ-শাগৎপগী মতাংদা মচাক কয়া অমসু লৈরি। পেনা মরুগী মনুংদা, মচৈ অমনা মনুং মপান্ ফাওনা শাংনা লেংলগা ইন্থোকখি। অহানবা পেনা মরুদগী ইন্থোকখিবা মচৈ অসিবু উয়েক কৌই। উনা ইৎতুনা শাবনি। উয়েক শারিবা অসি উনিংথৌ উশিংনা শানৈ। মসিগী অশাংবা অসি খুত্তুম অমগী মফৈগী অশাংবা ওইগনি হায়না অখঙ অতৈশিংনা তাকপি। পেনাগী শরুক্তা উ শীজিন্নবা য়াওরিবসি, উযেক হায়রিবা অসি নত্তনা পেনাগী অতৈ মফমদা উ য়াওদে। উয়েক্তা হেক থংননা লৈরিবা অসি পেনাগী উতোং হায়বসিনি। মসি অপিকপা অচুম্বা উতোং ৱা মচা অমনা শাবনি। উতোং অসিদা পেনা মরুদগী ইন্থোকলকপা উয়েক্তা অমুক শমজিন্নদুনা তিংথোকখি । উযেক্তগী ৱানা শম্নখিবা মচৈ অসিবু উতোং হায়না কৌই । উয়েক-উতোং অনি শম্নদ্রবদি পেনা ওইদে। উয়েক-উতোং অসি পেনাদদি য়াম্না মরু ওইবা পোৎশক অমনি । পেনা মরুগী নাকন্দগী তিংলকপা শামৈনা উয়েক-উতোং মথক্তা তিংগনি। চুমপুল্লি হায়বা থৌবিনা উতোং অসিগী মথক্তা তিংলক্লিবা শামৈশিং অসিদা চেকাশন্না পুন্দুনা থমগনি। পেনা খোংবশিংনা পেনাবু খোংবা মতমদা মখোল থোক্লবগীদমক খুৎনা নল্লিবা অসি উতোং মথক্তনি। খুৎশা মরীনা নম্বদা নুংশিবা মখোল কয়া থোকলিবা অসি উতোং অসিগী মথক্তা নম্বা মতমদনি। উগা-ৱাগা চেকশিন্না উচল চানা শেম্বা হায়বসি অতৈ পোৎলমশিংদা পংশি শীজিন্নদে, পেনাগী উয়েক-উতোংখক্তদা শীজিন্নৈ। পেনাগী উতোং অসি অতৈ ৱা মখলনা হেক্তা তৌনদে, উতং ৱানা ওইগনি। খুবী তিংনা খুত্তুম তাশিনবদা ওইবা অশাংবা অদুনা উতোংগী অশাংবা ওইগনি। পেনা মরুদা শামৈবু পুল্লপ্ থৌরি অমনা উতোংদা পুল্লগা, অনোপ্-অতিং তৌদুনা (সুর শেম্বা) খোন্থোক অৱাংবা-অনেম্বা খোংননবা শেম্বা অসি অরায়বা পোৎশক অমা নত্তে। পেনা শামৈ পুল্লিবা মফম থৌরি

অসিবু চুমপুল্লি হায়না কৌই । পেনা খোংবা মতমদা ঈশিং হৈদুনা মফম অসি চোংহল্লগা খোম্থোক শেম্নৈ। চুমপুলি অসিসু অচম্বা থৌরি অমনা হেক্তা ওইনদে। লংজা তরুক্লা তারগা শেম্বা থৌবিনি। পুনবগী মওংসু ইলায় লায়না পুন্দে। পেনা মরুগী উতোংদা শামৈবু চুমপুল্লিনা পুল্লিবা খুপুল অসি তোংঙানবা খুপুল অমনি। পাক হন্দোকপা ঙমদবা, পেনাবু কুইনা খোম্থোক হন্দনা লৈহনবা ঙম্বা খুপুলনি। পেনা মরুদা লৈরিবা শামৈবু, উয়েক-উতোং শম্নফম মপাদা লং অমনা সুপ্না পুন্দুনা থম্মী । পুন্দুনা থল্লিবা মফম অসিবু সুপ্পুল নত্রগা লংগী খুজি, খ্বাংশেং নমখাং হায়না কৌনৈ। পেনা খোংবা মতমদা, খুৎশাশিং সুপুল অসিদগী হেঞ্জিন্না পায়বা, চৎথরকপা চৎনদে। নুংগী ওইবা ৱাসু মনুংদা লৈরি, মাইবগী কাংলোননি হায়নসু হায়নৈ। ঈমা-ইপা অনিগী থম্মোয়বু সুপ্না পুনবা ঙম্মী হায়বগী সুপুল কৌবনি অসুম্না পেনাগী ওজাশিংনা তাকপি। শামৈ হায়বা অসি পেনাগী মখোল, নুংশিবা খোম্থোক কয়া অসি পুথোকহল্লিবা খ্বাইদগী মরু ওইরিবা মচাকশিংগী মনুংদা অমনি। পেনাগী মরু অমদি চৈজিং অনিমক্তা তিংলিবা শামৈ অসি শগোল মমৈনি। ময়া লোইখ্রবা শগোলগী মমৈনা খাক্কে, তৎকন্দে হায়না পেনাদা শীজিন্নৈ। অঙনবা মতমদদি পেনাদা শামৈ শীজিন্নদ্রিঙৈদা লংনা, কেৱা মশিংনা শামৈগুম্না শেম্নগা খোংনরম্মী। কেৱা মশিংনা শেম্নগা খোংনবা পেনা অসি করম্বা মতমদা অমদি কনানা হান্না শেমদুনা শীজিন্নখিবগে হায়বা চপ চাবা হায়বা ঙমদে। অদু ওইরবসু অঙনবা মতমদা শামৈগী মহুত্তা শীজন্নরম্মী হায়বসিমদি অখণ্ড- অহৈশিংদগী খঙবা ঙম্মী। কেৱা মশিং অসি যাম্না কনবা, লংগুম্না মশিং যাম্না য়াওই । কেৱা পাম্নী মপুং ফাববা মকা অমাবু, খুৎ চঙনা পোপ্ পোপ শুগায়রগা, তৎহন্দনা শাংনা শাংনা মশিং লৌরগা শেম্বা মওংনি। মতম চঙই অমদি লৌবা হৈব্রগদি যাম্না তৎকনবা পোৎ অমসু ওই । শামৈগী মহুৎতা খোংনরম্লসি, কেৱা মশিং অমদি লংতং অনি অসিনি। হৌজিকসু শগোল শামৈ ফংদবা চীংগী লমশিংদা, মরু ওইনা তাঙখুল পেনা তিংতৈলাদা শামৈগী মহুত্তা লংনা ভিংলগা খোংবসি চৎনরি। পেনা শামৈদা মচু অনি-- অঙাংবা মচু অমদি অঙৌবা মচু অনি অসি থেংনৈ । পেনা খোংবগী অপাম্বা অমদি অফং-ফংদগী মতুংইন্না শামৈ শীজিন্নৈ। মতম অমদা লমদম অসিদা শাগোল মরাং কায়না লৈবকপনা পেনাগী শামৈসু মরাং কায়নবম্মী। ঙসিদি পেনাগী শামৈ থিবদা অৱাব অমা ওইনরি।

ওইনা পায়গদবা পেনাগী মতাং শেমগৎ-শাগৎপগী ৱাফম অসিগী মতুং তাবকপদা য়েংনা পায়গদবা চৈজিংগী মতাংদা অমুক তোংঙান তোংঙান্না নৈনবি। চৈজিং অসি ওইননবা হোৎনবদা,তোংঙানবা পোৎলম কয়ামরুম অমা চংঙি। হায়বিবা পোৎলমশিং অসি শুনবা য়াওরবা মতমদা পেনা চৈজিং ওই। পেনা

চৈজিং শাগৎপদা অহানবা য়োৎকোল মথৌ তায়। য়েৎনা পায়গদবা, ইপাগী মশক্তি হায়নরিবা, অঞ্জিগী মওং লৌরিবা অসিবু পেনা য়োৎকোল হায়না খঙনৈ। মসি য়োৎনা শাবনি। অঙনবা মতমদা য়োৎকোল অসি শীজিন্নরমদে, উরৈরোম লাবা হায়না খঙনবা, লৈ পাম্বী অমগী মশানা কোন্দুনা শেম্মরম্মী। মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখঙবগী মতমদা নহাবা মোইরেংজাম্বানা, পেনা চৈজিং অসি য়োৎনা শেমদুনা শীজিন্নবা হৌখি হায়না অখঙ-অহৈশিংনা তাকপি। পেনাগা মান্ননা খোংবা, চীংমী ইচিল-ইনাওশিংগী যন্ত্রদদি চৈজিং অসি য়োৎনা ওইনদে। চৈদা, লীদা, ৱাশাদা কোন্দুনা শীজিন্নবা থেংনৈ। পেনাগী চৈজিং ওইগদৌরিবা য়োৎকোল অসি য়োৎ মতুম তাবা অমদা মওং তানা য়ৈদুনা ইৎলগা শেম্মৈ। পেনা শাবা হৈবা মীনা য়োৎকোল অসি শাই। য়োৎকোল অসিগী শাংবা চাওবা অমুক তোংঙান্না লৈরি। পেনা য়োৎকোল অসি য়াম্না শাংলবদি খোংবদা নুংঙাইতে। মরম অদুনা পেনা শকপা ওজাশিংনা পেনা শাবা মতমদা চপচাবা মওংদা পেনা অসি শাহল্লি। অমুক শাখিবা পেনানা মতম কুইনা শীজিন্নবা য়াই। চৈজিং অসি য়েংবদা অঞ্জিগী মওং মান্না উই। পেনা চৈজিংগী মশা লোয়নমক্তা য়োৎ ওইনা শীজিন্নদে। পায়বদা নুংঙাইনবা অমদি ফজনবা মওংদা য়োৎকোল অসিদা, নীংথিনা মতোল তুমতক ইৎলবা চৈখোক অমা (ৱাচেৎনা ইৎলগা শেম্বা) মখোক ওইনা পাল্লি, খুৎ পায়ফম ওইনবা শীজিন্নৈ। য়োৎকি শরুক্কী মখা ইথং থংবদা, ৱাচেৎ অকনবা অমনা ইৎলগা শেম্বা পোৎশক অসিবু পেনাগী চৈখোক হায়না খঙনৈ। পেনা চৈজিং অসি য়োৎ তঙ্খায় চৈখোক তঙ্খায় অনিনা ওইরগা শেম্বনি। য়োৎকোলদা চৈখোক হাপ্পা অসি লৌথোক-লৌশিল য়াগদবা মওংদা শেম্মৈ। পেনা অসিদা য়েংবা নুংঙাইনবা লৈতেঙগী পোৎ খরসু অঙনবা মতমদগী য়াওরক্লি। পেনা মরুগী উতোংদা কিরিবা চুমপুলিদা যান্থরিবা, পাক্তক তৌবা লৈতেঙগী ওইবা পোৎ অসি শামায় নত্রগা চোমাই হায়না খঙনৈ। শামাই অসিদা য়ান্থরিবা জম্-জম্ লাওবা অসিনা লৈনা হায়না খঙনৈ। ঈমাগী লৈরাং থোনবগী মওংনি,অমরোমদা মমৈবু ময়ানা চিক্লিবা তাইবঙ্ মপুগী মওংনি। অসুম্না শৈথানৈ।

পেনাগী শামায় অসি লৈতেঙগী ওইনা য়ান্থবনি। অহানবদা ৱারুকাক্লা শেম্লগা ওইনরম্মী হায়নৈ। মতুং তারকপদা, কাব্রংগী লংহুম্না অমদি ফিনা তুরগা, কোঙ্গোল ময়েক্, পাখঙবা ময়েক হাপতুনা ফজনবা মওংদা শেমখি। হৌজিক হৌজিকসু পেনা মরুগী উয়েক মতোন্দা শামায় অসি লৈতেঙগী পোৎ অমা ওইনা য়ান্থদুনা শীজিন্নরি। পেনাদা য়ান্থরিবা শামায় অসিগী মওং ময়েক অসি অমগা অমগা মওং মান্নদে। মানা মানা পামজবা ময়েক্তা শেম্মৈ। কনাগুম্বা য়ুমদা পেনা তম্নবা শীজিন্নবা মতমদদি শামায় অসি য়াওদনা তম্মৈ ।

**নোং শরিক** হায়বসি, লৌবুক-লম্‌হাংশিংদা হৌবা, পংচাও-চাওদবা, উ হৱায় মতোল হাইরপ্ মানবা পাম্বী মচা অমনি। মপান শাৎপা লোয়বগা মহৈ নিংথিনা চারোং চারোং য়াল্লি। মহৈশিং অসি কংলবা মতমদা নীকপদা শৃক-শৃক লাওবা মখোল নুংশিবা অমা থোকই। উরৈরোম লাবাদা নত্রগা ৱাশাদা কোন্দুনা মথক থংবা মতোন্দা নোংশবিক মহৈ অসি য়ানশিন্দুনা পেনা চৈজিং ওইনা শীজিন্নবা চৎনরকই। য়েংবদসু ফজৈ। অঙনবা মতমদা শবিক্কী মহুৎ ওইনা শীজিন্নরম্বগী ৱাবী ফংঙি। ঙসিদি নোং শরিক্কী মহুৎতা সেন্না হৈরগা শাবা



শবিক ওইনা পেনা চৈজিংদা শীজিন্নরে। নোং শবিক অসি মহৈ পানবা মতমদা মহৈশিং অসি লোংনা লোংনা মথং মনাও নাইনা পাল্লি। লোংনা পল্লি হায়দুনা কনাগুম্বনা **"লোং শরিক"** হায়না কৌনবসু লৈ। পেনা চৈজিংনা মথক-মখা চাং নাইনা লেনবদা ঈশৈ মখল, শৈশক্কী মতুং ইন্না তাম্থা অমমম্ তাবদা নুংঙাইনবা পেনা খোংবনা শীজিন্নে। মতম অসিদা পেনাগী শরিক মখোল অসি থোকই। পেনা শরিক অসি পেনা চৈজিংনা থক খা অনিমক্তা থোকহল্লি। পেনাদা শরিক্কী ফজবা নুংশিবা মখোল তোংঙান্না য়াওরি। মসি তোপ-তোপ্পা পেনাগী মশক অমনি। শবিক অসি শাফম তোংঙান্না অমুক লৈরি। অহৈবম শাগৈনা শরিক অসি হৈনৈ। হৌজিক্কী শরিক অসি হৈবা অহৈবা মী পংলে লৈরক্কে। পেনাদসু অশেংবা মৈতৈ শরিক শীজিন্নবগী মহুত্তা মপান্দা ফংবা শবিক্তা শিনবসু য়াওবি। মসি, লমদমসিদা নাৎকী শক্তমদা হোংলক্লিবা পোৎশক অমনি।

শরিক হায়রিবা পোৎশক অসি অপিকপা, য়াম্না নুংশিবা খোঞ্জেল থোকপা, তাম্থা ইন্নবা পোৎশক অমনি। ঈশৈ অমা শকপদা নত্রগা জগোয় শাবা মতমদা তাম্থা অমা ইল্লগদি, মদুবু তাবা মতমদা তাবিবা মীওইশিংনা মশাদা নুংঙাইবা ইহুল অমা ফাওই। অসিগুম্বা ইহুল পীরিবা পোৎশক অসি অঙনবা মতমদা পেনাদা য়াওরক্কে। শরিক অসি অহানবদা শনিক হায়বম্বগী মওং থেংনৈ। তাম্থা ওইনবা শ্রিক-শ্রিক লাওবা অপিকপা মখোল থোকপা পোৎশক অসি লৈরম্বা অমদি পুথোকলকপগী মতাংদা **"খম্লুং ইঙাল লৈশাবা"** লাইরিক্তা অসুম্ন অমুক ইরম্মী।

"অতিয়া শিদবনা খোইয়ুমশিংনা মাগী মাগী মখুৎশুবু শাথোক্লনা

উংলৌ য়াইবিরেনগী লাইমিংবু মশক শোন্দুনা সনা ফম্বাল কোইজাইনববু উরে, খঙলে। মতমদি ওইরে অদুবু খোইয়ুমশিংনা শেম শাখিবা অসিবু তেঙপানবগী মপু য়াইবিরেনবু য়াকাইনবদি য়াওদে কমদৌসিবা, হি মশক য়াই অসিগি লৈশিরেনগা ইবানিগী মঙম ওইরে অদুনিদনা খোইয়ুমশিংনা শেম-শাদুনা লৈনরিবা। উম খঙঙে মশক অসিদি লুতুংগী চৎনলম অমবু শেন্নগে মতমসু ওইগদবা নুংশাংদরে (খোইয়ুম লাইগী মপোকসু) লোয়রবনি খোইয়ুম লারে লাথুপ শাথোক্লগদবা মঙাইরে অদুনদি অদুনদি ইদাইরেন লৈশিরেনগী সনা হকচাংবু করি লৈবগে লৈথিদবা য়াদ্রেদনা হায়বগী ৱাখন্না ইবেম্মাগী সনা হকচাংবু লৈথিদনা লৈয়েংবদা করিবু থোইনা হক্লা উবা ফংদে। হি : করিনোদা তৌওম্মীবা অসিবু হায়না হন্না হন্না য়েংবদা, ময়াই সুমদোং পান্দগী হাইথরকপা ইবেম্মাগী পুঙ্গোইদগী হেন্না উবা তানফংদরে। ওন্থোকইদা অসি ওইরে, ঐনা অসাই মখে লৈথিবিবদি অদু মঙাইরে নোংদম্বনা নোংদম্বা অদুদা থৌঙমনবা থৌপুবা হায়বা অদু ঙাইরে পল্লেপ্তুনা খুৎনা লৈমেত্তুনা মশক অমা ইবেম্মগী পুঙ্গোইবু লৈতেম্না ময়াইদা (অখুরোক) লৈশেম্ন শারে। মতুংদা মরুগী সনা হকচাংনুংদবু লৈয়েংলগা সনা হকচাংগী ময়াই সুমদোং লৈফমদা লৌদুনা লৈপান্দুনা মশকপু শাগৎপা লোইদুনা শাফোংলে। খুৎপাযফমবু শেমদুনা লিপুল্লগা নিকপদা শ্রিং শ্রিং, কৃং কৃং হায়বা য়াৱা ইখোলবু শাফোংলে। হি মসিদি করিনো থৌকাওবা য়াদবা য়ৱাবু তাহল্লিদা মশক অসিবু পায়দুনা নিকত্রবদি য়াৱা ইখোল শাফোংদে পায়রুরগা নিক্লগতা য়াৱা ইখোলবু লৈহোংদনা শাফোংঙি। মমিংবু শানিক লৈহুন্না লাইমিং মেরুববু (নোংলুম কৃং) লৈখৎনা লাইরক চন্দা থল্লসি, মশক অসিদি ইদাইবেন লাইনাওতাবী লাইয়েক য়াৱা শাফোংবী নঙগী নখুৎফা ওইঙমলো কুবি নোংদম্ন শনিকপু লাইনৌতাবীনা মখুৎশু ওইজরে।"

শামৈ অসি পেনাগী য়েৎ-ওই অনিমক্তা হায়বদি ওইনা পায়গদৌরিবা মরুদা তিংলিবা শামৈ অমদি য়েৎনা পায়গদবা চৈজিংদা তিংলিবা শামৈ অনিসিদা অমমম্ হাপতুনা শীজিন্নৈ। চৈজিং শামৈ হায়বদি য়েৎনা পায়গদৌরিবা পেনা চৈজিংদা তিংলিবা শামৈ অসিবু খঙনৈ। অদুগা, পেনা মরুদা তিংলিবা শামৈ অসিবুনা খোংদিং শামৈ হায়না খঙনৈ। শামৈ অনি অসি শাংবা মান্নদে। চৈজিং

শামৈনা খোংদিং শামৈদগী শাংবা হেনগনি। চৈজিং শামৈদি খুদুপ্ অমা মখায়রোম শাংনৈ। চৈজিং শামৈ অসি শাগোল লাবগী শামৈনা ওইগনি অদুগা খোংদিং শামৈনা অমোম্গী শামৈনা ওইগনি। শামৈ হাপ্পা মতমদা পরম্ চুম্না লাবা অমোম্ খঙনা হাপকনি। পরম্ চুমদ্রবদি পেনা মখোল নুংশিদে হায়না লৌনৈ। থাজনবি অসিদা নুংগী ওইবা ৱাফম পা-পী অনিগী মরি লৈনবা মশক তাক্লি। হৌজিক্কী মতমদা শাগোল মরাং কায়না লৈনরক্তবা, পেনাগী শামৈ ফংনরক্তবনা, শামৈগী মহুত্তা ভাইওলিনগী প্লাস্টিক স্ত্রিং হাপ্তুনা খোংনবসু চৎনবক্লি। খোংবদি য়াই অদুবু পেনাগুম নুংশিবা মখোলদি ফংদে। পেনাদা য়াওরিবা অপিকপা পোৎলমশিংগী মনুংদা কোম্থাং অসি পনবা যাই। কোম্থাং হায়রিবসি য়োৎনা শাবা অপিকপা লৌশিন্নবা কোচি অমনি। তেংনৌ য়োৎকি মতোলগী লৌশিন্ননবা কোৎশিন্নবা কোচিবু "কোম্থাং" হায়না কৌই। চৈজিং শামৈগী মথক্কী মতোন্দা অপিকপা খুজি মচা অমাগা হায়রিবা কোচি অসিগা লৌশিন্নগনি। মখা থংবা পেনা চৈজিংগী মোন্দা অমগা অমুক লৈগনি। অসুম্না চৈজিংগী মথক মখা অনিমক্তা কোম্থাংনা লৌশিল্লি। শামৈ অসি লৌশিন্নদুনা চপ্ তিংহল্লবা মতুংদা শামৈ অনি তক্লদুনা পেনা খোংবা য়াই। শামৈ কোম্থাংগুম্না অপিকপা ফিনা মতম তাদুনা শাবা পোৎশক অমা পেনাগী চৈজিংদা য়াওরি। মসিবু পেনাগী "মোন" হায়না খঙনৈ। হায়রিবা মোন মচা অসি চৈজিং শামৈ মথক-মখা অনিমক্তা লৈগনি। লৌশিন্ননবা খুজি মচা অমমম্ মোন অসিদা হাপ্পি। মোন অসি হায়রিবা খুজি মচাশিং অসি হাপ্পা য়ানবা চৈজিংদা য়াওবনি। শামৈ হাপ্পদা "মোন" অমদি "কোম্থাং" অসি য়াওদ্রবদি শামৈগী হাপফম লৈতে। মরম অদুনা পীকচবলসু মখোয়গী চন্নফম চাওনা লৈরি।

পেনা চৈজিংগী তেংনৌ য়োৎকোলদা, ময়াংদা হুৎলিবা অপিকপা মখুল মচাশিং অসিদা লিবৌ তৌদুনা শরিকশিং হাপ্পবা তাদুনা শেম্না লং অসিবু "লং থাংজি" হায়না খঙনৈ। লং থাংজি অসি পাক-পাক শিন্নদে অমুক তাদুনা হাপখিবনা মতম্ কুইনা চৎনৈ। লং থাংজি অসি তাবা হায়দুনা অঙনবা মতমদগী চৎনবি অমা ওইনসু লৈরি। লংশা মচা মযাম ফাইদুনা শেম্না পোৎনি। য়াম্না কল্লি। অপিকপা লং অসিনা পেনাগী শরিকশিংবু মথং-মনাও নাইনা লেংদুনা পেনাগী চৈজিংদা পবেং শানা লৈহনগনি। হৌজিক্কী মতমদা কনাগুম্বনা পেনাগী শরিকশিং অসি লং থাংজি তারগা পুনবগী মহুৎতা তারনা (বাইন্দিং ৱায়র) পুনবসু থেংনৈ। মসি তৌহৈদে হায়না অখঙ-অহৈশিংনা হায়নৈ। ❑



অনিশুবা পন্দুপ

# পেনা অমসুং মখল

## পেনা অমসুং পেনাগী মখল ঃ

পেনাগী মখল অসি পেনাগী মচাক ফংবা অমদি খেন্নবগী মতুংইন্না, মখল মওং মরি লৈরম্বা থেংনৈ। মখলশিং অদুদি -**(১) খোম তুম্বাগী পেনা, (২) ব্রাকুগী পেনা, (৩) য়ুবীগী পেনা** অমসুং **(৪) অব্রাথবী পেনা** অসিনচিংবনি। মতুং তারকপদা, পেনা অসি মওং-মখল অনিদা শীজিন্নৈ। হৌজিক হৌজিকসু পেনা মখল অনি **(১) পেনা মচা** অমদি **(২)পেনা অচৌবা** হায়না শীজিন্নরি ।

পেনা মচা অসি খুৎখোং পেনা হায়না খঙনৈ। পেনা মচা অমদি পেনা অচৌবা অনি অসি মশক মওং থোইনা খেন্নবা লৈতে। পেনা মরুদা চাওবা পিকপা খেন্নবা অসি খক্তনি। চাওবা পিকপা খেন্নবগী মতুংইন্না খোম্লোকসু খেন্নৈ। পেনা মচাগী মরু পিকই, মরু পিকপনা উয়েক -উতোংসু পিক্লে। পেনা অচৌবদি মরু চাওই। খোংবা মতমদা মখোল চাওবগা লোয়ননা হৌই। পেনা মচা অসিসু অৱাংবা খোম্লোক থোকই। মখোল পিক্তক



তৌনা য়াক্লা থোকই। অঙনবা মতমদা, পেনা মচা অসি মরাং কায়না শীজিন্নরম্মী হায়নৈ। হৌজিকসু চকপা কাঙলুপশিংদা পায়নবা য়াওরি। লাই ইকৌবা অমদি নিংথৌশিংনা শামু তোংদুনা খোঙলেঙবা মতমদা, শামু মতুংদা খুৎখোং পেনা (পেনা মচা অসি) খোংনৈ। অখন্নবা থৌরম খবতদা পেনা মচা অসি খোংনবনা,পেনা খোংবা খুদিংমক্লা শীজিন্নদে, পায়নদে। পেনা অচৌবা অসিদি, মফম খুদিংমক্তা শীজিন্নৈ, পেনা খোংবা খুদিংমক্লা পেনা অচৌবা পায়নৈ। পেনা



মচা অমদি পেনা অচৌবা অসি মরুদা খেন্নরবসু অনিমক্কী চৈজিংদি চপ মান্নে। মচাগী চৈজিংনা অচৌবদা, অচৌবনা মচাদা খোংবা অদুমক য়ানে। চৈজিং অমত্তনা মচা অচৌবা অনিমক শীজিন্নবা য়াই। পেনা অচৌবা অসি কংলৈ হুবাউবদা শোয়দনা শীজিন্নে। ইকুম ইতাবা মতমদা, পেনা মচা অসি কংলৈদসু শীজিন্নগদবনি হায়না পেনাগী পণ্ডিতশিংনা রাক্ষম থম্মী। অদুবু মসি হৌজিক ফাওবদি ইচৎ-চৎনদবগুম তৌরি।

## পেনা শক্নবা শেম শাবগী মওং ঃ

পেনা শকলমদাইদা, পেনা অশৈবশিংনা পেনাবু পানখত্তুনা, শৈফমদা থৌরাং তৌই। হান্না পেনা শেম শাদুনা পুরকপা চৎনবক্তে। শৈফমদা পেনা শেম্নবগীদমক ঈশিং অশেংবা লৌগনি। পেনা মরুগী চুম্বুলিদা, চান্নবা খোঙ্হোক্কী যেংদুনা ঈশিং থাগনি। ঈশিং থাদ্রিঙৈদা চুম্বুলি অদু খুৎনা উতোং শৌবগা ইন্থগনি অদুগা চেৎননবা ঈশিং থাগনি। ঈশিং অসি পেনাগী খোঙ্হোক শেম্বদা যাম্না মরু ওই। পেনা শেম্বদা য়াওরিবা ঈশিং অসিগী মমিং .... **ঈহিং শং ঈকুপ্পি ইফুৎথোক ইফুৎহৌ**...হায়না কৌই। ঈশিং অসি য়াওদনা শীজিন্নবা যাদে। মশাদা লাইথুংঙে হায়না লুনা লৌনৈ। পেনা পানখৎপা লোইরগা, খোংদি শামৈ অমদি চৈজিং শামৈ অনিমক্তা উচাল মবেক শিৎকনি, তক্কনি। মবেক তকপা লোইরবদি পেনা খোংবা যাবগী থৌরাং লোইরে। পেনা শকপা অশৈবশিংনা, পেনা শকপা মতম্দা, ফম্নবা থাবিবা অসি, মফম্ মতম্গী অমদি থৌরমগী মতুংইন্না তোংঙান্না অমুক লৈরি। পেনা অশৈবশিংনা মমিং খঙনা ফমদ্রবদি, মশাদা অফবা ওইদে হায়না লুনা তৌনৈ। পেনা অশৈবনা, লাইমাং থৌগল অমসুং নিংথৌগী থৌগল চঙবদা, লফুও্রা ফমদুনা থৌগল তৌগনি। পেনা ঈশৈনা খুল্লক-লৈবক্তা, লৈকাইদা শকপা, কৈনিংকুম্বা মতম্দদি ফক্তা ফমদুনা শকপা চৎনৈ।



পেনা থৌগল চঙলকপা মতমদা, থৌবমগী মতুংইন্না পেনা অশৈবনা ফমগদবা, খুফম মওং খর অহুনবা মতমদগী চৎনরকই। পেনা অশৈবা অমত্তনা পেনা শকপা মতমদা খোঙ্গ্রাই চন্দুনা ফম্লগা পেনা খোংনরক্তে। খুকউ নাম্মা লৈতারগা, খোং নাম্মানা লৈপাক্তা তারগা য়াং তিংনা, নীঙ্গাংনা, খুনিং খোংথক নাম্মাদা ফমদুনা থৌগল তৌনৈ। মসিনা পাঙ্গল থোক্লা, মতম শাংনা ঈশৈ শকপা ওন্বগা লোয়ননা থৌগল্ চঙবদসু ফজহল্লি। লাইমাং থৌগল অমাদি লৈমা নিংথৌগী থৌগলদা খোং উহন্নদে। কি অঙৌবনা ম্বাং ফাওবা কোযনা খুমজিনবা চৎনৈ। মতম্ শাংনা থৌগল তৌবা, ঈশৈ শকপা তারবাদ, কিনুংদ, খোং শিন্দোক শিনজিন, ওহ্লোক- ওনশিন অদুম তৌবা চৎনৈ। পেনা অশৈবা মশাগী খুদোং চাবা য়েংলগা অদুম হই। পেনাগী ফমফম্ য়াম্মা মক ওই। ফম্ফমশিংগী মমিংশিং তোংওান্না থোন্দনা লৈরি। অহুনবা মতমদগী লৈবকপা পেনা অশৈবশিংগী ফমফমশিংগী মমিংশিংদি-(১) **ফক্তা ফম্বনা লারাকতাই লাথক্লা কৌই। নুংশংগী তিনকুপনে হায়না লৌই।** (২) **পেনা খুত্তা পায়না ফম্বদি লফুৎ ফমজিং লাং ফমচিং কোল কৌই। নুংশং তীন্নে হায়না লৌই।** লোয়ননা (৩) **পেনা খোংবনা ফম্বদি লফুৎ কৌই।** প্রাকমসি **"পেনা অনোই"** লাইরিকসু য়াম্মা কুপ্পা পল্লি।

## পেনাগা থাংগী ফিথুপকা নক্নবা মরি ঃ



পেনাগী থৌগল্লোল্ অসি য়াম্মা কুপ্পী। পেনা খোংবশিংনা পেনা খোংবা মতমদা মশা য়াম্মা চেকশিল্লি। মাঙোন্দা নোল্লুকপা, অথোৎপা অমেওবা, নুংশিবা, নুংওনবা মতৌ লোইনমক শুনা য়াওই। অসুক নুংশিপ্লবা, তাবদা থোংপ্লবা পেনা অসিদা হকচাং ঙাকথোকচনবা, হুদেন-লাল্লোংগী ওইবা শা-লানগা নক্নবা পোৎসু য়াওরম্মী। পেনাগী ফিথুপশিংদা মৈতৈগী থাং-তাগী ফিথুপশিং লোয়নদুনা লৈ হায়বসি পেনাগী ফিথুপ নৈনবগা খঙবা ঙম্মী। পেনাগী খুফম্ খর পল্লবদা-নিঙ্গাংনা ফম্বা, থোঙ্গ্রাই মচেত্তা ফম্বা, খু লৈতোনা ফম্বা অসিনচিংবনি। পেনা পল্লাদা লেপ্লিবা ফিরেপ অসি শা-লানগী ফিরেপকা নক্নবা মরি লৈনৈ। পেনানা ফম্মাং থৌগল চংলিঙৈ, য়েক্লবনা লাল হৌরক্লবদি, নিংথৌ কন্দবা য়াদে, মশাবুসু য়েক্লবদগী ঙাকথোকচবা য়ানবা, থৌগল্লোনসু কায়দনা শেম্ব খুৎফম, ফিরেপ কয়া নুংদা লৈরি। পায়রিবা পেনানা খুৎলাই ওনাখিবা য়াই। পেনা শকপনা শীজিন্নরিবা হকচাং লৈরিবা, হাইরিবা পুম্নমক্তা থাংগী ওইবা লৈতেংগী পোৎশক য়াওরি হায়না অখণ্ড-অহৈশিংনা তাকপী।

## পেনাগী শৈশক্ মওং অমদি মখল্ ঃ

পেনা ঈশৈ অসিদা, শকপা যাবা য়াদবা শৈশক্ মখল তরুক লৈ। মখলশিং অসিদা শকপা যাদবা মখল অহুম, শকপা যাবা ঈশৈ মখল অহুম, পুন্না মখল তরুক তোংভান্না খায়দোক্লুনা লৈরি। মখলশিং অসি মমাংঙৈদগী হৌনা চৎনদুনা



লাকই। ঈশৈশিং অসি শকপা যাত্তি নত্রগা যাদে হায়বসি পেনা লোয়শঙগী পেনা অশৈবশিং অমাদ লোয়শঙ কাদবা পেনা খোংবা খুদিংমক্তা খঙই। শকপা যাবরা ঈশৈশিং অদুদ (১) হেপ্লি মপুংগী শৈশক্, (২) হেপ্লি থাংয়ে, (৩) পান্তোইবী খোঙ্গুলোন্ শৈশক্, (৪) কালেন্ থাংয়ে শৈশক্, (৫) খুল্লং ঈশৈ শৈশক্ অমসুং (৬) চালি শৈশক্ (অনোয়রোল) অসিনাচিংবনি। পেনাদা শকপা যাদবা অহুম লৈ হায়রিবা অসি লাই চবা উনগী সাইগী ভৌবম মনুংগী ওইবা রাকম্নি। মখোয়শিং অদু মখাদা পাবা। (১) লাইচিংবা মতম্, (২) থাংকৎপা লোইবা মতম্ অমসুং (৩) পাতোন জগোয় অসিনাচিংবাশিং অসিনি। পেনা ঈশৈগী শৈশক্ অসি মখল য়াম্না লৈরি। লমলম অসিদা শক্লবা ঈশৈ খুদংমক পেনা ঈশৈদগী লৌরকপনি, পুখোকলকপানি হায়বদা হায়মনবা খোক্লোই। পেনা ম্যাজিক অসি চপ চাবা ফোক ম্যাজিক্কী মচল শুনা যাওবা, পেকথোকপগী লোইবা নাইদ্রবা পোংশক অমনি। পেনা ঈশৈগী মপুংদা শৈশক্ মাপল লৈ। শৈশক্ মাপল অদুদি-

(১) শৈহৌ, (২) হেপ্লি পাবোং, (৩) কালেন চৈজিং, (৪) খুল্লং ঈশৈ শৈশক্, (৫) তেংথারোল, (৬) শিকপলোল্, (৭) লমইন, (৮) লাইচিংলোন্ অমদি (৯) নোঙ্গমলোন অসিনাচিংবনি।

শৈশক্ মাপল অসিদগী তোংঙান তোংঙানবা শৈশক্ কয়ামুক খায়দোক্লুনা লৈখ্রি। খায়দোক্লুনা লৈবিবা ঈশৈশিং অসিগী মনুংদা পেনা লোয়শঙগী পেনা অশৈবশিংনা শক্লবা য়াদবা লাইরোন ঈশৈশিং খব অমুক লৈরিঃ-(১)

**য়াকৈরোল্,(২)নাউশুমলোন্,(৩)ফম্মাং থৌগল, (৪)অনোয়রোল,(৫) লম্ইন,(৬) অহোংলোন্,(৭) নোংকারোল্, (৮) ইকুমলোন্, (৯) ইকারোল্, (১০) পামশারোল্, (১১) য়ুমশারোল্, (১২) ফিশারোল্, (১৩) পাদোন্, (১৪) লোংখোনবা, (১৫) লৈমরোন্ শৈরোল্, (১৬) পাম্হোইবী শৈরোল্** অমদি **(১৭) মিকোন-থাকোনবা** অসিনচিংবনি।

পেনা শকপা অশৈবশিংনা তৌগদবা মশিল্‌শিং খাগেম্বা সনা হাকতক্তা তোংঙান্না শেমদুনা চৎনরম্মী। হায়রিবা মশিলশিং অসি ঙাক্না চৎত্রবদি থৌগল তৌহন্দে। মরম অসিনা, পেনা অশৈবশিংনা পেনাগী মশিল অসি য়াম্না মরুওইনা লৌন্দুনা লাকই। পেনাগী অশৈবশিংনা তৌগদবা অমদি তৌরোইদবা য়াৎথোক্তুনা থল্লিবা মশিলশিংদি-**(১) নিংথৌগী য়াকৈরোল শকপা,(২) লম্ইন থৌগল, (৩) লাই-তীনগী য়াকৈরোল্,(৪) লাইপৌ অনোয়রোল্,(৫) লাইপাও-তীনপাও** অমদি **(৬) অহিং ফম্মাং থৌগল** অসিনি। পেনা ঈশৈ অমা শক্লমদাইদা, অহানবা শকপা ঈশৈ অমা লৈরি মসিবু "শৈহৌ ঈশৈ" হায়না খঙনৈ। পেনা শকপশিংনা, পেনা থৌগল তৌবা তারবদি, থৌরমশিং অদুগী মতুংইন্না শৈহৌ ঈশৈ অসি শক্তবা য়াদবা অমা ওইনা লাকই। পেনাগী শৈহৌ অসি মখল অনি থোক্না থমদুনা শক্লরকই। শৈহৌ ঈশৈ অসিদা পেনাগী হৌরক্লোন কুপনা পন্দুনা শৈথাই। মখল অনি অদুদি-**(১) পেনা শৈহৌ মচা (২) পেনা শৈহৌ অচৌবা** অসিনি। পেনাগী শৈহৌ ঈশৈ শকত্রিঙৈদা পেনা শৈহৌ মমাংগী মরোল অমা ঈশৈ য়াওদনা পেনা খক্তনা খোংঙি, মরোল্দি ঃ-

**রি -য়া- রি -হৈ -রু -রৈ- রৈ -হৈ- রু -রুরু -রুরু** অসিনি।

### পেনা শৈহৌ মচাগী মরোল :

পেনাগী ঈশৈ হৌরমদাইদা হায়জবা, শকতাকচবা মওংদা শৈথাদুনা তেনতক্লা শকপা ঈশৈবু **"শৈহৌ মচা"** হায়না কৌই। য়াম্না চম্না শৈথাবনি। পেনা ঈশৈ অমা শকপা মতমদা শৈহৌ ঈশৈ য়াওদবা য়াদে।

"উম..হুম..হয়ি হয়া হয়ুম
নহালনোং ৱাকমনা মালেম্ লৈশেম
লৈরোই ঈশৈবু লফুৎ ফমজিং লাংদা ফম্না
লিক্লাই নিংথৌরেলগী য়াম্বা লোয়শং থৌদারোই
পেনা থাদা পমদুনা, চিংঙু ইবুংঙো সনা সঙ্গায় নুংঙাইবা,
মীরাইবনা কাঙমদা পোংঙাইবনা য়ৌঙমদা
শন্থি কাংলেন্ নানবা,হংঙোই কোন্দে নুরাবীনা য়ারেকশঙ্,

কক্চেং লুচাউবীনা য়াকা শঙ্ সনা
থারাকনুং কাংথোল য়াইবী পাফল থক্,
নিংথম্ ফৈজুপ্ লোনজা নুংদা
শিনৌ লশিং তিনগুম্না
ঈনুং কোঙ্গোল য়াতাববু
চিংঙু ইবুংঙো খোমলেন পান্বা
মিকপ্ থোকপিরো,মপুরেল্ হৌরো হৌরো ...।।"

## পেনা শৈহৌ অচৌবগী মরোলঃ

পেনা শৈহৌ অপিকপা অমদি অচৌবা অসি পেনাগী শক্কদৌরিবা ঈশৈ অদুগী মওং মখলগী মতুংইন্না শীজিন্নে। অয়াম্বনা ফমশক ঈশৈ শাংনা শকপদা নাহুৎ-নারেং,মথৌ-মঙম,লুহোং-খোংদোংবা অমদি লান্ন-থৌরমগী পেনা ঈশৈশিংদদি, শৈহৌ অচৌবনা হৌনৈ। মফম মতম, অমদি ঈশৈগী মশক মওংগী মতুংইন্না পেনা শকপশিংনা মানা মানা পান্বা মওংদা শক্লে। শৈহৌ অচৌবদা শক্লবা ঈশৈদি অসিনি ঃ-

"উম..হয়ি..হয়া..হয়ুম হয়ুম উম..নহালনোং ৱাকমনা মালেম্ লৈশেম্ লৈরোইশৈ য়াৱা হেন্না কাওদশৈ, খুং য়াৱা ইখোঙ্লেলবু নিনদশৈ. তাম্না হাওরৌ লৌখোং নিংথিববু ফুন্দশৈ হয়শৈ খোন্দি খোংগাৱা, য়াইদোংশিংদি শিংদৱা, লৈনুং নোংখোংবু নোংনাউশৈ,মালেম্ লৈশেম লৈরোইশৈ,খেনচো নংবু পাওদোইও, ঔগ্রি নংবু লিওল্লো শাজুং লাংমৈরেম্বা পামু পামফোইরেংশিংগা শিন্দমলৌ, ঔগ্রি নামনশৈবু ৱাকমনা তেঙথাবক্লে । হা ইবুংঙো, খনুং লুদাং পাদমৱা, চীংঙু লৈম থৌকোই লাইদি শকলম্বা, ৱাকমাংগী পন্থৌশিংবু ৱাক্লা চৈনমফদনা শৈথারমই। অসিগী মতুং থোকপদা, তম্ফা ইমা অপোকপী চীংঙু লৈমরেল শিদবী য়াবী চাম্না শিন্তাকপী, অমাই চামা শিন্দম্বী, মথক পুংগা থোল্লিবী মখা খোংগা তৌরিবী । লুমাং শম্বুল পুল্লগা পন্থৌ কৌবদা পাউখুম্বী, লুতুং শমজিন লৈরগা, পলেম কৌবদা পাওখুম্বী লনাই শম্বুল লৈরগা, পলেম-পন্থৌ শক্লিবী, ইমা নংবু ৱাক্লা শৈথাজরম্মী। নপাবি ইবুংঙো তিলগী তিল্লু লুচিংবা, শিদা হিদাক য়াইরং চন কোনফু নিংখম নানৌবা চহুই লেংখাং কোকহেনবা, খোইয়ুম লাইগী লাইনিংথৌ মাইবা ফম্ফমলাং তোলোক মাংয়িন্নরিবা নকা ফমথোল চামা হুমফুনিপাল (১৬৮) ফমফল্লিবা থক্তা লৈবা সোরারেন, খাদা লৈবা থোঙারেল, ইরম্ মাবা তুমাবা, ইরম শেনবা তুশেনবা, খোয়ুম লাইনুরা তরেৎমক

(৭), চীংঙু লাইবুংথৌ মাপলমক্ য়াখল্লোই ফমথৌ নঙাইরোইবু চৈনম ফদনা শৈথাজরন্মী... ।"

## পেনা ঈশৈদা শীজিন্নরিবা পেনা মরোল ঃ

পেনাগী ওইবা মরোল, খোন্থাক কয়া লৈজরি । মরোলশিং অসি খুৎশা মরিনা খৎপা, শামৈদা নম্বগী মতুংইন্না থোকলকপা খোঞ্জেল অদুনি। খোন্থাক তরেৎ অদুদি- **য়া, রি, হৈ, রু, রৈ, থৈ, য়ি** অসিনি । খুৎকী লৈফম থোকপা খুৎফম, মখাগী অসুম্না ওইগনি। (১) খোংদিং শামৈ পুমথা থাদোক্লুনা লেল্লগা থোকপা খোন্থোক্পু পেনা মরোলদা **য়া** হায়গনি। (২) খুদোম্নীনা নম্লগা থোকপা খোন্থোকপু **রি** হায়গনি। (৩)খুৎয়াই খুদোম্নী অনি নম্লগা থোকপা খোন্থোকপু **হৈ** হায়না খঙনৈ, (৪) খুৎনিংথৌ, খুৎযাই, খুদোম্নী অহুম্না নম্লগা থোকপা খোন্থোকপু **রু** হায়না খঙনৈ, (৫) খুৎনাওবী, খুৎনিংথৌ,খুৎয়াই অমদি খুদোম্নী মরিমক পুন্না নম্লগা থোকপা খোন্থোকপু **রৈ** হায়না খঙনৈ,(৬) খুৎশা মরিনা পুন্না অমুক হান্নগী খুৎফমদগী মথক মখা খর কানা নম্বদা থোকপা খোন্থোকপু **থৈ** হায়না খঙনৈ, অমদি (৭) খবা অমুক কাখৎলগা খুদোল ওইনা নম্লগা থোকপা খোন্থোক্লা **য়ি** হায়না খঙনৈ। অঙনবা মতমদা তাংক্রিকপা লুম্লিবা অনিনা খোংখি হায়না থাজনবা পেনা মরোলসু লৈরি ঃ- **থৈ - য়া -হৈ -হৈ -থৈ -য়া-থৈয়া -হৈ -হৈ -রৈ** অসিনি । রাফম অসি "পেনা অনোইদা" কুপ্পা নৈনৈ। পেনা মরোল অসি য়াম্মী। পেনা অশৈবশিংনা রারী পারিং অমা শকপদা,শৈশক কয়া হোং হোংদুনা ঈশৈ অদুগী মতাংগী মতুংইন্না শীজিন্নৈ। অঙনবা মতম্দগী চৎনবকপা পেনা শৈশক কয়া অমসু লৈবি, মখোয়শিং অদুগী মমিংশিং পীরি ।

"লাইরোল,শৈহৌরোল,যাকৈরোল,নোংহৌরোল,
শিকপলোল্, হেপ্লি পাবোৎ, হেপ্লি থাংয়ৈ, হেপ্লি লিশাং,
হেপ্লি লিকোন, কালেন চৈজিং,খুৎখোং মরোল,
শিংগুমলোন,নোংকারোল, ঈকুমলোন,ঈকারোন,
মিকৌরোল্,অনোয়রোল,পাময়ানলোল, লৌতারোল,
লৌকারোল,চোংখোংলোন,রাকোনলোন,
হোইরৌলোন্, হয়ালোন, চাইনরোল্, নাক্করোল,
লৈতাইরোল,নোংদাইবোল,ইহৌরোল,কুমহৌরোল,

কুমদমলোন,কুমওনলোন্,লাংবুমলোন্, নাওশুমলোন্
লাঙ্গাইরোল্, পাউরোই, খোংলোই, লৈহেকলোই,
লৈরাংলোন, লৈমরেল শৈশক্, অয়াংলৈমা শৈশক্,

পান্থোইবী শৈশক্, নোংথাংলৈমা শৈশক্, লম্ইন মরোল্ অসিনচিংবনি। "

## (১) হেপ্লি থাঙয়ৈ

শৈশক অসিনা তাক্লিবসি, অকল-অথৌগী মতীক মগুণ ফোঙদোকপা অমদি পুক্লিংদা থৌনা ইহুল হাপ্পনচিংবা অসিদা শৈশক ছন্দ অসি শীজিন্নৈ। ঈশৈ ওইনা শকপদগী ময়েক ভাক্তা, ছন্দগী ইহুল য়াওনা থিবা চৎনৈ। খম্বা-থোইবীগী ফজবা, নীঙথিজবা শৈথাবদা হেপ্লি থাঙয়ৈ হায়রিবা ছন্দ অসি য়াম্না তোয়না শীজিন্নৈ। অনৌবা, ফজবা শৈথাবদা শীজিন্নবা শৈশকপু হেপ্লি থাঙয়ৈ কৌই। হেপ্লি থাংয়ৈ মরোলদি-

রৈ- রি -রৈ -হৈ।। রৈ- য়া -হৈ -রু অসিনি ।

## (২) হেপ্লি পাবোৎ

পেনা অশৈবা ওজাশিংনা পেনা ফমশক শকপদা শৈশক অসি মকওইনা শীজিন্নৈ। অকল-অথৌগী মশক ফোঙদোকপা, মুক্রুবনচিংবা শৈথাবদা ছন্দ অসি য়াম্না চুনৈ। অকন-অথৌগী ওইনা ফোঙদোকপা শৈরোলবু, হেপ্লি পাবোৎ হায়না খঙনৈ। শৈশক্ অসিগী খুৎহায়দা, অতাবা মীদা নুংঙাইবা পোকহনবগা লোয়ননা থৌনা পীবা মওং কয়া অমসু য়াওরি। মোইবাং কংলৈরোলগী ঈশৈ পবিংদা লৈরিবা **কাওফাবা, লমজেল** অসিনচিংবদা শৈশক অসি শীজিন্নৈ। হেপ্লি পাবোৎ মরোলদি-

রি-য়া-রি-য়া । রি-য়া-হৈরু অসিনি।

## (৩) শীকপ্লোন

শীকপলোন হায়রিবা শৈশক অসি তেঙথারোল অমদি হুইকপলোন হায়নসু খঙনৈ। থম্মোয় শোক্লা তেঙথাবা, হায়জবা, নোঞ্জবা, অরাবা, তেঙথা-নাওইবা, পুক্লিংগী নুংঙাইতববু থাদুনা শকপা শৈশক্ পবিংবু শীকপলোন শৈশক্ হায়না খঙনৈ। মোইবাং কংলৈরোনগী ঈশৈদা **খম্বা-খম্নুগী অরাবা মতৌ, কাওগী মপোক অমগী রারী শৈথাবদা অমদি খম্বা-খম্নুনা পলেম পন্থৌবু কৌনা তেঙথাজবা** অসিগুম্বা মতাং কয়া অসিদা, শীকপ্লোন শৈশক অসি শীজিন্নৈ। মসিনা অতাবা মীদা তেন্না নুংশিবা মতৌ ফাওহল্লি । শৈশক্ অসি তোংঙানবা মওং কয়াদা শকপা থেংনৈ। থোৎপা মেঙবগী মথক্তা, শীকপলোন ঈশৈ অসিগী লোল্দা-পুদা অসি য়াম্না তনিক্-তনিক্‌ই। হেক তাবদা, কপনিংবা,

থুক লাওবা ফাওই। ঈশৈ অসি শকপা মতম্‌দা স্বরগী অনেম্‌-অৱাং শান্নে। খোনগী মমৈদা খোন্থোক নুংশিবা লোয়নৈ, খোনমৈ নীক্লা শক্লে।

"ইমাগী লাংলেন্‌, লাংলেন্‌ মক্তবু কৌগেনে নহাকপু,
লোইদাম্‌ থাজা অসুক য়াম্বসে,অযুক্কীনা কোরৌ ওই
নুমিদাংগীনা থাজা ওই, ইমোম্‌ নহাক্তবু য়েংলকপনি। ইমাগা
তারা চিন্দম্লসি, লাকও লাকওনে নুংশিবী ..।"

### (৪) কালেন চৈজিং নত্রগা চৈজিং শৈশক্‌

পেনা ঈশৈগী মতাং অমদা,শাবী-শানৌ অনি কায়নবগী শৈরোল, পুক্লিং লাংতক্লবা মতৌ অসিগুম্বা ফোঙদোকপা মতাংদা কালেন চৈজিং অসি শীজিন্নে। কায়নবগী অৱাবা,পুক্লিং লাংতক্লবা ফোঙদোকপদা মপুং ওইনা শীজিন্নবা শৈশক্লি।

**"য়োইময়াই থেঙলে,**
**মালেমনিদি অঙানবা অঙালও**
**অসাইথৈগী নৎলকত্রেনে ইবুংঙো...।।"**

### (৫) জাৎ ছন্দ নত্রগা জাৎ শৈশক

পেনা ঈশৈগী মতাংদা জাৎ ছন্দ অসি, অয়াম্বনা নুংশি-নুংওনগী ওইনজবা,কেজ-নৌজবা ফোঙদোকপদা শক্লে। খোলহৈ-খোন্দা, সুর হাপ্পুনা ৱারীগী মতাং শন্দোক্লা হায়ববুসু জাৎ ছন্দ হায়না খঙনৈ। শৈশক অসিমদি ইকুই কুইদ্রিবা,কোন্না শক্লরকপা মওংনি।

### (৬) অয়াংলৈমা শৈশক

খোঞ্জেল ৱাংনা হৌরগা,খোনমৈ তাবদা মতোন হুইথনা লোইশিনবা য়াম্লা নুংশিবা পেনাগী শৈশক মখল অমনি। মীঙোন্দা ময়েক শেংনা তাহন্নিংদবা,অকক্লবা মী অমদা পাউদম্বা,অরোনবা ৱা ফোঙদোকপা মতাংদা শৈশক অসি শীজিন্নে। শামু খোংয়েৎপগী মতাংদা, খম্ববু শিবা চংবা মফম খঙদনা লৈরক্লবদা,মজা ইবেম্মা থোইবীগী মফমদা পাউদম্বদা শৈশক অসি চুনৈ।

"মোইরাং নিংথৌ পুরিক্লাই, নঙগী থৌনি লাল্লে..
শাগীনা শারম চাম্না, ঙাগীনা ঙারম্‌ চাম্মা থিদুনা,
নবুধৌ থাংজিংবু থৌনিজৌ,নপারি শাত্তবা শাৎহনগে,
নমোম পোমদবা পোমহনগে, অয়াং লৈমা ইবেম্মা,
মোইরাং নিংথৌ মঙলানচা, খোমলেল্‌ মঙদম্বীররেদো।"

অয়াংলৈমা শৈশক অসিদা অমুক তোংঙানবা খুৎলোন, মরোলশিং লৈরি। শৈশক অসিগী পেনা খুৎলোন্দা শীজিন্নবা মরোলগী মতাংদা, খাঙেম্বম মঙ্গি, পেনা শঙলাকপনা অসুম্না তাকপীরকই,পেনা মরোলদি অসিনি ঃ

**"য়াহৈ - - রু । রুরু - - । রি -হৈ- রি -য়া । হৈ -রি -য়া - ।।"**

মসিগী মথক্তা,অয়াংলৈমা শৈশক অতপ্পা হায়বা ঈশৈ মখল অমসু পেনা শকপশিংনা শক্লে হায়না ওজা অসিনা ঈশৈগা কোন্নবা ময়েক অমা পীরিঃ-
**"...পয়া চেপশি, লোংনিদা, সংগাইয়াইনপ্ লোংনিদা ... ।।"**

## (৭) খুল্লং ঈশৈ শৈশক

খুল্লং ঈশৈ হায়রিবা শৈশক অসি য়াম্না লিরবা পেনা শৈশক অমনি। খুল্লং ঈশৈগী মতাংদা ওজাশিংনা মাগী মাগী ওইবা ৱাফম কয়া হায়নৈ। মণিপুরী হায়বা জাতি অসি মৈহৌরোলদগী হৌনা অমগা অমগা মতেঙ পাংন্দুনা খুন্দামিন্নরকই হায়বসি, লাই হরাউবদা লাইরেম্বী ময়াম্না পাম য়ানবা, লৌ উবা,লোং খোনবা, ফি শাবা কয়া অসিনা ময়েক শেংনা তাক্লি। অসুম্না অমগা অমগা মতেঙ পাংনবা, খুল্লং নেরুদুনা শিনবাংনবা অৱায়-অখুম তৌদুনা শরুবা মখলগী ঈশৈ অসিবু ইচম চম্না খুল্লং ঈশৈ কৌই। কংলৈ হরাউবগী মতাং অমদা, তাংখুল শাবগা, শরম নুরাবীগা অনিনা উন্নবগী নুংশি-নুংওন ৱারী অৱায়-অখুম তৌনবদা শীজিন্নরিবা অসি খুল্লং ঈশৈনি হায়না ওজাশিংনা তাকপী। পুক্লিংদা ফাউরকপা ৱাবু,মনিং তম্না হায়নিংবা হায়রকপা, হৈরোল-লৈরোল, প্রমাণ-পাম্থে তৌদুনা নুংশি-নুংওন থাবদা শৈশক অসি শীজিন্নে। মতাং অমা মখাদা থমজরিঃ-

> "...হা ইবেম্মা,নুরা ইনেমচা পাম্মুবী, পাখং ওইবা ঐহাক্না
> নুজাগী মাইথোংবু য়েংলগা, ইয়াইথক্তা থম্বালগী লৈনানা
> পুম্নুম শাৎকাইরক্, লৈহি থিরকপা খোইমুনা লৈহি মাগী
> থেংনখিদ্রিঙৈ, ঙৌদা ঙৌবা, ঙাংদা ঙাংবা তঙাংবা অশেংবা
> মচুদুগা পারল্লগেনে নুংশিবী... ।"

## (৮) লৈমরোল শৈরোল্ নত্রগা শৈশক্

পেনা শকপশিংনা ঈশৈ অমগী ৱারী পরিংদা হরাউ-তয়াম্বা,ফজবা নুংঙাইবা কয়াবু মরিক চুম্না শৈথাবদা **লৈমরোল** ঈশৈ অসি শীজিন্নে। ঈশৈ অসি হায়রকপগী খুহায়, ম্যুজিকেল রিদম,তাম্থা,মাত্র,ট্যুন অসি তাবদা য়াম্না নুংঙাইবগা লোয়ননা শৈশক অসিনা,শৈথারিবা পোৎশক অদু ময়েক শেংনা উহল্লি।

**"লম্রেন মাদি পুরুমচীং,**
**তাওরৈ কোলদি পাৎলেনকোন,**
**খালৈ লমদি অহোংগৈ,**
**রে রেরি রে রেরি রে রেরে,**
**রে রেরৈ রে ।"**

লৈমরেল শৈশক অসিদা অমুক, মাগী খোঙচৎ অসি অতপ্পা অমদি ময়ায় হায়না অনিথোক্লা পেনা অশৈবশিংনা শীজিন্নৈ। লৈমরেল শৈশক অতপ্পা অসিগী মতাং অমা ফুঙ্গারেল জগোয়দা থাংজিংবু থাদুনা শক্লবা ময়েক অমা পীরি **"...চীংঙু লাইও লাইনিংথৌ মোইরাং থাংজিং কোইরেল লাই, ইসা মাপল পুবা লাই, কাক্তা লোইবা লাইনিংথৌ নশু লাইবক চাওবীনা,হৈরাং লৈরাং কচ্চবা চীংঙু নঙনা লৌবীয়ু...।"** লৈমরেল শৈশক ময়ায় অসিদা পেনা শকপশিংনা শৈথানবা ময়েক্তি - **"নুমিদাংব্রাইগী মতমদা, নুমিৎনা চীংয়া থাংবদা, চীংগী মৈনা তময়া থেং,তমগী মৈনা খোংমৈ নেম...."** অসিনি। অসিদা নত্তনা অতৈ লাই হরাউবা হৌবদগী পেনানা শীজিন্নরিবা ঈশৈ কয়া অমসু লৈখ্রি । পেনাগী মরোল ময়াম অমা লৈরিবা অসিদগী লমইন মরোল অসি তোংঙাল্লি অমদি লম্ইন শৈশক্ অসি য়াম্না মরু ওইবা শৈশকশিংগী মনুংদা অমনি। পেনা লোইশঙদা লৈবা পেনা অশৈবশিংনা শৈশক্ অসি নীংথিনা খঙদবা অমদি ফাদবা য়াদে। নিংথৌনা সনা কোনুং থাদোক্কুনা মফম অমদা অঙম্-অথৌ, মনাই মশল্ ময়ামগা লোয়ননা সনা খোঙলেঙবা তারবদি, লম্ইন হায়রিবা পেনা মরোল অসি খোংলগা থৌগল তৌনরকই। লমইন মরোল শুনা খঙ-হৈরবা অশৈবদি, পেনা খোংবশিংগী মরক্ত ইকায় খুম্নৈ হায়বগী ৱারোল অশৈ পুরেলশিংনা তাকপী। পেনাদা শক্লরিবা লমইন ঈশৈগী ময়েক অমদি মরোলদি অসিনি।

**"পি- থাদোই,পি-থাদোই,**
**থাদোই, থাদোই, পিথাদোই,**
**থাদোই নাওশেক লৈ ... ।**
**শম্নরেম্বী থোকলকলো,**
**লাইগী খুবাক খুবীগে,**
**য়াহোই হোই য়া .....।।"**

পেনাদা লৈরিবা অমদি শীজিন্নরিবা লমইন ঈশৈ অসিগী মরোল অসি অহানবা অমদি অনিশুবা হায়না খায়রি। মরোলদি মান্নদে । অহানবা লমইন মরোন্না অনিশুবা লমইন মরোলদগী শাংবা হেল্লি । য়াম্বসু হেল্লি। মথক্তা পনখ্রিবা

পেনাগী ঈশৈ ময়াম অসিগী মনুংদা লাইরোল হায়দুনা পুমতোন তোংঙানবা অমা অমুক লৈরি। লাইরোল হায়বসি তাইবঙ্ শেম্বা মপুদা হায়জবা, নোঞ্জবা, লাইগী পেন্নবা কোল্লোই ঈশৈ শৈথাবা, লাইগী ওইবা শৈরোল ঈশৈশিং ময়াম অসিবু লাইরোল ঈশৈ হায়না খঙনৈ। মসিসু লাইহরাউবা থৌরমগী মনুংদা শক্লে। লাইনিং মরোল, লমইন মরোল, লাইহৌ অমদি থাংলোন (ব্রাইনরোল) অসিনচিংবশিং অসি লাইরোল ওইনা শীজিন্নবা পেনা মরোলশিংনি। পেনাগী লাইচিং মরোল (লাইচিং জগোয় শাবদা) অহানবা হৌরকপদা, অতপ্পা লৈহৌ, লৈপেক,লাইচিং অসিনচিংব শীজিন্নৈ। অতপ্পা তাল মিহুননি । পেনা শকপশিংনা খোংনবা পেনাগী মরোলদি ঃ- **"রে...রি...রহৈ"** অনেম্বা অমদি **"রে...রি...রহৈ"** খর ৱাংবা । হায়রিবা মরোল অসি খোংবগী মওংদি খোম্থোক অনিদা চৈজিং অনি অনি পীদুনা হন্না হন্না খোংগনি। লৈতাই-নোংদাইদা খোম্থোক অমা হাপকনি। খোম্থোক অদুদি- **"রে...ররি...রহৈ ..।"** মরোলশিং অসি হান্না খোংদুনা খুৎলোল খৎলগা লাইহৌ হৌরক্কনি । মথংদা ময়াই ওইনা থুরকপা জগোইগী তালদা জগোয় শারক্কনি। জগোয়শিং অদুদি-লৈতাই-নোংতাই, কোঙ্গোল, কংকুপ,কংজাও অসিনচিংবনি।

জগোয়শিং অসি শারকপদা পেনাদা মরোল হোংনা হোংনা খোংঙি। পেনাগী খুৎলোনশিংদা মান্নহন্দনা, খুৎখত্তা ফজনবা ওজাশিংগী হৈনবী মতুংইন্না জগোয় মখলশিং খুৎশা অমমম্ শিজিন্নরকপদা পেনাগী খুৎলোনসু হাপ্পুনা ফজহনবা চৎনৈ । মসিগী মথংদা, অথুবা জগোয়শিং লৈনেৎ,লৈথীল অমদি লৈসি জগোয়শিং শাবদা খোংথাং থুনা শাই। পেনাগী অৱাংবা মরোল হাপ্পুনা খোংই অদুগা অরোইবদা অতপ্পা খোঙচৎ (নিপাল) তা লোইশিল্লি। লাইবৌ জগোয় হৌরকপদা, য়াম্না মরু ওইখ্রবা **"লমইন চৎপা"** হায়দুনা ময়াম কোয়না চৎলগা খোঙথাং ইচম চম্না থাংদুনা মাইকৈ মরীমক্কী লাইফম খুরুমবা অমদি লাইমাংদা কোয়বা জগোয় মখল অমনি। মসিদা পেনানা লমইন মরোল হায়বসি খোংই । লাইরোল মরোলনি হায়না চেকশিন্না লৌনৈ । লমইন মরোল অসি লোইদ্রিফাওবা হোং হোংদুনা চৎপদা খোংনৈ । চৎপা হেক লোয়বগা পেনানা হোইরৌ হোইয়া মরোল খোংঙি। মসিবু "ঈৱাই-ঈনিল" হায়না কৌই।

পেনাগী মরমদা মখা তানা থিজিনবদা,লাইশিংবু ঈরাৎ থৌনিনবগীদমক, য়াকৈদুনা হৌদোকপগী শৈরোল অসিবু "য়াকৈবা" হায়না খঙনৈ। তাইবঙ শেম্বা মপুগা পাঙ্খক্লি হায়দুনা, লৈপাক নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদসু, নিংথৌবু হৌদোকপা মতম্দা য়াকৈরোল ঈশৈ অসি শক্লরম্মী । য়াকৈরোল অসি কনাগুম্বনা "য়াকাইরোল" হায়নসু হায়নবা য়াওই। নুংগী ৱাখল্লোন্দি অমত্তনি। পেনা য়াকৈবা

ঈশৈ অসি, লৈমা নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা ফম্যাং থৌগল হায়দুনা লৈমা নিংথৌবু লেঙখৎনবা,হৌদোক ঈশৈনি। ঙসি লৈমা নিংথৌ পান্দ্রবসু, লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিগী লাইগী থৌগল তৌদুনা, উমং লাই হরাউবগী থৌরমশিংদা পেনা অশৈবশিংনা শৈশকপা লেপত্রি। মসিমাদি মৈতৈ খুন্নাইনা লৈরিখৈ লাইহরাউবা থৌরম্মা তোকত্রিখৈদি মুৎপা ঙম্লরোই। পেনাগী ঈশৈশিং অসি পেনা খোংবা অমনা হেক্তা শক্লরক্তে। মখোয় মখোয়না শক্কদবা ঈশৈশিং লোয়য়ম্বাগী মতমদা পেনা শকপশিংগী য়ুম্নাক্কী মতুংইন্না শিম্থা পীরম্মী। ঈশৈসিং তোংঙান্না য়েম্থোক্তুনা থম্বীরম্মী। পেনা শকপশিংনা তৌগদবা মশিনগী মতাংদা লাইরিক্তা অসুম্না ইরিঃ

> **"অশৈবা নঙদি সনা লমওক শকও, অশেম ঙাথোই নঙদি য়াকৈ ঈশৈ শকও, লালথম নঙদি লালফা ঈশৈ শকও, থোংঙাম নঙদি অহোঙলোন শখও, শিংখাম নঙদি লংমাইরোল শকউ, শোরাইশম নঙদি খোইচু লমওক শকউ, চানতম নঙদি খোংচিংলোন শকউ।"**

## পেনা শকপনা শেৎকদবা ফিজেৎ-লৈতেঙ ঃ

পেনা শকপশিং অসি মহৌশানা মশা তনান তনানলি। পেনানা, লাই-তীনগী অমদি অতৈ থৌরমশিংদা শরুক য়াবা মতমদা শেৎকদবা ফিশেৎ মওং মখল খর তোংঙান্না লৈরি। মখলশিং অসি শৈফম,শৈশক্কী অমদি অশৈবা মশাগী থাক্কী মতুংইন্না খেন্ননা উবা ফংঙি। মপুং ওইবা পেনাগী ফিজেৎ-লৈতেঙশিংদি- **কোকয়েৎ (মচা, অচৌবা), খুজি পোপ্‌চাউবা, তাল, লৈ পরেং, খ্বাংদা লাঙ্গা অচৌবা, ফৈজোম (অঙৌবা, খামেন চপ্পা), রেসম ফুরিৎ (খুদাং য়াওবা, খুদাং য়াওদবা), ইন্নফি,লাইবক্তা পক্লে নমশা** থিনগনি। ফৈজোম মখল অনি থোক্লা শেৎনৈ। লাই-তীনগী থৌরম অয়াম্বদা অঙৌবা মচুগী ফৈজোম শেৎনৈ, ইন্নফি ইন্নৈ। ফুরিৎ লিৎনদে। কনাগুম্বা পেনা শকপা মী খরদি-পেনা পালা অমদি ফমশক শকপা মতমদা ফৈজোম অঙৌবতমক শেৎনৈ। খামেন চৎপা ফৈজোম তৌহৈদে হায়না শেৎনদবসু থেংনৈ। রেসম ফুরিৎ নত্রগা খামেন চপ্পা ফৈজোম অসিদি নিংথৌনা অমদি অঙম-অথৌশিংনা মনা ফি ওইনা পীবিবনিনা পংনা শেৎনদে। মীপুম খুদিংনসু শেৎনদে। হৌজিক্তি, মফম খুদিং পেনাগী থৌরম অয়াম্বদা খামেন চপ্পা শেৎপা, রেশম ফুরিৎ লিত্তবা য়াওনদে। কনাগুম্বা পেনা ওজা খরনা পেনা ঈশৈ শকপা মতমদা মহাক্লা ফংখিবা লীক, মেদল পরেং ঙক্তা শিদুনা শকপসু থেংনৈ। তঙাইফদনা তৌদবা য়াদবা লাই-তীনগী থৌরমদংদি চৎনবী অসি ঙাকপা উরি। খামেন চপ্পা ফৈজোম শেত্তুনা পেনা ঈশৈ থৌগল চঙবা মতমদা, লৈপাক মীয়াম মমাংদা খোং খুৎ উহন্দনবগী

ফজখ্রবা লোনচৎ অমা পেনা অশৈবশিংনা চৎনৈ । ইন্নফি ফৈজোমনা খ্বাংদগী হৌরগা খোংশিং কোয়না ইনশিন্দুনা উদনবা হোৎনৈ । অয়াম্বা পেনা থৌরমদা ফুরিৎ লিৎনদো ফুরিৎ মওংসু মখল অনিদা লৈবা থেংনৈ। খুদাং চোনবা অমা, খুদাং কৌতক তৌবা চোন্দবা মওংগী ফুরিৎ অমা অসুম্না লিৎনৈ । হৌজিক লিৎনরিবা রেসম অসি কোন্না চৎনরকপনি। মচুসু অঙাংবা, হিগোক অমদি অশংবা মচু অহুমসিদা নমনা শীজিন্নৈ। শেৎন-ইন্নফি মচু খল্লগা থোনবা অসিনা মীমাং থোকলকপদা চীং লেম্বা মতৌ অমদি মতীক ময়াই অমা উবা ফংহল্লি। মরম অসিনা মথক্তা পানখিবা নিংথৌরেলশিংনা মখোয়না থোনখিবা ফিরোলশিং অসিগী তোংঙান তোংঙানবা মচুশিং অমদি করম্বা ফিরোলনা কনানা থোনগনি হায়বসি ফিরোল মচু তাকপদা ময়েক শেংনা ইরি। লৈমা নিংথৌনা থোল্লিবা ফি খুদিংমক মনা ফি ওইনা পীথোকখিদে।

## ঈশৈ ব্বারী অমদি পেনা যন্ত্র ঃ

মৈতৈগী য়েলহৌহৈদগী হৌনা লৈজরক্লবা পেনাগী শৈশক অসি নোংচুপলোমগী বেলড হায়বা অদুগা মান্ননা লৌবা য়াই। মরমদি পেনাগী শক্লরিবা শৈশক ময়াম অসিদা বেলডকা শাজৎ, কায়াৎ মান্নবা য়াম্না য়াওরি। মরম অদুনা পেনাগী শৈশক অসি নৈনবদা খর হেন্না মরীকচুম্নবগীদমক "বেলড" হায়বসিগী মরমদা তেনতক্লা মখাদা পীরি।

"বেলড" হায়বা ব্বাহৈ অসিগী মৈতৈ লোন্দা ব্বাহন্থোক হৌজিক ফাওবগী ওইনা লৈত্রি। লমদম অসিগী অখণ্ড-অহৈ স্কোলারশিং অমদি ফোকলোরিস্ট শিংনা তোংঙান তোংঙানবা মশাগী ওইবা মমিং পীন্দুনা লাকই। মণিপুরী ফোকলোরিষ্ট প্রোফেসর ওয়নাম ইবোচাউবনা মহাক্কী লাইরিক্তা "বেলড" হায়বা ব্বাহৈ অসিবু লমদম অসিগী "খুন্নাই মনুংদা শক্লবা ব্বারীগী মরোল নাইবা ঈশৈনি হায়দুনা মণিপুরীদা **খুন্নুং লীরোলশৈ** হায়না খঙনবা য়াই" হায়বগী ব্বাফম পীরি । অদুবু অয়াম্বা লমদম অসিগী ফোকলোরিষ্টশিংনদি "**বেলড** "হায়বা ব্বাহৈ অসিগী চপ-চাবা ব্বাহন্থোক মণিপুরীদা লৈত্রবসু "**ঈশৈ ব্বারী** " হায়বা অসিনা হেন্না চুশিন্নৈ হায়না ফোংদোক্লে অমদি ঈশৈ ব্বারী হায়না শীজিন্নরি। "**বেলড**" হায়বা ব্বাহৈ অসিমক্তি ফ্রান্সকী প্রোভেন্স দিষ্ট্রিক্কী প্রোভেনকলগী ব্বাহৈ "**বেলড**" হায়বা অসিদগী হৌরকই। মখোয়গী লোলদা "**বেলড**" হায়বসি "**দান্সিং সোং**" হায়না খঙনৈ। "**বেলড**"অসি হৌরকপা মতমদা জগোয় শানা শানা ঈশৈসু শক্লবা মওংবু খঙনরম্মী। মওং অসি ইয়ুরোপ,রুসকী লৈবাকশিং,গ্রীককী মফমশিংদা পাক-চাওনা পাংথোক্লে । ইটালিয়ানশিংনসু **বেলেতা** হায়না মখোয়গী লোলদা মীঙ্গৌনৈ। মালেমগী ওইনসু "**বেলড**" হায়বসিগী ব্বাহন্থোক অসি ইমান মান্নৈ " **দান্সিং সোং**" হায়না ব্বাহন্থোক পীনৈ। "**বেলড** "হায়বসিগী মতাংদা "**দি কন্সাইজ**

**ওক্সফোর্ড দিক্সনারী ওভ করেন্ট ইংলিস"** না **"বেলড"**হায়বসি মীয়াম্না খণ্ডনবা ৱারী, শৈরেংবু ঈশৈ ওইনা শক্লগা ৱারী লীবা মওং অদুনি হায়না পল্লি। মপাঙ্গল কল্লবা, অতেনবা পন্দুপ্ নাইনা খায়দোক্কুনা মীয়াম্ন পাম্নবা ৱারী লীবা মওং অসিবুনি হায়না ওক্সফোর্ড দিক্সনারীদা পল্লি। অদুবু হৌজিক্কী মতম অসিদদি মথক্কী ৱাফম অসি মপুং ফাদবনি হায়না লৌনরে। ঈশৈ ৱারী হায়বসি মপুংদা ঈশৈনি, ঈশৈনা ৱারী অমা লীবনি। অমরোমদা হায়রগা ৱারী অমা, ঈশৈ ওইনা শক্লগা লীবনি। ঈশৈ ওইনা শক্লবগীদমক্তা অচম্বা প্লোট শেম্মী, মাত্র নাইনা অমদি স্টেঞ্জা নাইনা শেম্লগা শক্লে। ঈশৈ ৱারী অসিদা শক্লিবা নৎত্রগা ইরিবা মীশক অদুগী মহাক্কী লন্নাইগী ওইবা ইথিল অমদি অপাম-পামদা, য়ানিংবা য়ানিংদবগী মমি তাদে। ৱাফম অসি য়াম্না মরুওইবা অমনি। মথক্কী ৱাফম অসিবু শৌগৎলদুনা জর্জ.এল.কিটরেজনা অসুম্না মহাক্কী মোত্ পীরিঃ



> "... a song that tells a story, or take the other point of view- a story told in song. More formally, it may be defined as a short narrative poem, adapted for singing, simple in plot and metrical structure, devided into stanzas,and characterized by complete impersonality as far as the author or singer is concerned. This last trait is of the very first importance in determining the quality or qualities which give the ballad its peculiar place in literature...Unlike other songs, it does not purport to give utterance to the feelings or the mood of the singer. "

অমবু ওইরবসু বেলড হায়বসি ঈশৈ ৱারীনি হায়বসিমদি ময়েক শেংলে। মণিপুরী পেনা ফমশক ঈশৈদা শক্লরিবা ঈশৈ ৱারী ইংরাজিগী বেলডকা মান্ননা শীজিন্নরিবা শৈশক অসি লমদম অসিদদি চীনবুংদা মীরোল কয়াদগী শক্লদুনা লাকই। ঈশৈ ৱারী অসি শক্লবা মতমদা, শক্লিবা মীশক অসিনা মশাগী ওইবা ছন্দ, তাল, লোইচৎ শীজিন্নদুনা পেনা যন্ত্রগা লোয়ননা শকপনি। মহাক্কী কল্পনানা শাগৎচবা লোন্দা শীজিন্নে। ঈশৈ ৱারী অসিদা, ৱারী পরিং অমা শকপদা নত্তনা শাংনা মরক-মরক্তা পোৎথাবা ওইনা শৈরেং অমগুম্না হায়বা, তাইশিন্নফমবু তাল, ছন্দ অমদি পেনা য়াওদনা,ইচম-চম্না ৱারী ওইনা লীবা মওংসু

লমদম অসিগী পেনা ৱারী ঈশৈদা তৌনৈ। ৱারী ঈশৈ অসিদা অকক্লবা অমা ওইনা ঈশৈ ঙাক্তা শক্তুনা লৈনদে, মতেং পাংলিবা যন্ত্র পেনাসু মরক্তা খোংবা লেপ্লবা য়াওই। মখোয়গী নুংঙাইগদবা মওংদা শক্লে। মসিনা, অতাবা মীওইশিংদা মচা খায়হল্লি অমদি শাংনা তাবা মতমদা, চোকথবা নাইহন্দে। পেনাগী ঈশৈ ৱারী ফমশক্তা শক্লরিবা অসি ঙসিদি মীয়ামগী লন ওইরে।

ঈশৈ ৱারী হায়বসিদা ৱারীগী পরিং লৈতবা য়াদে। ৱারীগী হৌফম, ময়ায় অমদি লোইফম লৈতবা য়াদে। ঈশৈ ৱারী অসিদা শক্লরিবা ৱারী অসি মহৌশানা লমদম অদুগী মীয়াম্না খঙনরবা ৱারী, লাই-তীনগী অমদি থাজনবা ৱারীশিং অসিদগী ওইগল্লি। ঈশৈ ৱারী অমদা মহৌশানা মহাক্কী শাজৎ, কায়াৎ খর লোয়নদুনা লৈরি। শাজৎশিং অসি য়াওদ্রবদি ঈশৈ ৱারী ওইবা ঙমদে। কায়াৎশিং অমদি শাজৎশিং অদুদিঃ-(১) শক্তম (করেক্টর) (২) থবক-থৌরম (এক্সন)(৩) হীরম(থিম)অমদি (৪)অকোয়বগী মওং,ফিভম (সেটিং) অসিনচিংবনি। হীরম অমদি থবক থৌরম অসি য়াম্না মরুওই। থবক থৌরম অসি মহৌশানা ড্রমাটিক ওইনা লাকই। ঈশৈ ৱারী অমগী ৱারী শাগৎলকপদা অয়ৌবী পনখৈ (ক্লাইমেক্স) য়ৌনবা চুমদ্রিং চুম্না হেক্তা শাগৎলি। পনখৈ (ক্লাইমেক্স) অসি য়ৌনবা ঈশৈ ৱারী লীরিবা অদুনা মহাক্কী হৈজবা শৈহেক, লোন্দা, প্রমাণ-পাম্থৈ, সুর কয়া শীজিন্নৈ। চীনবুংদা লীন্দুনা অমদি শক্লদুনা লাকখ্রবা ৱাহৈ-ৱাতা, প্রমাণ-পাম্থৈ হন্না হন্না শীজিন্নৈ। ৱারীগী থৌদোকশিংসু করিগুম্বা মতমদা তোয়না হঞ্জিন্না শীজিন্নৈ,মসিদা অতাবদা মহাক্কী সুরদা অহোংবা মান্নদবা কয়ানা নুংঙাইবা পী। ঈশৈ ৱারীগী অকক্লবা ছন্দ লৈতে, মীয়াম্না য়ানরবা তানরবা শৈশক্তা হন্না তাবদা পেন্নৈ। মসি ঈশৈ ৱারীগী ফজবা মচৎনি, শাজৎনি। ঈশৈ ৱারীদা য়াওরিবা শক্তমশিং (করেক্টর)অসি সমাজ অদুগী মীওই কাঙলুপ্না খঙনরবা, য়ানরবা মতীক লৈবা মীশক ওইগনি। ৱারী অদুগী য়াওরিবা শক্তমশিং অদুদা অশৈবশিংনা খুৎ চঙদনা শক্লে। মহাক্লা শক্তমশিং শৈথারকপদা মীয়াম্না লোইনা য়ানৈ মরমদি শক্তমশিং অদু মীয়াম্না য়ানরবা মশক নাইবা অমদি খঙনবা ওইবননি। মথক্ত পীজরিবা শাজৎশিং অসি য়াওবা অসিবু ঈশৈ ৱারী হায়না লৌনৈ। মসি পেনাগী ফমশক ঈশৈ হায়না চীনবুংদা শক্লরকপা ঈশৈ ৱারীশিং অসিদা মরাং কায়না লৈরি।

> "Traditional ballads have no known author. It may be true that the original was the product of a simple minstrel, or folk poet but after generations of refinement and changes as it passes from singer being transmitted orally rather than by the printed page, it becomes procession and product of the folk."

পেনাগী মখল কয়া অমদি শক্কদবা ঈশৈশিং, মখোয়গী মখল, পেনাগী লৈরম্লিবা কয়াৎশিং, মখোয়গী মমিং-মথা, শৈশক লৈরিবা কয়া অসিগী মতাংদা কুপ্না নৈনখ্রে। পেনা অসি মশা মথন্তা খোংবা যন্ত্র খক্তা ওইদে, পেনা খোংনা খোংনা ঈশৈ শক্লে। পেনা অসি মণিপুরী কাঙলুপ অসিগী খ্বাইদগী লিরবা যন্ত্রশিংগী মনুংদা অমা ওইরি। অসিগুম্বা পেনা যন্ত্র অসিগী হীরম ময়াম অসি নৈনরুবদগী ঈশৈশিং অসি করম্বা মখলশিংনো অমদি ঈশৈশিং অসিগী খোঙচৎ অথোৎপা অমেংবা মমুৎ তানা খঙবা ঙমই । হৌজিক্কী পেনাগী মখল,শৈশক অমদি মরোল কয়া লৈরিবা অসি খঙলবনিনা মখা তারকপা পন্দুপশিংদা পেনাগী মতাংদা নৈনবদা হেন্না খুদোংচাবা ফংলগনি। ◘



## অহুমশুবা পন্দুপ

# মণিপুরী সংস্কৃতিদা পেনানা লৌরিবা থৌদাংশিং

লমদম অসিগী লৈজরিবা কলা-সংস্কৃতিগী ওইবা পোৎশক ময়াম অসিগী মনুংদা পন্দুপ অসিদা নৈনজগদৌরিবা অসি **মণিপুরী সংস্কৃতিদা পেনানা লৌরিবা থৌদাংশিং** হায়বসিনি। মসিমকসু অচৌবা হীরম অমনি। হীরম অমা, পোৎশক অমা খঙনবা হোৎনবদা, অহানবদা পেনাগী হৌরকলোন অসি মরুওই। মীওইবা খুন্নাই অসিগা লৈনরিবা পেনাগী মরী অমদি মসিগী থৌদাংশিং মমুৎ তানা খঙনবা, নৈনবা চংই। খুন্নাই অসিগী পুন্সিরোল অমদি নাৎকী ওইবা থৌদাংশিংদা, পেনা অমদি পেনা ঈশৈনা মফম চাওনা কন্দুনা মমাংঙৈদগী হৌনা লাক্লি। লাইয়াম্মা মালেম শেমলকপদগী চৎথরকপা লৈশেমলোনগা মরী লৈনবা পেনাগী থৌদাং কয়াবু, "মৈনা ৱায় তাংনা শম" হায়দুনা ঙসিফাওবা পাথাং-পুথাং য়ৈনা পেনা শীজিন্নরকপগী ৱাবোল শক্ল-শোন্নরি অমদি পুয়া লাইরিকশিংনা তাক্লি। মার্জিংনা অশৈবা লোয়শঙ লিংখৎপা, মীগা লাইগা শম্মবা মতমদসু, পোইরৈতোন্না অশৈবা লোয়শঙ লিংখৎপগী ৱারম কয়া, অরিবা লাইরিকশিংদা পল্লম্বা থেংনখ্রে। পোকপদগী শিবা ফাওবদা লৈরিবা নাৎকী মশক কয়াদা পেনানা চাওনা থৌদাং পুরকই। মণিপুরী খুন্নাইদা পেনা শীজিন্নরকপা অসি অপৌবা মিৎয়েংদা তাঙ্কক অহুমথোক্লা খায়দোক্লুনা নৈনবা য়াই। অহানবা তাঙ্কক্লা-লৈশেমলকপদগীনা সনামহী লাইনীংনা মপাঙ্গল কন্না চৎনরিঙৈগী মতম ফাওবা অমা, অনিশুবা তাঙ্কক্লা-মৈতৈনা নিংথৌপানবা লৈপাক অমা ওইনা হিন্দু লাইনীং চৎলকপদগী নিংথৌ শাসনগী অরোয়বা মতম ফাওবা অমা অমদি নিংথৌ পাল্লম্বা মতুংদগী হৌজিক ফাওবা মতম অসিনি। মণিপুরী সংস্কৃতিদা অঙনবা মতমদগী পেনাগী থৌদাং চাওনা লৌরকপদি লাই হরাউবা অসিদগীনি। কৌব্রুদা লাইয়াম্মা লাই হরাউবদা পেনানা থৌদাং চাওনা য়ারকই হায়বসি পুয়া লাইরিকশিংনসু ময়েক শেংনা পল্লি। লাই হরাউবা নত্তবদা পেনানা করি করম্বা থৌদাংদা শরুক য়ারকপগে হায়বদু মখাদা ময়েক শেঙনা নৈনরি।

লাই হাক্তক্তগীনা নিংথৌ পানবা মতমশিংদা পেনাগী থৌদাং য়াম্না চাওরম্মী। মৈতৈ লাইনীং চৎলম্বদগী হিন্দু লাইনীং লৌরক্লবসু নাৎকী ওইবা মফমশিং, লৈপাক্কী, লাই-তীনগী থৌরমশিংদদি পেনাগী মফম চাওনা লৈরকই। মতম মতমগী পানখিবা নিংথৌশিংনা পেনাবু মশক খঙবীরকই। পেনা তারকই। মনা-মথুম চাওনা পীদুনা,অশৈবশিংবু ফমথোন হাপ্পুনা ইকায় খুম্নবী। পেনাগী থৌদাংনা মমাংঙৈ নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা লৈরম্বা মওং অদুদগী খঙশোন শোম্থখিবসিদি পংকুই কুইদ্রি হায়বা য়াই। মপাল লমগী সংস্কৃতিগী অকনবা শাফু অমা চঙলকপদগী লমদম অসিগী সংস্কৃতিদা পেনাগী থৌদাং হন্থরকখি। হৌজিক মালেমগী মফম খুদিংমক্তা মাগী মাগী ফুরুপশিংগী আইদেন্টিটি থিজিন্নবা হৌরকপা অসিদা লুপলুরবা পেনাগী থৌদাং অসি অমুক হিঙ্গৎপগুম তৌরক্লি। পেনাগী থৌদাং অসি,লাই হরাউবদগী হৌরগা লমদম অসিগী মীয়ামগী পুন্সি মহিংগা শাগোন্নরিবা অতৈ থৌরমশিংদা মখা শমথরকই। লাই হরাউবা লোইরবা মতুংদা লৌরকপা পেনাগী থৌদাংশিং অহানবদা নৈনরি।

## পেনা ফমশক্ অমদি তোংঙানবা মচাকশিংঃ

সমাজ অমগী চৎনবীদা লৈরিবা পোৎশক অসি য়াম্মী। পোৎশকশিংগী মনুংদা,লমদম অসিদা, চৎনরকপা অমা ওইনা,মৈতৈশিংগী য়ুমগী মাঙ্গোন্দা, শঙ্গোয়দা পেনা শকপা হৈবা অমবু কৌদুনা পরিং নাইনা ঈশৈ তাবা অসিবু পেনা ফমশক হায়না খঙনৈ। ফমশক অসি লাই হরাউবা লোইরবা মতুংদা তানৈ। মমাংঙৈদগী হৌনা,চহি অমগী মনুংদা, তোংঙান-তোংঙানবা থৌরমশিং নৎত্রগা লৌউ-শীংউ লোইনরগা, ময়ামগী নুংঙাইগদবা মতমদা পেনা তাবা অসি অঙনবা মতমদা চৎনরম্মী। হৌজিকসু ইম্ফালদগী লাপথোকখিবা মফম খরদা পেনা তাবা চৎনরি। মতম্ অমগী তানরম্বা মওং অদুগদি খেন্নরে। পেনা ফমশক্ অসি নোংমা নিনি খক্তা তানরমদে। থা অমা হেন্না তানবনা অয়াম্বনি। পেনা ফমশক শক্কদৌরিবা ওজা অদুসু মহাক্কী শেৎনা ইন্নবা ফি-রোল, থৌরাং তৌদুনা পুরগা ঈশৈ শকফমদা লেক-চাবা, নৎত্রগা খঙনা-চান্নবা, মরুপ-মপাংগীদা লেকপা, করিগুম্বা শৈফমনা নক্লগনা হন্দোক-হঞ্জিন তৌবা অসুম্না চৎনরম্মী। কৈরোই-লৈকাইগী মীয়ামসু,পেনা ফমশক লৈ হায়রগদি, চাকওন থোংদুনা লৈকাই লান্না পেনা তাবা চৎনরকই। পেনা ঈশৈ অসি অয়ুক-নুংথিল তানদে, ষনগারকপা মতমদগী হৌরগা অহিং নোংয়াই ফাওবা তাবগী চৎনবী লৈরম্মী। অঙনবা মতমদগী লাই হরাউবা মতম্দা, কৈনিং কুম্বদা পেনা ফমশক শকই। মীগা লাইগা শম্নরিঙৈ মতমদা, কৌব্রু চীংদা হরাউবা লোইরগা ফমশক্ শক্তুনা, পেনানা থব্রায় মি কোনশিল্লি। মদুদা শকখিবা পেনা অশৈবদি **"কৌবা ব্রাক্লেন"** কৌই। মসিগী

মতুং শমথরকপা ওইনা তাইবঙ মীওইবনা লাই হরাউবা লোইরগা নুমিৎ মঙানি লাইরোল শক্লগা অরোইবা নুমিত্তা,মিকোন থাকোন্দুনা পেনা ফমশক্ শকখি। কৈনিং কুম্বা হায়দুনা লাই হরাউবা লোয়রগা, পেনা তাবগী চৎনবী অসি হৌজিকসু পাংথোক্লবা য়াওরি। পেনা ফমশক অসি পেনা অমখক্তনা শক্লবসু লৈ। অয়াম্বা খর ফজনা থৌরাং তৌদুনা শীনবা থৌরমদি, পেনা শক্কদবা ওজাগী মতুং ইন্দুনা খোনপাংবা অমা নৎত্রগা অনি লোয়নৈ। শীল্লিবা থৌরমগী মতুং ইন্না খোনপাংবগী মশিং হেনবসু য়াই। খোনপাংবা অসিসু পেনা শক্কদবা ওজানা, মহাক্কী খুৎচাবা অচানবশিং মরক্তগী লোয়নৈ। পেনা খোংবা ওজাগী ময়ুমদা পেনা ঈশৈ তন্বা, লেকপা চাবা তৌদুনা লৈনরম্মী। মখোয়গী মরক্তগী ওজানা খোনপাংনবা খল্লগা পুনৈ। পেনা খোনপাংবা মীওইশিং অসি ওজাগী মহুৎশিনবা ঙল্লবা পেনা শকপা খোংবা হৈরবশিংনা অয়াম্বা তৌনৈ। পেনা তম্বা নৌরিবা মীনসু খোনপাংবা নত্তবদা পেনা খোংনবগী খক্তা ওইনা য়াওবসু লৈ।

পেনা ফমশক্কী শক্কদবা ঈশৈ অসি, পেনা তানবা কৌজরিবশিংনা,মতাং অসি শকপীয়ু হায়না হায়বগী মতুংইন্না, অশৈবশিংনা থৌগল তৌবা চৎনরকই। অমা হেক্তা শকপীয়ু হায়বা ওইরগদি, পেনা অশৈবনা অপাম্বা, খুৎলোয়বা ঈশৈগী মতাং শক্লে। মরু ওইনা শক্লবা তাবা নুংঙাইবা ঈশৈশিংদিঃ- **(১) লৈশেম্বা (২) পাম্হোইবী-খোঙ্গুল (৩) নিংথৌরোল (৪) কংলৈরোল (৫) মোইরাং কংলৈরোল (৬) লৈরোল (৭) কুঞ্জমলা (৮) নুমিৎ কাপ্পা (৯) চোথে থাংব্রাই পাখঙবা** অমদি **(১০) ফুনাল নীংথৌ তেলহৈবা** অসিনচিংবা অসিনি।

## পেনা ফমশক্কী পোৎচং অমদি মওং মতৌঃ

পেনা ফমশক অমা শকপা তারবদি, পোৎচং খরা ঈশৈ শকফমদা থৌরাং তৌনৈ। থৌরাংশিং অসি অকক্লনা মসি তৌগদবনি হায়বগী ব্রাদি লৈতে,অদুম ওইনমক চংদবা য়াদবা খরদি লৈতবা নত্তে। করম্বা মতমদগী পেনা শকপগী পোৎচংশিং অসি শীজিন্নবা হৌখিবগে হায়বগী ব্রাফমদি হায়বা ঙমদ্রি। পেনা ফমশক্লা লৈরকপদগী, পেনা তাফমদা পোৎচং খরদি লোয়নরকই হায়বসিমদি চুমগনি। মীয়াম তীল্লবদি, অহল-লমন, ওজা-গুরু, অখঙ-অহৈ কয়া য়াওই, তাকপিবা ঙম্বা মপু অমা লেঙশিল্লি হায়বগী থাজনবী, চৎনবী অসি লৈবনা,পেনা তাফমদা হৈ-লৈ,পানা তাঙ্গা,অথেনপোৎ কৎনবা কয়া অসি লৈরকপনি। মসি ঐখোয়গী তোপ্-তোপ্পা মশক অমনি। অসিগুম্বা মচাকশিং অসিনসু,নাৎকী শক্তমদা মপুং ফাবা,লম্ ঙানবা হেলহল্লি।

পেনা ফমশক শকফমদা তৌগদবা থৌরাংশিং কয়া লৈরি। পেনা অশৈবনা ফমগদবা মফম অসিদা,নমগা য়াওদবা হিদান মচা অমা থারগা, মথক্তা অমুক ফক মচা অমা থাদুনা থম্মী। ফক্ অসিগী মথক্তা অমুক, ফিঙৌ অমনা লৈবাক শোক্লা, মথক্তগী কুপথরক্কনি। পেনা অশৈবনা ফম্লনবা ফৈখাং মোন অমা মথক্তা থমগনি। ফক অমা হিদান অদুগী মখাদা, ওইরোম থংবা মাইকৈদা থাগনি। হায়রিবা মখাগী ফক্ অসিদা খোনপাংবনা ফমগনি। পেনা অশৈবগী মমাংদা,নীংথিরবা হৈরুক,পনা তাঙ্গা,লৈ,ঈশিং খুজাই,থম্লৈ। শকয়েং মিংশেল হকচাং চনবা অমা মমাংদা উননবা থম্লৈ। শকয়েং মিংশেল অসি, পেনা অশৈবগী শক-য়েংদুনা কোকয়েৎ শেম্লবগীদমক্লি। মনাক্তা থমলিবা ঈশিং খুজাইদগী ঈশিং লৌরগা পেনাগী খোম্থোক শেম্বা চৎনৈ। পেনা শক্কদবনা ফল্লিবা মফমগী নাক-য়েৎ,মাঙদা, মাইকৈ অহুম ইকোয় কোয়শিন্না, লৈকাইগী অহল-লমনশিং য়েংনবা ফিদা থাগনি। ফিদা থাবা মতমদা নুপী-নুপা খায়না অয়েংবা, অতাবশিংনা অদুমক ফমনখি। নুপা অমদি নুপী য়ানশিন্না ফম্বসি ঐখোয়গী থৌদোক-ব্রাথোকশিংদা তৌনরক্তে। মসিমদি তোপ্ তোপ্পা নাৎকি মশক্তা ফজখ্রবা অমনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। অয়াম্বনা ফম্বা মতমদা নুপাশিংনা য়েত্তা, নুপীশিংনা ওইদা ফমনৈ। ফম্বা মতমদসু, অহল ওইবশিংনা মাঙ থংনা অদুগা খরা নহা ওইবশিংনা তুংদা ফম্লৈ। লৈমা নিংথৌ,অঙম-অথৌ নৎত্রগা মশক নাইবা মীওইনা পেনা তাবা তারবদি মখোয়গী ফমফম তোংঙান্না থৌরাং তৌই ।

ফমশক্কী ওজাশিং ইচম চম্না ফি শেৎলগা ঈশৈ শক্লবনা অয়াম্বনি। অঙম-অথৌ, ফম্লাইবা য়াওনা তাগদবা পেনা ফমশক ওইরগদি, অমদি মনা-মথুম ফংলবা, মশক নাইবা কনাগুম্বা পেনা ওজানা ফমশক থৌগল তৌবা তারবদি ফিজেৎ-লৈতেংদা খরা কে-মৌবা চৎনৈ। খুজি-তাল শিদুনা,মনা ফি খামেন চপ্পা ফৈজোম থোন্দুনা,রেসম ফুরিৎ শাইজোনবা লিত্তুনা কোক্তা পজেংনচিংবা থেৎতুনা শক্লে। ফুরিৎ লিৎতনা,শক্লবসু লৈ। অশেংবা ফমশক্তি ফুরিৎ লিৎনদে হায়না তাকপীরকপসু য়াওই। নীংথম থা ওইরগসু লিৎতে। পেনা খোনপাংবনা তৌগদবা মশিল খর তোংঙান্না অমুক লৈরি। পেনা ওজা অশৈবনা ফমশক্কীদমক ফিজেৎ-লৈতেং থৌরাং তৌরবা মতুং, ইশৈ শকফমদা কাখৎলবা মতমদা, নীংথিনা খোম্থোক শেম্লবা (সুর শেম্বা) ওজাগী পেনাবু, খুরু খুদা লৈতানা শীন্নগনি। ওজাগী ফিরোল, কোকয়েৎকী মওং-মতৌ য়েংশিনগনি। লাইবক কত্তুনা ফক মথক্তা কাখৎলগা ওজানা পীরকপা ইঙ্গিৎ য়েংলগা ঈশৈদা ওজাগী খোন পাংগনি। পেনা খোন পাংবশিংদি কোকয়েৎ উপ্পদে, ইচম চম্বা ফৈজোম ইন্নফি শেৎন্নৈ,ইন্নৈ। ওজানা ব্লারক্লবা মতমদা মখোয়না ঈশৈ শক্তুনা, নৎত্রগা পেনা লেন্দুনা ওজাগী মহুৎ শিল্লি। ওজাদি মতাং খরদা পেনা লেন্দ্রবসু য়াই, খোনপাংবশিংনা মখোয়না পেনা লেন্দুনা মীয়ামদা তাহল্লি। খাম্বা-থোইবীগী

ব্রারীদা কাও ফাবা মতাং অসিদি পেনা ঈশৈগী অকনবা ফুদোকফম্নি। নীংথম থাদা হুম্মাং থোকহনবসি, কাও ফাবা মতাং অসিনি। মতাং অসিদি খোনপাংবশিংসু অকনবা মওংদা, মখোয়গী ঙমজবী থাদুনা ওজাগী মতেং পাংঙি। য়েংলিবা অমদি তারিবা মীসু পুক্রিং চঙনা লৈনৈ। মওং অসি পেনা ফমশক অসিদা উবা ফংঙি।



মমাংঙৈদগী শক্লরকপা পেনা ফমশক অসি নৈনবদা নুংঙাইনবা অনিথোক্লা খায়দোকপা য়াই। অহানবদা, খুল্লক্তা,লৈকাইগী লাই হরাউবদা,থৌরম লোইরগা লাইবুংদা লাইগী থৌগল তৌরিবা পেনা অশৈবা মশা নৎত্রগা অতোপ্পা নেক্লদুনা পেনা ফমশক তাবগী চৎনবী মখল অসি লৈ। অনিশুবদা,লাই-তীনগী ব্রা নত্তবদা, মেরা থাদা অফবা নুংঙাইগদবা মতম য়েংলগা লৌ-শিং লোইনরকপদা,কনাগুম্বনা শীন্দুনা নুমিৎ



কয়ানি চঙনা, পেনা ফমশক শৈফাংনবা হায়না, অমুক মওং খরদা পাঙথোক্লে। পেনা ফমশক শৈফাংনবা অসিদা শক্লরিবা ঈশৈ অসিসু অমুক মওং অনিদা চৎনৈ মদুদি- পেনা অশৈবশিংনা নোংমা-নোংমগী ওইনা মানা মানা ফাবা, খুৎলোইবা ঈশৈদা শক্লবা অমা, অমনা পরিং নাইনা ওজা অমনা শকখিবা মখা অমনা অমুক মথং-মথং শক্লবা মওং অসিসু তৌনৈ। অকোনবগী পরিং নাইনা শক্লবা মওং অসি অরায়বা অমা



ওইদে। ফমশক শক্কদবা ওজাশিং ঈশৈশুনা ফদবা, শৈশক মখল য়াম্না খঙদবা মীদি, ফমশক্তা অমনা হেক শকখিবা মতুংদা মখা তাপ্ লাওনা ঈশৈ লৌথবা ঙমদবা য়াওই। মরম অসি লৈবনা, ফমশক শক্কদবা মীওইসু খল্লি। পেনা খোংবা খুদিংমক ফমশক শক্তবা, লাই-তীনগী থৌরম খক্তা য়াওজবা মীসু লৈ। কনাগুম্বা পেনা খোংবা ওজাশিংনা

ঈশৈ অমা অনিদং শকপদি ঙম্লগা ফমশক থৌওইনা শক্তবসু য়াওরি। পেনা শকপা অমা ওইবা তারবদি, পেনা খোংবা খক্তা নত্তবা শৈশক য়াম্না খঙবা তায়। পেনা শকপা ওজা অমনা, পেনাদা মাগী হৈশিংবা,শৈশক য়াম্না খঙবা অমদি খঙদবা, পেনাগী নুংঙাইবা পীবা ঙম্বা, খোংবা হৈবা উৎপা তারবদি ফমশক শক্লবা মতমদা উৎথোক্লে। "পেনা ফমশক্ল পেনাগী মতীং ফোঙদোকফম্নি" হায়না পেনাগী অশৈবা,অহল-লমনশিংনা তাকপী। হায়রিবা ফমশক মখল অসি মণিপুরগী কাচিল কোয়া,লোয়ালম শিনবা থুংনা পেনা তাবা হায়না মতম অমদা কন্না চৎনরম্মী। হৌজিকসু খর খর পেনা ঈশৈ তানবদি তৌনৈ অদুবু মমিংতগী ওইরে। পেনা ঈশৈ অসি লমদম অসিগী মীওইশিংনা অসুক্কী মতীক পাম্নরম্মী হায়বসি,অহল-লমনশিংগা ৱারী-ৱাতাই শান্নবদা খঙবা ঙম্মী। পেনা শকপা মীবুসু য়াম্না ইকায়-খুম্নরম্মী। পেনা শকপদা লৈপাক্লা শকখঙনবা, মীওই কয়ামরুম লৈখি। মীওইশিং অসিবু অমুক তোংঙান্না মীয়াম্না খঙনবা মওংদা মিংথোন পীদুনা,মীঙ্গৌন্দুনা পেনা শক্লবা নেক্লে। মীয়াম্নয়াবা, লৈপাক্লা মশক খঙবীবা হায়বসি অরায়বা অমদি ওইদে। মণিপুরী মশক নাইবা পেনা অশৈবা খরদি, মীয়াম্না মশাগী য়ুম্নাক অমদি মিং হায়রগা খঙনদবা, মাগী পোকফম, লৈফম য়াওনা হায়রগা মীয়াম্না হেন্না মশক খঙনবসু লৈরি। হায়রিবা মিংথোল অসি,পেনা অশৈবশিং অসিনা, মখোয়না পেনা ঈশৈদা তৌখিবা থৌদাং অদু খঙবীরদুনা মীয়াম্না পীবিবা মিংথোননি। মীয়াম্না শকখঙনবা মিংথোন অদুদিঃ-

**নুঙ্গোই মেরা (নিংঙোম্বম মেরা), নুঙ্গোই। কোদোমপোকপী মেরা (চবুংবম মেরা)। উয়ান ইবোমচা,উয়ান। লৈমপোকপম য়াইমা, লৈমপোকপম। লমদেং থম্বালঙৌ,(ৱাংখেময়ুম থম্বালঙৌ লমদেং)। অরাপতী মনাও। তাবুংখোক থোইবা (থোংঙাম থোয়বা), তাবুংখোক। থোঙাম মোন্দুম অচৌ,(সিনাম অচৌ) থোঙাম মোন্দুম। ষনশেনবম লৈবাকমচা (লাইশ্রম লৈবাকমচা)মোইরাং অচৌ (হেমাম অচৌ, মোইরাং)। ফয়েং খুনজাও, ফয়েং। ফয়েং সুকোল। চঙাংগৈ মুহোন** অসিনচিংবশিং অসিনি।

## পেনা পালা ঃ

মণিপুরী সংস্কৃতিদা পেনা পালানা নাৎকী থৌরম অমা ওইনা মফম চাওনা কন্দুনা লাকই। পেনা অশৈবশিংনা কোকয়েৎ অচৌবা উপতুনা,খুজি-তাল,খামুচপ্পা ফৈজোম(খামেন চপপা)শেত্তুনা ঈশৈ হনবা,ঈশৈ খুম্বা, খোনপাংবা,মকোক মথং চৎপা ময়ামগা লোয়ননা লেপতুনা শকপা শৈশক মখল অসিবু পেনা পালা হায়না খঙনৈ। মওং অসি **"অশৈ তোরান শকপা"** হায়রগসু খঙনৈ। শৈশক অসি কয়াম লীরবগে,কনানা হৌদোকলম্বগে হায়বা চপ্ চানা

হায়বা ঙমদ্রগসু,শৈশক মখল অসি য়াম্না কুইরবা অমনি হায়বসিদি **শাকোক লমলেন** পুয়াদা শিরবা মতুং নুমিৎ তরুক্নি চনবদা,তাংজা লুফৌবা থৌরমদা পেনা অশৈবশিংনা শক্লবগী ব্রাফম লৈরি। শিবা মতুং তারানিশুবা নুমিত্তা, পেনা অশৈবশিংনা পুন্না **অশৈ তোরাল** হায়না শক্লরিবা অসি ঙসি ঐখোয়না **পেনা পালা** হায়না খঙনরিবা অসিগা মান্নে। অঙনবা মতমদা **অশৈ তোরান** হায়রম্বদগী ঙসি **পেনা পালা ঈশৈ** হায়না শকখিবা অসিগা নক্লনা লৈ। পেনা পালাদা অশৈবশিংনা ফম্লগা শকপা,লেপ্লগা শকপা অমদি ফমলম্বদগী লেপখৎলকপা অমুক ফমথখিবা মওং কয়া, শৈশক্কী মতাং মতাংগী মতুংইন্না তৌনৈ । ঈশৈগী পরিংদা অশাং-অতেনগী মতুংইন্নসু চৎনরকপা থেংনৈ। পেনা পালানা, মমাং খরদা **লান্ন-থৌরমশিংদা** শক্লখিবগী মমিং পনবা তারবদি- "পেনা অশৈবা চুংখাম মনিক্কী সোরাংতা পেনা খোংবা তারানা পেনা পালা লেপ্তুনা শকখি। চিংথাম অহোংজাওনা ঈশৈ হনখি, মথংনা থিয়াম থাগোই, খোন পাংখিবশিংনা তোলেনজাও, চাঙংগৈ মুহন,লাইশ্রম মনি, লাইশ্রম থাবল, কোলোম অমু, কোলোম মঙ্গোলজাও,খাঙেম্বম মঙ্গি, খুরাই থম্বৌ অসিনচিংবনি। অসিদসু নত্তনা লৈপাক্কী শক্লাইখিবা পণ্ডিত্ চাওবীগী লোয়নবী লৈখিদবগী লান্ন-থৌরমদা, পেনা পালা শকখি" হায়না **"পেনা অনোই"** লাইরিক্তা ময়েক শেংনা ইরি। হৌজিকসু পেনা পলা পুংমুৎ মুৎখিবা নৎত্রি। খুল্লক লৈরক্তা পেনা পালা লেপতুনা, লান্না থৌরম পাঙথোকপা চৎনরি। অপাম্বা মীগী মতুং ইন্না পেনা ফমশক ওইনা লান্ন-থৌরম শোন্নবসু অদুম চৎনবা য়াওরি ।

পেনা পালাদা মীয়াম্না খঙনখিবা অশৈবশিং অমদি হৌজিক শক্লরিবা পেনা অশৈবা খরদং পনজরবদা- অঙনবা মতমদা চিংথাং অহোংজাও, নুঙ্গোয় মেরা, তোংব্রম থাদোই, কোদোমপোকপী মেরা, লাইশ্রম পীশক, শাৎপম লৈরেনজাও, লৈমপোকপম চন্দ্রহাস, ৱাংখৈময়ুম থম্বালঙৌ, যুম্নাম মোধুমঙ্গোল, থিয়াম বীরা, চাঙংগৈ মুহন, চঙাংগৈ মণি, কোন্থৌজম উদয়, থোঙাম থোইবা সলাম তোয়াইমা,অরাপতি মনাও,নুংগোয় হেরাবী,সেক্তা নিমাই, থিয়াম ইবোচা, মোইরাংথেম রাজমনি অমদি শরুংবম গোকুলজাও অসিনচিংবশিং অসিনা মরুওইবনি । পেনা খোংবা অয়াম্বা লৈখিদবা কয়া য়াওরে। মতুং তারকপদা, হৌজিক শক শোল্লিবা অশৈবশিং খরগী মিং পল্লবদা-লৈমপোকপম য়াইমা,লাইশ্রম লৈবাকমচা,কোমোল, থৌচোম নীংথেমজাও,সিনাম অচৌ,মোইরাংথেম রাজমনি,মোইরাংগী হেমাম অচৌ অসিনচিংবশিং অসি পনবা য়াই। পেনা পলা অসি লান্ন থৌরম খক্তদা শক্লবা নত্তে। নাহুৎ-নারেং, লুহোংবা থৌরমশিংদসু শক্লে। কনাগুম্বনা লাই ইরাৎপা থৌরমদা অখনন্না পেনা পালা তৌবসু চৎনৈ। মসি য়াম্না তাঙনা থোকই। লুহোংবা থৌরমদা পেনা

পলাদা শক্লবা ঈশৈদি- " **পাম্‌হোইবী লুহোংবা মতাং,** ৱারী পরিং অসিদা শক্লে। **নহুৎ**-নারেংদনা **চীংঙু পাঙ্গনবগী মতাং,** লান্ন থৌরমদা শক্লবনা- **নোঙ্গারোল অমদি নোংবান পোম্বী লুৱাওবগী** মতাং ঈশৈশিং অসি মরুওইনা শক্লে।"

**মমিং লৈখিবা পেনা শঙলাকপা অমদি অশৈবশিং ঃ**



পেনা যন্ত্র অসি, লৈমা নিংথৌ পাল্লিগুঁ মতমদা, পাকশন্না, মতীক ময়াই লৈনা তানবগী মতম অমা লৈখি। পেনাগী মথৌ-মঙম অসি ঐখোয়না শরুক মরি থোক্লা খায়দোক্লুনা নৈনবা য়াই। অহানবা তাঙ্কক্তা-লাইয়াম্না পানখিবা মতম্। অনিশুবা তাঙ্কক্ অসিদনা-লাইগা মীগা শম্নরকপা মতম্। অহুমশুবা তাঙ্কক্তনা-তাইবঙ্ মীওইবনা নিংথৌ ওইনা পানবা মতম। মরিশুবা তাঙ্কক্তনা-নিংথৌ পানখিদ্রবা মতুংদগীনা হৌজিক্কী লৈঙাক পথাপ অসিগী মতম্ ফাওবনি। মরিশুবা তাঙ্কক্ অসিদা অমুক শরুক অনি থোক্লা খায়দোক্লুনা নৈনবা য়াই। অহানবদা-হিন্দু ধর্ম্ম(গৌড় ধর্ম্মনা) শাফু কন্না চৎনরিগুঁ অঙনবা মতম্ অমদি হান্নগী সনমহি



লাইনিং লশ্বীরোমদা খর খর য়ানশিন্না চৎনরিবা হৌজিক্কী মতম অসিনি। লাইয়াম্না পানখিবা মতমদা পেনা খোংখিবা খর মথক্তা পনজখ্রে। খর হেন্না অমুক লাই হাকতক্তা লৈখিবা পেনা শঙলাকপা,পেনা খোংখিবশিংদি ঃ-

"লৈখারোল অশৈবা, নোংখারোল অশৈবা, লৈনুং থরুক অশৈবা, ইপল থরো অশৈবা, থবা ঙাংখোম্বা, নহাবা মোইরেংজাম্বা, কৌবা মিয়োম্বা অসিনি। মখা তারকপা,লাইরেল মৈদিংঙু মদাইরেম অশৈ খোংফাংলেন্না তিল্লকগুঁ, পোইরৈতোন্না খুম্হোকলক্লুনা

অশৈবা লোইশঙ লিংখৎনবা মতুংদা খোংখিবা পেনা অশৈবশিংদি- লুৱাং উশঙ অশৈবা, লংমাই শৈরোল শকপা, খানিঙ্‌ মিকোল শকপা, লাইখ্রা নাউরিক অশৈবা, লংমাই থেন্বা অশৈবা, হুইত্রাম্বা অশৈবা, মৈন্থৈ অশৈবা, লিকমাবা মোন্থে, লৌরেম্বা অশৈবা, ৱাংগোন তামু অশৈবা, লাংগম হুইমু অশৈবা অসিনচিংবশিংনি। মখা তারকখিবা অশৈবশিংদি- হাউখা তোনাবা, কোম্থৌ অতোন, খুরাই লাইঙম, লুক্রা থোইরেন, ৱাংখৈ মিৎলু, ওইনা শেকমু, অপুচম্বা লুখোই, ৱাহেং খাবা অশৈবা, ৱাঙ্খৈ তোম্বা, মাইম্না তাবুং,ওইনা ঙৌপারাম, লাইশ্রবা কঙকা, নাউশেক উমৈ,হাউথি তামু,নাথম জয়ো,থিয়া কুমো, নোংথোনবা ধনো, ৱাইখারা শাচৌ, পোশঙবা তোলেন, চনম্বা মাথোপ, পেবিয়া চাউবা, লৌরেম্বা গংগাথোন,ওক্রম থোইবা, পেবম থম্বৌ, হুইনিংশুম্বম তোলেনজাও,লাইশ্রম পিশক, শাৎপম লৈরেনজাও,লোংজম নিংথেমজাও অসিনচিংবশিং অসিনি।"

হৌজিক ফাওবদা থক্তা পেনা খোংখিবশিং অসিদা নুপী অমত্তনা, লাইরেম্বী অমত্তনা পেনা পায়দুনা খোংখিবগী ৱাফম থেংনদে। মরম অসিনা নুপীনা পেনা পায়রক্তে হায়বসি ময়েক শেংঙি । হৌজিক্কী মতমদা, ঙসিগী মীরোন্না নুপীনা পেনা খোংদুনা থৌরম খরদা উনরিবসি চাংয়েংনি হায়না লৌবা তারি। অসুম্না, পেনা অশৈবশিংনা ঈশৈ থৌগলশিং-ফমশক নৎত্রগা লেপশক, পালানচিংবা শক্লবা মতমদা, তোংঙান-তোংঙানবা ফিরেপ্‌ খুফম, ফিথুপ্‌ খরদা অঙনবা মতমদগী চৎনরকই। চৎনরিবা পেনাগী ফিরেপ্‌ খুফম, ফিথুপ মওংশিং অসি মখাগী অসুম্না নৈনবা য়াই মদুদি ঃ-(১) খোঙ্গ্রাই খুফম, (২) নিংকাইচনবা খুফম,(৩) খোংনম তাবা খুফম, অদুগা (৪) পেনা লেপ্পা মতমদদি থুমখোং শারপ তৌবা মওংদা লৈপ্লে। পঞ্জিবা খুফমশিং অসি ঈশৈগী মতুং ইন্না অমদি পেনা অশৈবগী খুদোংচাবগী মতুং ইন্না শকপা মতমদা হোংদোক-হোংজিন তৌদুনা শক্লে। পেনা ফমশক শক্লিঙৈ মতমদা, মতম শাংনা শক্লবনিনা, মখল শুনা হোং-হোংদুনা ফম্বগী মওংশিং অসি উবা ফংঙি। ঈশৈগী মতাংগী মতুং ইন্না, হৌগৎলকপা খু-তানা লেপখৎলকপা য়াওই । অয়াম্বনা কাও ফাবা মতাং অসি শক্লবদা অকনবা ফিরেপ, নুংঙাইবা মতৌ কয়া উবা ফংই ।

## পেনা লোয়শঙঃ

পেনা শকপা ময়াম পুনফম, ঈশৈগী মরমদা তাথোক-তাশিন তৌফম মফমবু পেনা লোয়শঙ নৎত্রগা অশৈবা লোয়শঙ হায়না খঙনরকই। পেনাগীদমক লোয়শঙ লিংদুনা লৈরকপসি কুইরে। তাইবঙ মীওইবগী পোকলকপদগী শিবগী থৌরম ফাওবদা পেনা য়াওদবা য়াদবা অমা ওইনা চৎনরকই। চৎনবী অসি মমাংঙৈদগী মতমগুম্না হৌজিক তৌনদ্রগসু, মণিপুরগী মফম খরদদি অদুমক পাংথোক্লবা য়াওনরি। পোকপা শিবা খক্তা নত্তনা লাই-তীনগী থৌরমশিং কয়া অমসু পেনানা মথৌ থৌরম পাঙথোকপনা, পরিং কায়দনা তৌগদবা অমদি তৌরোইদবা কয়া নিতি অমগী মখাদা শেমদুনা চৎনরকই। পেনা ঈশৈদসু শকপা য়াবা শকপা য়াদবা কয়া খায়দোক্তুনা থল্লি। পেনা শকপা ওজাশিংনা চৎনবী অসিবু অঙনবা মতমদগী ঙাক্লা চৎনরকই। অসিগুম্বা তাথোক-তাশিন তৌফম, অশৈবা ময়াম উন্নফম অসিবু পেনা লোয়শঙ কৌই। পেনা লোয়শঙ অসি লীংখৎপগী মতাংদা **লৈথক-লৈখারোল** লাইরিক্তা অসুম্না ইরিঃ-

> **"পোইরৈতোন্না খুম্ভোকঙৈদা মচা-মগু য়াম্না শিতুনা অশি লমলেন লুথৌ কোকলৌবনে, লৈকোই থালশা কাইরেল য়ুমশা অশুম্না শেমমো নোংথৌ কানবা লমলেন শেমও হায়দনা শেমহল্লে অদুগী অশৈবা লোয়শং লিংলে।"**

তশেংনা হায়রবদা পেনা তম্ফম অমসু লোয়শঙনা ওইরি । পেনাগী অশেংবা মহৈ তম্ফম শঙদি পেনা লোয়শঙনি হায়বা য়াই। পেনা লোয়শঙ অসি অঙনবা মতমদগী লৈরকপগী ব্রাফম থেংনৈ।

> **"মার্জিংনা অশৈবা লোয়শঙ লীঙখৎলি, মথংদা পোইরৈতোন্না অমুক অশৈবা লোয়শঙ লীংখৎলি। লাইদি থাবারেম্না নোংশিৎনে, চপুতি ললামপুংনে। মথৌদি-লান খিবিক লমচৎ সিবা খাইএ, পংলোন থেলোন, অরি, অসক, খোনওন, খাওন লিখৎলে, খোংসিংএ, তোংজা চিংঙাএ, পরি থোকপনচিংবা অসি খিবিক্লে ।"**

পেনা লোয়শঙ অসিগী থৌ পুবদা নুংঙাইনবা হায়দুনা অমুক পানা মরি থোক্লা খায়দোকই । মখোয়শিং অদুদি নহারুপ পানা, অহল্লুপ পানা, খাবম পানা অমদি লাইফম পানা অসিনচিংবনি। পানা মরিমক্ অসিদা পেনা শঙলাকপা অমমম্ হাপতুনা থৌ পুহল্লি। লৈমা নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা-লাইফম পানাগী পেনা শঙলাকপদা "লৈখাম" হায়বা মিংথোল অসি পীদুনা ইকায় খুম্নৈ । লাইফম

পানাগী শঙলাকপনি হায়বা খঙনবা, কোকয়েত্তা তোংঙান্না ময়ামগা মান্নদবা খুদম অমা থেৎপা চৎনরকই। লৈখাম শঙলাকপনা পানা মরিমক্কী লুচিংবা ওই। শঙলাকপা অসিগী মিৎয়েং মখাদা অমুক পেনা হঙ্ঙবা, হিদং ফমশিং অসি অমমম্ হাপতুনা লোয়শঙগী মথৌ মঙম চাওথোকহল্লি।

পেনা শঙলাকপগী মথৌ চাওই। লাই-তীন খুরুম্বা, লাই হরাউবা থৌরম অমা পাঙথোকপদা শঙলাকপগী ব্রা তাদবা য়াদে। পেনা শকপা অশৈবশিংগী ঈশৈগী তাথোক-তাশিন, পেনাগী থবক অয়াম্বা শঙলাকপগা খন্নরগা পাঙথোক্লে। অঙনবা মতমদা শঙলাকপগী মতীক থৌদাং চাউনা লৈরম্মী। "পেনা শঙলাকপা" হায়রিবসি, লৈপাক্লা ইকায় খুম্নবা ফমশিংগী মনুংদা অমনি। পেনা শকপশিংনা লোয়শঙ নুমিৎ খুদিংগী কাদুনা পেনাগী মরমদা অশোয়-অঙাম কুপ্না য়েংশিন্নরম্মী। পেনা খোংবশিং লোয়শঙ কাদবা য়াদে। ব্রাফম অমনা পেনা লোয়শঙ অসিদা লৈপাক্কী পেনা খোংবা খুদিংমক কাবগী ব্রাফমদি থেংনদে। পেনা খোংবশিংগী মনুংদা লোয়শঙ কাবা অমদি কাদবা লৈ। লোয়শঙ কাবা ঙল্লবা পেনা খোংবদি অমুক অতে পেনা খোংবশিংগী মরক্তগী খর হেন্না ইকায় খুম্নবী। লোয়শঙ কাবা পেনা অশৈবশিং অসিবু খুমৈ হায়নসু খঙনৈ। কুমগী হরাউবা, লৈপাক্কী থৌরমশিং পাঙথোকপদা লোয়শঙ কাবা পেনা ওজাশিং মরক্তগী থৌ য়েন্থোক্লদুনা চৎনৈ। লোয়শঙ কাদবা পেনাদি নেক্লরমদে। লৈপাক্কী থৌ অমদি কোনুং-মনুংগী থৌদাং য়াম্বনা, লৈমা নিংথৌ, কোনুংগী থৌ পুগদবা হায়না অমুক পেনা লোয়শঙগী অশৈবশিংগী মরক্তা খায়দোক্তুনা থবক পুনরকই। লৈমা নিংথৌ পাল্লিঙৈ, অঙনবা মতমদগী লৈপাক্কী থৌ পুবা নুংঙাইনবা, অশৈ, অমাই য়োইরেল হায়না খায়দোক্তুনা লোয়শঙ অহুম নক্লনা লীংখৎলম্মী। লোয়শঙশিং অদুদি- ১। পেনা লোয়শঙ ২। অমাইবী লোয়শঙ অমদি ৩। মাইবা-পন্দিত্ লোয়শঙ অসিনি। মাইবা, মাইবী, পেনা অহুম অসি থানবা য়াদনা লাকই। অশৈ হায়রগা পেনাবু খঙনৈ, অমাই হায়রগা মাইবা, পণ্ডিতপু খঙনৈ, য়োইরেল হায়রগা মাইবীবু খঙনদুনা লাকই। লোইশঙ কাদবা মাইবা, মাইবী, পেনা খোংবশিং কোনুং-মনুংগী থৌগল পুহল্লক্তে। নিংথৌগী ফম্মাং ঈশৈ হায়রগা খঙনরিবসি অনিনি। অযুক্তা নিংথৌগী য়াকৈরোল ঈশৈ শকপা অমা অমদি অহিং ফম্মাং ঈশৈ হায়রিবা অসিনা নিংথৌনা নুমিদাং চেপলমদাইদদা নাউশুম্নবা পেনা থৌগল চঙবা অসিবুনি। ঈশৈ অনিমক, নিংথৌগী শঙ্গাই মনুংদা পাঙথোকই। পেনা অশৈবনা থৌগল তৌগদৌরিবা অসি সঙ্গাই মনুং ওইরবসু, নিংথৌগী কা য়ৌশিন্দনা থোঙজিন ময়াদা থৌগল তৌহল্লি। করিগুম্বা নিংথৌনা চানবীরবদি ফম্মাং য়ৌনা চঙহন্দুনা, নিংথৌগা নক্লা থৌগল তৌহনবসু য়াওই

হায়নৈ। বুধচন্দ্র মহারাজদি মনাক নক্না থৌগল তৌহল্লি হায়না তাকপীরকপা লৈ। বুধচন্দ্র মহারাজ পেনা তাবা য়াম্না পাম্মী। পেনা অশৈবা ওজাশিংবু লুনা তৌই। মহাক্কী মতমদা ফম্মাং থৌগল চঙলকখিবা পেনা অশৈবা মুতুম চন্দ্রহাস, অংথা মনিং লৈকাইদা লৈবা অসিনা তাকপীরকপা ব্রাফম অমা থমজরি।

মুতুম চন্দ্রহাস য়াম্না নহা ওইরিঙৈদগী পেনা খোংলকই। ওজাশিংনা চানবীবদগী ওজাগী মহুৎশিন্দুনা নিংথৌগী অয়াবা লৌরগা কোনুংদা নিংথৌগী ফম্মাং থৌগল চঙলকই। মহাক্কী ময়ুম ঙারিয়ান চীং লাম্থোক্লগা লৈবা,অংথা হায়বা খুল অদুদগীনি। মতম অদু লম্বী থোং য়াম্না ফৎলমদে। শা-কৈ কনবা মতমসু ওই। শাংলবা চীং লম্বী অসি খোংনা লাক্লগা, লোয়শঙ কারকই। ফম্মাং থৌগল নংননবা অয়ুক অঙনবদগী খোংনা লাকই। লম্বীদা মী অমত্তা চৎনদে। অমুক, অহিং অথেঙবদা নিংথৌ নাওশুমলম্লগা, য়ুম তান্না হল্লি। অসুম্না মতম শাংনা বুধচন্দ্র মহারাজগী থৌগল তৌরকই। মতমগী মতুং ইন্না, পেনা অশৈবা মুতুম চন্দ্রহাস য়ুমপান-কৈবানবা মতম ওইরকপদগী,লুহোংখি। নিংথৌগী থৌগলদি য়ুম পাল্লবসু লেপ্পা য়াদে। নিংথৌনা য়াদবা নত্তে, নিংথৌবু নিংজবা, কিজবনা, থৌগল চৎচবনি। ওজা পেনা খোংবা মুতুম চন্দ্রহাস লুহোংবা নৌরিঙৈগী ব্রারীনি। অহিং বুধচন্দ্র মহারাজগী ফম্মাং থৌগল লোয়রগা ময়ুম হল্লকপদা নোংয়াই হেনখি। অসুম্না তোয়না তৌরকপা অসিদা মনাই নুপীনা য়াম্ন কিজখি। মহাক লৈতবা মতমদা, মথম্তনা চীংয়াগী খুলদা, অহিং ঙাইবগী কিজবা, অব্রাবা কয়া পাউদমজখি। অদুবু লৈপাক নিংথৌগী থৌদাংনা লুবনা, অদুমক মুতুম চন্দ্রহাসনা অয়ুক নুংথিল, নুমিদাং ঙাইদনা থৌগল চৎলকখি। কৈদৌঙৈ অমুক্তংদি য়ুমদা ঙন্না হনবা ফংগদগে হায়বসি খন্দুনতা লাকখি। নোংমদি খর ঙন্না হনগে নীংদুনা, অহিং ফম্মাং থৌগল ঙন্না তৌনবা থৌরাং তৌদুনা কোনুং মনুংদা ঙাইদুনা লৈখি। নুমিৎ অদু বুধচন্দ্র মহারাজনা খঙবা মাল্লি। নহানখৈগা মান্নখিদে। নুংতীগী পোৎথাবা মতম হেল্লফাওবা পোৎথাখিদে, লেংওন-শাওন্দুনা অদুম লৈখি। নিংথৌনা পোৎথাদ্রিমখৈ পেনা থৌগল লেপ্পা য়াদে। খর ঙন্না হঞ্জগে খনবনি। ফংখিদে। নিংথৌনা পোৎথাদ্রিবা ফাওবা শকলকপদা, মহাক্না ফাজবা ঈশৈ অয়াম্বা লোইখি। শক্লিংঙাই ঈশৈ লৈরক্তদুনা ওজা মতুম চন্দ্রহাসনা মহাক্কী পেনা ঈশৈগী ময়েক্তা অসুম্না শৈথাদুনা শকখি হায় ঃ-

**"ইনিংথৌ ইবুংঙো ননাইনা পেনা থৌগলজবদা,**
**শক্কদবনা শকহৌদা, হায়গদবসু হায়হৌদা ,**
**অশোয় অরান য়াওরবসু হৈজদবনি ঙাকপীয়ু ,**
**ইনিংথৌগী পেনা থৌগলজবদা, হৈজদবা ওইবনা**

**শক্লবা ঈশৈ লৈরক্তুরে, মতম অসিসু থেঙজিনখরে,**
**ননাইগী নগুনুপী মথন্তা, চীংলোন ব্রাংমা অসোমদা**
**য়ুম শঙদুনা লৈহৌরি, ঐবু খৌরাংনা ঙাইহৌরি,**
**ইনিংথৌ ইবুঙো পোৎথাবীরো, ননাইবু থাদোকপীরো**
**মতম অসে থেঙজিনখরে লাইনিংথৌ... ॥ "**

ঈশৈ ময়েকশিং অসি হায়না, কিনা কিনা শকলুবদা, বুধচন্দ্র মহারাজনা ফাক ফাক নোক্লগা, ঙসাইখৈ অদু করিগী হায়দে, নতৌ য়েংনিং লক্লবনি, চৎলো চৎলো হায়না থাদোকপীরকখি। সনা য়াথং তাবদা, হরাওবনা পেনা পায়রগা চেল্লকখি। চেন্না চেন্না, লম্বীদা খাওদা পেনা হৃপচিল্লি। য়ুম য়ৌরকপা খঙহৌখিদে। অসুম্না পেনা ফম্মাং থৌগল চঙলকপগী নুংঙাইবা ব্রারীসু থেংনৈ। মতাং অসিদা, খ্বাই নুংজেং পীবাগী ব্রারীবুসু হায়ফেৎ নীংশিংহল্লি। অদুবু বুধচন্দ্র মহারাজগী ব্রাফম অসিদি পেনা অশৈবা মনাইবু, লক্লনিংবা, মতৌ য়েংবগী ব্রাফম্নি,পেনাবু নুংশিবগী মতৌ অমা উবা ফংঙি।

ফম্মাং থৌগল চঙবদা, পেনা য়াওদনদি ঈশৈ শকপা ঙাক্তা ফম্মাং থৌগল তৌহন্দে। ফম্মাং থৌগল চঙবা মতমদা অতোপ্পা মীওইশিং খোনপাংবা য়াওদে। শকপগী মতমসু অয়ুক অঙনবা মতম নুমিৎনা তরং তরং থোকলকপা মতম অসিদা ওইগনি। মরমদি য়াকৈবা মতমদা ওইরিবা,অমম-অঙালগী মশক মওংসু শৈথাবদা য়াওরি। মৈতৈ অশৈবা পেনা খোংবনা শক্কদবা ঈশৈগী মতাংদা **"লোয়য়ম্বা শিনয়েন"** লাইরিক্তা অসুম্না ইরিঃ-

**"মৈতৈ অশৈবগা পেনা খোংবগা অনিমা অমতা ওইনা**
**সনা থৌগল ফমমাং চঙবদি য়াকৈরোল শকএ ফমথৌ**
**মহিশাংনা খাংএ। সাখি ব্রোইরৌয়ে লাইতিনগী ঔগ্রি**
**শকয়ে সনা লমব্রোক শকই। লানফা লমব্রোক শকই।**
**অহিং য়াব্রোনবা শকই। লংমাই খোললোন শকই। মিকোল**
**থাকোল শকই।"**

## পেনাগী শীজিন্নফমঃ

মণিপুরী খুন্নাই অসিদা, পেনাগী মথৌ-মঙম অসি অসুক্কী মতীক চাউনা লাকই হায়বসি মথক্তসু নৈনজখ্রে । পেনা যন্ত্র অসি পংখোংদা খোংনদে । মফম মতম শীজিন্নফম লৈরি। মণিপুরী সংস্কৃতিদা পেনাগী শীজিন্নফম অসি চাউরাক্লা মখল অহুম থোক্লা খায়দোক্নুনা নৈনবা য়াই। মখোয়শিং অদুদিঃ-(১)কোনুং

মনুংগী থৌরমদা পেনাগী থৌদাং, (২)লৈপাক্কী, খুনগী, লৈকাইগী, য়ুমগী লাই-তীনগী ওইবা থৌরমশিংদা পেনাগী থৌদাং অমদি(৩) হরাউ কুম্মৈ অতৈ থৌরমশিংদা পেনাগী থৌদাং অসিনি।

### পেনাগী মশিলঃ

পেনা যন্ত্র অসিনা লমদম অসিগী নাৎকী থৌরমশিংদা য়াওদবা য়াদনা লাকই। নাৎকি থৌরমশিংদা পেনাগী মফম চাওনা লৈরকই হায়বসি পেনাগী মশিল অসিনা ময়েক শেংনা তাকই। পেনা যন্ত্র অসিনা তৌগদবা কয়া কুপ্না খায়দোক্কুনা মশিল লাইরিক্তা অসুম্না ইরিঃ-

> **"নিংথৌগী অহিং ফম্মাং য়িশৈ খনগনি। য়াকৈরোল শক্কনি। লময়িন থৌগল চৎকনি। তিনতৌ-লাইতৌ পুম্নমক চৎকনি। লাইপৌ অনোয়রোল শক্কনি। লাইগী তীনগী য়াহৌ য়াকৈ শক্কনি। তিনপাও লাইপাও শক্কনি। অহিং ফম্মাং য়িশৈ খনগনি। সঙকাই থোঙজিন ময়াইদা খনগনি।"**

### পোকপা থৌরমদা পেনাগী মফমঃ

মৈতৈশিংগী য়ুম্বাললোন য়াম্না কুপ্পি। তাইবঙ পান্দা খোঙদারকপবু মপুগী থৌদাং পাঙথোকপা লাকপনি হায়না লুনা লৌনৈ। অসিগুম্বা থৌদাং অসি মপুং ফানা, মতম শাংনা পাংথোকপা ঙম্নবা পুন্সি নিনৈ। অঙাং উন্নরবা মতুং,য়ুমশেংবা,ইপান থাবা থৌরমদা, পিথ্রাই খোংদাইবী তাইবদা অঙাং অদুগী পুন্সি নুংশাংনবা,মশা মউ ফনা লৈননবা, ফৌ শংবাই অথনবা ঙারি পরেং অচুম্বা অমদি অশেংবা য়ু মচিল কৎতুনা য়ুপাল থাবা থৌরম পাঙথোকপা চৎনরকই। মসিদা পেনানা, থব্রায় মিকৌরোল শক্লে। পাগী পারম পুগী পুরম শৈথাদুনা মমা মপা অঙাং অদুবু তাহল্লি। পুন্সি নুংশাংনবা পেনা ঈশৈ শকপা লোইরবা মতুংদা পেনা শক্লিবা মীওই অদুদগী য়াইফ-নিনৈ। মতম অমা মণিপুরী সংস্কৃতিগী ফজরবা মচল অমা ওইরম্বা, পোকপদা পেনাগী মশিল থৌরম অসি, হৌজিক্তি মমি শাম্মি তৌরি।

### পোকপগী ইপাল থৌরমদা পেনা ঈশৈঃ

অঙাং নব্রানা তাইবঙদা খোংদারক্লবা মতুং য়ুমশেং-কৈশেং তৌদুনা ইপাল থৌরম পাঙথোকপদা, পেনা ঈশৈ শক্লরকই। অয়াম্বা শক্লবা ঈশৈদি- পাম্হোইবী লুহোংবা, লৈ-লাংবা, খম্বা পোকপা অসিনচিংবনি। মসিসু থৌরম পাঙথোক্লিবা

ইমুংনা অপান্বা শকহন্নিংবা ঈশৈ পেনানা থৌগল তৌহল্লি। মোইরাং থাংজিংদা থৌনিজবগী মতাং অমা পীরি ঃ-

"চীংঙু ইবুংঙো মোইরাং থাংজিং কোইরেল লাই, চীংঙু নহাক্তী হৌবা লোইবা নহাক্কী, তাইবঙ পানববু পোকপিরিবা, শেম্বীরিবা ষম্থোং পুংমাই লেপ্তুনা ফমথৌ কাজাও য়ারিবা লাইনিংথৌ, ঙসি কোরৌ নুমিৎতা, য়েক শাল্লাই অসিদা পোকলিবা, তাইবঙ খোংদারক্লিবা য়াব্রা অঙাং অসিনা তাইবঙ ফাৎলম কুম্মৈ য়াওনবগী য়েক-শাল্লাইদা মালেম শাফোংলকপা নব্রা অঙাং অসিগী পুন্সি নুংশাংবা পীনবীরম্মু লাইনিংথৌ। পলেম পম্থৌগী থৌগল মতোল লোম্বা, তাইবঙ মপুনা শিন্থা চৈকক পীবদি চহি চাম্মানি। মপুনা চহি নিপাল হাপ্লে। নব্রা অঙাং শাফোঙলক্লিবা অসিনা লংজবা কয়া লৈদুনা চহি নিপাল ককখ্রবসু, চীংঙু নঙগী খোয়ুম নঙগী নথৌজালনি, লানখিবা কয়া মাংওইননা লেপপিয়ু, তুংওইননা থম্বীয়ু। খুবাক লাইখল শাজরি, থৌজাল পীনবীয়ু লাইনিংথৌ, নব্রা অঙাং অসিগী পুন্সি নুংশাংবা পীনবীয়ু লাইনিংথৌ।"

## লুহোংবা থৌরমদা পেনাগী মফম ঃ



পুন্সিগী শিন্থা ময়ামগী মনুংদা লুহোংবসি অমনি হায়না লৌই। লুহোংবা হায়বসিগী ইচেলদি-কনাগুম্বা য়ুম্নাক শাগৈ শলাই অমগী চনু নিংঙোল অমবু কনাগুম্বা অতোপ্পা য়েক শালাই অমগী পীবাদা পীদুনা তাইবঙ য়ুমলেপ তমহনবা শলাই অমদা তিনখিবনি। হৌরকফম মরু হোংখি হায়বগী লুহোংবা কৌই। অসি হায়না **"মৈতৈ লুহোংবগী হৌরকফম চৎনরোল"** লাইরিক্তা ইরি। লমদম অসিদা, মৈতৈশিংনা মচা নিংঙোল থাজবা, হায়না-শীংনদুনা লুহোংবা থৌরমদা, পেনা ঈশৈ শক্তুনা লুহোংলিবা নুপা নুপী অনিমক্কী নুংঙাই-য়াইফনা পান্নবা, তাইবঙদা চাদা নাওদা শন্দোক্লবা থৌনিজবা ওইনা পেনা ঈশৈ শক্লরকই। ঈশৈ থৌগল তৌনবগীদমক

শোন্নপুঙদা শঙলেন অমা খল্লি। শঙলেন অসি মখোঙ নিপাল য়ুংঙি, ময়াইদা মেন উরেপ অমা য়ুংঙি। মখোঙ নিপাল অমদি মেন উরেপ অসি অচম্বা নত্তে। লাইনীং ৱাখন নিপালগী মশক্লি। মেন উরেপ অসিনা শিদবা মপুগী মশক্লি। অসিগুম্বা শঙলেন অসিগী মখাদা তাইবঙ মপুগী মিংখৈ শোনবা অসিবুনি লুহোংবদা পেনা ঈশৈগী থৌদাং অমা ওইনা কুইরবা মতমদগী চৎনরক্লিবা অসি। পেনা ঈশৈ-লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিগী মিংখৈ শক্লবা মতুংদা, মীয়ামগী অপাম্বা মতুংইন্না,মখা অতোপ্পা ঈশৈনা শমথবসু চৎনৈ। লুহোংবদা পেনা মশিং অপাম্বগী মতুংইন্না হায়নৈ। হৌজিক্কী মতমদা মমাংঙৈগুম, লুহোংবা খুদিংমক্তা পেনা ঈশৈ শক্লদ্রে। অপাম্বগী মতুং ইন্না চৎনরে। কনাগুম্বগী লুহোংবদা পেনা ঈশৈ শকপা অসি হৌজিকসু তৌনরি অদুবু মতম অমগী মশক অদুদি ওইদ্রে।

## মৈতৈগী লুহোংবদা পেনা ঈশৈঃ



মৈতৈগী চৎনবীদা, লুহোংবগী মখল খর খায়দোক্কুনা লৈ। লুহোংবগী থৌরম অমা পাঙথোকপা মতমদা লাইনীং-লাইশোল থৌরম অমা ওইনা পেনা ঈশৈনা শক্লবা অসি চৎনরকই। লুহোংবদা পেনানা শক্লবা ঈশৈ অসি অয়াম্বনা, মালেম শেম্বা, নোংখোং কোয়বা, পাম্হোইবী খোঙ্গুল অমদি ঈশৈগী মতাং থৌবুরেলগী অপাম্বা মতুংইন্না শক্লে। অতৈ শক্লরুরবসু লৈ কোয়বগী মতাং অসি লাকপদা,ঈশৈ মতাং অসি শোয়দনা হোংঙি। তাইবঙ মপুনা শান্নবা লীকলমদা শক্লে। লুহোংবদা শক্লবা ঈশৈগী মতাং অমা পীরি ঃ-

"শোন্নপুংগী ময়াইদা,নীঙথিজরে ফজরে লাইনিংথৌনা য়েৎতা ফম, লাইরেম্বীনা ওইদা ঙাল্লে। লাইনিংথৌনসু হেন্দে, লাইরেম্বীনসু ৱাত্তে,ফজরেদা ইনিংথৌ, সনাগী তাংবল মথক্তা শজিক অনি থোক্লুম্লে, থাবা অনি ঙানগুম্লে। লাইনিংথৌগী কোকথক্তা সনাগী কোকয়েৎনা

ঙাম্লোইরে, লাইরেম্বীগী কোকথক্তা কজেংলৈনা
ঙাম্লোইরে। ফজরে লাইনিংথৌ, ফজরে লাইরেম্বী।
পম্লৌনা য়োম্বা খয়োম্লি,পলেম্না পুনবা লৈপুলনি,
য়েংঙু য়েংঙু অনিসে, পাখঙ-নুরা অনিসে কানানা
ব্রাংলিবা কনানা হেল্লিবা অনিসে, ফজবদা
হায়নিংঙাই লৈতে, য়েংবদা পুক্লিং নুংওল্লি।
অতিয়াদা থোকপা থাজনা ঙসি মালেমদা ঙাল্লরে,
কনানা হেল্লিবা য়েংবদা পুক্লিং নুংওল্লে, ফজবদা
হায়নিংঙাই লৈতরে, থাবু ঙমজবী মাইথোংনি।

লোইশিল্লকপদা তাইবঙ মপুগী মীংখে শোল্লগা লোইশিল্লি।

"নোংপোক সনজিং চীংদোন্দা, অমমম্
অঙাল খায়রিবা, তেঙবান মপু লাইনিংথৌ
নোংপোক থোংনা সনজিং নাপোম
ওইবা, লাইজা তুরেলনা মরুনি, পুম্নমকপু
শেম্বীবা লাইনিংথৌনা য়াইফরে।"

## লান্ন-থৌরমদা পেনাগী মফমঃ



তাইবঙগী শিম্থা লোইদুনা থব্রায়না হকচাংদগী চৎখিববু শিবা হায়না খঙনৈ। তাইবঙ মীওইবগী থব্রায়দি মাঙদে। মপোক অমদা অমুক পোকই। অসুম্না মৈতৈশিংনা অঙনবা মতমদগী থাজনদুনা লাকই। কনাগুম্বা ইমুং অমদা অশি-অনা য়াওরকপদা, পেনা ঈশৈ শক্কুনা অশিবগী থৌরম তৌনরকপা অসি চৎনরকই। অশিবা অদুনা মাঙ্গোন্দা লৈরিঙৈ, পেনানা নোঙ্গারোল ঈশৈ শক্লে । মাঙ্গোন্দগী সুম্মাং য়ৌনা পুথোকলকপদা পেনা খোংনৈ । অশিববু শঙ্ মনুংদা থল্লগা ইমুং-মনুংগী মীশিং অমদি পেনা য়াওনা শঙগী অকোয়বদা জগোয় শাদুনা ঈশৈ শক্কুনা অশিবা অদুগীদমক কৎলবা মতুংদা, শুম্মাংদগী পোৎলোইফম মফম মং তান্না শিঙ্গুমলোন শক্কুনা পুথোক্লে। ঈশৈনা নোঙ্গারোল শক্লে। মী অমা শিরবা মতুংদা শিরিবা মী

অদুগীদমক পেনা অশৈবনা থাদুনা শক্লবা অসিবু অশৈ তোরান ঈশৈ হায়না খঙনৈ। শিবগী থৌরম নুমিৎ তরুকনি শুরবদা তাংজা লুফৌবা হায়দুনা, পোৎলোইখিবদা লৌহৌবা কোক্কী শরু মচেৎ অসিবু কংননবা ফৌবগী থৌরমদা পেনানা ঈশৈ শক্লরকই। অশিবা পুথোকপা থৌরমদা অঙনবা মতমদা পেনা খোংখিবা শৈশকপদি খম্বুং লম্রেন অশৈবা কৌই। লান্ন-থৌরম, কুমগী ফিরোইদা পেনা পালা শক্লরকই। অসুম্না পেনা পালা শক্লুনা অশিবগী থৌরমদা চাওনা থৌদাং লৈরকপদু হৌজিক্কী অহোংবা কয়া লাকপনা নট সঙ্কীর্ত্তন ঈশৈ অমদি অতোপ্পা ঈশৈ কয়ানা মহুৎ শিললক্লি। কনাগুম্বা সনামহি লাইনীং চৎপা অমদি নাৎকী ঈশৈবু পামজবা খরনদি অশিবগী থৌরমদা পেনা ঈশৈ শকপা অসি হৌজিকসু তৌনরি।

### লান্ন-থৌরমদা শক্লবা পেনা ঈশৈঃ



মণিপুরী কাঙলুপ অসিগী লৈজরিবা কলা-সংস্কৃতি ময়াম অসিগী মনুংদা অশিবগী থৌরম অমা ওইরিবা লান্ন-থৌরম অসিগী নুংগী ফজখ্রবা ৱাফম কয়া পেনা পালা ঈশৈনা ফোংদোকই। অশিবগী থৌরমদা য়াম্না থাক ৱাংনা লাইনিং-লাইশোল পাঙথোকপা মণিপুরী জাতি অসি অমনি। থৱায় অদুনা মপোক অমদা পোকনবা তেঙবান মপুদা হায়জ-নোঞ্জবদা পেনানা শকপা থৌরমগী ঈশৈ মতেক অমা থমজরি ঃ-

"পলেম ইমা ইবেম্মা, নহাক্লা তাইবঙগী য়েক-শাল্লাই অসিদা পোকপীদনা চাদা নাওদা শন্দোক, তাইবঙ কুম্মৈ য়াওরম্মী। পলেমগী তাইবঙ কুম্মৈ য়াওরম্লগা, পলেম ইমা নহাক্লা হেদো নাহে চন তৌরাং ফকচানা, নপারি-নমোম ঐখোয়না পালেমগী য়াইবী কনবা ঙমগদ্রা হায়দুনা, লৈপাক মাইবা, নিংথৌ মাইবা কৌদনা পলেম-পম্বৌ অনিবু লাইকন্নরকপদা, পলেম ইমা ইবেম্মা, খোইয়ুম লাইগা তাইবঙ মীগা মুন্নরকপদা, খোইয়ুম লাইনা খজিক হেনখিবনা নুংগী লাইৱা কয়া শোল্লে, পালগী লাইৱা কয়া শোল্লে, নুংগী হিদাক কয়া থারে পালগী হিদাক কয়া থারে অদুবু থৌদু নুংপাকথক্তা লাইজা ঈশিং চাইবগুম

মান্নখ্রে, পলেমগী থব্রায় কনবা ঙমখিদ্রে। পলেম ইমানা খাগী লাইজানা ইহৌরক, কংলা য়াইবুং থারমদাই, খাম্বী মরম তারানিথোইনা চাকলক্লবদা, তাইবঙপান্দা অশাবনা নুংদা চল্লম, পলেমগী য়াইবীরেল থব্রায় অদুনা শামু হকচাং কায়নরমদাই পারী-মমোম য়েংলগা, পারী নুংশিবা ইমোম নুংশিবী, নখোয়দি তাইবঙ পান্দা লৈহৌখো, ইমাদি চৎতবা য়ারকত্রে। তাইবঙ মপুগী শৈরোই-শৈথেক লোইরে, ইমাদি তাইবঙ চৈথেক লোয়দনা চৎপা তারে, লৈহৌরো চৎলগে। পলেমগী য়াইবীরেলনা, মিৎলু নাপোম অনিদা, তরংগী লাইজা ইরা চেল্লগা খৌনাওগী লৈয়েংনদি খৎপা য়াখিদা, লাইখুরেম্বী ইমানা ফাখিবনা, ব্রা ঙাংবা য়াদনা মপারী মমোম চিংনা য়েংলগা পলেমগী য়াইবীরেল হিক্লা হিক্লা কপলক্লে। পলেম ইমা ইবেম্মা, পারীনা চাওরগা, ইমান্নবা মীরক তীল্লনি হায়দনা পারি অমা নমদা পো, ইমোম অমা থাদা পম্লগা,পারি চাওনবা য়োকলকপা, নোংজু-নুংশা অব্রা কয়া খাংদুনা পারী চাওরক্কনি, ইমোম শাৎলক্কনি খঞ্জরম্বদো শামু পাঙ্গল চাওরকপা মতমদা পলেমগী লমন শিংলমদাইদা, পলেম ইমা ইবেম্মা, খম্লুং সব্রা তান, অমং য়াইথোং কুম্বনা হানখ্রে। হন্দক মপোক লাংওন অসিদা নপারী নমোম ঐখোয়না ইমা ইমা হায়দনা মাইকৈ মরী ওল্লগা পলেম ইমা হায়না কৌবসিনা মপোক লাংওন অসিগী লমন শিংবা ওইরগে পলেমও। পলেম ইমা ইবেম্মা, নপারী নমোম ঐখোয়না ইমাগী লান্ন-থৌরম তারামথোইনিসুবা কোরৌ নোংজা অসিদা শোন্নপুংগী ময়াইদা, মপুনা ফম্বাল লাংবদা, ইরাৎফুনা মাঙদা থা, হৈরাং পুংগোই থেল, লৈরাং পুংগোই থেন্দনা, তাওজিং হৈরাং খরদং কৎচবসে পলেম ইমানা নীংবা থুংদে হায়দনা তাথি শোইনাই পীরমগনো, পলেম ইমা নখোং খাদা নপারী নমোম ঐখোয়না হন্না হন্না খুরুমজরিয়ে॥"

## অনম-অথৌ কোকপদা পেনাগী মফমঃ

পেনা ঈশৈ অসি তানবা খক্তগী শীজিন্নরক্তে। পেনাগী মখোন্দা পুক্লিংবু নুংওনবা খোঞ্জেল অমা য়াওই। অসিগুম্বা তোপ-তোপ্পা মতীক-ময়াই অসিবু খঙবা কনানা, অনম-অথৌ কোকপা থৌরমদা পেনা অসি শীজিন্নৈ। লাই হরাউবগী থৌরমদা মাইবীনা লাই তোংবা তোয়না থোকই । লাই হরাউবা খক্তা নত্তনা, মাইবা-মাইবী পেনা য়াওনা, করিগুম্বা লাই-তীনগী থৌরম

পাঙথোকপা, লাইপাউ চেনবা মতমদা, মাইবীদা লাই তোংদুনা হন্থরক্কবা, লাক্লা ফানবা ঙমলকত্রবা মতমদা, মাইবনা লাইরোন শোন্দুনা মাইবী অদুবু কামথবী। মসি ফাওবদা লাই তোংবা হন্থরক্কবা থোক্লবদি, অরোয়বদা পেনা খোংবনা, পেনাগী পুংমায়না মাইবী লাই তোংলিবী অদুগী লৱাইদা নমথবী, চৈজিং চৈথোক্লা নম্বী, চৈজিংনা কোৎপা নৎত্রগা পেনা চৈজিং মচুম পীথক্লগা লাই তোংবদু হন্থরকই। মসি পেনাগী তোপ-তোপ্পা মতীক ময়াই অমনি। নিংথৌনা করিগুম্বা মহাক্কী শঙ্গাই মনুংদা নৎত্রগা মফম অমদা



শোয়খিবদগী তুবা থোক্লবদি পেনানা মফম অদুদা সনা কোনয়াই, লুপা কোনয়াই হুন্দুনা পেনা ঈশৈনা মিকোন থাকোনবগী চৎনবী অমা মাঙলমচত্তা লৈরমলিবসি, পেনাগী মতীক ময়াই অসি লৈবগীনি। হৌজিকসু থাজনবী অসি লৈরি, অদুমক চৎনরি।

## নাহুৎ-নারেং থৌরমদা পেনা ঈশৈঃ

তাইবঙদা খোঙদারকলিবা অঙাং অসিনা যুমশেং-কৈশেং থৌরম তৌদুনা ইপাল থারবা মতুংদা নাহুৎ-নারেং তৌবা অঙনবা মতমদগী চৎনরক্লে। থৌরম অসিদা পেনানা ঈশৈদা শক্লবা "থাংহি খোম্বা, চীংউ পাঙ্গলব"গী মতাং অমা ওজা নিংথেমজাওনা শকপীখিবদগী লৌখৎচরি ঃ-

"সোরারেনগী মচানুপী পেনু লাইরেম্বীগী খোইজি খাদা লাইনিংথৌ থাংহি খোম্বাগী তাওজিং মরু ইহুল তমদুনা পেনু লাইরেম্বী পলেম মমানা নাও পুরকই। লাইনিংথৌদি অৱাং পাৎলোইদা তাইবঙ মীগা লাইয়ামগা লৈঙম য়েৎনদনা লৈঙম য়াল্লগা মাগী মাগী লৈঙম থোম্বা মতমদা অৱাং কৌব্রু লমদমদা নাফুৎ মেন্না হাকতক্ মতম অদুদা ইবেনধৌ অসিনা থাবুম মশিং ফারক্লে, নাওপুরিবা পারিসে তাইবঙপান্দা ফাওরকত্রে, ঐবু য়াইবী মাঙবা তারব্রা, পালেম ওইবীনা মশাবী লাইনিংথৌ চৎখিবা মাইকৈ য়েংলগা হিক্লা হিক্লা কপচরি। কোরৌ নুমিৎ অমদি-খোমলেন মংলান অমদা পীবুকনুংদা লৈবা নৱা অঙাং অদুনা ইমা, নপারী নৱা ঐহাক্লা তাইবঙ ফাওরক্কদবা লোইদাং থাবুম অহুম ৱাৎলি। পলেমগী য়াইবী মাঙগনি হায়বগী কপ্পীরুগনু, থাবুম মশিং শুবগা তাইবঙ

খোঙদাজরক্লগে, পলেম ব্রাবীগনু খোমলেন মংলান্দা অসি হায়না মঙফাওনরে। লোইদাম থাবমু অহুম লৈরগা, হুংঙা হায়না তাইবঙদা নব্রা অঙাং অদুনা শাফোঙলক্তুনা মালেমদা হেক তারকপগা, অঙাং নব্রা মহাক্তো খোইরি নাওফম কোক্তায়েৎ ফুক লাওনা হৌগৎখি। ইমা, ইপন পম্বৌ কদায়দা লৈ, নপারী নব্রা ওইবনা পম্বৌ ওইবা মহাক্কা চেঙলৌ শকচান্নজগে, শামু মায়োক্লজগে, পম্বৌ কদায়দা লৈবগে অসি হায়না কোলোয় মপাও হঙলকই। পলেম মমা পেনু লাইরেম্বীনা মচাগী য়াব্রা তাবদা অসি হায়না পাউখুম্মী। নপল পম্বৌ ওইবা মহাক্কী চীংঙু কোলোয় মিংলেন্দি থাংহি খোংজোম্বা কৌইদো। অব্রাং কৌব্রু মাইকৈদা মীগা লাইগা লৈঙম য়ান্নরগা মাগী মাগী লৈঙম থোন্নবদা অব্রাং পাংবা মাইকৈদা শিন্থা চৎখিদো ইবুংঙো । অদুদি ইমা-নপারী ঐসু চৎলুগে, পম্বৌ খোঙ্গুল লীরুগে। মচাগী য়াব্রা তাবদা পলেম ওইবী মমা পেনু লাইরেম্বীনা - ইমাগী ইবুংঙো নহাক্কী তাইবঙ ফাওরকপদা ঙাইরিদো ইরু-শাদেংদ্রি, খোইরি নাওফম ককত্রিদো। ইরু শাদেংদনা করম হায়না পম্বৌগী খোঙ্গুল লীগনি পম্বৌগী মনাক য়ৌরুনি। ইমানা খোল্লাং ইনখিগে অসি হায়না খামজখি। পলেমগী য়াব্রা তাবদা নব্রা অঙাং মহাক্রা, ইমা নপারী খোল্লাং থকপা য়াদ্রি, ইরু শাদেংবা য়াদ্রি,পম্বৌ চেংলৌ শকচান্নদ্রিঙৈ,পম্বৌগা য়াব্রা মপাউ মেন্নদ্রিঙৈ, ইমাগী খোল্লাং থকচখিরোই । পলেম মমাবু খুরুমলগা অব্রাং পাৎলোই মাইকৈ তম খোঙশাললক্লে অঙাংনা । মীগা লাইগা লৈঙম য়াৎতুনা লৈরীবা মফম অসিদা নব্রা অঙাংনা পরপ-পরপ্ লাকপদা লম্বীদা লাইয়াম্লা উরকই। হি করিনো অসিদি? খোইরিসু ককত্রিবা ইরু শাংদেংদ্রিবা নব্রা অঙাং অসিনা মাইকৈ অসোম লাকপদি মীসু লাইসু মাংবা তারে করমনো হায়না খামলকই। পারী মদোম মানবা নঙবু কনানো, কনাবু থীরকপনো ? য়াব্রা অসি পাউ হংজরকই। ঐবু পোকপী পলেমনা ঐবু পোকপা পম্বৌদি তাইবঙ মীগা লাইগা লৈঙম য়ানবা মাইকৈ অসোম চৎখি হায়, ইপাগী খোঙ্গুল লীজরকপনি। পলেম কনাগী মচানো, পম্বৌ কনাগী মপারীনো কোলোয় মীংলেন খঙলবদি হায়যুগবা পারী মানবা ? ঐবু পোকপা পলেমদি পেনু লাইরেম্বী কৌই, পম্বৌ ইপাগী

কোলোয়দি থাংহি খোংজোম্বা লাইনিংথৌ কৌই তাকপীরকই ইমানা, পম্বৌ মাবু খণ্ডলবদি তাকপীয়ু। নব্রা অঙাংগী য়াব্রা তাবদা খোইয়ুম লাইয়াম্না- য়েংঙু, আদা মথন্তা লৈপোন পুদুনা মালেম লৈহোম তাল্লগা পল্ থীংলিবা মহাকসে, থাংহি খোংজোম্বা হায়দুনি। মীকুপ অমত্তা পম্বদনা মাইকৈ অদোম লাকপনা, লেপখি খোংজোম্বা মনাক্তা। লাইনিংথৌনা নব্রা অদু উবদা পারি মদোম মানবা নঙবু কনানো, সিদা করিগী লাকপনো কোলোয়না করি কৌবনো ? নব্রা অঙাংনা খুমলকই,ঐগী কোলোয় মীংলেন থোনজদ্রি পম্বৌ চেংলৌ শকচান্নদ্রি, য়াব্রা পাউমেন্নদ্রি, ঐবু পোকপা পলেমগী কোলোয় মীংলেম্দি-পেনু লাইরেম্বী কৌইদো। ইপাগী খোঙ্গুল লীজরকপনি,পম্বৌনা চৎখিবা মাইকৈসি পলেম ইমানা তাকপীরকই। ইবুংঙো, থাংহি খোংজোম্বা হায়বদু ঐহাক্লি। ইপানা নঙবু লোইদাম থাবুম অহুম, পালেম নমাগী পীবুকনুংদা হৈরাং হৈমি তম, লৈরাং লৈমি য়াৎতনা ইপানা নঙবু থনম্মী। পারী চেংলৌ উবদি ইপাগী থম্মোয় নুংহিক্লে। ইপানা নঙবু ইরু-শাদেংবীগে, খোইরি নাওফম ককপীগে চীংঙু মীংখৈসু থোনবীগে। অসুম্না পাউমেন্নখিয়ে। মপাগী ব্রাবু তাবদা নব্রা অঙাংনা খুম্মী। নপারী ঐদি ইরু-শাদেংবা য়াদ্রি, চীংঙু মীংখৈসু ফংবা য়াদ্রি, পম্বৌনা থোল্লিবা পনসিদি লোইবা খম্বা ঙম্লরোই। পম্বৌনা থোল্লিবা মফমসে, ঙসি থোল্লবসু, হয়েং হেক্তা নিংখায়রনি। লৈঙম মফম অসিদি খোইয়ুম লাইয়াম তান্নরগা,পম্বৌনা ঙমদনবা পীবনি। নপারী ঐনা থোল্লগে পম্বৌগী লমন শীংলগে। থৌরম অসি লোইদ্রিফাও ইরু-শাদেংজখিরোই,খোইরি নাওফম ককখিরোই । অসি ব্রাসি হায়রম্লগা কৌব্রু মাইকৈ তান্না প্রপ্ প্রপ্ চৎখিদুনা লোইবী চীংমাই মাপল লোংবা, কাওরেল মরুম শাবা চীংজাও অমা ফুক্তুনা পুরক্লগা,লৈঙম মফম অদুদা দম লাওনা থাধরৈ, কোম অদু ফুনজিল্লি। থিন্দে, ইবুধৌ পাখঙবা তুবী চিরেল অনি পানবনা থোনজিল্লিবা মফমসে হোগাইবা হৌরকই । নঙনা ওইরেকো খঙগনি, য়াইবী লৌরগে ঙসিদি, অসি হায়না ফন চোংশিন্দুনা চীরেল তাপ পায়দুনা ফুকখ্রে, নব্রা অঙাংনা পাখঙবা থব্রায় চাইখ্রে। নহাক অমুক থোকলকপা য়াররোই। নঙনা লৈগদবা মফমদি কৌব্রু চীংগী নাপোম ইঙেল থয়াই

লোক অসিদা লৈরুগদবনি অসি হায়না তাকপিখি । অঙাংগী মতৌ উবদা থাংহিখোম্বা পেনজখি মতৌ অসুম তৌদুনা, নৱা অঙাংগী য়েৎতা মপুগী মিংখৈ ওইদা ইমাগী মিংখৈ পীরগা খোইরি নাওফম কক্তুনা ইরু-শাদেংবীগে তৌরকখি। অঙাং নৱা অসিগী মাগী মতীক উৎনবা লাইয়ামগী থৌশিন ওইবনা, নৱা অঙাং অসিনা মথন্তা ইরুজগে হায়রক্লে। লোইবী চীংমাই নাপোমদা মৌখৎতুনা লৈরীবা লাইজা ঈশিং মনাক্তা হৌরিবা পামেল মশা চীংথারগা ফৈনা তোংদুনা ইরুজৈ অঙাংনা। খোইয়ুম লাইয়াম অমদি তাইবঙ মীয়াম্না, হাইথরিবা ফৈরা অদুদা মখোয় লোয়না কাখৎপা হৌরকই । ইরুজবা লোইদুনা অঙাং নৱা মহাক্না ময়াম কুমথবীরো, ঐনা করিগুম্বা কুমথবা থোক্লবদি হাইথরিবা উ অসি শোয়দনা হাইগৎখ্রগনি,পন্থৌ মীংলেন তাকপীয়ু অসি হায়না হংজরকপদা, পারী খুদোংথিবা নংলনি। খোইয়ুম লাইয়াম অদুদি খঙবা হায়দু ওইবনিনা লোয়না উদগী কুমথকি। তাইবঙ মীওইবা ময়ামদি অঙাংগী মতীক খঙদবা লক্লবনি থাজদদুনা কুম্মু হায়বা য়াখিদে। অঙাং নৱা অদুনা উদগী ফন হেক চোংথবদা উ অদুনা হাইগৎখিদুনা তোংলম্বা মীয়াম চীংমাইদা য়ৈদুনা মী য়াম্না শিখি। মী য়াম্না শিহনখি হায়দুনা উ অসিগী মমিংসু নুমিৎ অদুদগী **মিশি উ** হায়না খঙনখি। অঙাংগী মতীক মথৌনা খঙবদগী লাইয়াম্না চীংঙু পাঙ্গনবা হায়না মীংথোনখি।"

### লাই হরাউবা থৌরমদা পেনাগী মফমঃ

উমংলাই হরাউবা মৈতৈগী অরুবা থৌরম অমনি । চহি অমগী মনুংদা উমং লাইশিং অসি কালেন থাদা অয়াম্বা হরাউনৈ। নীংথম থাদা হরাউবা উমং লাইসু লৈ। উমং লাইদা হরাউবা য়াবা অমদি য়াদবা মখল কয়া লৈরি। লাই হরাউবা থৌরম অসিদা পেনানা হৌবদগী লোয়বা ফাওবা য়াওই । হৌজিক ফাওবদা উমং লাই হরাউবদা, পেনাগী থৌদাংদি অদুমক লেঙদনা লৈরি, চৎনরি। লমদম অসিদা উমংলাই হরাউবদা চৎনরিবা মখল খরদি- কংলৈ হরাউবা,মোইরাং হরাউবা, ককচিং হরাউবা, চকপা হরাওবা মখলশিং অসিনি। চকপা হরাউবা হায়বসিদা ফয়েং,অন্দ্রো, খুরখুল, লৈস্রাম, ৱাংঙু,শুগুনু অসিনচিংবা য়াওরে। অতোপ্পা অমনা ক্বাথাগী নোংপোক নিংথৌ পান্থোইবী হরাউবসু পেনা য়াওদ্রবদি লাই হরাউবগী থৌরাং তৌনদে । কংলৈ লাই হরাউবা থৌরমদা পেনানা পাঙথোক্কদবা থৌরমশিং লৈরি,মথং-মনাও অদুদিঃ-

(১) লাই ঈকৌগনি (২) লাই থেমগৎকনি (৩) মাইবীনা জগোয় ওকপগী থৌগল তৌবদা পেনানা চুমশা মরোল খোংবা,(৪) মাইবীনা লাইচিং জগোয় শাবদা পেনাসু লাইচিং মরোল খোংগনি,(৫) পেনানা হোইরৌ হোয়া লাওরগা লাইহৌ জগোয় চোংবদা পেনা অনোয়রোল,(৬) খুরকলৈ কৎপগী পেনা মরোল, (৭) পাম্বোইবী শৈশক্, য়ুমশারোল, পাময়াল্লোল, লোংখোনবা পাদোন জগোয় মরোল, চোংখোং লিৎপা, লাইরেল মথেক, ফিবুল জগোয়দা পেনা লোয়নমক য়াওই। লাইনিংথৌ লাইরেম্বী মমাংদা, মাইবা মাইবী অমদি পেনা খোংদুনা মীয়ামগা লোয়ননা থৌগল জগোয় শাই । জগোয় অসি পেনা মরোল্দসু শাই, ঈশৈসু য়াওরগা শাই । ঈশৈ, পেনা অমদি পুংগা কোন্ননসু শাই । লাই হরাউবদা পেনানা য়াওদবা খোংদবা লৈতে, লাইরেল মথেক চৎপা মতমদা, হোই লাওবদা পেনা ঈশৈ য়াওদে অদুবু পেনানা মরোলদি খোংই। কংলৈ থোকপদা পেনাগী মথৌ চাওই । নোংমগী অহানবা লাই হরাউবগী থৌরম চৎথদ্রিঙৈদা অয়ুক্তা লাই য়াকৈগনি, নোংমগী থৌরম লোইশিনবদা পেনানা লাই শুমগনি।

লাই হরাউবগী লাইরোই নুমিৎ অসিদি অতৈ মতমদগী পেনাগী থৌদাং য়াম্মী । লাইরোই নুমিৎ ওইবনা নোংঙানবা লাই কাবা থৌরম অসি পেনাগী মরুওইবা অমনি। নুমিৎ খুদিংগী চৎথরকপা লাই হরাউবগী থৌরমদা পেনাগী মথৌ অয়াম্বা খর মান্নরবসু, লাইরোই নুমিৎ অসিমদি হেন্দোক-হেনজিল খর অদুমক য়াওই। নুংথিলগী মতমদা পেননা লাইওক জগোয় মরোল,ফুঙ্গারোল মরোল,লাই নাকথেংবা মরোল, লাইচিং পেনা মরোল, লাইবৌ কোয়বগী মরোল, হোইরৌ লাওবা, অনোয়রোল মরোল, খুরক্লৈ মরোল, পাম্বোইবী মরোল, য়ুমশারোল, পাময়ানলোন, মিকোন থাকোনবা, হোইরৌ হনজিনবা,




পাতোন, ফিবুল জগোয় অরোইবদা লাই কাবা পেনা মরোল খোংলগা কংলৈ হরাউবা লোইশিল্লি। লাই হরাউবগী পেনা ঈশৈ ময়ামগী মনুংদা, কংলৈ লাই হরাউবদা শক্লরিবা পেনা অনোয়রোল শৈরোল অসি য়াম্লা মরুওইবা অমনি। উমং লাই হরাউবদা, পেনা ঈশৈগী অনোয়রোল শৈরোল মখল য়াম্লা খায়দোক্লুনা

শক্রে। মরু ওইনা শক্নরিবশিংদি- পেনা অনোয়রোল, পাম্থোইবী অনোয়রোল, চকপা অনোয়রোল অসিনি। অনোয়রোল ঈশৈ অমা পীরিঃ-

"হোইরৌ হোইরৌ হোইরৌ ও
হোইরৌগী হৌয়া হৌয়াসে
হোইরৌ খেনচো হোইরৌ খেনচো
খেনচো রাংমৈ খেনচোরে হেদা লাইকন চীংদা
থোইদিং ঙাংদা চনুনা হেদা চয়োন
চীংদা য়োইবী তোইবী কৌবীনা
তোইবী তাংঙা চনুনা
তাংঙা নোয়বী থোইদিংব্রা
খোইয়োন থোইদিং নৌবীনা
খাবী লৈনাও কোনবীনা
মপল লাইবু য়ুকৌয়ে
লাইরেন লাইবু য়ুকৌয়ে
তাওরোইনাইবু য়ুকৌয়ে ॥
খেনচো খেনচো হোইরৌ রৌ
লৈতোনফাই খেনচো হোইরৌনে
খেনচো ব্রাইরমসু
চীংগীনা তরেৎ তরেৎকী মপান
মরোঙশা করি শানো য়াংদোন শানে
কনানা ফায় য়াম্বনা ফায়
রো রো রো রো..খাও রো হাথি
পোথি চীন্না কেদা নাওব্রা কুনজাহৈ
হাদা হোইরৌ হোইরৌ হোইরৌ
নাগেদা হোইরৌ নেসে হোইরৌ
নেসে হৈয়ানা হৈয়ানগে
হৈয়ানা হৈয়ানয়ে হৈয়িঙৈদা
নোয়বদি মৈনা ব্রায়না নোয়বনে
তাংনা শম্না নোয়বদি
লমলেন মতাই নোয়য়েনে
মদায় মথক্তা নোয়য়েনে
লমলেন মহৌ চীংদা
নোয়বী নোয়দম চীংদা ...।"

অনোয়রোল হায়বসি লাই হরাউবগী লাইপৌ ঈশৈনি। মসি পেনা খোংবনা শক্কনি। পেনা অনোয়রোলগী মশক মওং অসি কংলৈ হরাউবদা ময়েক শেংনা উবা ফংঙি। লাই হরাউবগী নোংমগী থৌরমদা লাইমাংদা লাই পুবা নুপা নুপী পরেং অনি খায়না মাইবা মাইবী পেনানা মাঙ থানা চৎলগা লাইপৌ চোংবদা হোইরৌ হোয়া লাওই, খয়োম জগোয় শাই। মসি হেক লোইবগা পেনা শকপনা অনোয়রোল শক্কুনা মাইবীনা লাইপৌ খুৎথেক তম্মী।



অনোয়রোল অসি লাই হরাউবগী খ্বাইদগী মরু ওইবনি। অনোয়রোল অসিনা তাক্লিবসি হকচাং শাগৎপনি। মথং-মনাও কায়বা য়াদে। অনোযরোলগা মাইবীনা হকচাং শাগৎপগা অনি অসি অমুক্তদা থোকই। পেনানা অনোয়রোল শক্লিঙৈ মাইবীনা হকচাং শাবগী লাইপৌ খুৎথেক শাগনি।

"আ...হাইরৌ...আ..... ।। হোইরৌ হোইরৌ নকেতা হোইরৌনেসিম।। আ হৈয়ানা আ হৈয়া হৈয়া হে নাকেতা হৈয়া নাসিম ।। হৈয়িঙৈতা নোইপপু, মৈনা ব্রায়না নোইয়ে তাংনা সমনা নোইপতি,মালেম হৌঙৈকী নোয়পা। লৈকা হৌঙৈকী নোইপতি।। লমলেনতা নোইয়ে।। মতোইমতা নোইয়ে ।। মাসু মপিনা কানোক নাইএ।। মরুমপিনা নোইঙৈতা ।। মবানিনা ঙাইনোক নাইএ।। সাপি ইপল লোন ও ।। অনিঙবাতি নিঙ্খিএ।। য়ারেল য়ানা চাউএ।। হে ঙাইনোক নাখি।। সাপি চিঙতা নোইএ।। ইনোক চিঙতা নোইপাতি।। নোইচু নেসিম।। হয়িঙৈতা নোইপাপু।। মৈনা ব্রায়না নোয়এ ।। তাংনা সমনা নোইয়ে।। ক্রৌ তোলতা নোয়এ ।। নোংমাতোলতা নোয়এ।। খোয়ুম পাকতা নোয়এ।। নোয়য়ে মরাপাক্লবা নোয়য়ে।। কোরও কুপ্পা নোয়য়ে।। নোংলি কুপ্পবা নোয়য়ে।। খোইমোম থৌনা নোয়য়ে।। লাইয়িংথৌনা নোয়য়ে।। য়োইরেনবনা নোয়বদি নোয়চুনসে সে।। নোয়চুনে সে লাইয়িংথৌ।"

অনোয়রোল অসি তাইবঙদা ফাওরক্কদবা,তাইবঙ শিন্থা পাঙথোক্লকগদৌরিবা নমু তাইবঙ মীতমদুনা, অঙাং নব্বা অদুগী হকচাং শাগৎপনি। মদুগী পরম, মথং মনাও অদু নোয়দুনা নুংগী ৱাবু মপালথোংদা হকচাং কয়াৎশিং লেঙ-ওৎতুনা উৎপনি। চকপা অনোয়রোলদা অসুম্না হায়রিঃ-

"হয়িদৈঙেদা নোয়বদি সোরারেন্না নোয়ববু চকপরেন্না উরকয়ে। চকপা সব্বাংবনা কোরও নিঙখমতোন লাইশা, য়াওরও শজিবু লাব খুমন পুবা,য়াংদৌ শারম লীবনা কোরও লম্বু তানখৎলক্কে। নোঙ্গারমদা তানখৎখিঙৈ, খোইমোম থৌনা নোয়য়ে। লাইয়িংথৌনা নোয়য়ে। সোরারেন্না নোয়ঙময়ে। অহোঙপুঙবু নোয়ঙময়ে। পুঙফা পুঙবু নোয়ঙময়ে। পুল্লাং নোয়বু নোয়ঙময়ে। য়াইফা নোয়বু কোরও চিন্দগী পুরকয়ে। কোরও মথোঙচিন্দগী ৱাংবল মৱাক চিংদগী মেল্লাং মিৎনা উরকয়ে। শজি তানবনা উরকয়ে। কুরাক তানবনা খঙলকয়ে। চীঙথাং নোংনিংথৌ পাখংবনা নোয়য়ে। য়োয়রেনবনা নোয়য়ে। নোংথৌরেন্না নোয়বদি সোরারেন্না নোয়ববু চকপরেন্না নোয়তময়ে। শৱাংবন নোয়তময়ে। ময়ুম, হেমচেং নাক্ত চকপা মশাইকোন্দা চরৈ ফিজঙ খন্না ফিঙৌ থাখন্ননা চকপরেন্না নোয়য়ে। সব্বাংবন নোয়য়ে। মেলাং ঙামেঙ মিৎনা হয়ি হয়া তাংনা হেমচেং চিঙদা নোয়য়ে। শুপ্না চিংনা নোয়য়ে। তকপা চা পাখংবনা, হেম চেং চনুরাগ চকপা য়ুমলোয় হওন কোরও নোয়বু নোয়য়ে । মৈনা ৱাইনা নোয়য়ে। তাংনা শম্না নোয়য়ে। নোয়না হৌনা নোয়য়ে। ঙমদ হৌনা নোয়য়ে খোয়মোম্ থৌগী নোয়দমবা লাইয়িংথৌগী নোয়তমবদি নোয়চুনে শে। নোয়চুনে শে লাইয়িংথৌ। হয়া হে, হে খোইমোম লাইরেম্মা তমপা ৱাঙমলোল্ পান্থোইবী নপল্ তাংশক্তা, নদু মীথাদবী লংমাই খুরাই মৈতৈ লৈমা অঙৌববা য়ুমলেল্ লৈমা, কংলৈ পুঙফা নীকপী, য়োয়বু তোইবী কৌবী, তোইবী তংকা চনু, তংকানুবী পোইতিংৱাক, তম্পা খাবী মপাউশাবু তম্বী, নশাবী কোরওখোঙশোম্বগা কোরও নোংদোন ফাও, মালেম শৈখা তুনা তমপা পাউদোয়ননা সনা য়োয়বু খেলাং নহৌশানা মালেম লৈবাক ঙাক্লিবী তমপা ৱাংঙমলোল্ য়োয়বু নোইনু থুমলৈমা, য়োয়বু তোন্দৌ

তুংয়িনবী, তমপা শকতোং ঙাকলিবী, লালফম মায়য়োক লেপলিবী তংকা নশাবী অঙৌবা কোরও খোঙজোম্বগা মালং য়াইবী ফেনজিন হুম ওইননা নয়ুম শেল্লোয় লওরেন্নবা চাজি লওরাংচানদা খালৈ লওকুময়ে। তমপা কোরও অৱাংবীদি তাংখুল শরম্ নুরাবীবু ওইনা শালওনখিয়ে। চিনফি খানীকন্, লাইফি খোয়দোমননা, চীক্লা য়াওরুম খোং ককচাং শমখোমনন, কোনঙৌ পনচিশি, লিক্লাই নাথংনা, খোতাক মাঙয়িনন্ হাওশম্ তুংথাংননা লংমাই চীঙনুং চাদা লৈববু চুবা লৈথোন্ তৈনা খালৈ লওতাখিয়ে। নশাবী অঙৌবা কোরও খোঙজোমবদি তাংখুল হুয়তোক পাখংববু ওইনা শালওনখিয়ে। চরৈ। শেৎকুমন মাললৌ য়ুংচিংননা শরু কৈথেৎনা, ৱাকতং নাশিন, চুম্বুল লাললৈ থেম, হুয়রাং লুংফান চল, কুরাউ ফাললং থাংনা য়াইরী খাংথোমনা তাংখুল লোইরোই খোম্না থাঙ মচিল হাইনু কৌবী মিনকৌ থাঙ্, থাঙলেল্, চিনী লোঙববু তুংশেৎ নামৈ য়েপ্লা তাংখুল য়াইরোং নামিববু চরৈ লেংদোল য়াননা চেঙজা খোকনিংনুং থৌদু খুৎৱাই থাঙ শাফবনা পানবা কেথৌ ইন থৌদু নুঙদা পকলে । তমপা ৱাংঙম লোনন থৌদু খুৎৱাই থাঙ শাফবনা পানবা কেথৌ ইন থৌদু নুঙদা পকলে । তমপা নাংঙম লোনন থৌদু ঈপক পুঙবু লংমাই পোম্বা শেল্লোয় থাঙশাবা নিংথৌ সনা অসি খোইরুগুম্বানা চিঙশেৎলম, খোইমোম লাইথুপ ফমদা থৌদু নুঙবু থমলময়ে। পানবা খোংদুম খোং, কৈরেল লাউদুম,লাউরে। তাওৱা থেলও তৌনা কৌয়ে। "

অনোয়রোল অসিদা পাম্হোইবী অনোয়রোল হায়বা অমা তোংঙান্না লৈরি। পাম্হোইবীগী মরমদা শৈথাবনি। পাম্হোইবী কনানো মশক তাকপনি। পাম্হোইবীবু তোংঙানবা মিং কয়া থোনদুনা শাইওন তৌখিবগী ৱা য়াওরি। পেনা শকপনা শক্কদবা পাম্হোইবী অনোয়রোলগী মতাংদা **"পেনা অনোয়"** লাইরিক্তা মখাগী অসুম্না ইরি ঃ-

"হয়া হে, হে খোইমোম লাইরেম্মা তমপা ৱাঙমলোল পাম্হোইবী নপল তাংশকতা, নদু মীথাদবী, লংমাই খুরাই মৈতৈ লৈমা অঙৌবা য়ুমলেল লৈমা, কংলৈ পুঙফা নীকপী । য়োয়বু তোইবী কৌবী, তোইবী তংকা চনু, তংকানুবী পোইতিংৱাক,

তমপা খাবী মপাউশাবু তন্বী, নশাবী কোরৌ খোঙশোম্বগা কোরৌ নোংদোনফাও,মালেম লৈখা তুনা তমপা পাউদোয়ননা সনা য়োয়বু খেলাং নহৌশানা মালেম লৈবাক ঙাক্লিবী তমপা ৱাংঙমলোল য়োয়বু নোইনু থুমলৈমা, য়োয়বু তোনদৌ তুংয়িনবী,তমপা শকতোং ঙাকলিবী । লালফম মায়য়োক লেপ্লিবী, তংকা নশাবী অঙৌবা কোরৌ খোঙজোম্বগা মালং য়াইবি ফেনজিন হুমওইননা নয়ুম শেল্লোয় লৌরেন্নবা চাইজি লৌরাং চান্দা খালে লৌকুময়ে। তমপা কোরৌ অৱাংবীদি তাংখুল শারম নুরাবীবু ওইনা শালওনখিয়ে। চিনফি খানীকনা লাইফি খোয়দোম্লনা চিক্লা য়াওরুম খোং ককচাং শমখোমননা, কোনঙৌ পনচি শি। লিক্লাই নাথংনা, খোতাক মাঙয়িন্না হাওশম তুংথাংননা লংমাই চিঙনুং চাদ লৈবু চুবা লৈথোন তৈনা খালে লৌতাখিয়ে । নশাবী অঙৌবা কোরৌ খোঙজোম্বদি তাংখুল হুয়তোক পাখংববু ওইনা শালওনখিয়ে। চরৈ শেৎকুমনা মাললৌ য়ুংচিংনা শরু কৈথেৎনা, ৱাকতং নাশিনা, চুমবুল লাললৈ থেম, হুয়রাং লুংফান চল, কুরাউ ফাল লংথাংনা য়াইরি খাংথোমনা, তাংখুল লোইরোই খোম্না থাঙ মচিল হাইনু কৌবি মিনকৌ থাঙ,থাঙলেল চিনি লোঙববু তুংশেৎ নামৈ য়েপ্না তাংখুল য়াইরোং নামিববু চরৈ লেংদোল য়ান্না চেঙজা খোকনিংনুং থৌদু খুংৱাই থাং শাফবনা পানবা কেথৌ ইন থৌদু নুঙদা পকলে । তমপা ৱাংঙম লোন্না থৌদু ঈপাক পুঙবু লংমাই পোম্বা শেল্লোয় থাঙশাবা নিংথৌ সনা অসি খোইরুগুম্বানা চিঙশেৎলম, খোইমোম লাইথুপ ফমদা থৌদু নুঙবু থমলময়ো পানবা খোংদুম খোং,কৈরেল লাউদুম লাউরে। তাওৱা থেল ও তৌনা কৌয়ে।"

পাম্হোইবীগী খোঙ্গুল্লোনগী মতাংদা অমুক পাম্হোইবী অসি কনানো তাকপগা লোয়ননা পাম্হোইবীগী মতীক মগুণবু শৈথারদুনা পেনা শকপশিংনা মখাগী অসুন্না অমুক শক্লে ।

"হয়ি হয়া হে য়োইবু তম্পা ৱাঙমলোন, তম্ফা কোরৌ অৱাংবী, ৱাঙম্ কোনখৈ অতাম্বী, শোংলেন্ অথাপ্পী খোইমোম্ লাইরেম্বী, খোইরা মরুগী কোরৌ মনোংথৌ, অৱাংপল্ মীকাশা তাও ও ॥

নিংথি কোংয়াং মচেশু লোক্লো, পল্লাং মিনমখাঙ্,
খোংলেন তরা মীপাইবী,ইরুঙ্ ইরু থেৎ অচৎপী,
লাংজৈ তরা মীরুথেৎ খোয়নৌ মিরাংমৈ তাও ।
তাইবঙ লীকলেং লংসুংয়াই, লৈক্রেং নোংদমরেম্বী,
য়াইখোং মিথেনবী থব্বায়-মি পোকপী,
খোয়বু য়োইবু য়ুমলৈমা তাইবঙ থব্বায় তাকপী,
ফুরেপ্ চাংজৌ ওইরীবী। থব্বায় মিরেল্ ওইরিবী,
সনা নখোঙ্ খাদা মানবী খুত্তপ্পা
উমু উতোন্ লৈতোন্ কোন্না পুনেমজৈ ।
য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্বী,তম্ফা হাওরং খোয়শুম্বী
হাওরং কোনবা খোইশুম্বী, লৈতাই চাওখোং নয়েৎখোয়,
লৌব্বাই লৌশিং খোয় শংলৌ খাক্লা লিকুম্বী ও তম্ফা,
ননানা উনাইতা নরা লিচৎতবী, তাইবঙ লৈহৌরকপগী,
লৈচং লেমফু ওইরিবী শিদবা মপাল থারিবী
নাদবা মউ লিংলিবী তম্ফা নংগী য়াইখোং খাদা
ব্বাঙম শৈওনববু তোংথাজরকএ।"

পাম্বোইবী খোঙ্গুল্লোনগী মতাং অসি পেনা শকপা ওজাশিং অমগা অমগা শৈথারোলদা খর খর মান্নদবা থেংনৈ। ব্বাংখৈময়ুম থম্বালঙৌ পেনা শকপা ওজা অসিনসু শকপা পাম্বোইবী খোঙ্গুল্লোন পেনা ঈশৈগী মতাংদা অসুম্না হায়ঃ-

**"হয়ি হয়া হে হয়ুম ...**
**য়োইবু তম্ফা ব্বাঙমলোন্ তম্ফা নঙনা**
**থাপখঙ্বা, নমু নংবু তোংজেং থমনৌও**
**য়োইবু তম্ফা ব্বাংঙমলোন্ চনু ব্বাংঙমলোন্ লাইনুরা**
**তরেংবী, তুবীরেল্ অথাপ্পী কোরৌ খাইথবী,**
**কোরৌ নোংনা উতপ্পী, মালেম লৈনা খংজবী,**
**নংবু কোরৌ ও নপা য়েং চিংউ নঙম খঙনা তাংথাজরি ।। "**

লাই হরাউবগী লাইবৌ জগোয়দা পেনানা শক্কদবা ঈশৈগী মথং মনাও য়াম্মী। পেনা শকপা খুদিংমক্লা পরিং অসি কায়দনা শক্লে। লাই হরাউবা হৌবদগীনা লোইবা ফাওবসি নুমিৎ খুদিংগী শকই। লাইবৌ পেনা ঈশৈদা খুবাক অনি নোন্দুনা কোইনা খুরুম্বা চৎপবু লাইবৌ লমইন কৌই । মসিগী মখাদি হোইরৌ হোইয়া লাওরগনি। পেনাগী মরোন্দা মসিবু য়াব্বা ইনিল থোকপা

কৌই। খোঙ,খুৎ অমদি চিন অহুমক চানা চৎমিন্নগনি। মরোলদি হোইরৌ মরোল তরুক অমদি হয়া মরোল তরুক পুন্না তারানিথোই অসি পেনা শকপশিংনা শক্লে। হোইরৌ হোইয়া অনিমক্তা মরোল অসি অসুমক খোংঙি। মতুংদা অমুক **"তাংনা শম"**হায়বা মতাং অসি শকলকপদা অমা অমুক ওল্লগনি। মখা তারকপদা অমুক **"মৈনা ব্রায়না "**হায়বা মতাং অসি হায়বগা পেনা চৈজিং য়াওরগনি। য়ায়া লাওবা, ফৈরা মচা য়ৈবা ফাওবা খোংলগনি। মসিদগী হিপলি থাংয়ে খোংথাংদা চৎলগনি। খোঙ অকনবা,অথুবা চোংবা মতাংদা চৎকনি। চৈজিং মরি মরিরক পীরকই অদুগা মিহুন নিপাল লৈ । মতুং য়ুমশাবা লোইবা ফাওবা লাইদা চিরেল লাইরেল কৎপা ফাওবা খোংথাং অসিনা চৎকনি। হিপলি থাংয়ে খোংগনি। পান্থোইবী খোংগুল্লোন্ য়ৌরকপা মতাংদদি জাৎ শৈশক নৎত্রগা কালেন চৈজিং খোংঙি। কংলৈ লাই হরাউবা থৌরমগী,মাইবা মাইবীনা ঈশৈগী পরিং চৎথরকপা **"নুমিদাংব্রাইগী মতমদা"** হায়না ঈশৈ য়াওরকপা মতাংদা অমুক পেনা খোংবা হৌই। ঈশৈশিং অসি হনজিন হনজিন্না খোংঙি। ময়াম্না খোংথাং অহুম চৎপা খোংচৎ হৌরকপদা,পেনা ঈশৈ অথুবদা কালেন থাংয়ে খোংঙি। খোংনরিবা ঈশৈ মরোল অসি **"মৈতৈ লাই হরাউবা"** কৌবা লাইরিক্তা অসুম্না পীরি ঃ-

"আ... নুমিদাংব্রাইগিনা মতমদা আ
নুমিৎনা চিঙয়া থাংলক্লে এ ।
চিঙ্গিনা মৈনা তময়া থেৎ।
তম্‌গিনা মৈনবু খোংমৈনেম্ ।
চীংগীনা পামেন্না নিঙ্‌থিবি ই।
তম্‌গিনা পামেন্না নাপুঙ্‌বি।
শাবিন মাঞ্জা পামুবা আ
থংলেনগি চেংলৌনা উবরা ...
আ..হা..নোংপোক্ মালংনা হুম্মোইবা,
হাওরৈ নোংপোক্লা পাংবদা,
কাওরেল্ শন্‌বোই থিবগুম্,
চরৈনা মচু নাইববু শেত্তুনা,
কোকয়েৎ তোলোক্লা নাইদুনা,
কাঙহুন লেংদা থোংদুনা,
ময়ুম্নবু শেল্লেয়্ তুংওইনা
য়ংদৌনবু খোংদোয়্‌না হুল্লক্লে ।
ঈকাইনবু চরৈনা লম্‌খুমনৌ ।"

কালেন থাংয়েগী মথংদা হিপলি পাবোৎ খোংই। খোংগদবা মতাংদি পাম য়ানবা ফাওবনি। পেনাগী শৈশক্তী খুল্লং ঈশৈ ছন্দদসু শকনৈ। অসুম শকপসিনা লাইদা ফি কৎপগী মতাং অসি ফাওবা শক্কনি। ঈশৈশিং অসি, পেনা জুরা জুরা খোংগনি। করিগুম্বা অনি শুদ্রবদি, অমাইবা অমাইবী ওইরবসু লেপকদবনি। মসি শোয়রবদি পখ্রা-লুখ্রা ওই তৌহৈদে হায়না লুনা মমাংঙৈদগী চৎনরকই। অসুম্মা লাই হরাউবা থৌরমদা পেনানা য়াম্মা চেকশিন্না মরোলশিং শীজিন্নরকই। মীপুম খুদিংনা পেনা তারকই। পেনাগী মখোলদা জগোয় মখল কয়া শায়,ঈশৈ কয়া শকই। ঙসিদি লাই হরাউবদা পেনাগী মরোলশুনা তাখিদ্রে। মমিংতগী পেনা খোংবগুম উরি। মতমগী অহোংবনা পেনাগী মখোন্দা জগোয় শাবগী মহুত্তা, মাইবসু মাইবীসু, শরুক য়াবিরিবা পুম্নমক ধোন বেনগী ঈশৈগী মখোন্দা জগোয় শানখ্রে। মসি অচৌবা অহোংবা অমনি। মসিনা মৈতৈগী নাৎকি শক্তমদদি অচৌবা মাঙজবা অমা ওইহল্লি।

## সেকমাই হরাওবদা পেনাগী মফমঃ

মণিপুরদা লাই হরাউবা থৌরম অসি কুম খুদিংগী মাগী মাগী খুলশিংদা পাঙথোক্লদুনা লাক্লি। মসি তংঙাইফদনা তৌদবা য়াদবা মণিপুরী কাঙলুপ অসিগী, কলা সংস্কৃতিগী য়াম্না মরু ওইখ্রবা থৌরম অমনি। মণিপুরদা অঙনবা মতমদগী হরাউবা মখল খর- **কংলৈ হরাউবা, মোইরাং হরাউবা, ককচিং হরাউবা, চকপা হরাউবা** অসিনচিংবা লৈরকই হায়বসি মথক্তা নৈনখ্রে। লমদম অসিদা লৈরিবা চকপা



কাঙলুপশিংগী মনুংদা সেকমাই, ফয়েং,অন্দ্রো, ক্বাথা, খুরখুল, লৈম্রাম মরুওইবশিংনি। হায়রিবা হরাউবা মখলশিং অসি কুম অমগী মনুংদা মাগী মাগী চৎনবী মতুংইন্না,লাইচা থাবান য়েংনরগা পাংথোক্লে। লাই হরাউবা মখলশিং অসিগী মচৎ তোংঙান-তোংঙাল্লি। হারাউবদা পেনা অসি অসুক্কী মতীক মরু ওই মদুদি-লাই হরাউবগী মান্নদবা মওং-মতৌ তোংঙান্না লৈজরবসু পেনা য়াওদবা য়াদে। মণিপুরদা খুন্দাদুনা লৈরিবা কাঙলুপ খুদিংমক্কী উমংলাই হরাউবা থৌরমশিংদা পেনানা মফম চাওনা কন্দুনা লাকই। লাই হরাউবগী মশক মান্নদবা মতুংইন্না পেনাগী শৈশক শীজিন্নবগী মফমসু খর-খর খেন্নে। মতাং অসিদা নৈনজরিবা অসি চকপা কাঙলুপকী মনুংদা মরুওইবা ফুরুপ অমা ওইরিবা অব্রাং সেকমাই হরাউবদা পেনাগী থৌদাং অদুবুনি।

অৱাং সেকমাইদা,সেকমাইগী মীশিংনা মখোয়না খুন্দারিবা মফমগী লাই কৌব্রুবু অরুবা লাইনি হায়না লৌদুনা মমাংঙৈদগী হরাউবা থৌরম পাঙথোক্কুনা লাকই। কুম অমগী হরাউবা হৌনবা মতম, নুমিৎ থাবান য়েংবসি অমাইবনা হান্না মাঙজৌননা য়েংলগা ফাইরেল থাগী পানখৎলকপা নিংথৌকাবা নৎত্রগা ইরাই নুমিৎতা হারাউবগী নুমিৎ লেপ্লে। অৱাং সেকমাই হরাউবগী মাগী পরিং তোঙান্না লৈজরি। হরাউবগী থৌরমদা লাইরোই শঙলেন্না খাগেম্বা লোয়শঙদা মৈথাং অহুমলক লৌদুনা মৈ হৌরগা লাইবুংদা লাইশঙবা ওইনা নোংঙানবা ফাওবা মৈ খাঙবা হায়বা চৎনৈ। মসিদা মখল কয়াগী মৈরিং ঈশৈ শক্লে। মৈরিং ঈশৈ অসি মী শিবদা অমদি লাই হরাউবদা সেকমাইশিংনা শক্লবা ঈশৈ মখল অমনি। অহিংদা শিবা মতমদা পোৎলোইফম মংদা পুথোক্তনা, নোংঙানবা ঙাইবা ওইনা অশিবা মশা খাঙেনফমদা থমলগসু ঈশৈ অসি শক্লে। মৈরিং ঈশৈশিং অদুদি-

"খম্নুং কিকোই হিরানবা,হিরু কোক্তা ফম্মিবা
শৱা পুংদা লেপ্লিবা,শাবিনবু কৌশে মরক্লে
...অঙাং নৱা চাওদবা,নখোয়বু পোকপা পলেমদি
শীংবী লাংবা নত্তে,মখোয়বু পোকপা
পন্থৌসু,শীংশা সাংবা নত্তে,শাবল য়াংবী মথক্তা
থক্তা থকখল খলহৌরে,মৈখু নোংথক
কাহৌরে,খুদাং পিফম তৈনদি,মী কপ্লে মীকপ্লে মী
কপ্লে,হা নৱা অপিশক।"

অৱাং সেকমাই হরাউবা থৌরমদা,হৌবদগী হরাউবা লোইবা ফাওবদা পেনানা মখল কয়াগী ঈশৈশিং নুংতীগী থৌরমশিংদা শকই।

"ইকুম ঈশৈ মোকশি মোকশি নারেং নারেং
নুরা থেন্দা খাইমোক খাইমোক,
খিক্লোই খুজি খ্যাও খ্যাও,
শিংবিরে শংদ্রোবিরে শংদোফাই,
ৱাইনৌশে ৱাইনৌশে
চার রাংসু মৈনা ৱায় .....।।"

**মোইরাং থাংজিং হরাওবদা পেনাগী থৌদাং ঃ**

থবি লানংদবা,থবা চৈজেন্দবা,কালেন থাগী ৩নি পানবা অসি মোইরাং হরাউবা হৌবগী নুমিৎনি। ইতাইদুনা লাই হৌখিয়ে, মতম অদুদগী লাইপুবদি ইরাং পুরিৎলাই পোংরেন হনবগা, নিংথৌ মতু লৈমরেল কাওনুগা অনিমক্তা

লাই পুয়ে। লাই পুবগী মমাংদা লাইগী শেনপোৎ লাইপোৎ পুবা অনি, লাইগী চোং অনি থৌগল্লি। অমাইবা অমাইবী,পেনা থাং ফানবা অনি, পুং সেন য়েবা ফিরান অসিনচিংবা য়াওনা লাই ঈকৌখৎলগা খোইয়ুম লাই থাংজিংবু হরাউবা হৌই। মোইরাং থাংজিং হরাউবসিদা অমুক মখল অহুম লৈ। মখোয়শিং অদুদি-য়ুমফম্বা হরাউবা, খোংচিংবা অমদি লমথোকপা অসিনি। হরাউবা মখলশিং অসিদা পেনাগী মফম চাউনা লৈ।মোইরাং থাংজিং হরাউবগী লাই হৌবা থৌরমদা অমাইবনা পেনা অশৈবগা লোয়ননা শকপা ঈশৈ অমা পীরিঃ-

"হয়িচা হয়াহে হোইরৌ হয়া হা হুং
হে খোইয়ুম লাইনিংথৌ কেগে খোইরা

ঙাংঙোই লৈশেম চৈহৌবু খোইয়ুম শায়োন য়াম্বা য়াহিপ্পা
পোকলেন অরুবা হে খোইয়ুম লাইনিংথৌ
কেগে ময়াইরেন্দা মোংবা মরাং য়াইদা থৌদু নুঙগুম্বনা
হান্না খিলহৌবা চেংজা অদুগুম্ববু মালেম থৌরৈ ঙম্বা
ময়ুম কেগে মোইরাংবু কোললোইবা ৱাইরা শামিং য়াম্বা
পাথাং য়াওরৈ লেন্না শাইওনবা হে নমুশা লাইহন চীংঙু
নংবু তয়ন ইরাক মানা তেংথাঙমলোই...। "

## কক্‌চীং হরাউবা থৌরমদা পেনাগী থৌদাংঃ

লাইনিংথৌ খল্লাংবা হরাউববু কক্‌চিং হরাওবা হায়না খঙনৈ। কক্‌চীংনা থৌগল চৎচরিবা উমং লালাইশিং অসি খল্লাংবা , শেকমাই নিংথৌ,ইরুম নীংথৌ অমদি নাওহল অসিনি। খল্লাংবদি খুলগী লাইনি। খল্লাংবা হরাউদনা অতৈ লাই হরাউবা তৌনরক্তে। খল্লাংবা হরাউবগী লাই হৌবদা খুবাক তাম্থা পীদুনা পেনা খোংদুনা লাইথেম ঈশৈ শকই ।

"লাইজ ঈখৈ নিংথৌবা, কোন্দেল নাকথং মাইবনা
লাইনিংথৌ দে, কেন্দেল নাকথাঙ মাইবনা, লাইজ
ঈরোলনুংদা সনায়াই চল্লক্লে, লুপা কোনগা থারক্লে,
কোন্দোল নাকথঙ মাইবনা, খয়োম লাংশঙ লাকলক্লে,
তুরেলগী চাংজৌ থক্তুনা, লফুৎ লৈগা থারক্লে,উতেং
লৈগা য়ুংলক্লে, তরা য়ামগা হৈরক্লে,কবোক লৈগা চাইরক্লে
লাইনিংথৌ দে ...। চিংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ,লাইজ
ইরোলনুংদগী কারসে দে । লাইজ ইরোলনুংদগী,দোলাই
লেংজাও থক্তবু কারসে দে ॥"

## অঙৌবা পুরৈরোম্বা হরাউবগী ৱারোল ঃ



চকপা কাঙলুপশিংগী মনুংদা মপাঙ্গল য়াম্না কন্না লৈরিবা অমদি সংস্কৃতিগী লমদা মণিপুর জাতি অসিগী ওইনা খুম্হোকলোনগী হৌফম ওইনা লৈরিবসি অন্দ্রো হায়রিবা নোংপোক থংবা শরুক্তা খুৎলিংলিবা খুল অসিবুনি। **"অন্দ্রোগী মৈ"** হায়না ঙসিফাওবা মণিপুরী জাতিনা শক শোন্নরি। অন্দ্রো খুলদা উমংলাই অনি ইরাৎ-থৌনি চৎনৈ। খুল অসিদা অতৈ উমংলাই কয়া লৈরি। উমংলাইশিং অদুগী মনুংদা মশক থোক্লা শোন্নরিবদি- ইবুধৌ পানম(পুনম) নিংথৌ অমদি ইবুধৌ পুরৈরোম্বা (পুইরৈরোম্বা)অসিনি। মফম অসিদা হরাউরিবা মওং অসি চকপারোন্দা হরাউই। মরম অসিনা পেনানা লৌরিবা হরাউবগী থৌদাং অসি কংলৈ অমদি অতৈ হরাউবদা পেনানা লৌবা থৌদাংগা মান্নদবা কয়া থেংনৈ। হায়রিবা লাইশিং অসি হরাউবা মতমদগী পেনা অদুম য়াওরকই। লাইনিংথৌ পানম (পুনম) নিংথৌ হরাউবগী খোংসুবদা শকপা ঈশৈগী মতেক অমা পনজরি ঃ-

> "হাংপিয়ো এয় শংলেন য়াইগী রাইনিদা হলেঙ
> চাদি খাবম্লা হঞোক চাদি লাইফমনা লাইনিংথৌ
> খোংবু শুবদি খুঞাওনবা শুবনি খুলহোংনবা
> শুবনি লৈবাক মরা তানবা নিংথৌ মফম চেৎনবা
> লাইনিংথৌ খোংবু শুবনি হৈ হে হৈ ।"



অসুম্না অন্দ্রোগী অঙৌবা পুরৈরোম্বা হরাউবগীসু পেনানা হরাউবা হৌবদগী লোইবা ফাওবা থৌদাং য়ারি । লাইহৌবদা অহানবদা অঙৌবা পুরৈরোম্বা, চীংশোম্বা,পুনম নিংথৌ, ম্লাহোংবা, কোরৌ হনবা,চনিংলৈমা, থোংলেন লাকপা, শংলেন লাকপা, শোরারেল,বেংকু লাই,মৈরা থানবি উরাল লাকপা, পেনা খোংবা, মাইকৈ ঙাকপা লাই তারা, গুরু অহুম অসি মথং মনাও কায়দনা হারাউবা য়াওই হায়না পল্লি।

## লাইগা মরী লৈনবা থৌরমশিংদা পেনাগী থৌদাং ঃ

মণিপুরী খুন্নাই সিগী মৈহৌরোলদগী থান্নদনা পাঙথোক্লিবা লাই-তীনগী মরুওইবা থৌরম খরদি- সনামহী চেঙহোঙবা, পাখঙবা চেঙ হোঙবা, লাইনিংথৌ সনামহী লৌখৎপা, লাইগী চাক্লোন কৎপা, লাই কুম চনবা, লাই হরাউবা হায়রিবা তোংঙান-তোংঙানবা থৌরমশিং অসি পাঙথোক্নুনা ঙসি ফাওবা লাক্লি। মসিদা পেনা ঈশৈ অমদি পেনা মরোল খোংদুনা য়াওদবা য়াদবা অমা ওইনা ঙসিফাওবা চৎনরি। সনামহী চেঙ হোঙবদা, পেনানা অহোঙলোন্ শক্কনি।

"হে নেমলো হোংনেমশে ।
খোয়ুম থৌগী হোংনেম্বা ।
লাইনিংথৌ হোংনেমশে।
শুকমু খাংতপ্ লাক্লা
মিশি শুম্বল মাইপাকপা ।
শুকমু তাংদলবনা লোইমোম হুনা
কুয়োম হুনা চেংজা তান্না
মাইঙৌ তানা নুরা য়ুমদম পৈনা
পাখং য়ুমলোইহৌনা হৈ নেমলো ...।।"

অমাইবা, অমাইবী অমদি পেনা অশৈবা অহুম অসিগী নক্কবা মরী লৈনৈ। মালেম অসি শেমলকপা মতমদা-মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ পোৎলম অহুমনা য়োমদুনা শেমলকই । পোৎলম অহুম অসিদগী অমা ৱাৎলকপদা মালেম অসি ওইরমলোই। তাইবঙ পানবগী মশক অসি শেমলকপদা অমাইবা-অমাইবী অমদি পেনা অহুম অসিনা থৱায় ওইদুনা লাকই । অমাইবনা মৈনি, অমাইবীনা ঈশিংনি, পেনানা নুংশিৎনি অসুম্না নুংগীওইবা অখঙ-অহৈশিংগী ৱাফমশিং থাজনবি লৈরি । অতোপ্পা ৱাফম অমনা-অমাইবা, অমাইবী অনিনা ইপা ইমা শকপনি, কুরুগী মশক্লি। পেনানা থৱায়গী মশক ওইরিবা মচানি হায়না থাজনৈ। লাইগা মরী লৈনবা থৌরমশিংদা অহুম অসি থাদোক্লদনা অয়াম্বা থৌরমদা শরুক য়ামিন্নে। লাই হরাউবা থৌরমদা পেনা অসুক্কী মতীক মরুওই হায়বা অসি মথক্তা উৎখ্রিবা পেনাগী থৌদাং কয়া অসিনা ময়েক শেঙনা তাকপা ঙম্মী। লাই হরাউবদা অঙনবা মতমদগী শীজিন্নরকখিবা য়ৈনা-খোংনা খুৎলাইশিং অসি-পুং, সেন, তৌদ্রি, পেনা, শরিক অসিনা মরু ওইবনি। ময়াম অসিগী মরক্তা পেনানা তোপ-তোপ্পা মফম অমা কল্লি। লাই হরাউবা থৌরমগী মাইবা-মাইবী অমদি ময়াম জগোয় থৌগল তৌরকপদা পেনানা থৱায় হাপ্লি। জগোয়গী ফজবদা পেনাগী মখোলনা তেংবাঙদুনা অউবা অমদি অতাবা মীওইশিংদা পুক্লিং হুহল্লি। পেনাগী মখোলদা

মাইবীশিংদা ইনোৎ হাপ্তুনা, লাইগা নকশিন্ননা থৌরম কয়াদা থৌগল তৌবা ঙমই। পেনাগী তোংঙানবা শৈশক কয়া মথক্তসু উৎখ্রে। পেনাগী শৈশকশিং অসিগী নুংদা লৈরিবা, শৈশকশিং, শৈদা কয়া অসিনা মণিপুরী সংস্কৃতিদা পেনাগী মশক তাকলকপদা অচৌবা মফম অমা কল্লি । মসি লাইনা থারম্বা অমনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। পেনা অশৈবশিংনা মতম কয়াগী মমাংদগী তাঞ্জা-মেঞ্জা, তাল-মিহুন অমগী মখা পোন্না শৈহেক-শৈদা শেমদুনা থল্লগা শৈশকশিং অসি শকলকই। নুংদা তাল থম্মী, চৈজিংগী শরিক্লা মপালথোক্লা তাম্বা অমা ওইনা খিংঙি। অহল-লমনশিংনা মসিবু মিহুন হায়না খঙনরল্লিবা কৌনরল্লিবা অসি থাক ৱাংঙি। তুংগী মীরোলগী পেনাগীদমক লম্বী অমা পীবনি।

## য়াকাইরোলগী ওইবা ঈশৈশিংঃ

য়াকাইরোল ঈশৈ অসি মপুংদা অমখক্তনি হরাউরিবা লাইশিং অদুগী মতীক-মগুণ শৈথাজবনি। অদুবু পেনা অশৈবা ওজাশিং লম-লমগী তোঙান্না লৈনবনা,ৱাহৈ-ৱাতা,ঈশৈগী ময়েক্তা,শৈথাবদা মান্নদবা,খেন্নবা খর থেংনৈ।

### (অ) য়াকাইরোল ঈশৈ-১

"উম হুম... চীংঙু ইবুংঙো, খোইয়ুম ইবেম্মা অনিমক, ইনুংঙাল্লে ৱাঙাল্লে, মরাম য়েন্দি ফৈজাওবা, মরিং য়েন্দি খোংশাংবা, অঙাংবা কাশা পাউতাক য়েন, উৎমানবা য়েন্দি লৈতাই য়েন, লৈচিন মচু মানবা য়েন্দি নোংদাই য়েন, অমুবা নোনি খরি ফৌগৌ য়েন, অঙৌবা য়েন্দি নুমিৎ সনা পুরুম য়েন, য়েনগী য়েল্লম তরেৎনা চেক্লা ইনুংঙাল্লে করম খঙবনো, চেক্লা শাগল তুফাং য়ৈনা, ইনুংবা শিংখোং ক্রেক ক্রেক য়াকাকৈরক্লে । থাংজিং মরমখৈদা ইনুংঙাল্লে চেক্লা পাউতাকপদি, হৈরেম চাক্লাই হান্দোংবী, মপলগী থৌদা শোয়বদগী পোম্বী লক্তা তীলহৌদা, চেক্লালক্তা য়াওহৌদা,অহিং নোংলেন নোংশোইবী লাইফুম ফুমতৌ মতা ফবদা পোম্বী য়ারেক তম্লে । ইনুংঙাল্লে হায়দুনা, পোম্বী কাইদোং হোংলগা, হানৌ য়াদা চিক মমাই মবুধৌ মোইরাং থাংজিং লোমদা ওল্লগা, ইবুধৌ-ইবেনধৌ ইনুংঙাল্লে। থবি চৈজেন্দবনা কালগী থবা লান্নংদবনা নেৎকনি উথুমগী থম্বী মচানা পোম্বী তুম তুম য়াকাকৈরক্লে। মারজিং থাংমৈহনবা নোংপোক ৱাইরম অতোনবা শরেন তাংগ ময়াদা চিকপা মারজিং মরমখৈদা ইনুংঙাল্লে চেক্লা পাওতাকপদি, উচেক চোচ্রোবীচানা পুংনা

পুংলোন লোন, ওকলেন লাবা থরোবা, ময়া চনিং শাবনা, শাগী ফিদুপ্ হুল্লক্লে।... চীংগী হারী মচানা, তালা চাওথোইবা পামেল ব্রাংথোইবদা তোংদুনা ইনুং শিংখোং নিং নিং য়াকাকৈরক্লে। ঙসি ইবুধৌ ইবেনধৌগী তালা নংগী উয়োককোল্, পামেল নঙগী উথাকোল, ঙসি ইনুংঙাল্লে চেক্লা পাওতাকপদি মতা লোক্কী নামিবনে, মান্তক শোইগী খাংগোনবনে, হৈগী হৈনম্ পুদুনা, লৈগীলৈনম পুদুনা ইনুংঙাল্লে হৈগী হৈনম্মা পাওতাক্লরে, লৈগী লৈনমনা পাউতাক্লরে। সনা ফম্বাল থক্তা ইনখোংলিগুম শোইনদা হঙ্গল লিগুম পাংশোই নাইদ থবী অনি চিলোক্লবগুম থাবা অনি চিন্দিন্নবগুম, নদাইরেম খুঙ্গং অসিগী খুমলেন মংসনা মংদম্বীববু, ইনুংঙাল্লে হৌরো, খোইমোম লাইরেম্বী য়াহৌরো।"

## (আ) য়াকাইরোল ঈশৈ-২

"হয়ি হয়া, হয়ি হয়া, হয়ি হয়া, হয়ম হে, লহান্নোং ব্রাংবা মালেম লয়সেম লয়পোয়-সৈ, য়াব্রালেন্না কাউদ-সৈ, খুং য়াব্রা ইখোঞ্জেলবু নিন্দ-সৈ,তাম্না হৌরম লেংখোং নিঙথিববু ফুলহ-ন্দনা-ব্রা, মাঙগী পম্হৌ ব্রাবু কাউহন্দববু হাকপিয়ু। খোনচি খোনকাইব্রা, লয়হৌ হেংরকপা ব্রা, য়াইতোং চীংদি চীমতৌব্রা, খানিংমকা মীকাব্রা, ইরেংপুব্রা মৈগুম তৎহন্দনা তাম্হোং ময়ুং-কুই, হৌ লমথোং মফৈরাক্কী অরুবা ব্রাবু কাওহন্দা, লমগী মহীক মতাংচানা য়াঙ্গোইহনবা,লাইদি লাইনিংথৌ থোংনিংবা থোংনিংথৌ, লমনিংবা লমনিংথৌ চাচি য়াক্তনা, চরৈ লেংহুম চাউবা, হনু কোকচ্রাউ হনু লাইখম, হান্না তাবা হান্না শিবা লাই কোন্না পোকপা লাই, কোন্না শিবা লাই, চানা লাকা য়েনবা ইনুংবা লাইচিং লাকপা চানা লমকন থৌবা লাইনিংথৌ । নদাই তয়ম ব্রাকমনা অহানবদা, অরেন খুৎলাই নুংওনববু থাদা পম্, রু রু লাউবী খোঞ্জেলনা,হন্দোক-হঞ্জিন্নবগী রিরৈ-রিরৈ খোঞ্জেলগা হয়ি হায়া হায়ুম হায়না,ইনুংবা চীংখোং য়াকা হৌজরক্কে। ইমা লৈমরেল শিদবী মাঙশোক কাজাউ য়াবী, ফম্লেন লুখাই লেংবী,নাকথা লৈমা পাউদাবী,নদাইনা অহানবদা ইনুংবা চীংখোং য়াকাকৈরক্লে। চীংঙু নতীক অচৌববু ননাইন্না থাবনা মব্রাৎলি, চীংঙু নতীক্লা মহেল্লি, খোইমোম্ নঙনা মহেল্লি।

কাওরেন ষনগুম খনমুক মিয়েং তাবিগনো হায়না চাংজৌ চেপ্লা পুনেমজরিএ ।। "

## (ই) য়াইকায়রোল ঈশৈ (অতেনবা)

"চীংঙু ইবুংঙো খোয়ুম লাইনিংথৌ,ইমা ইবেম্মা খোয়ুম লাইরেম্বী, ইনুংবা ঙানখিবনা অৱাং কৌবা চীংদা শোইখ্রেনে..। ননাই পোইরে শৈশকপা,ৱাঙম শৈথাবা ননাইনা, চীংঙু ইবুংঙো ইবেম্মা নখোংখা,লফুৎ ফমজিং লাংদা ফমদুনা, পেনা নুংওনববু থাদা পম, চৈজিং য়েৎনা পায়দুনা, শামৈ অনি কারল্লাক, শল্লাং অনি লিয়েৎনা, রিরি য়াগাহৌ, রুরু য়াগা কৈজরক্লে, লাইনিংথৌ লাইরেম্বী হৌরো য়াকাইজরি। "

মণিপুরগী লাই হরাউবা অসি হৌজিক ফাওবগী ওইনা মখল মরিদা হরাউনৈ। হরাউনরিবা মখল মরি অসিদি- কংলৈ হরাউবা, মোইরাং হরাউবা, ককচিং হরাউবা অমদি চকপা হরাউবা অসিনি। চকপা হরাউবা হায়বসিদা- ফয়েং,অন্দ্রো,খুরখুল,লৈত্রাম,ৱাংঙু,শুগুনু ময়াম অসি চিংখ্রে হায়বা ৱাফমসি পঞ্জখ্রে। হরাউবগী মখল খেন্নবা মতুং ইন্না চকপগীসু তোংঙানবা য়াকাইরোল শক্লে । ফয়েংগী ইবুধৌ কৌব্রু হরাউবগী, অয়ুক্কী পেনা য়াকাইবদা শকপা ঈশৈ অমা পীরি ঃ-

"হৈয়াহে হে লিক্লাইও,নহালনোং হয়িঙৈগী লৈনুং অশৈপা, লনুং খাবা লাংথাংচা, চাউরোই পুংলোনগী অতৈ পালমাবা,ঙাংনা লোনচা পুং তোইবা, লৈরক অশৈ তেরানবা, লুখম ফম্না শুকচা, পুংবু য়েংলৈথেং, পুংচৈ ফৈনা হাইনা য়াই, খোংনা নমলকপা পলেম খোংলৈমা, মমা খোংলৈমা লিকশিনু পাইমা লিনকোইগী নয়ু লেমথোং লৈশং নিংথোইনবা,মকালিখোন মৱাক মাংনা কাকমা পোইদু খোংলবদা,লৈরক চেনবা তাবনা খোংকৎলকএ"।

চকপা হরাউবগী মনুংদা অমা ওইরিবা সেকমাইগী অৱাং কৌব্রু লাই হরাউবা অসিগীসু পেনাগী তোংঙানবা মশক অমা লৈরি। পেনা যন্ত্র অসি চকপা কাঙলুপ্তনা হেন্না হৌজিকসু শীজিন্নরি। সেকমাইগী ইবুধৌ কৌব্রু হরাউবা অসি শীংথানরিবা উমংলাইশিংগী মনুংদা অমনি। মথক্তা নৈনখ্রিবা অতৈ য়াকাইরোল ঈশৈশিংদগী, সেকমাইগী তোংঙানবা মান্নদবা লাই য়াকাইবা মতমদা শক্লবা ঈশৈ অমা নৈনরি । ঈশৈ অসি লাইরেম্বা-লাইরেম্বী অনিগী মতীক ময়াইবু

শৈথাদুনা হৌদোকপনি। হরাউবা মনুং নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক অঙনবদা পেনা অশৈবনা খুত্তা পেনা পায়দুনা শক্লে। মসি নোংমগী তৌদবা য়াদবা থৌগায় অমনি।

"হৈয়াহে হেং লিক্লাই ও ,হয়াহে হেং লিক্লাই ও নহাল নোং হয়িঙৈগী লৈনুং অশৈপা লৈনুং খাবা লাংথাংচা চাউরোই পুংলেনগী অতৈ পলমাবা ঙাংনা লোনচা পুংতোইবা লৈরক অশৈ তেরানবা, লুখুম ফম্ন শুকচা পুংবু য়েংলৈথেং পুংচৈ ফৈনা হাইনা য়াই খোংনা নমলকপা পলেম খোংলৈমা মমা খোংলৈমা লিকশিনু পাইমা লিনকোইগী নয়ু লেমথোং লৈশং নিংথৌহনবা মাকালিখোন মব্রাক মাংনা ক্লাকমা পোইদু খোংলবদা লৈরক চেনবা তাবনা খোংখৎলকএ। "

অসুম্না পেনাগী য়াকাইরোল অসি উমংলাই ময়াম অসিগী তোংঙান তোঙান্না শৈথাদুনা শক্লবা কয়া লৈরি। শৈহৌ মান্নরবসু মনুংগী শৈথাবা মতমদি পেনা অশৈবা ওজাশিংগী লৈশি-লৈথোল হাপ্তুনা শক্লখিবনা অমগা অমগা ব্রাহৈ-ব্রাতাদা খেন্নবা ফংঙি। লাই হরাউবা নোংমগী থৌরমশিংগী অহানবদা পেনা য়াকৈগনি। পেনা ঈশৈনা য়াকৈবা লোইরবদি শোয়দনা নাউশুমবা অসি পাঙথোক্তবা য়াদে। মরম অদুনা নোংমগী থৌরম পরেং চৎথরবা মতুং ইরোই লোইবদা লাইনিংথৌ-লাইরেম্বী, ইবুধৌ-ইবেনধৌ অনিবু কোনশিনবগী নাউশুম ঈশৈ অসি শকই। নাউশুম ঈশৈ অসিসু, অশৈবশিংগী মতুংইন্না অমগা অমগা শৈথাবা,খর খর খেন্নে ।

### (ঈ) পেনা নাউশুমলোন ঈশৈ-১

"ইবুধৌ ইবেনধৌ, অয়ুক য়েন্দা অঙনবদগী,তারা চাকঙন চাদুনা, শংলৌ মঙম তমদুনা, হরাও নঙগী মথোইকা, থৌদোক কুম্মৈ শান্নরকপবু, ইনুংবা নুমিৎ তারক্লে, তাবা নারিল চল্লক্লে, ইনুংবা নুমিৎ তারক্লে । হরাউ নঙগী শকশেম তম্বা, ইয়োং শংদিং ঙসিগীদি কক্লে । খোম্লেন মংসনা মংদম্বীরো। হৈ হে হয়া হয়া হয়ুম হয়ুম ।। "

### (উ) পেনা নাউশুমলোন ঈশৈ-২

"হে ইবুংঙো, চীংঙু খোয়ুম লাইনিংথৌ,
য়োইবু খোইমোম লাইরেম্বী,
চিন্নাইদবী তাংবলথক,
শীংঙেল নঙগী লৈয়োলনুং

লৈরাং নঙগী লৈকা থক্তা,
শিনৌ লশিং তিন্না,
কোঙ্গোল য়াতাবগুম
খোমলেন তুমখুন তানবিরো, হুম..হুম... ।"

য়াকাইরোল ঈশৈ অসি অঙনবা মতমদগী হৌনা,লাই হরাউবদা শক্লরকই হায়বসি মথক্তা নৈনদুনা উৎখ্রে। লমদম অসিদা, অঙনবা মতম লৈম-নিংথৌ পাল্লিঙৈগীদা,লৈমকোল অমদি নিংথৌকোলগী থৌরমশিংদা পেনানা তৌদবা য়াদবা কয়া লৈখ্রে। পাথাং-পুথাং য়ৈনা, নিংথৌকোন্দা চৎনরকপা পেনাগী থৌরমদা, নোংদা লাইরেল পাখঙবগী মথক্কী নিংথৌ তারাতরুক্কী য়াকাইরোল ঈশৈশিং তোংঙান্না লৈরি। অসুম্না অমুক,মতুংদা পাল্লকপা নিংথৌশিংগী তোংঙান-তোংঙান্না শৈথাদুনা নিংথৌ মরিফু হুমদোই (৮৩) গীসু য়াকাইরোল ঈশৈশিং লৈ হায়না ওজাশিংনা তাকপীরকই ।

## (ঋ)থব্রায় মিকৌরোল ঈশৈঃ

লৈবাক্কী নিংথৌনা করিগুম্বা শোয়খিবদগী সনা সঙ্গাইনুংদা খুদি থীদুনা তুবা,অকি-অখঙ নংবা থোক্লবদি অমাইবা অমদি পেনানা মফম অদুদা সনা কোনয়াই চন্দুনা মিকোন থাকোনবা অসি অঙনবা মতমদা তৌনরম্মী। মিকোন থাকোনবদা শক্লবা মরোন্দি অসুম্না শৈশক্লে ।

"লিক্লাই নোংথৌরেনও,
লাইরেন ময়তিঙঙু সনা নমিরেল
মিরেল থৌয়াংববু ইরেম লেমলৈরক্কী অব্রাংদা
কৌবা চকানু ইরেং ইখম খাদা
থারৈ লেমলৈরক্কী ব্রাহি ঙাংগোই লাং
লাঙ্গোম পৌনম লাং,
মোংবা যিনগোই উকায় শনল লাং,
মোংবা অউপলাং লাংলেন লাংলম য়াম্ববু
থুনা ঙমদে সনা নমিবেল মিরেল থৌয়াংববু তিললারেমলে "।

লাই হরাউবা থৌরমদসু,থৌরম অমা লোইশিল্লকপদা,খুনজাউ-লৈচাউনবা,অব্রা-অনা য়াওদনা,খুঙ্গং,লৈকাই অদুদা অফবা পুরক্লবা, হকচাং কয়াৎপু খুদুম চনশিন্দুনা মিকোন থাকোনবা ঈশৈ অসি শোয়দনা শক্লে। মিকোন থাকোনবা হায়বা ঈশৈ অসি য়াম্না শাংঙি, লম ময়াম অমা শৈথাদুনা লাক্লগা থৌরম পাঙথোক্লিবা মফম,খুল নৎত্রেগা লৈকাই অদুবু থাদুনা থব্রায় মি কোনশিল্লি। মিকোন থাকোল্লিঙৈ মতমদা য়াওরিবা শরুক য়ারিবা মীশিং অদু

লেঙবা য়াদে হায়দুনা চেকশিন্না লৌনৈ। মিকোন-থাকোন ঈশৈ শক্লিঙৈ মনুংদসু ঈশৈ অদুবু তাবা মফমদা লৈবা মচা-মনাই মীওই খুদিংমক, তুম্বা য়াদে। তুমলম্বা য়াওরবসু হৌদোক্লে। অসুম্না পেনাগী মিকোন-থাকোনবা অসি ঙসিফাওবা লাই হরাউবগী থৌরমদা লুনা লৌনৈ। পেনাগী থৌরমশিং মমাংঙৈদা য়াম্না তৌনরম্বদগী ঙসিগী মীরোন্দা খর হন্থরবসু লাই হরাওবা থৌরম অসিদদি হৌজিকসু পরমশিং কায়দনা চৎথনরি। লাই হরাউবগী মখল মান্নদবনা পেনাগী থৌদাং খর মান্নদবগী ৱানি। পেনাগী থৌদাংদি হৌজিকসু লাই হরাউবদা মফম খরদদি চাউনা লৈরি। লাইরোই নুমিত্তা পাঙথোক্লবা পেনাগী মিকোন থাকোনবা ঈশৈ কয়া লৈরি ।

"হে থৱায় মঙামক্, মিগা থানা তরুকমক্,
থৱায় হামচৎনফদে, মিরেন হামফোইনফদে,
থৱায় নঙবু কোল্লগে,মিরেন নঙবু কোল্লগে
কুক কুক...।"

লাই হরাউবদা পেনানা হোইরৌ হয়া হনজিনবা মতাংদা মখা তানা পেনা ঈশৈ অসি শকই ।

"হোইরৌ ইপানা হোইরকলে,
হয়া ইমানা য়াবিরে ।
হে ইবুধৌ ইবেলধৌগী থৱায় মঙামক
মিগা থানা তারুকমক,
থৱায় হামচৎনফদে,
মিরেল হামফোইনবদা,
ঙসাই অয়ুক য়েন্দা অঙনবদগী,
থৱায় হিগারকপনা নুতি নুমিৎ খুদিংমক্কী
হরাউ মথোই কাফম,
নুমিৎ খুদিংগী ইবুধৌ ইবেলধৌ পোৎথাফম,
লাইবৌ লা থাফম অসিদা
থৱায় পোৎথাদুনা লৈখিববু,
মোংবা য়ুমজং তাল্লসে ।
ও হোইরৌও নাগে ।
হোইরৌ হোইরৌ নাগে ।
হোইরৌ হোইরেং য়ে নাগেদা,
লাইয়িংথৌও হোইরৌ সে সে সুম ...॥"

হোইরৌ হয়া হনজিনবা লোয়রবা মতুংদা পেনাগী মিকোন থাকোনলোন হায়বা ঈশৈ অমুক লৈরি। ঈশৈ অসি পেনা খোংবনা লাইগী থৌরম লোয়রবদা লাইমাংদা ময়াম পুন্না লেঙদনা লৈরগা শকই ঃ-

"হে থব্রায় মঙামক
মিগা থানা তরুকমক,
মোংবা যুমজংঙসে,
লাইনিংথৌগী মাঙ্গোল খেনজোংলাংদা
থোংজিন ময়াদা কোল্লগে,
থোংঙারেলগী খুফমনে,
ব্রায় ঐনা লৈঙমদে...।

...খৌরি চাকয়োৎফমদা কোনগে ,
থবাক্তা কোনগে,
ঙানফমদা কোনগে,
থজিন লকা কোনগে,
খোইদৌ মখা খুদোল অহুম
চৎথবদা কোল্লগে,
লুপাগী ক্বাগোক লৈবনে,
সনাগী ক্বাগোক লৈবনে,
লুপাগী ক্বাগোক মনুংদা
ইবুথৌগী থব্রায় মঙামক,
মিগা থানা তরুকমক কোল্লম্লগে ।
লুপা ব্রাইখু লোল্লম্লগে ।
সনাগী ব্রাইখু লোল্লম্লগে ।
হৈ হে হয়া হয়ুম,
হয়ুম হয়ুম ।
নদাইরেম খুঙ্গং অসিগী
নহানমখৈ চীঙঙু নথৌ খল্লিবা
খোইয়ুম লাল্লুপ কারিবা
মদাইরেম তাইবঙ ওইবশিং
থব্রায় হামচৎনবদ,
মিরেল হামফোইনবদা,
পলেম-পম্ভৌ পুম্নমক্কী
থব্রায় কোল্লম্লগে।"

লমদম অসিগী পেনানা, লাই হরাউবদা শক্লবা ঈশৈ মখল কয়া মথক্তা নৈনখ্রে। নিংথৌনা পেনাবু চাউখৎনবা, পেনা লোয়শঙ লীংঙি। পেনা লোয়শঙবু "অশৈ লোয়শঙ" হায়না খঙনরকই। লোয়শঙ অসিদা পেনা অশৈবা ময়াম্না কারক্তুনা শৈশক-শৈদা, শৈশক মখল, লাই-তীনগী থৌরম কয়া তৌগদবা অমদি তৌরোইদবা কয়া কুপ্না তাথোক-তাশিন তৌনরকই। পেনাবু নীংথিনা ঙাকশেন্নবা, চাউখৎনবা অমদি লোয়শঙগী মথৌ নীংথিনা পুবা ঙম্নবা অহল্লুপ, নহারুপ, খাবম অমদি লাইফম হায়না পানা মরী থোক্লা খায়দুনা পেনা অশৈবশিংনা নুমিৎ তারানি তারানি মতম পুনদুনা লাল্লুপ কানরকই। শক্লদবা ঈশৈ পরিং য়াম্না ময়েক শেংনা, লোয়শঙদা পেনাগী অহল লমন, পেনা শঙলাকপা, লৈখাম হনজবা কয়াগা তান্নে। নীংথিনা থৌগল্লোল খঙ-হৈরবা কয়াগা, তান্নরবা মতুংদা, পেনা শকপনা তৌগদবা থৌরমশিং শরুক অহুম থোক্লা খায়দুনা চৎনরকখি। খায়দোক্লবা থৌরমশিং অমমম্তা ওইনা পীজরি ঃ-

অহানবদা-

নিংথৌ লাই হায়বদি লৈপাক্কী ওইবা থৌনিগদবা লাইশিং কোংবা লৈথোং ফাৎপ, শজিবু চৈরাউবা, লমতা থাংজগী শীংতেক-শীংথাবা, ক্বাক তানবা থৌরম অমদি অতৈ চাকহোং-ঙাহোংনবগী লাইশোল-তীনশোল, মেরা-হৌচোংবা অসিনচিংবা থৌরমশিংদা পেনা য়াওদবা য়াদে।

অনিশুবা -

য়ুমগী লাইশিং খুরুম্বা, অপোকপা খুরুম্বা, খুলগী ঈরাৎ থৌনিশিং, উমং লাই হরাউবা থৌরমশিংদা পেনা য়াওদবা য়াদে ।

অহুমশুবা-

নিংথৌনা সনা কোনুংদগী অতোপ্পা মফম অমদা, অঙম-অথৌ ফম্নাইবা লৈপাক মীয়ামগা লোয়ননা সনা খোঙলেংথোকপা তারবদি পেনানা লমইন মরোল খোংদুনা নিংথৌগী তুংইনগনি। থৌগল তৌগনি। কোনুংদা নোংমগী শোয়বা য়াদনা অয়ুক্কী পেনা য়াকৈবা, নুমিদাংগী পেনানা নাওশুম্বা

> হায়দুনা মমাংঙৈদগী হৌনা চৎনরকই । হৌজিক
> লৈপাক নিংথৌমক পান্দ্রবসু, উমং লাই হরাউবা
> মতমদা অয়ুক্তা পেনা য়াকৈবা, নুমিদাংদা নাউশুম্বা
> অসিদি কায়দনা চৎনরি ।

অতোপ্পা ব্রাফম অমনা, নিংথৌনা তাইবঙ পুন্সি লোমদুনা খমনুং সব্রাতান, অমংগী য়াইথোং কুম্বা তারবদি, পেনানা ফম্মাং থৌগল তৌদুনা নোংকারোল ঈশৈ শক্লরকই। শুমাংদগী মংলেন ফাওবা পুথোকপা মতমদা শিংকুমলোন পেনা মরোল খোংলগা, থোংঙারেল ঈশৈ শক্তুনা পুথোক্কনি। নিংথৌখক্তা নত্তনা, কোনুং-মনুংগী ফম্লাইবা লোয়শঙগী মকোকশিং, লৈপাক্কী মাইচৌশিং অশি-অনা য়াওরবদি পেনা শক্তুনা মথৌ-মঙম পাঙথোক্লরকই।

হিন্দু ধর্ম্ম চঙলকপদগী হান্ন চৎনরম্বা কলা-সংস্কৃতিগী মশক্তা অহোংবা, অওনবা খর লাকখি। মসি পামহৈবা গরিবনিৱাজ মহারাজনা পানবা কুমশিংদগী হৌখি। শাংলবা মীরোল কয়া হান্নগী মশক অসি লুপতুনা লৈখি। ঙসিদি অমুক হান্নগী ঈপা-ঈপু, নাৎকী লীচৎ-শাজৎ ময়াম অসি খর-খর হঞ্জিল্লকপগুম তৌনরক্লি। হান্না চৎনরম্বা,তৌনরম্বা পেনাগী থৌরমশিংসু ঙসিগী মীরোলনা অমুক চৎনরক্লি। □



### মরিশুবা পন্দুপ

# পেনা অমদি অতোপ্পা কাঙলুপশিংগী যন্ত্রশিংগা চাংদম্নবা

**ফোক ইন্সট্রুমেন্টশিংগী মওং ঃ**

পৃথীবী অসিদা লৈরিবা মীওইবা কাঙলুপ্ খুদিংমক্কী মাগী মাগী ওইবা নাংকা শাগোন্নজবা ফোক ম্যুজিকেল ইন্সট্রুমেন্টশিং কয়া লৈরি। হায়রিবা ফোক ম্যুজিক্কেল ইন্সট্রুমেন্টশিং অসি মওং কয়াদা শীজিন্নৈ। নাংকা শাগোন্দুনা লাক্লবা ম্যুজিক্কেল ইন্সট্রুমেন্টশিং অদুদি -(১) খুৎনা খৎলগা খোংনবা মওংগী ম্যুজিক্কেল ইন্সট্রুমেন্ট (২)খুৎনা লেল্লগা খোংবা মওংগী ম্যুজিক্কেল ইন্সট্রুমেন্ট, (৩)চিন্না কাল্লগা নুংশিৎকী মতেঙনা খোংবা ম্যুজিক্কেল ইন্সট্রুমেন্ট অমদি (৪)য়ৈরগা নৎত্রগা থীল্লগা শীজিন্নবা মওংগী ম্যুজিকেল ইন্সট্রুমেন্ট অসিনচিংবনি। ৱাফম অসিগী মতাংদা The Illustrated Encyclopedia of Musical Instruments কৌবা লাইরিক্তা অসুম্না পীরি ঃ

**The classification of instruments :**

Instruments were divided into eight groups depending on the quality of the sound and on the material of which they were made : Metal, Stone, Clay, Skin, Silk, Wood, Gourd and Bamboo. In neighbouring India, the system included fewer and larger categories, generally corresponding to the modern European classification :-

Tata, Sushira, AvanajaandGhana, String, Wind, Mambrano-phones and Idiophones.The scientific classification of musical instruments,based on the principle of sound-generation, includes five groups:

1. **Aerophones** ( the sound is generated by an air column)
2. **Idiophones** ( the materials itself generates the sound)
3. **Membranophone** (the sound is generated by a stretched membrane made of skin or other materials).
4. **Chordophones** (the sound is generated by a stretched string)
5. **Electrophones** (the sound is generated by electronic means) etc.

মথক্তা খায়দোক্কুনা উৎলিবা ফোক ম্যুজিক্কেল ইন্সট্রুমেন্টশিংগী ওইরকফম সাউন্দ পুথোক্লিবা মখল মওংশিং অসিগী মতুংইন্না ঐখোয়গী পেনা অসি মরিশুবা মখলগী খুৎনা লেল্লগা খোংবা মওং Chordophones কাঙলুপ অসিদা চনবা যাই। পেনাগা মওং, হৌরকফম মান্নবা কয়া কাঙ লুপ অসিদা উবা ফংঙি। ভারতকী মপাল লৈবাকশিংদা লৈবা লম কয়াদসু অসিগুম্বা মখলগী ম্যুজিক্কেল ফিদল শীজিন্নবা লৈরি। মরু ওইবা ম্যুজিকেল ফিদল মান্ননা শীজিন্নবা লম খর পনবা তারবদিঃ-

**(১) অফ্রিকান ফিদল (স্ট্রিং অমত্তনা ওইবা),(২)অপর ইজিপ ফিদল (স্ট্রিং অমত্তনা ওইবা),(৩) মোরোক্কো ফিদল (স্ট্রিং অমত্তনা ওইবা),(৪) এপেছ ফিদল,(৫) ওক্লাহোমা নোর্থ অমেরিকা ফিদল (স্ট্রিং অমত্তনা ওইবা),(৬) চাইনিজ ফিদল (এরহু),(৭) সাভটাইন ফিদল-থাইলেন্দ,(৮) ট্রো-উফিদল কমপোচিয়া অমদি (৯) কামানজে ফিদল**, ইরান অসিনচিংবা অসিনি। ইন্দিয়া মনুংগী ওইনসু তোংঙান তোংঙানবা কাঙলুপশিংগী ফোক ফিদল ম্যুজিক কয়া লৈরি। ফোক ফিদল ম্যুজিকেল ইন্সট্রুমেন্টশিং অসিগী মশাগী পুথোকলকপগী ওইবা হৌরকলোনগী ৱারীশিং লৈনরি।ফিদলশিংগী মমিং অমদি লমশিংদি- **(১)সারাঙ্গী-সিন্ধিগী,(২)কিংগ্রি-প্রধান**গী,**(৩) রাভনহাথা-**রাজস্থানগী,**(৪) সাজ-এ, কাশমীর**গী, **(৫) বানম-ওরিষ্যা**গী, **(৬) এশরাজ- ৱেস্ট বেঙ্গল**গী,**(৭) সারিন্দা-বিহার অমদি ত্রিপুরা**গী অমসুং **(৮) বিন-আসাম**গী অসিনচিংবনি। ম্যুজিকেল ইন্সট্রুমেন্টশিং অসি মশক তোংঙান তোংঙান্নে। অয়াম্বনা তারনা লেনবা ঙাক্তনি। খোঙ্হোক মান্নদে। চাওবা পীকপা মশক খেন্নে। শামৈনা লেল্লিবসি খরতনি।

## পেনাগা মান্নবা বিন অমদি বানম ঃ

পেনাগা মওং-মতৌ মান্নবা ফোক ফিদল ভারতকী মনুংদগী লৌখৎপা তারবদি আসামগী বিন অমদি ওরিষ্যাগী বানম অসি থিন্দুনা তাকপা তায়। পেনানা ঙল্লিঙৈগী ওইখিবা মরু অমদি চৈজিংগী মশক্কা, বিন অমদি বানমগা মান্নবা কয়া য়াওরি। তশেঙনা খেন্নবদি শামৈ, শারিক, চৈজিং, উচান মরেক অসিনি। খুৎ ওইনা পায়গদবা আসামগী বিন ফিদলগী মরি অসি মুগা লংনা তারগা, লংজা মরিনা তিংঙি। মরুগী পাম্বোম (ফিঙ্গর বোর্দ) অসি উনা ওইবা অমা, ৱানা ওইবা অমা তৌনৈ। পেনা মরুদি উয়েক উতোং হায়দুনা ৱা-তঙখায়, উ-তঙখায় অনিনা পুল্লগা শেম্মী। বিনগীদি মরুদা তিংলিবা পুংমায় অসি এলফিস ঙাগী মকুনা ওই হায়না পল্লি ঃ-

**Bin : Chordophone (Assam)**

It is a single instrument of bowed category about 50-60 cms in length. It can be divided into two parts.First the resonator and the finger board. The resonator is made of empty coconut shell with a small hole at the bottom. The coconut shell is covetred with the skin of eel fish, which acts as sound board. The finger board, which is made of bamboo or wood, is attached with the resonator. The string is tethered from the pegs of the string holder to the tail piece of the Bin below the resonator. The string is made of Muga thread (a golden silk of Assam).



য়েৎনা পায়গদবা লেন্নবা স্ট্রিং অসি মুগা লংনা ওই। খোংবগী মওংদি য়াম্না খেন্নৈ। ভাইওলিনগুম্না লেল্লি। বিনদা শরিক য়াওদবনা পেনাগী চৈজিংগী অদুগুম্বা তাম্থা থানবা য়াওদে। পেনাদি, থক-খা নাইনা লেল্লি অমদি থক-খা অনিমক্তা শরিক্কী নুংশিবা শ্রিক-শ্রিক হায়বা অপিকপা মখোলনা, নুংশিবা ইৱাই ইনিল অমা পীরি। পেনা খোংনা খোংনা মথন্তা তাম্থা অমা পীবসি পেনা খক্তদনি। বিন অমদি বানমদা য়াওদে। বিন অমদি বানমদি হোরাইজেন্টেল ওইনা অদুগা পেনানা ভর্টিকেল ওইনা চৈজিংনা লেল্লি। মৈতৈগী পেনাগা মান্নবা যন্ত্রগী মনুংদা অমা ওই হায়না চাংদম্নরিবা বানমসু য়াম্না চাওনা খেন্নৈ। অরেনবা যন্ত্র ওইবা,

ফোক ইন্সট্রুমেন্ট ওই হায়বগী ৱাতনি পেনাগুম্না তাইবঙ মীওইবগী হকচাং কয়াংলোলগা মান্নবা,মৈহৌলোনগা মরী লৈনবা থোইনা লৈতে। বানমগী মতাংদা Vadya-Darsan লাইরিক্তা অসুম্না হায়রিঃ-

**Banam : Chrodophone (West Bengal)**

A bowed monochord. It is the only chordophone of the Santhals of West Bengal. It is carved out of a single piece of wood of any tree, which is considered soft wood such as "Chatim". The total length of the wood used for making Banam is about 30 inches. The wooden shell has four unequal sections covered with parchment. Played with the bow held by the right palm. The notes are produced bu lightly pressing the index and middle fingers of the left hand on the sadom (thread), which is tied over the instrument. Used as an accompanying instrument with songs during the major festivals.

## মণিপুরগী চীংমীশিংনা শীজিন্নবা পেনাগা মান্নবা মখল ঃ

মণিপুরদা পুন্না খুন্দা লৈতামিন্নরিবা চীংমী কাঙলুপশিংগী মনুংদসু পেনা খোংবা কাঙলুপ য়াওরি । পেনা হায়ফেৎ মানবা মওংনি । শীজিন্নরিবা চীংমী কাঙলুপশিংদি- কবুই, তাঙখুল, মরিং, মরাম অসিনচিংবশিংনি। কবুই লোন্দা পেনাবু -রাহ, তাঙখুল লোন্দা- তিংতৈলা,মরিংনা-তারি কৌই । চীংমীশিং অসিনা শীজিন্নরিবা ফিদলশিং অসিসু অমত্তা মান্নদে। চীংমীশিংগীদি শরিক, শামায় হাপ্লদে, মখোল থোকহল্লিবা উচান মরেক শীজিন্নদে। মখোয়গীদি লং নৎত্রগা শামৈ অদু তিন (সেলৈভা) তৈদুনা শীজিন্নে। য়াম্না চম্বা মওংনি। লৈতেঙগী ওইবা পোৎসু থোইনা শীজিন্নদে। মতম অমদা,ফিদল অসি মণিপুরগী চীংমীশিংনা কন্না শীজিন্নরম্মী। অদুবু খৃস্টান লাইনীং লাকখিবদগী অয়াম্বনা চীংমীশিংসু শীজিন্নদ্রে। চহি খর অসিদা নৌনা,নাৎপু য়োকখৎপা পাম্বা মীওই খর থোকলক্তুনা য়োকখৎনবা হোৎনবগী খুদম খরদি ফংঙি।

### কবুইগী খোংনবা রাহ ঃ

কবুই নুপাশিংনা খুৎনা লেন্দুনা খোংবা খুৎলাই মখল অমনি। রাহ অসিগী মওং-মতৌ অসি মৈতৈনা খোংবা পেনাগা মান্নবা মশক কয়া লৈরি। কবুইগী খোংনবা রাহগী মতাংদা চীনবুংদা ঙাংনবা ৱারী লৈজরি। লেমচেমনং মালংমৈ শাগৈগী নিপানা মালোপু হায়বা নিপা হাৎলম্মী। মহাক্কা অহাৎপা নিপা অদুগী



মকোক লুরেল লৌরগা, মশাগী মশম চিংখৎলগা লৌবুক্তা ফমদুনা নুংঙাইনা ঈশৈ শক্কুনা রাহ খোংদুনা লৈরম্মী। মীয়াম্না মালোপু হায়রিবা নিপাসি মাঙখ্রে হায়না খুন হুপ্লা থীরকলম্মী। কনানা হাৎপনো হায়বা খঙনরমদে। লৌবুক্তা রাহ খোংদুনা ঈশৈ শক্কুনা লৈরম্বা উবদা নিপা অসিনা হাৎপা ওইগনি হায়না থাজখি। মহাক্কী ঈশৈদগী মানা হাৎপনি হায়বসি ময়েক শেংনা খঙনখি। ঈশৈ অদুদিঃ-

"লোতো- তো মলোপু পিয়ৈ,
থৌরুই দৌ থৌরুইদং,
মলংমৈ খংলুই দৌএ ..।।
(মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা ঈশৈ)
মলোপুগী মকোক্লে,
কনানা কক্ কনানা য়ান,
মলংমৈ শাগৈগী নুপানা কক্পনে...।।"



হায়রিবা নুপা অসিগী থৌদোক্তগী রাহ অসি পায়দুনা খোংবা হৌখি হায়না থাজনৈ। রাহ হায়রিবা ফিদল অসিগী অকক্লবা পায়বা অমদি খোংবা হৌরকপগী মতম খঙবা ঙমদ্রি । অদু ওইরগসু য়াম্না কুইরবা কবুই কাঙলুপনা খুন্দারকপদা য়াওরক্লবা পোৎনি হায়না থাজনৈ। করিগুম্বা কবুই খুন্দা মী শিবা য়াওরবদি রাহ খোংবগী চৎনবী অঙনবা মতমদা লৈরম্মী হায়না অখঙ-অহৈশিংনা তাকপী । রাহ হায়রিবা ফিদল অসিগী মতীক ময়াই হাপখিবা, শৈশক শৈদাদা মপুং ফাহনখিবদি, নুংশি-নুংওন ৱারীদা মীয়াম্না খঙনরিবা কবুইগী গাইরেমনংগী মতমদগীনি । গাইরেমনংগী শমলপ্পা ৱারীদি অসিনি। গাইরেমনংগী অপোকপা মপা পুবোন্না,মচা গাইরেমনংদা নুমিৎ থাবুং শুদ্রি, ইনাক্তা চঙবা য়াদ্রি হায়না পাউ মথাং থাবদা,মচা গাইরেমনংনা মপা মশক খঙনিংবনা লাংকক্লবদগী ভাইঙমদনা মপাগী মনাক্তা চঙলুই । মপানা উরদুনা গাইরেমনংদা হায়রকই ঃ -

"-ইনাক্তা চঙলকখিনু মতম ৱাংলি
হায়রগা নহাক্না ইপাগী নাক্তা লাকপবু
করি লৈরবগে ? লৈকোন্দা শাংলিবা
লৈশিংগী মরক্তগী অপাম্বা অমা
হেকলকউ, ইচাগী পুক্লিংগী অপাম্বা
য়েংগে। "

অসি হায়না মপানা হংলকই। গাইরেমনংনা মপানা হায়বা মতুং ইন্না অপাম্বা লৈ অঙাংবা মচু অমা হেক্কুনা পীরুই। মচানা পীরকপা লৈগী লৈশক লৈচু য়েংলগা মপানা হায়রকই ঃ-

"-উম, ইচাগী নখোন তাবদা, তাইবঙ
পানবসিদা লৈরিবা থৱায়পানবা
খুদিংমক্না নঙবু নুংশিগনি । অদুবু মীগী
মখুত্তা নহাক্কী য়াইবী মাঙঙু হায়বদি লৈ।"

ৱারম অসি হায়না মচাদা তাকপীখি। গাইরেমনংগী মপানা মচাদা "**রাহ**" হায়বা খোংনবা খুৎলাই অসি খোংঙু, অদু ওইরবদি **রাহ**গী মখোন তাবদা থৱায় পানবা খুদিংমক্না নুংশিবীদুনা নঙবু শোন্‌গনি হায়না চেকশিন্না ৱা শীন্নবীখি। গাইরেমনংনা মপা ইবুংঙোনা পীবা **রাহ** খোংদুনা মফম শিনবা থুংনা চৎলম্মী। **রাহ**গী মখোল তাবদা, লেঙলি-পাল্লিবা থৱায় পানবা খুদিংমক্না **রাহ**গী মখোন্দা নুংশিবা পোকখি। মপানা ফাওবা লাইফাও মতুংইন্না গাইরেমনং মীগী খুত্তা পুন্সি লোমখি। অসুম্না কবুইশিংনা ৱারী অসি থাজনৈ। কবুই কাঙলুপ অসিগী মশাগী ময়েক লৈতবনা, ইশিন্দুনা থম্বগী হৈনবী অঙনবা মতমদা চৎনরমদে। থৌদোক খুদিংমক, চীনবুংদা চীঙ্থাং য়ৈনা ৱারী ওইনা লীনরকপা নৎত্রগা ঈশৈ ওইনা শক্কুনা থমলকপা ঙাক্তনি। মসিনা মরম ওইদুনা অচুম্বা পুথোকপদা য়াম্না অৱাবা অমদি ওইরি। **রাহ** হায়রিবা কবুই কাঙলুপকী খোংনবা খুৎলাই অসি থাংতুপ পাম্বীনা শাবনি।

"**রাহ-লু**" হায়বদি কবুইগী খোংনবা যন্ত্রগা লোয়ননা শকপা ঈশৈবু খঙনৈ। ঈশৈবু কবুই লোন্দা "**লু** " হায়না খঙনৈ। ঈশৈ অসি অয়াম্বনা অপাম-নুংশি, শেৎনা খাইনবদা শক্লে। **রাহ**গী অকক্নবা শীজিন্নফম লৈতে । কবুই কাঙলুপকী ঈশৈ মখল কয়া লৈরি । ঈশৈশিং শক্নবা মতমদা, অয়াম্বদা **রাহ** খোংবা চৎনরকই। **রাহ** খোংদুনা শকপা ঈশৈ খরদি-(১) লাম-লু (জগোয় ঈশৈ),(২)পজৈ-লু (ফিহাই ঈশৈ),(৩) নপচা তুকারোনমৈ-লু (চাকচান্নবা চৎপদা শক্নবা ঈশৈ), (৪ )তমচন-লু (শিংজু য়েনবদা শক্নবা ঈশৈ), (৫) নপশিন

লাওমৈ-লু (চাক য়েন্দাং থোংনবা শিল্লিবা মীদা লক্লদুনা শকপা ঈশৈ),(৬) কাইরোং লোন-লু (খুন ঙাকপদা শকপা ঈশৈ),(৭) কত-লু (মরেক ঈশৈ),(৮)লাওফুন-লু (লৌতা ঈশৈ),(৯) লাওরেও-লু (লৌপেং ঈশৈ),(১০) মতুই-লু (লৈ-লাংবা ঈশৈ),(১১) চাংপৌমৈ-লু (লম্বী শেম্বা ঈশৈ),(১২) খাংপৌমৈ- লু (পুং খুদোল তম্বগী ঈশৈ),(১৩) কারাপৈ-লু (হনুবীগী ঈশৈ),(১৪) নোংগোংমৈ-লু (অঙাংগী ঈশৈ),(১৫) পানশৌ-লু (ফৌশু ঈশৈ),(১৬) মকু-লু (অহোং য়ুম শাবগী ঈশৈ),(১৭) বানলুমৈ (ঈরাৎ-থৌনিবগী ঈশৈ),(১৮) লমলোন-লু (লমকোই ঈশৈ) অমদি (১৯) না-কথু-লু (নাউশুম ঈশৈ) অসিনচিংবসিনি।

## (আ) লাওফুন-লু (লৌতা ঈশৈ)ঃ

কবুই জাতি অসিগী মশাগী নাৎকী ওইবা জগোয়-ঈশৈ মরাং কায়না লৈজরি। ঈশৈ মখল কয়াগী মনুংদা, লৌফমগী ফজবা উরকপা, উচেক-ৱায়াশিংগী নুংশিবা খোঞ্জেল তারকপা অমদি খুন লান্না ময়ুম পানখিগদবা অমদি পানখিবশিংবু নীঙশিংদুনা,শৈথাদুনা শকপা ঈশৈ কয়া কয়া লৈখ্রি। ঈশৈ অয়াম্বা ফজবা নুংশিবা শৈথাবদা মপুং ওই। কবুইগী লৌ পেংবা মতমদা,মঙম লোইবা খুদিংগী খুবাক্লা তাল থারগা ময়াম পুন্না শকমিন্নে। মসিদা ৱহ হায়রিবা খোংনবা খুৎলাই অসি খোনবাংবা ওইনা তপ্না খোংই। কবুইগী ৱাহ খোংবদি মৈতৈগী পেনাগুম্না খুৎলোন মরোন য়াম্না শীজিন্নদে অনেম্বা মখোন্দা,অনেম্বা সুরদা অয়াম্বা খোংনৈ।

(১) "হৈথেম লাইনৈ কপুই লেমজৈ,
গিল লম গং কনি বুশনথে,
উনজাও হৈ হৌলাইনৈতা,
অলাম কাইরোং বমবু শোংনরে,
খাঙগৌ লৌও হৈথেম লাইলৈতা...।"

(মৈতেলোন্দা হন্দোক্লবা ঈশৈ)
হৈথেম লাইনৈ মমাগী ৱাবু ইন,
মীখুন লান্না পানখিগদৌরে ,
পাম্মুইদা থেমলানৈ অসে,
ঐখোয় খুনগী খুম্হোং লাইও,
খাম্বীওনে থেমলাইনৈবু...।।

খুনগী লৈ লাংবদা, পাখং লৈশা ময়াম্না জগোয় শারগা শকপা ঈশৈনি। লৈ মরাং কায়না শাৎপা মতমদা লৈ লাংবা থৌরম অসি পাঙথোক্লরম্মী। (কবুই লোন্দা শকপা ঈশৈ)

(২) **"হে মুনজনখে -এ**
**থেমলাই নৈ মুনজনখে -এ**
**থেমলাইনৈ লেংদি লুংশো**
**চমুন জনতালগে অনথেন্নমৈ ...।"**
(মৈতৈ লোন্দা হন্দোক্লবা ঈশৈ)
**লৈবু য়েল্লিয়ে,**
**থেমলাইনৈনা লৈরাং য়েল্লি,**
**পুক্লিং হুনা ফজরবা লৈরাংশিং,**
**শাবি শানৌ কয়াগী,**
**লেপ্পা লৈতনা য়েনখিনি...॥**

(৩) **"না-কাথু-লু**
(অঙাং কপ্পা অমদি অঙাংবু নাওশুম্বদা শকপা ঈশৈ।)
**অপুইলে লাওকুম জিয়ে,**
**কাইবম্মে গাইয়ে**
**কাইবম্মেথু**
**অমথেন ফৈবান লা**
**তুনাচাং ফাংমৈ গাইয়ৈ...॥"**
(মৈতৈ লোন্দা হন্দোক্লবা ঈশৈ)
**পলেম ঐদি লৌ কুমজনিংদে,**
**য়ুমদা লৈজগে,**
**য়ুমদা লৈরদি,**
**অনথেম ফিবু ইন,**
**ইশানৌ মাগী লম্বী য়েংবনা নুংঙাইজে...॥**

কবুই পাখং ফান্দা, লৈশা মনাক কোইবা চৎপদা অমদি অশিবগী থৌরমশিংদা অঙনবা মতমদা রাহ খোংদুনা শীজিন্নরম্মী। লৌ-শিংগী পাম্থাদা, মহৈ-মরোংনা মুন্দ্রিঙৈদা পেনা পুথোক্তনা খোংনদে। করিগুম্বা খোংবা থোক্লবদি মহৈ-মরোং নিংথিনা পানগন্দে হায়না থাজনবী অমসু লৈরি। থাজনবীশিং অসি লৈবনা রাহবু কবুই শিংনা য়াম্না চেকশিন্না অমদি লুনা লৌনরকই।

## তাংখুলগী পেনা তিংতৈলা ঃ



তাংখুলগী খোংনবা যন্ত্র ময়ামগী মনুংদা **"তিংতৈলা"** অসি অমনি। যন্ত্র অসি নিপাশিংতনা খোংবা চৎনরকই। পাখঙ ফান্দা, লৈশা-পাখঙ উন্নবদা, মহৈ-মরোং লোকপা লোইরগা অমদি হরাউ-নুংঙাইবা থৌরমশিংদা **তিংতৈলা** অসি খোংনরকই। মরোল য়াম্না শীজিন্নদে। য়াম্না নেম্বা মখোলদা খোংবা চৎনৈ। ঈশৈ অমা শকপদা চুমনগী মতেঙ পাংনবা খোংবনি। মী অমনা ঈশৈ শক্লগা অমনা খোংবা মওংসু চৎনৈ। মশানা ঈশৈ শক্লগা মশানা খোংবসু তৌনৈ। মতম অমা মতীঙ লৈরম্বা তাংখুলগী খোংনবা যন্ত্র মখল **তিংতৈলা** অসি ঙসিদি খোংবা হৈবা মশিং য়ামলক্তবগা লোয়ননা থৌরমশিংদা খোংবগী চাংসু হন্থরক্লে। নাৎকী চৎনবী নুংশিজবা নহারোল থোকলক্তুনা মুৎখিদনবা কন্না হোৎনরি। তাংখুলগী মমাংঙৈদা শক্নরম্বা ঈশৈ খরদং লৌখচ্চরি। ঈশৈ অসি নুংশি-নুংওলগী ৱারীদা য়ুমফম ওইবা,শৈথাবদা শক্নবা ঈশৈ অমনি।

(তাংখুল্লোন্দ শক্নবা)

**"তিংতৈলা চামথৈ রাশিঙা,**
**শিমলুই মালৈয়া,**
**তিংতৈলা, খিশোং থৈলো।**
**সো মিং রাশিঙা।"**

(মৈতৈ লোন্দা হন্দোক্লবা ঈশৈ)

**তিংতৈলা খোংবনা মণি পামই,**
**লৌ ইংখোলদি লৈজদে।**
**তিংতৈলা খোংবা,**
**কদাইদনো নংগী নগুন,**
**নমিংতা মঙাইরে নংগীদি।**

(তাংখুল্লোন্দ শক্লবা)

**"কোনসাং শাতমিয়া ।**
**কোনসাং শাৎমি, কাফুং কানুরা,**
**ফাওয়ো জাক মাথৈয়া ।**
**নিং চোচোতা কাজাহাওরা,**
**অশাংরুই নিং মাফাখুইথু**
**অতোন মাঙলি ঙাকাও লাগা**
**অবা অবা মাফালুইথু.....।। "**

(মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা)

**নুংশিববু শম থাখি, য়ৌরকপরা য়ৌদবরা ?**
**খোইমুনা পুখিবনি, অঙাওবা খোইমু অদু,**
**নুংশিবগী পাউ পুবা,অশাংগী শম য়াল্লগা,**
**ঙে ঙে লাওনা পাইখরে।**
**অতোনগী লৈফম থীরক্লে,অঙাওবা খোইমুনা,**
**ইথক্তা কোইনপ নপ্, কোংসাং থৎপি,**
**পাইখরে,পাম্মুবদি উবা ফংদরে।**

## পেনা অমদি খুংঃ

লমদম অসিগী কলা সংস্কৃতিগী পোৎচং অমা ওইরিবা ইন্দিজিনিয়স ফোক ম্যুজিকশিং অসি তোংঙান তোংঙান্না থিন্দুনা তাকপদা ঙসিগী মীরোন্না অচৌবা অৱাবা কয়া মায়োক্নরক্লি। মৈতৈ কাঙলুপ অসিগী ফোক ম্যুজিকশিং হায়রগা- পেরে সেংগা, সেনপুঙ, তৌদ্রি, লাংতে পুং, খুং, পেনা হায়নৈ। হৌজিক উৎপা য়ারিবসি সেনপুঙ, লাংতেপুঙ,তৌদ্রি অমদি পেনা অসিদা ঙাইরে। পেরে-সেঙ্গা করিনো, খুং করিনো তাকপা লুরি। পেরে সেঙ্গা য়ৈনবা পোৎলা খোংনবা পোৎলা ? কনাগুম্বনা কান্নবা পোৎনি হায়,কনা অমনা য়ৈনবনি হায়। খুংসু অদু মঙাই, খোংনবনি হায়,কনা অমনা পেনাবু খুংনি হায়,কনা অমনা চীংমী ইচিল-ইনাও মরক্তা কুকিশিংনা পায়নবা গোসেমবু খুং কৌই হায়না তাকপী। সঙ্গীট নাটক একাদেমী নই-দিল্লিনা ফোঙবা- Vadya Darsan 2003 অসিদা য়াম্না ময়েক শেংনা ফোটোগা কোন্ননা, ভারতকী লৈরিবা তোংঙান-তোংঙানবা ফোক ম্যুজিকশিং হাপলকপদা, মণিপুরগী খুং অসি কুকিগী **"গোসেম"** হায়রিবা তুম্বাদা ৱানা শাংনা হাপ্লগা খোংবা অসি ওইনা হাপ্লী। অসিগুম্বা মখলগী খোংনবা খুৎলাই অসি মৈতৈশিংগী মরক্তা খোংনবা উদ্রি অমদি খোংখিবগী মমি তাদে।

পেনা খোংলিবা ঙসিগী ওজা অমত্তনসু মসি খোংবা হৈতে। মওং অসিগী খুৎলাই অসিদি চিন্না কামগদবা, খুৎ অনিনা অহোবা মখুলশিং মেন্নদুনা খুৎনা খৎকদবা ওই। তশেংনা হায়রবদা মসিদি চিন্না কামনবা খুৎলাইনি। পেনাদি অরেন খুৎলাইনি। মসি য়েৎননিংঙাই ওই। Sangeet Natak Akademi, New Delhi অসিনা ফোঙলিবা লাইরিক অসিদা খুংগী মতাংদা অসুম্না ইরি ঃ

**KHUNG** : Aerophone, MANIPUR

"A bowl shaped gourd with a long neck in which a bamboo nozzle an three bamboo tubes with finger holes are inserted. Held in both hands, blown through the nozzle. Used by the folk musicians of Manipur and neighbouring regions for melodic accompaniment."

**PENA** :Chordophone,MANIPUR

"A bowed instrument with parched coconut shell belly, Lathe finished wooden finger board and single horse hair bow with an arched iron rod with jingle bells and bamboo handle.Used in traditional music and dance forms. "

পেনাগী মতাং অসিমদি মথক্তা কুপ্না নৈনখ্রবনা থোইনা হায়নিংঙাই লৈতে। খুংগী মতাং অসিমদি ময়েক শেংনা থিবা অমা চঙলি । শক্লাইরবা লাইশ্রেম বীরেন্দ্রকুমারনা **"খুং করিনো পেনা করিনো"** হায়বগী মতাংদা হায়রি মদুদিঃ- **"ঐখোয়না রুসেম নৎত্রগা গোসেমবু খুং হায়না কৌরিবসি ঐগী মত্তদি য়ানিংদে ।"** ওইনাম ভোগেশ্বর পন্দিতনা অমুক **"...পেনা অসিমক অহানবদা থাংচীং লাই মরুনা খুং হায়বা মিংথোন্না খোংলম্বদগী মথং-মথং শেমদোক্লরক্তুনা হৌজিক্কী পেনা অসিগী শক্তমসি ওইরক্লি..."** হায়না পল্লি। ৱাফমশিং অসিগী মতুং ইন্নদি পেনা অমদি খুং অনি অসি পোৎশক অমত্তা ওইগনি অদুগা পেনা হায়না খঙনদ্রিঙৈদা খুং হায়না হান্না কৌরম্মী অসুম্না ৱাফম থম্বীরমলি। পেনা মৈহৌরোলগী ৱাফম মথক্তা পঞ্জখ্রে। তাইবঙ শেমলকপদা, চক্রিকপনা খুং খোংদুনা লাকখি, মপা ইবুংঙো অতিয়া গুরু শিদবনা মমিং থোন্দুনা পুথোকখিবা খুৎলাইনি। চক্রিকপগী মখুৎশুনি। তাইবঙ শেম্নবগী পোৎশক্লি। ৱারী ৱাখোং অসিগী মতুংইন্না, পেনা কৌদ্রিঙৈদা খুংনা হান্না হায়নরক্লে

হায়বসিমদি তাকচরে। খুং করিনো হায়বগী মতাংদা থেংনজরকপা ৱাফম অমগা থমজরি ।

## খুং হায়বসি করিনো ?

হৌজিক খুং হায়রগা খঙনরিবসি, গোসেম নৎত্রগা রুসেমগা মান্নবা অসি ওইনা Sangeet Natak Akademi, New Delhi না ফোঙখ্রে। মসিদি অরানবা অমনি। পোৎশক অসি করিনো ? গোসেম নৎত্রগা রুসেমদা য়াওরিবা পোৎচংশিং অসি অচম্বা ঙাক্তনি। খোম তুম্বা নৎত্রগা তুম্বা অখাবা হায়না খঙনবা চাবা য়াদবা অকংবা অমা, ৱা মচা (লাইৱা হায়না খঙনবা অপিকপা ৱা মচা) নৎত্রগা য়েংথৌ মচৈ খর, অমদি নপ্পবা অফবা খোইরু খর অসিনচিংবনি। অকংবা তুম্বা অখাবা অমগী মথক থংবা শরুক্তা হুৎলগা য়েংথৌ নৎত্রগা লাইৱা মচা উতোং অসি থিংজিনগনি। তুম্বাগী মচিনলোমদসু হুৎলগা ৱা মচা অমনা থিংজিন্দুনা চিন্না কামফম ওইগনি। মনুংদা থিংজিনখ্রিবা উতোংদা ৱাগী অপাবা কনমগুম্বা (রিদ কুম্বা)অমনা কাম্বদা মখোল থোক্লবা শেন্নগা হাপখিগনি। অহোবা তুম্বা অমদি ৱা মচাগা তাইনফমশিংদা, নুংশিৎ চৎখিদনবা খোইরুনা চেকশিন্না মেনগনি। তুম্বাগী মথক থংবা শরুক্তা অহুম মরি হুৎলগা শাংনা হাপখ্রিবা ৱা উতোংশিং অদুসু বাশিগী মতৌগুম্না খুৎ খৎনবা অহোবশিং হান্না হুৎকনি । অহোবশিং অসিদা খুৎশাশিংনা মেন্দুনা চীন্না কাম্বা মতমদা থোকলকপা নুংশিৎশিং থাদোক-থাজিন তৌদুনা খুৎখৎপা মতমদা নুংশিবা, অইংবা মখোল অমা তাবা ফংঙি । মসি গোসেম নৎত্রগা রুসেম হায়রিবা খুৎলাই অসিগী মশক্তি। তুম্বাদা নুংশিৎ লৈরি মখৈ খোম্থোক লৈনা মখোন তাবা ফংঙি । নুংশিৎ মতম শাংনা মনুংদা লৈহন্দুনা লেপ্তুবা স্বরদা খোংবা ঙম্মী। পেনাদি লেনবা তোকপা মতমদা মখোল ফংদে। পেনাদি লেল্লিবা মীনা লেন্না লেন্না ঈশৈ শকপা য়াই । গোসেম নৎত্রগা রুসেম অসিদি চিন্না কাম্লগা মখোন থোকহনবা ওইবনা অকাম্বা মীনা ঈশৈ শকপা য়াদে। মীনা শকপদা,মানা কামদুনা মতুং ইনবনি। মখল অসিগী খোংনবা অকাম খুৎলাই অসিগী মওং মখল য়াম্না লৈরি ।

মণিপুরদা খুন্দারিবা চীংমী কাঙলুপশিংগী মনুংদা হৌজিক হৌজিক শীজিন্নরিবশিংদি- আইমোল, আনাল,কোম,চিরু,থাদৌ,পাইতে,তারাও,পুরুম অসিনা মরু ওইবনি। মশক মওং হায়ফেৎ ম্নরবসু মমিংদি তোংঙানবা লোনশিংদা থোন্নে। আনালশিংনা-**রুসেম**,মারনা-**রাওসেম**,কোইরেং অমদি কোমশিংনা- **রুসেম**,মোয়োনশিংনা **শীমরুৱরসু** কৌই । আইমোলশিং অমদি পুরমশিংনা **রোশেম** কৌই। থাদৌ,**জৌ**,ৱাইফৈ,সিমতেশিংনদি **গোসেম** হায়রগা খঙনৈ। খুৎলাই অসি ৎ্রোফোন কাঙলুপ্তা চনগনি। অতোপ্পা লৈপাকশিং-

লাওসকি **খেন** অমদি চিনাগী **শেঙ** হায়রিবসিগা মথক্তা পঞ্জিম্বিবা যন্ত্র অসিগা য়াম্না মান্নে। হৌজিক ফাওবগী ওইনা মৈতৈশিংগী মরক্তা, মওং অসিগী যন্ত্র অসি খোংনবা উদ্রি। খুং হায়রিবা অসি **গোসেম** নত্রগা **রোশেম** পোৎশকসি ওইরম্বা তারবদি মৈতৈশিংগী মরক্তা খোংনবা য়াওরমগনি। খুং হায়বসি তোংঙানবা লোল্লা ? পেনাবু খুং হায়না কৌনরম্বা ? ৱাফম অসি চপ চাবা খঙনদবা মওংদা হৌজিকসু লৈরি। খুং কনানা হান্না খোংঙি হায়বগী মতাংদা লাই হরাউবদা শকপা ঈশৈ অমদদি অসুম্না শক্লবা থেংনৈ ঃ-

"লৈনুঙবা লৈনুঙবা, লৈনুঙ চাক্রিক খুংখোংবা,
লাংদেবা পুংয়ৈবা, লাংদে পুংগী পুংলোনগা,
লৈনুং খোংগী খোংলোনগা, খুংগী মরোন তাবদা,
খুৎকী জগোয় খুৎথেক্কা, খোঙগা খুৎকা চানরে,
খুথেক্কা শাথেক্কা চুনরে, নুরা পাখং চুনরে,
হৈনম লৈনম চুনরে, পলেম-পম্বৌ শৈথাবিদো ।"

খুং হায়রিবা যন্ত্র অসি কমদৌনা শারকপগে হায়বগী মতাংদা "খম্নুং ইঙাল লৈশা" লাইরিক্তা অসুম্না ইরি ঃ

"লৈনুং খুং খুং অচিবনা লৈখারোন্গী লৈয়াইরেন্দা কারক্কুনা লৈয়েং লৈকোইবদা,মরী চৎপা মপাল অমদা মহৈবু তুম্না য়াম্না নীঙথিনা পাল্লগা কংদুনা লৈবা মশক অমা থেংনরে। তুম্না চাওনা পান্দুনা লৈখি হায়দুনা মমিংবু তুম্বা মীংহুল্লে। তুম্বা অকংবা পান্দুনা লৈঙম্বা মশকপু য়েংদুনা মসিনা ঐবু করি শেমথোক শাথোকশি হায়বনো, মশক অমত্তদি শেম্নিংঙিদা ৱাখল্লা য়েংদুনা লৈঙল্লে। লৈনুং থোঙারেল লাইমিংথৌগা পোইরৈ মোইরেংচাম্বাগা খোইয়ুম অনিবু লৈফম অদুদা লাক্কুনা খুং খুং অচিবদা হায়, লামিংথৌ করিবু নুংবংননা নুংশুক নুংবংনবনো ? খোইয়ুম অনি ঙসি তানফংলিবা তুম্বা অসিবু ঐবু করিবু শেমশিবনো ৱাখল ঙকচানদুনা লৈবনি। খোইয়ুম ৱাখল চাওবা অনিবু লাক্লবনিনা থৌরম্নু থৌখংলনি। লাইমিংথৌ খুং খুং অচিবা মশক অসিদি নোংদম্বানা নঙনা নঙনা খোইজংবা নখুৎশু নোংদম্বগী লাইমিং অশৈ খোংপাংনৌ তাম্থেংহনবনি। অদুদি লাইমিংথৌ থোংঙারেল তুম্বাদি অহুম্নি অশিবু কমদৌশিবু হায়বনো ? ঐ খ্বাইদগী পিক্তক তৌবা অশিদো পোইরৈ

মোইরেংচাম্বা ব্রাঙম থৌপুবনা মখুৎশু খোংনিংবা মশক অমা শাথোক্লসনু মথং শিদো লাইমিংথৌ খুং খুং অচিবনা নখুত্তা খোংনবা অমা শাথোকপিরো। অদুগা খ্বাইদগী পীকপা তুম্বা অশিদো ঐগী ইখুৎশু খোংনবা লাইমিং অশৈ শিংথাবনা খোলপাংনবা শেমজরগে। তুম্বা অসিবু পাল্লম্বা মপাম্বী অসিবু লৈবাক অসিনা খোংক্রুম হায়না কৌরসনু, পাওশাবু তাবদা খোইয়ুম অহুমবু খোইদানদুনা নিংশাবু থাদোক থাজিন শান্নদুনা খোংবা য়াবা মশক অমা শাদুনা মচৈ লৈহাপ্লিবা মতোন্দা মচিন্না চপ্তুনা নিংশাবু কামশিল্লগা মখুৎ খুৎতোন্না নিংশাবু থাদোক থাজিন শান্ননা খোংদুনা লৈফম খুদিংদা কোয়দুনা লৈঙমখ্রে।"

## খোইরৌ লিখৎ শাবা ঃ

খোইরৌ লিখৎ হায়রিবা অসি খম্লুং ইঙাল লৈশাবদা অসিদা পল্লম্বগী মতুং ইন্না যন্ত্র অসি খুৎনা খৎলগা খোংনবা মখল অমা ওইনা তাকই। মথক্তা পনখিবা পেনা নৎত্রগা খুং অনিসিদগী মশক তোপ্পগী মওংনি। যন্ত্র মখল অসিগী মতাংদা মখা তানা অসুম্না ইরি ঃ

"লৈনুং থোংঙারেল লাইমিংথৌনা তুম্বা মমাই লৌথোক্লগা উ অমবু মবুক খর খোৎথোক্তুনা মকোক ওইনা পাল্লগা, তুম্বাগী মমাই অহোবগা মকোক অদুগী মমাই খোত্তোকখিবগবু উ মপাক অমা পানা শাথোক্তুনা মমাইবু মেনশিল্লে। মকোক পাল্লিবা উ অদুগী মতোন ময়া শাদোন অমা হনবদা মমাই মেল্লিবা অদুদা হুত্তুনা মচৈ অমা হাপ্লে। মচৈ অদুগী মমাং, খুদোন অমা লৈহন্না মচৈ নিগা হাপ্তুনা মচৈ মরিমক্তা পেঙ্গান মকুনা থাংজিং তাদুনা যেৎলগা তিংলক্তুনা তুম্বা ময়াইদা মেল্লিবা উ অদুগী মথক্তা তিংলক্তুনা তুম্বা অদুগী মপান্দা লৌশিনগনি। কন্না ফাদুনা তুম্বা মমাইদা মেনবা পুঙ্গোই মথক্তা লৈফান খুদোন অনি পাকপা খুৎনিংথৌ খুৎশাগী তাং অহুম শাংবা অমা লৈথাদুনা মরী মরীবু থাঙ্গত্তুনা লৈফমহল্লগা মতোনগী মচৈ মরিশুবা মচৈ অদুগী খুদোন অনিবু লৈহনজুনা তেংখন অমগা লৈফম মরী হুক্তুনা নপশিল্লগা মরী মরীবু লৈফানা মরী অমমম্ লৈকাইনা লৈথমদুনা লৈফম অদুগী খুদোন অমা অমুক লৈহনবদা তেংখন অমা অমুক নপ্তুনা মরী মশিং মরীবু থাঙ্গত্তুনা শাদম্বা

লোইঙল্লে। মকোক্ অদুগী নাকন্দা য়েৎকি খুবীনা নমদুনা খুৎয়াইগী মতাইগী মরিদা লেংদুনা খৎলে। খুদোম্বীনা মরী অহুমবু খত্তুনা শান্নবদা উংচিরি হায়বা য়াৱা ইখোন অমবু মেঙনবু শাথোক্লে। হি মসিদে হায়দুনা অমুক লেংদুনা খৎলি উমচিখোম হায়না ইহৌরে। অমুক খৎলি উংচিরিৎ, উংচিতক, উংচিশো, উংচিলা, উচিংখা, উংচিথুম য়াৱাবু ইহৌনৈ। মসিগী খোইরৌ লিখৎ য়াৱা অসিদি ওইনিংবদা ওইবা য়াবা য়াৱা ইখোন্নিদনা শৈরাও য়াৱা মাপনবু মশক অসিদা পুন্না য়াৱা ইনিনবু হায়হনবা য়াবা মশক্লিদনা মসিদি মাঙহনবা য়াবা থাদোকপা য়াবা মশক নত্তেদনা অদুনদি তেঙপানবা মপুগী লাইমিংবু নীংশিংজবা অশৈ কোনপাংবা শৈরাও পুম্বগী য়াৱা ইখোনবু লৈশুবা অসিবু ঐনা থানবা লৈতনা লৈপুদুনা নোংদম্বগী লাইমিংবু শক শোনুদুনা কোয়না চৎতুনদুম লৈঙম্লগে ৱাখন্দুনা হৌকংলৈ লম্মহনবা লাইমিংবু শকহন্দুনা কোইজাইনদুনা লৈঙল্লে। "

লাইরিক্তা ইরমলিবা অসিনা পেনা অমদি খুংগী মতাংদা নুংগী ওইবা ৱা অমা লৈবগুম তৌরিবসি মখা তানা নৈনফম থোকই। পেনানা লৈহৌরগা খুংনা মরক্তা মাঙখিবসি থিজিনবা চুম্মী। হৌজিক ফাওবগী ওইনা, কদায়গী মতম ফাওবা খুং খোংনরম্মী অমদি কদায়ৱাইদা খুং অসি খোংবা লেপখিবগে, খুং হায়রম্বদগী পেনা করম্বা মতমদা হায়রকপগে,হায়বসি চপচানা খঙবা ঙমদ্রি। খুং হায়বসি মোইরাং নত্রগা কংলৈ লোললা থিবা চংঙি। মখা তানা থিজিনলুবদা, অহল-লমশিংনা খুং কৌখিবগী হায়নবা ৱারোল অমসু লৈরিঃ-

"খাবা নুংতোংবনা পানবা মতমদা,পোইরৈ মৈতৈ লৈবাকসি অৱা-অনা নংদুনা অশি অনা য়াম্না থোকখি। নিংথৌ পোং তারানা লৈপাক্কী অঙম-অথৌশিংগা তান্নরগা লোল্লাং পাখঙবা থিরকপদা,মোইরাং থাংজিং লাইগী মনাক্তা লোত্তুনা লৈবগী পাউ খঙলবদা লৈপাক্কী অশৈবা অমাইবা অমাইবী ময়াম্না শিন লাংদুনা চীংঙু থাংজিংনা খুং খোংদুনা, লাই নুরাশিংনা নুংশি-নুংঙোল ঈশৈ শক্লগা মৈতৈ লৈবাক্তা হল্লসি হায়না থেম্মী। "

ৱাফম অসি নুমিৎ কাপ্পদা য়াওরি। মসিদা চকক্রিকপা খুং খোংবা, তাংক্রিকপা লুময়িবা..হায়না ৱা য়াওরিবা অসিনা খুং হায়বা অমা খোংনরম্মী

হায়বসিদি চুল্লে। ব্রাফম অমনা মথক্তা পনখ্রিবা তুম্বাদা ব্রাগী উতোং মচা পাল্লগা চিন্না কামদুনা শীজিন্নরিবা অরোফোনিক যন্ত্র অসি পৃথীবীগী মনুংদা খ্বাইদগী লিরবা হারমোনিক ইন্সট্রুমেন্টশিংগী মনুংদা অমনি হায়না লৌনৈ। মখোয় অসি খা নোংপোক এসিয়ারোমদগী হৌরকই, লাউসরোমদগী নোংপোক এসিয়া শীনবা থুংনা শন্দোকখিবনি হায়নৈ। মখল অসিগী ইন্সট্রুমেন্ট অসি ভারতকী অতৈ মফম অমত্তদা খোংনবা উদে। মণিপুরদা চীংমী কাঙলুপ খরনা অঙনবা মতমদগী শীজিন্নদুনা লাক্লি। ভারতকী ওইনা লৈরিবা তোংঙান তোংঙানবা ফোক ম্যুজিকেল ইন্সট্রুমেন্ট কয়াগী মতাংদা ম্যুজিকোলোজিস্ট কয়ানা লেপ্তুনা থিরি।

> "The fact that the Rusem is found in Manipur and contiguous provinces seems to be of great organolical implications, as instruments based on the principles of the Khung are found also in Laos and Burma. "

পেনা হায়রিবা যন্ত্র অসিগা অতৈ কাঙলুপকী লৈরিবা যন্ত্র কয়াদগী তোংঙাল্লম্মী অমদি মথৌ-মঙম চাওবা হেল্লি হায়বসি থিজিল্লুবা অমদি নৈনরুবদগী খঙবা ঙম্মী। যন্ত্র অসিগী হৌরক্লোন লৈরম্বা, শীজিন্নফম কয়া মফম চানা লৈরম্বা অসিনা পেনা অসিগী মমল, থাক অসি অতৈ যন্ত্রগা চাংদম্নরুবদা লমদম অসিগী কলা-সংস্কৃতিদসু অচৌবা মফম অমা কনবা ঙম্মী। মসি ঐখোয়গী চাউথোকচনিংঙাইনি।

### পেনা অমদি রোয়েল কোর্ট ম্যুজিক ঃ

**"মণিপুরী সংস্কৃতিদা পেনা"** হায়বা ব্রাফম অসিদা **রোয়েল কোর্ট ম্যুজিক** হায়বা অসি নৈনহৌবা মথৌ তারকই। পেনানা য়ুমগী, খুলগী ওইবা লাই-তীনগী থৌরমশিং অমদি নাৎকী অতৈ থৌরম কয়াদা শরুক য়াবা খক্তা নত্তনা অতোপ্পা মশক নাইবা মফমশিংদা পেনানা লৌরম্বা থৌদাং অসি হেন্না খঙদবা য়ারক্তবনা রোয়েল কোর্টকী মতাং অসি হাপচরি। মসিগীদমক **পেনা অমদি রোয়েল কোর্ট ম্যুজিক** করিনো হায়বসি খঙমিন্নবা অমা চংঙি।

তাইবঙ পানবা অসিদা লৈরিবা মীওইবা কাঙলুপশিং অসিগী মশাগী নাৎকী মশক অমমম্ লৈজরি। নাৎকী ওইবা মশকশিং অসি উরগা, কাঙলুপ অদুগী লৈজরিবা কলা-সংস্কৃতি অদুগী থাক চাউখৎপা, পুম্নমক খঙবা ঙম্মী। মীওইবনা খুন্দারকপা মতমদা কাঙলুপ নাইরকই। লুচিংবা অমগী মখাদা, চৎন-কাংলোন কয়া শেমদুনা লৈরকই। মানা মানা হৈবা, থৌরম থৌদা কয়া পুনরকই। ময়াম

অসিগী শরুক অমা ওইনা,লাইনীং-লাইশোল কয়াসু পাংথোক্করি,অৱা-পোৎথানবা,নুংঙাইবা ফোংদোক্লবা ওইনা হরাউ-কুম্মৈ কয়াসু তৌনরি। হরাউ-কুম্মৈ হায়বসি মপুংদা জগোয়-ঈশৈনি। জগোয়-ঈশৈদা শক্লাইবা,পীথোকলকপা মীওই কয়া য়াওরকই। অদুবু মীয়াম্না খঙবীদ্রবা অমদি য়াদ্রবদি শিনফম অদু চন্নফম ওইদে। মীয়াম্না য়াবা,লৈপাক্লা খঙবীবা অসি য়াম্না মরু ওই। অঙনবা মতম, লৈমা নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা,কোনুং-মনুংদা,পুং-ঈশৈ, জগোয় অসি পাম্না পাংথোক্কে। মশক নাইবশিং কৌদুনা উৎহল্লি। নিংথৌপানবা লৈপাক খুদিংদা মসি চৎনবী অমা ওইরকই। অসিগুম্বা ঈশৈ-নোংমাই,জগোয়দা নিংথৌনা খঙখিবা,য়াখিবা অসি য়াম্না মমল লৈখি। পৃথীবীগী নিংথৌ পানখিবা লৈবাক খরদা,লৈপাক নিংথৌনা মশক খঙবীখিবা খোংননবা যন্ত্র খর লৈরি।নিংথৌমক্লা জগোয় ঈশৈ,যন্ত্র পাম্মী,তানিংঙি হায়দুনা খুল্লক, যুমলক্তা লাকপা হায়বসি চৎনরক্কে। অপাম্বা অহৈবা মীশক কৌরগা কোনুং-মনুংদা থৌগল তৌহনখিবা ঙাক্তনি। নুংতীগী,চয়োলগী,থাগী পালি নাইনা, মী নেক্তুনা ঈশৈ শকহনবা,পুং থীলহনবা,যন্ত্র খোংহনবা অসি তৌহন্নরকই। অসিগুম্বা নিংথৌনা পামনা তাবীখিবা,মশক খঙবীবা ওইনা, কোনুং মনুংদা,লৈমা নিংথৌগী কাদা কৌদুনা খোংহনখিবা যন্ত্র অসিবুনি **রোয়েল কোর্ট ম্যুজিক** হায়না খঙনরিবসি। হায়রিবা অসি নিংথৌ পানখিবা লৈবাক খুদিংমক্কী লৈখিদে। লৈবাক্কী মপু ওইরিবা নিংথৌনা, লৈঙাক্লোন,শেনমিৎলোন চাউখৎনবা হোৎনবগা লোয়ননা পুন্সিরোলগা নক্লবা, মরী লৈনবা জগোয় ঈশৈ,অয়ৈ-অখোং, যন্ত্র কয়াবু পামজনা য়োকখৎনবা হোৎনরকই হায়বসি অসিগুম্বা **রোয়েল কোর্ট ম্যুজিক** লৈবা লৈবাকশিংদগী খঙবা ঙম্মী। রোয়েল কোর্ট ম্যুজিকনি হায়না লৈমা নিংথৌনা খঙবীখিবা লাওথোকপীখিবা যন্ত্র অমদি লৈপাক খবগী মমিং পঞ্জবা তারবদি ঃ-



"**সাউং-গাউক** হায়বা বর্ম্মিজগী আর্ক হার্প রোয়েল কেটি ম্যুজিক, "**কোটো**" হায়বা জাপানগী ইম্পেরিয়েল কোর্ট ম্যুজিক, ইউরোপকী নিংথৌকোন-লৈমকোনশিং,কুইন এলিজাবেট ৱান,কিং জেমস ৱান,ক্রোমৱেল,কিং চর্লেস টুনা পামখিবা, "**রোয়েল কোর্ট হার্পস ম্যুজিকশিং, বোন-রিওং সান**" হায়বা কোরিয়াগী ম্যুজিক, থাইলেন্দগী,ইন্দোনেসিয়াগী অমদি ইন্দিয়াগীদি "**বীননা, সেহানাই, সুরমন্দল, কারনা, গিচাক** অমদি **তামবুরা**" অসি পনবা য়াই।

অঙনবা মতমদা লাইশিংনা মখুৎসু ওইনা পায়খিবা অমদি ভারতকী নিংথৌশিংনা মশক খঙবীখিবা যন্ত্রশিং অনি থোকনা লৈখ্রি। লাইশিংগী হাকতক্তা শীজিন্নখিবগী খুদম মরাং কায়না মশক নাইবা লাইশঙশিংদা নুঙদা হক্তুনা শারগা থম্বা ঙসি ফাওবা উবা ফংঙি। ভারতকী নিংথৌরোল অয়াম্বনা যন্ত্রশিংবু থব্রায়না তাখি অমদি কোনুং-মনুংদা শীজিন্নখিবগী খুদম ময়েক শেংনা নুঙদা হক্তুনা লৈরি। Musical Instrument of India হায়বা লাইরিক অসিদা ভারতকী যন্ত্রশিংগী মতাংদা অসুম্না ইরম্মী ঃ

> "Music and dance have been the chief forms of religious expression in India. The origin of music in India is attributed to gods and goddesses and to mythological figures like gandharvas and Kinnaras who figure in all the stories and legends connected with the science and practice of music. Ancient Indian sculpture also depicts musical instruments with an astounding wealth of detail. Numerous varieties of Veenas, drums, pipes, gongs and bells are shown in the ancient sculptures of Bhar-hut, Mathura, Gandhara, Amara-vati, Sanchi, Nagarjuna-konda, Konarak, the temples of Southern India and the frescoes and paintings of Ajanta, Bagh Tanjavoor."

ভারতকী ওইনদি মুসলমানশিংগী মতমদনা যন্ত্রশিংবু নিংথৌনা পাম্না কোনুংদা শীজিন্নখিবগী মওং উই। যন্ত্রশিং পুথোকপা, অনৌবা কয়া শেমগৎপসু মুসলমান নিংথৌশিংনা পাল্লিঙৈ মতমদা পাঙথোকপা থেংনৈ। Musical Instruments of India হায়বা S.Krishnaswami না সম্পাদন তৌবা লাইরিক অসিদা অসুম্না ইরিঃ-

> "The period beginning from the 12th century appears to have been a turning point for the music and musical instruments of India. The Muslim rulers of India were great patrons of music and brought with them musicians at the court of Sultan Alauddin Khilji and he did much to popularise the art of music in India. In the north, Indian music reached the peak of its splendour during the reign of Akbar (1542-1605) who was a great patron of arts. The musical instruments used at the court of Akbar

> were the Bin (Veena), the Swaramandal, the Nai (Flute), the Karna(Trumpet), the Ghichak (a kind of Persian lute), the Tambura, the Surnai (Shahanai) and the quanum (a kind of swaramandal) etc.The Naubat ( an ensemble of nine instruments) was meant exclusively for royal celebration."

Naubat literally means "nine performers"; it consisted of two Shahanai players, two Naqqara players (drummers), one Jhanj (cymbal) player, one Karna (horn or Shringa) player, one beater, one assistant and one Jamedar.

> "Ain-i-Akbari, Abdul Fazl's account of the reign of Akbar, mentions the instruments that formed part of the royal establishment, the hours during which they performed and names of the thirty-six musicians who adorned the court of Akbar with the famous Tansen heading the list. Many musical instruments were invented or introduced by the Muslims during the period of Akbar."

মালেমগী লৈনরিবা ফোক ফিদলগী মতাংদা Musical Instruments of the World, লাইরিক্তা অসুম্নসু ইরি ঃ-

Fiddles are classified as bowed lutes. Folk fiddles of many shapes and sizes are particularly popular in Africa,Asia and Europe. There are two basic forms spike fiddles, with long necks and short necked fiddles. Spike fiddles are common in the middle East Asia and North Africa but are widely found elsewhere. Short necked folk fiddles are commonest in Europe.

মথক্কী ব্রাফমশিং অসিদা তোংঙান-তোংঙানবা লৈপাকশিংনা মখোয়গী ইন্দিজিনিয়স ফোক ম্যুজিকশিং অসি রোয়েল কোর্ট ম্যুজিক ওইনা লৈখিবগী চাওরাকপা মশক অমা উৎপনি। পেনা হায়রিবা খোংনবা অরেন খুৎলাই অসি করম্না রোয়েল কোর্ট ম্যুজিক অমা ওইরকপগে হায়বগী মশক অদু অসুম্না তাক্লি।

নিংথৌনা পেনা খোংবশিংবু অশৈবা হায়বা মিংথোল পীদুনা কোনুং-মনুংদা নুংতিগী থৌগল পুহন্দুনা লাকই। মসিনা নিংথৌনা পেনাবু নুংশিবা,পেনাবু লুনা খনবগী ৱাফম অসি খঙবা ঙম্মী। পেনা খোংবশিংদা মখোয়-মখোয়গী থৌদাংগী মতুং ইন্না নিংথৌনা মনা ফি পীদুনা ইকায় খুম্নবা উৎপা অঙনবা মতমদগী চৎনরকই। পীগদৌরিবা ফিশিং অসিগী মতিক-মগুণ তোঙান্না লৈরি।

## নিংথৌগী ফি মশক মচু তাকপা ঃ



পেনা অশৈবশিংদা মনা ফি ওইনা পীগদৌরিবা অসিগী মতাংদা, থক্তা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌশিংনা শীজিন্নখিবা ফিরোলশিংগী মচু অসি খঙবা চংই। নিংথৌশিংনা মচু অসি য়াম্না খল্লি। মচু অমবু পাম্মী হায়না হেক্তা শীজিন্নদে। মচুশিং অসিগী ৱাহন্থোক,য়েক-শালাই লৈরিবশিংগী মতুংইন্না অমদি থৌদোক -ৱাথোক্কা চান্নবা হীরমশিংদা মচু অসি খল্লি অমদি শীজিন্নবগী ৱাফম,অখঙ-অহৈশিংদগী ফংঙি। ফিগী মচুশিং অসিগী মতুংইন্না পীবা য়াদবা অমদি থোনবা য়াদবা কয়া লৈরি। মনা ফি পীবা মতমদা ইচা-মীচা খায়দনা মনা মনা তৌখিবা থৌরমগী মতুংইন্না পীনৈ। মনা ফি ফংলিবা মহাক্নসু য়াম্না চেকশিন্না শীজিন্নদ্রগদি ফংলিবা নত্রগা শীজিন্নরিবা মীদু পুন্সি তেনবা,লাইথুং লায়না ফংগনি হায়না লুনসু লৌনরকই। থাজনরকই।



## নিংথৌ মনা ফি ঃ

লৈপাক্কী ওইবা করিগুম্বা থৌদোক নৎত্রগা থৌরম অমা পাঙথোকপদা পেনবীদুনা নিংথৌনা থোনবা শেৎন-ইন্নবা ফিবু, কনাগুম্বা মীশক অমদা পীথোকপবু **"মনা ফি"**হায়না খঙনৈ। মনা ফি হায়না তোংঙান্না শাদুনা থম্বা, কৈথেন্দা য়োনবা পোৎসু ওইদে। মীপুম খুদিংমক্তা পীবা য়াবসু নত্তে। থৌনা ফবা,মরৈবাক নীংবা,মীগী থৱায় কনবীখিবা,কৎথোকপা ঙম্বগী থৌনা লৈবা অসিগুবা মীওইশিংদা **"মনা ফি"** অসি নিংথৌনা মী অদুবু ইকায় খুম্নবা উৎপা ওইনা পীবনি,অঙনবা মতমদগী চৎনদুনা লাকই। নিংথৌনা পেনবীরদুনা পীবা অসি শেৎন-

ইন্নবা ফিরোল খক্তা পীদে। মী অদুনা তৌবীখিবা থবক্কী মতুংইন্না, লন-থুম, লৌ-ইশ্চোল পীবসু য়াওই । নিংথৌনা পীনিংবা পীবা য়াই, মচা নীংঙোল ফাওবা পীথোকপা থাজবা চৎনরকই। অদুবু শেৎনা ইন্নবা ফি ফুরিৎ, খুজি-তাল, সনা-লুপা, লীক, খামেন চপ্পা ফেজোম, কোকয়েৎ অসি মখৈ পীববু **"মনা ফি পীবা"** হায়না খঙনৈ । অয়াম্বা মনা ফিদি-মুগাদা ময়েক নম্বা ফি, খামু চৎপা (খামেন চপ্পা) ফেজোম, ফুরিৎ শাইচোনবা, ফুরিৎ শাইককপা, সনা খুজি, খুদাংদা অমদি পাম্বোমদা ফাবা তাল, কোকয়েৎ ফৈয়েৎ, পজেং-ফিরাল, লানফি, লমথাং খুল্লক, শমজিন অসিনচিংবশিং অসিনা মরুওইবনি। মনা ফি পীবা মতমদা মীয়াম খঙনা, মায়াম মাঙদা মী অদুদা পীনৈ । নিংথৌনা মশানা ইল্লিবা ফি লৌথোক্লগা মী অদুগী মনমদা কুপ্পবুসু **"মনা ফি পীবা"**হায়না খঙনৈ। ঙসি ফাওবা মওং অসি মশান্না খর, মুক্কা, য়ুবী লাকপী অমদি জগোয়, ঈশৈ, পেনা শকপা অশৈবশিংদা থৌরম লোইরগা অঙম অথৌশিংনা পীবা চৎনরকই । চীংগী লমদসুসু খুল্লাকপনা, অসুন্নমনা পীবা অসি তৌনরি। পেনা অশৈববু লৈমা নিংথৌশিংনা য়াম্না লুনা নুংশিনা লোয়নরকই। লৈপাক কোনুংগী থৌগল মতম শাংনা থৌ পুরকপশিং কৌখৎলগা, মখোয় মখোয়না তৌখিবা থৌদাংগী মতুংইন্না অমদি মী অদুবু ইকায় খুম্নবা উৎপদা নিংথৌ মনা ফি অসি শোয়দনা পীনৈ । মী অদুগী মতীক মথৌনা য়েংলগা পীবগী ৱাফম লৈ । পেনা অশৈবশিংগী খ্বাইদগী ৱাংবা ইকায়খুম্নবা অসি, নিংথৌ মনা ফি ফংলবা অসিনা ওইনরকই ।

## নিংথৌ মনা ফি ফংখিবা থক্কি পেনা অশৈবশিং ঃ

চুরাচাঁন্দ মহারাজনা নিংথৌ ওইনা পানবা মতমদগীনা বুধচন্দ্রনা নিংথৌ ওইনা পানখিবা কুমশিং ১৮১৩-১৮৭৭ (শোক ১৮৯১-১৯৫৫) অসি ফাওবদা মনা ফি ফংহন্দুনা ইকায়খুম্নবা উৎপীখিবা পেনা অশৈবা কয়া কয়ানি। ফংজবকখিবা অশৈবশিংগী মমিং মথা খর পীজরি ।

(১) তোংব্রম শমজাই ইংকুমজা ১৯২৩ গী লমতা থাগী শগোলশেল নুমিত্তা পোকই। চুরাচাঁন্দ মহারাজ অমদি বুধচন্দ্র মহারাজ অনিমক্কী মতমদা নিংথৌরোল অনি থৌগল ফংলকখিবা অশৈবনি। নিংথৌ অনিমক্কী মতমদা নিংথৌনা ইকায়খুম্নবা উৎপিবা ওইনা খুমুচপ্পা ফৈজোম, লমথাং খুৎহৎ, রেশম ফুরিৎ, সনা খুজি তালনচিংবা মনা ফি ওইনা পীবিদুনা ইকায়খুম্নখি। মহাক্না পাম্না অমদি খুৎলোইনা শকখিবা পেনা ঈশৈদি-**লৈশেমলোন অমদি মীশেমলোন্নি**।

(২) সাপম লৈরেনজাও, ইংকুমজা ১৯১৮ গী থৱান থাদা উচেক্কোন্দা পোকখি । চুরাচাঁন্দ মহারাজ না পানবা মতমদা কোনুংগী থৌগল ফংজখি। নিংথৌ অসিগী সনা হাকতক্তা পেনা ঈশৈদা পেনবীরদুনা নিংথৌ মনা ফি পীবিখি । মহাক্না পাম্না অমদি খুৎলোইনা শকখিবা পেনা ঈশৈদি - **য়াকাইবা ঈশৈ** অসিনি ।

(৩) তোংব্রম বীরা,শোক ১৯২০গী থব্রান থাগী শগোলশেল নুমিত্তা থিয়াম কোঞ্জিন্দা পোকখি। বুধচন্দ্র মহারাজ সনাহাকতক্তা,সনা খুজি,খামেন চপ্পা,লমথাং খুৎহৎ ফংখি। খুৎলোইখিবা ঈশৈদি-**ফুনাল নিংথৌ তেলহৈব**গী মতাংনি।

(৪) মোইরাংথেম রাজমনি, শাকাব্দ ১৮৩৯ মেরাগী ১৩নি পানবা ইরাই নুমিত্তা,তরেৎ খুন্দা পোকখি। বুধচন্দ্র মহারাজ সনা হাকতক্তা খামেন চপ্পা ফৈজোম,লমথাং খুৎহৎ,খুজি-তাল,রেশম ফুরিৎ ফঙখি। লুপাগী মেদল অমসু ফংখি। খুৎলোইবা ঈশৈদি -**ইরৈমা লাংওন** অসিনি ।

(৫) চনম্বম তোমচৌ, নাওরেম কুম্বী অঙৌনা চৈথাবা, পোইনুগী থাশি নুমিত্তা পোৎশংবমদা পোকই। বুধচন্দ্র মহারাজ সনা হাকতক্তা খামেন চপ্পা,লমথাং খুৎহৎ,খুজি-তাল,রেশম ফুরিৎ ফংখি । লুপাগী মেডল অমসু ফংখি। খুৎলোইখিবা ঈশৈদি- **ইরৈমা লাংওন্নি** ।

(৬) হুইদ্রোম মোহোরি, শাকাব্দ ১৮৩৯ মেরাগী ৫নি পানবা শগোলশেন নুমিত্তা, নুঙ্গোই হুইদ্রোমদা পোকখি। বুধচন্দ্র মহারাজ সনা হাকতক্তা পেনা হঞ্জবা ফম কাখি। খুৎলোইখিবা ঈশৈদি- **লাইবুংথৌ মাপল পুথোকখিব**গী মতাংনি।

(৭) খাইদেম নিমাই, হিয়াঙ্গৈগী ১০ নি পানবা, লৈপাকপোকপা নুমিত্তা শেক্তা খুন্দা পোকখি। বুধচন্দ্র মহারাজ সনা হাকতক্তা,খামেন চপ্পা, লমথাং খুৎহৎ ফংখি । খুৎলোইখিবা ঈশৈদি- **লৈশেমলোননি**।

(৮) য়েন্দ্রেম্বম কালা, শোক ১৯৩২, ফাইরেল থাগী নিনি পানবা শগোলশেন নুমিত্তা, শেক্তা ময়াই লৈকাইদা পোকই । বুধচন্দ্র মহারাজ সনা হাকতক্তা, খামেন চপ্পা,লমথাং খুৎহৎ, অমদি লৈখাম ফমথোল ফংখি। খুৎলোইখিবা ঈশৈদি-**শৌবোন লাইরেম্বী লৌতারোন** নি।

(৯) হুইনিংশুম্বম মনি মৈতৈ,শাকাব্দ ১৮৩০ থাব্রানগী ১৩ নি পানবা চাঙাঙ্গৈদা পোকখি। বুধচন্দ্র মহারাজ সনা হাকতক্তা, সনা খুজি, খামেন চপ্পা, লমথাং খুৎহৎ ফংখি। খুৎলোইখিবা ঈশৈদি- **চোথে থাংব্রাই পাখঙবনি**।

(১০) লৈমাপোকপম য়াইমা, শোক ১৯১৯ দা লৈমপোকপম খুনফম অব্রাং লৈকাইদা পোকখি। বুধচন্দ্র মহারাজ সনাহাকতক্তা, সনা খুজি, খামেন চপ্পা,লমথাং খুৎহৎ, রেশম ফুরিৎ ফংখি। খুৎলোইখিবা ঈশৈদি- **লাইনিংথৌ লাইপাও** অসিনি ।

**(১১)** লাইশ্রম তোনা, শোক ১৯১৭ তা হরাওরৌদা পোকখি । বুধচন্দ্র মহারাজ সনা হাকতক্তা খুজি অমদি তাল পীবীদুনা ইকায়খুম্নবিখি। খুৎলোইনা শকখিবা পেনা ঈশৈদি-**লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিবা** গী মতাংনি ।

মশক নাইখিবা মমিং লৈবা মনা ফি ফংখিবা পেনা অশৈবা কয়া মথক্তা লৈখি। পঞ্জখিবা খর অসিনা অরোইবা নত্তে । অদুগা মনা ফিদি ফংখিদবা, লৈপাক্লা পেনাদা মশক নাইখিবা অশৈবা কয়া অমসু লৈখ্রি ।

মনা ফি অমা ওইনা পীনরিবা খামেন চপ্পা ফৈজোমগী মতাংদা ডা. কে.সোবিতানা মহাক্কী লাইরিক্তা অসুম্না ইরি ঃ-

"Khamen Chatpa is a special kind of reward loin-cloth of Manipuri males given by the King. The peculiar feature of this cloth is the presence of scrolled patterns of deep purple colour on white background of the cloth. The very term Khamen Chatpa is believed to be derived from two Manipuri words viz Khamu meaning a kind of small plant, the juice of which is used as printing ink and Chappa meaning pressing the garment with wooden blocks of carved out patterns.As stated in archaic manuscripts like Kanglei sanglen Puba and Bijoy Panchali, the antiquity of Khamen Chatpa dates back to the reign of Khuyoi Tompok (154-264 AD) the son of Meidingoo Pakhangba, the most popular mythical story behind the origin of this design goes like this that once LAISHNA had left ssome paddy for drying and when her son KHUYOI TOMPOK witnessed a snake crawling on the paddy, he killed the snake with seven headed spear as being fully instigated by KHABA TOKSUBA, the sole enemy of NINGTHOUJA SALAI (Clan). The dead snake was then buried at the foot hill of Purum. When the event was revealed to Laishna who was certain that the snake was none other then the divine PHAKHANGBA. She immediately ordered to retrieve the dead body. With the advice of Pandit Maring Lahangamba and Langol Kurumba different kinds of reward clothes had been introduced bearing the patterns of the snake which are as follows :Head Portion-Samjil,Vertal side-Khamen Chatpa, Dorsal side-Ningthou Phee and Tail Portion-Ningkham etc.

খামেন চপ্পা ফৈজোমগী মখল অমদি মচুগী মতাংদা মখা তানা অমুক হায়রি :-

"There were seven different types of Khamen Chatpa based on the colour of the seven Salai (Clans). All the salai (Clans) have colours different from one another and these colours may be deep purple or deep red or chocolate or any other colours. Again on the basis of completeness or perfection of design or otherwise it is again termed as Khamen Chatpa Asuba (complete form) and Khamen Chatpa sudaba (incomplete form). The former one has decoration with outer eight scrolled floral designs encircling eight elongated petals and smaller intricate design of eight floral units that have been studded on right side while smallest units of four petals have been printed on left side of main central pattern. Khamen chatpa sudaba varies from the above as it has less number of petals and decorative designs. Of these Khamen Chatpas, the highly regarded one is Khamen chatpa Thambal as reported by Ng. Kulachandra Pandit Achouba of Sana Konung (Royal Palace)."

খামেন চপ্পা ফৈজোম অসি নিংথৌ পাল্লিডৈ মতমদগী য়াম্না চেকশিন্না শীজিন্নরকপগী ৱাফম মখা তানা ইরি। মনা ফি ওইনা পীবা তারবসু চেকশিন্না করম্বা মওংদা শীজিন্নগদগে হায়বা ৱাফম মহাক্কী খুৎই অসিদা ইরি ঃ-

Manipuri people have highly regarded the pattern of Khamen Chatpa as designs of devine snake of the Meitei. As such the garment itself was considered as embodiment of divene power and its use was strictly reserved only for a few who are qualified to use it. In ancient times, the use of such a reward-cloth in the form of shirt was allowed to the great warriors who won the battle or killed the sole enemy for seven times or caught 15 wild animals (Mana piba manuscript). If any common people used at his choice, he was liable to royal penalty. During the regign of Maharaja Paikhomba (1666-1697 AD), the execution of

Potsangba for stealing Khamen Chatpa dhoti is clearly mentioned in CHEITHAROL KUMBABA . But in case of members of royal family there was no restriction, for they were considered as having the blood of Pakhangba who can manifest his form into divine snake. During the reign of Chandrakirti, his son-in-law was also allowed to use Khamen Chatpa dhoti.It was restricted to Meitei King only or the sagol Yaisha (The Royal Pony) that carried the idol of Vishnu.

There is still the belief that if some one uses in unclean affairs, the deformation of body, sudden heart attack, leprosy etc. will attack the sinnerand the new comer of his family. Thus while using this very garment, people took utmost care not to commit any sin and they always wore an underwear to get rid of direct touch of the cloth to their body. This care was somewhat relaxed only during the reign of Bhagyachandra Maharaja who accorded the use of this garment to Pandit Angom Gopi as a mark of equal personality, statuts and gratitude with that of a brave warrior. Since then Khamen Chatpa has been granted as an item of reward to the best performer in the field of Art & Culture, sport Pandit Loisang and Maibi Loisang etc.

At the later pariod, it was permitted to use Khamen Chatpa as a turban by hill chiefs as a symbol of royal priviledge. But the use of this garment as dhoti by the people is strictly prohibited. Hence people of Manipur respected this cloth as their life and soul, for the cloth represented a symbol of prestige and status. They respected these rewards as the most precious things. In the ancient times the persons who could win these rewards were considered most respected and powerful persons in the society.

লৈপাক নিংথৌনা মশক খঙবীদুনা ইকায় খুম্নবা উৎখিবা, লৈপাক্কী থৌরম কয়াদা পেনাবু য়াওদবা য়াদবা অমা ওইনা লাকখি। কোনুং-মনুংগী নোংমগী

থৌরমশিংদা পেনাগী **মফম** চাওনা লৈ, নিংথৌনা কোনুং মনুংদগী সনা খোঙলেঙবদা, থানবা য়াদনা লাকই। পেনাগীদমক লোয়শঙ লীংদুনা, শৈশক মখল কয়া খায়না **তমহল্লিবা**, অসিগুম্বা থৌওং অসি **রোয়েল কোর্দ ম্যুজিক** অমগী চপ চাবা **মশক্লি**। অসিগুম্বা থৌদাং অসি পৃথীবীগী লৈবাক খুদিংমক্তা থোকপা নত্তে। মনিপুরী পেনাদি লৈমা নিংথৌগা শাগোন্ননা চৎলকই ।

## চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা জিলা চৎপা ঃ

নিংথৌগা নক্লবা মরী লৈনখিবা ইতিহাসকী থৌদোক ৱারী **"চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা জিলা চৎপা"** হায়বা ইতিহাসকী ৱারী ঙসিফাওবা লাইরিক ওইনা তম্নরি, চীনবুংদা লীনরি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ অসি খৃঃ ১৮৫০ দগী ১৮৮৬ ফাওবা পানখিবা মণিপুরগী মশক নাইখিবা নিংথৌ অমনি। মহাক্লা কাছার লমদা খোঙলেঙলুবগী ৱারীবু ঙসি ফাওবা "চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা জিলা চৎপা" হায়না খঙনরি । শোক ১৮৭৪গী আগস্ট থাদা, ভারতকী গোভর্নর জেনেরেল ওইরম্বা নোর্থ ব্রুক্লা, মহারাজগা কছার জিলাদা য়ানচে অমা ইননবগী উন্নবা চৎলি। চন্দ্রকীর্ত্তিনা কাছার চৎপা খোঙচৎ অসি অসুক্কী মতীক শাংখি। তোংজৈ মরিল হায়না খঙনবা (ওল্দ কাছার রোদ) অসিদা খোঙনা শাগোল-শামু তোংলগা মনাই-মশল কয়াগা লোয়ননা নুমিৎ মরিনিরোম চঙনা চৎখিবা খোঙচৎনি। খোঙচৎ অসি, মণিপুরী ইতিহাসতা য়াম্না মরুওইখিবা অমনি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী খোঙচৎ অসিদা, পেনা খোংবা অশৈবা ৱাংঙুদা লৈবা, চনম্বা ওজা পেনা শকপা য়াওবীখি হায়নৈ। নিংথৌগী খোঙনেৎ শামু য়াইশাগী মথক্তা তাইপোৎ লাক্তুনা, মনিংথংবা শরুক্তা পেনা ওজনা থৌগল ইশৈ শক্তুনা, লম্বী শাংনা লাকপগী ৱানববা ইনিংথৌ অমদি লৈপাক মীয়াম্বু মহাক্কী পেনা ঈশৈনা অৱাবা কোকনখি। খোঙচৎ অসিদগী হল্লক্লগা, খৃঃ১৮৭৬ ইং শাকাব্দ ১৮০১ চৈথাবা নোংথোম্বা পণ্ডিত অচৌবদা জিলা চঙলুবগী লাইরিক শেম্মো হায়না তাকপিখিবগী মতাংদা অসুম্না হাযরি ঃ-

> "...পুং পেরে শিংকা কোরতাল খিঙ, মোইবুং থিংকাম্নধুপ মৈখু নোংলোন-কা চীংঙু মতিক শক্লা অশৈ খোংফাং লেংলবগা মৈদিংঙু নিংথৌরেন্দি বিষ্ণু শমু তুংওইনবা, য়াঙ্গোই খাবক লাক্লবা, শেম্বাং মহুমনুং অসন ফমফম-লেন্দা নিংশা খোঙথাং চুম্না লেঙখৎলক্লে... তোমাল পুংজাও থীন, মোইবুং শিংকাম-কাম্না, পেনা তুংইন য়াওনা থৌগল মশীং ৮শুববু চৈরাপ গারোৎ ওইনরক্লে। ...সরুপানন্দ শারাংথেম্বা সরুপানন্দ, থৌদা চাউবা পণ্ডিত

> অনিগা খুন্দ্রাকপা জগসিং, য়ুম্লেম্বা পেনা খোংবগা ৪ মানা ব্রারম মরেং শীন্না তাক্লবগী য়াম্বিয়া অঙাংতোন, ইরুংবা পাবুং, খুন্দ্রাকপা নুংনাং, খোমদ্রা লৈশং লাম্লুপচিংবা ৪ মানা শোক কুমশিং ১৮০১ চৈথাবা নোংদম্বা ধর্ম্মগী কুম শজিবুগী ২৭ নি পানবা ইরাই নোং মহেন্দ্রি পুংফম অরুবদা ইএ।"

শাংখ্রবা চীংলম্বীদা নুমিৎ মরিনি চঙগদবা মাইল ১৩৮ অসি শামু তোংদুনা চৎপা হায়বসি অচৌবা খোঙচৎ অমনি। খোঙচৎ অসিদা পেনা ঈশৈ থৌগন্দুনা লৈপাক নিংথৌ অমদি ময়ামবু অব্রা পোৎথানবা পেনানা লৌরিবা থৌদাং অসি অচৌবা অমনি। মণিপুরদা লৈরম্বা সাহেবশিংনসু মখোয়গী রেকোর্ডা, লাইরিক্তা অসুম্না ইদুনা থম্বীরম্মী।

> "The Pena khongba accompany the Raja and Rani on their travels and play the Pena and also take part in the festival Umang Lai Haraoba, or the feast of the Jungle Gods. The Maiba Sanglen, though low down on the list is the college of the Maibas and deals with all matters concerning the Pibaship of the Sageis, both great and small and also conducts the worship of the Umang Lai. The Ametpa seems to be connected with the preceding class and is in charge of the Royal gongs..."



চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা জিলা দরবার চৎপদা শীজিন্নরিবা শামু তাইপোৎ হায়রিবা পোৎশক অসি য়াম্না মরু ওইখিবা ইতিহাসকী মচাক অমনি । শামু অনি খাবক লাক্লগা মথক্তগা তাইপোৎ অসি থমদুনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা শাংলবা চীংগী লম্বী লমশাং অমা, অঙম-অথৌ পেনা খোংবগা লোয়ননা চৎখিবদা শীজিন্নখিবা পোৎশক অদুনি। শামু তাইপোৎ অসিগী মতাংদা পণ্ডিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রনা মহাক্কী খুৎই লাইরিক্তা অসুম্না ইরি ঃ-

"The beautifully decorated Howdah (Shamu Taipot) presently on display in Manipur State Museum was for personal use of the Maharaja of Manipur Sir Churachand Singh KCSI,CBE (1891-1941 AD). Shamu Taipot made of Chingshu teak (Tectona grandis) wood resembles the architectural form of the square shaped hut type temple with dome, normally found in the Manipuri temple in Bangla Desh and monuments of Manipuri Kings at Radha Kunda (U.P). The Shamu Taipot on exhibit is double seated and has an extended canopy at the front.The four sides of the Howdah are well decorated with carved motifs in high relief. The significant motifs observed are of animals and floral designs. The panel on the front has two stags with heads glamcing behind and the inscription MANIPUR STATE appears on top portion of the panel. The lower portion of the same panel depicts the flowering plant Nura Khudonglei in full bloom. Interestingly the decor at the curved lower end of each of the six pillars supporting the canopy shows motifs of the stag horn fern, beautifully done in high relief. The significant motif on the side panels are figures of flying horses in prancing style. The wood carving shows a high degree of exquisite craftsmanship.

The Shamu Taipot is placed on the back of the elephant and it is tightened with rope across the elephant's belly. The Taipot is either placed on one elephant or is laid across the backs of two elephants harnessed together in the pattern known as Khabak Lakpa. This style gives an impressive show of royalty when the Maharaja proceeds in procession to Durbar or on some festive occasion. With reference to the winged horse (Samdon Ayangba) and the flowering

plant Nura Khudonglei which have received a special place in the Howdah of the Meitei king, a passing reference to these is deemed necessary. Samdon Ayangba, in the Meitei mythology winged horse literally known as Samdon Ayangba is described in the ancient manuscript Leithak Leikharol as a legendary primeval horse involved in Meitei cosmology. The praise of Samadon Ayangba is still sung in the ritual song Ougri during Lai- Haraoba. The reason of giving much emphasis to this winged horse is due to the concept that it has been created out of the body of Sanamahi, the household deity of the Meiteis. With he deification of the Meitei kings the divine form like Samadon Ayangba have been associated with the Meitei kings and hence become the insignia of royalty."

মণিপুরী ইতিহাসকী ওইবা ৱারী, "**চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা জিলা দরবার চৎপা**" হায়বা খোঙচৎ অসি চৎলুরগা অমুক মণিপুরদা লোইদাম থৱাহ্নাগী ৯ নি ইরাই, নোংদা পোইরৈ সনা পুংময়োল মণিপুর লয়ময়োম্দা ৱায়থুংলবগা মদাইরেম য়ুমলেম্বা পেনানা শ্রীযুৎ জিলা খোংলেংৱাগী ৱারম পুন্নমকপু পলেম মমাশিজগী মফমদা পাউদমজখিয়ে। অসি হলক্লবা মতুংদা নিংথৌগী অয়াবা লৌরগা ৱারী অসি অইবা ওইনা থম্নবা শেম্বগী মতাংদা লোয়নখিবা পেনা খোংবা অমদি অতৈ ফম্নাইবশিংদা হায়খিবা মতাংবু শৌগৎলদুনা চোংথাম মণিহারনা মহাক্কী লাইরিক A History of Manipuri Literature অসিদা অসুম্না ইরি ঃ

"At the invitation of the British Viceroy and Governor General Lord North Brooke, Maharaja Chandrakirti had a conference with him in a yacht on the River Barak at Silchar, locally called Jila, in 1876. The king at first harboured a little suspicion of the British motive, but mighty as the British were, the

king didn't like to offend them. So he went to the meeting fully prepared with a large retinue and armed personnel. On his return he instructed Khumujamba Pundit, head of the Pundit Loishang (institute of pundits) to write out an account of the historic visit. The latter again engaged Sarangthem Sarupananda and Thouda Chaoba with Khundrakpa Jaya Singh and Yumlembam Pena Khongba as his amenuanses. Their recitation was reduced to writing by four scribes-Yombya Angaton, Irungba Pabung, Khundrakpa Nungnang and Khomdra Leisang. The result of this joint endeavour is known as Chandrakirti Jila Changba."

**"চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা জিলা দরবার চৎপা"** হায়বিবা লাইরিক অসিদা চনম্বা ওজা পেনা খোংবনা লম লমগী মওং মতৌ, লম্মীৎলোন শৈথাদুনা অমদি নিংথৌগী মতীক-মগুন কয়া পেনা ঈশৈদা শক্তুনা শাংখ্রবা নুমিৎ মরিনিরোমগী চীংগী খোঙ লম্বেলদা চৎপগী ৱারোলশিং অসি মণিপুর ইতিহাসতা অতাঙবনি অমদি নুমিৎ-থানা লৈরিমখৈ কন্দুনা লৈহৌরগদবা অমনি।

ইতিহাসকী ওইবা ৱাফমশিং যাওবা থৌদোক ৱারীশিং অসি লৈবনা পেনা হায়বিবা যন্ত্র অসিনা নিংথৌ য়াওনা অরাপ্পা মফমদা নুমিৎ কয়ানি চৎপদা পেনা খোংবা যাওনা চৎলি হায়বসি মথক্কী থৌদোক অসিনা ময়েক শেংনা ইরি। পেনাগা নিংথৌগসু থানদে, পেনা খোংবনা নিংথৌবু শেন্নদুনা লৈ। অরাপ্পা মফমদা লৈরুবদসু কোনুংদা পাঙথোকপগুম অয়ুক্কী য়াকৈবা, নাউশুম্বা, ফম্মাং থৌগল চপ চানা নিংথৌগী অয়াবা লৌরগা পাঙথোকই। নিংথৌনা খোঙলেঙবদা পেনানা লমইন খোংঙি, অতৈ লম্মিৎ-তুম্মিৎ কয়া শৈথাদুনা শকই হায়বা ৱাফম অসি কাছারগী খোঙচৎ অসি হল্লক্লবা মতুংদা পেনা শকপা ওজাশিংনা লীনরকই। পেনাগী মতীং তেন্না খঙবসু থৌদোক অসিগী মতুংদা খঙনরকপগুম তৌই। অমবু ওইববসু নিংথৌনা লুনা তৌজবা, লমদম অসিগী নাৎকী মশক ঙাক্লিবা পেনা অসিগী মতীক অসিদি থাবগী লোইবা নাইররোই। মৈতৈগী পেনানা লৈবাক নিংথৌগা লোয়নবা থৌরমশিংদা য়াখ্রিবা থৌদাং ময়াম অসিনা পেনা অসি রোয়েল কোর্ট ম্যুজিক অমনি হায়বগী মশক চপ চানা খঙবা ঙম্মী।

## পেনাগা মরী লৈনবা চীনবুং সাহিত্যঃ

পেনা ঈশৈশিং অসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী লৈচল ওইবা য়াবা মচাক কয়া মরাং কায়না য়াওরি। মরম অসিনা মণিপুরী সাহিত্যদসু পেনা ঈশৈনা মফম অমা চাওনা কন্দুনা লৈরি হায়বদা হায়মনবা থোকলোই। পেনানা শকপা য়াদবা ঈশৈ লৈতে। পেনা ঈশৈ অসি লাইরোলদগী হৌরগা ব্বারী ঈশৈ অমদি থাজনবা ব্বারী ফাওবা শক্লে। ফুঙ্গা ব্বারীদি শক্লদে। ইংরাজীগী ব্বাহৈদা **"বেলড"** হায়বসি ওইবা য়াবা শৈশক কয়া পেনা ঈশৈদা মরাং কায়না লৈজরি। লমদম অসিদা শক্লরিবা পেনাগী ব্বারী ঈশৈ অসি, সমাজ অসিদা ফংলিবা, উরিবা তারিবা, হৌখিবা কয়াগী থৌদোক ব্বারীগী মচাকশিংগী মওং য়েংলগা, লমদম অসিদা ব্বারী ঈশৈশিং অসি নৈনবা খুদোং চানবগীদমক মখল কয়াথোক্লা খায়দোকপা য়াই। মখলশিং অদুদি-নিংথৌরোলগী ঈশৈ ব্বারী (হিস্টোরিকেল বেলড), লাই-তীনগী ঈশৈ ব্বারী (মিথোলোজিকেল বেলড), লমলক্কী শা-উচেক অমদি হৈরোল-লৈরোলগী ঈশৈ (বেলড ওন ফ্লোরা এন্দ ফৌনা) অদুগা চীনবুংদা লৈবা সমাজ অসিগী থাজনবী ব্বারীশিং লোয়ননা মহাকাব্যগী ওইবা ঈশৈ ব্বারী (লেজেন্দরী বেলড/এপিক বেলড)অসিনি। পেনানা,ঈশৈ ব্বারী ওইনা নিংথৌরোলগী অমদি থাজনবী ব্বারী কয়া শকপদা নত্তনা লাই-তীনগী ব্বারী কয়াদসু শক্লরকই। ঈশৈ ব্বারী মখলশিং অসিগী মনুংদা অমুক কুপ্না পেনানা ঈশৈ ওইনা শৈথাদুনা শক্লরকপদা,নাট্য-শাস্ত্রগী মতুং ইন্না লৈরিবা রস মখলশিং অসি লোয়নমক শুনা পেনাদা তাবা ফংঙি। ঈশৈগী মতাং মতাংগী হাপলকপা লৈশি-লৈথোল,অলঙ্কার,শৈথারকপগী খম থেংবা ফজবা মচলশিংনা অতাবা মীওইশিংদা পেলহনবা ঙম্মী। লমদম অসিগী ঈশৈ ব্বারী,বেলেডকী মওং অসি য়াম্না কুইনা শক্লরক্লবা অমনি। মণিপুরগী মমিং লৈরবা ঈশৈ মখল অমা ওইরিবা খোংজোম পর্ব্ব অসিদগী পেনা ঈশৈ ব্বারীনা হাল্লি। খোংজোম পর্ব্বদা শক্লরিবা ঈশৈগী শৈশক ফাওবা পেনা শৈশক্তগী অয়াম্বা লৌবনি হায়বসি ওজাশিংনা য়ানবা ব্বাফম্লি। পেনাগী ফমশক ঈশৈ শকপদা অয়াম্বনা শক্লরিবসি মণিপুরী অরিবা সাহিত্যগী ওইবা শৈরেং-ব্বারেংনা অয়াম্বনি। লাই-তীনগী থৌরমদা পেনানা মখল কয়াগী অরিবা লাইরোল য়াকাইরোলনচিংবা শক্লরমলিবসি সাহিত্যগী মমল য়াম্লবা মচাকশিংনি। অসিদসু নত্তনা পেনা ঈশৈ শকলকপদা প্রমাণ-পাম্থে, পাউরৌ অমদি ব্বারী শীংবুল কয়া হাপলকপা অসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী মচলদা হেন্না ফজহনবগী মচাক কয়া অমসু ওইরি। মণিপুরী সাহিত্যগী তোপ-তোপ্পা মশক্তি পেনা ঈশৈগী চীনবুংদা শীজিন্নরিবা য়াকৈরোল ঈশৈ,নাউশুমলোন ঈশৈ,মীকোন থাকোনবা ঈশৈ,নিংথৌরোল ঈশৈ, নোঙ্গারোল ঈশৈ,লাই হরাউবদা শক্লরিবা পেনা ঈশৈ অমদি অতৈ ফমশক কয়াদা শক্লবা ঈশৈ মখলশিং অসিদগী লায়না খঙবা ঙম্মী। পেনা ঈশৈদা খ্বাইদগী পেনা

শকপশিংনা নুংঙাইনা রস কয়া পোকহন্দুনা ফজবা লোন্দা-পুদা, মাত্র, ছন্দ শীজিন্নদুনা সাহিত্যগীসু মচাক ওইহল্লিবদি মোইরাং কংলৈরোল অসিনি। পেনা ঈশৈদা মোইরাং কংলৈরোলগী মফম চাওনা লৈ। ঙসি মণিপুরী সাহিত্যদা মহাকাব্য অমনি হায়না শীংথানরিবা হিজম অঙাংহলগী **খম্ব-থোইবী শৈরেং** অসিমক পেনা শকপা লৈরমদ্রগদি অইবা সাহিত্য অমা ওইনা উবা ফংলমলোই। কবি অসিনা খম্ব-থোইবী শৈরেং ইরম্বসি পেনা শকপা কয়াদগী শৈশক, ৱাহৈ লৌরগা ইবনি হায়বসি অইবনা য়াম্না ময়েক শেংনা মহাক্কী লাইরিক অসিগী হৌরকফম হায়বা অসিদা ময়েক শেংনা ইরি।

মতম মতমগী মতুংইন্না সাহিত্যদসু অহোংবা, অওনবা কয়া লাকই। মীরোল অমদগী মীরোল অমদা হোংলক্লিবা লৈবাক-খুনাইগী চৎনবী কয়া অসি মতম মতমগী সাহিত্যদা উবা ফংঙি। হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যদা শীজিন্নরিবা লোন্দা-পুদা অসি অঙনবা মতমগী সাহিত্যগা চাংদম্নরুবদা য়াম্না খেন্নবা উরে। অহোংবা কয়া লাক্লবসু অরিবা সাহিত্যগী মশক খরদি হোংদনা শীজিন্নবসি পেনা ঈশৈ খক্তদা উবা ফংই। মণিপুরী সাহিত্যগী মচাক অমা ওইনা পেনা ঈশৈনা শক্লরিবা অসি শৈরেং ওইনা লিরবা লোন্দা পেনানা শক্লে। পুক্লিংগী অৱা-নুংঙাই পোকহনবা অমদি মসিবু শৈথাবদা মরু ওইরিবসি রস পোকহনবনি। রসনা অউবা অমদি অতাবদা অৱাবা-নুংঙাইবা ফাওহনবা ঙমদ্রবদি কান্নবা ওইদে। পেনা ঈশৈদা রস মখলশিং শুনা ফংঙি। পেনা ঈশৈগী থৌরম অমা হৌবদা শক্লরিবা শৈহৌ ঈশৈ, য়াকৈরোল অসি নৈনবা য়াই। মপুংদা ভক্তি রসনি, প্রেম রস নৎত্রগা শৃঙ্গার রসনি। অসুম্না, অথোৎপা অমেঙবা, হায়জবা, নোঞ্জবনা পেনাগী শৈহৌ ওইরি। মসি অৱাংবা থাক্লি অদুগা সাহিত্যগীসু ফজবা মচাক অমনি। তাইবঙগী মপু ওইরিবা লাইনিংথৌবু নোংমগী শিন্থা পাঙথোক্লবা হায়জবা, নোংমা হায়বা মতমগী খোঙচৎ অসিবু তাক্লুনা পেনা য়াকৈরোলদা অসুম্না শক্লে ঃ-

"হয়ি হয়া হয়ুম...  
নহালনোং ৱাকমনা,  
মালেম লৈশেম লৈরোই ঈশৈ  
খুনুং ইৱাক ইখোঞ্জেলবু  
নিল্লবদা নিন্দ শৈ,  
তাম্না লেখোং নিংথিববু  
ফুল্লবদা ফুন্দ ঈশৈ...  
ঈনুংবা শীংখোঙ্ য়াকৈবা চেক্লাদি,  
চীংনুংগী হরিনীংনাংচা অপিখক,

শয়ি পামেন্, উকা থেল্লোং লাংদা,
নিং নিং লাওবী য়াইফ খোঞ্জেল নামিবনা,
অয়ুক্কী য়েন্দা মাঙদা থানা
ইনুংবা শীঙখোঙ য়াকৈরক্লে,
চীংঙু নতীক অচৌববু, ননাইনা থাবনা মৱাৎলি
চীংঙু নতীক্কা মহেল্লি, খোইমোম নঙালনা মহেল্লি।
কাওরেন ষনগুম খুনমুক মিৎয়েং তাবিগনো
হায়না চাংজৌ চেপ্পা লোন্না পুনেমজরিয়ে ..।।"

য়াকৈরোল ঈশৈ অসিগী লোইশিল্লকপদা, অশৈবনা শোয়খিবা কয়াবু ঙাকপীনবা শৈথারগা লোইশিনবা অসি চৎনরকই। মসিদা ভক্তি রসকী ফজবা মশক অদু উবা ফংই। তাবদা নুংশিবা পোকহনবগী মহাউ অমসু পীরি। পেনা য়াকৈরোল ঈশৈ অসিদা শাংনা অতৈ শৈথাবা কয়া লৈরি। মতাং অসিদা মতেক খর পঞ্জবনি। অসিগুম্বা অথোৎপা, অমেঙবা, ময়েক অমদি লোন ৱাহৈগী ফজবা অসি নাউশুমলোন, মিকোন-থাকোনলোনদসু ফংঙি। লাই হরাউবা থৌরমগী মনুংদা লৈরিবা ফুঙ্গারেল জগোয়দা তাইবঙ মপুবু অহানবদা শৈথারোল শক্লে। অয়াম্বনা পেনা ঈশৈগী হৌরকপসি মতীক মগুন শৈথাবা, হায়জবা অসিনা হান্না হৌনৈ। ফুঙ্গারেলগী ময়াম নুপা নুপী পুন্না থৌগল জগোয় শাবদা পেনানা শকপা মতেক অমা পীজরি ঃ-

"চীংঙু লাইও লাইনিংথৌ, খোইয়ুম লাইও নোংদম্বা,
পাল্লোই চাবা লাইনিংথৌ, চীংঙু খুয়া খাদা,
জগোয়গী খুৎথেক তমজবা, অয়োন অরান ঙাকপীয়ু,
চীংঙু নঙনা কুবীয়ু ।"

মখা তারকপা লাই হরাউবগী পেনা ঈশৈদা য়াওরিবা ময়েক, ৱাহৈ, শীজিন্নরিবা লোন্দা-পুদা, ফোংদোক্লরিবা নুংগী ৱাফমশিংদি নুংশি-নুংওন ঙাক্তনি। মপুং ওইনা লাই হরাউবদা য়াওরিবা সাহিত্যগী মচাকশিং অসি শৃঙ্গার রসনি। পেনা শকপগী হৈশিংবা, ৱাহৈগী লৈশি-লৈথোল, কয়ানা মপাল থোংদা হুমদুনা অতাবা মীশিংদা নুংঙাইবা পোকহনবনি। পুক্লিংগী বর্ণনদগী পোকপা শান্ত রসকী মশক অদু উৎলি। নুংশিবা পুক্লিংগী ৱা, তাইবং শেমলক্লবগী ৱাবু ফোংদোকপদা অসুম্না পেনা ঈশৈদা শৈশক্লেঃ-

"হৈরাংখোইনিদা চানবা হৈনিদা,
সিবু থোইনা হাওবা হৈদি
চিন্দম্বা হৈনিদা, চেক্লা পাইখরবনা,
পোম্বী হঞ্জিল্লকপদা, চেক্লাগী কাইদোংফম খঙদবনা

পোম্বী ককঙাওনরবোই,শাবী ইনেমচা পাম্মুবী,
চীংনুংগী সনা লোক্তগী পাইবিরক্লোদা।
মমাং লৈকায় থম্বাল শাৎলে, খোইমুন ইল্লে খোইরাবা,
শাবি লাও চৎশি লাও। কলকপা য়াম্মী কঞ্জাওবা য়াম্মী
মাঙদা থারোলাও ।"

পেনাগী ঈশৈশিং অসি অয়াম্বনা শৈরেংগী মওংদা লৈ, ঈশৈ ওইনা শকপদা নুংঙাইনা থোকই। করিগুম্বদা লাইরোল মন্ত্রগুম্না হায়বসু য়াই। লাই হরাউবদা পেনা ঈশৈগা শাগোন্ননা মখল কয়াগী জগোয় খুৎথেকসু শানৈ । অতপ্পা তাম্থাদা পেনাগী খোম্থোক্কা পুন্দুনা অতাবশিংদা নুংশিবা অমা ফাওহনবা ঙম্মী।

"চীংদা শাৎপা ইঙেল্লে,
চীন্নদনা কেনখিবা,
হো কল্লকই,কল্লকইদে ।
ঐনা কেনগে কেনদেদো,
মালংবনা হুম্বগী কেনবনিদে,
মালংবা ঐসু কৈদৌদে,
লৈরাংনা লৈখোক লোয়বগী
হো কেনবনি দে ...।"

পেনা ঈশৈনা লাই হরাউব খক্তগী শকপা নত্তবা,পেনা ফমশক হায়দুনা মুমিৎ কয়া শক্লবগী ৱাফম মথক্তা পঞ্জখ্রে। ফমশক হায়বা অসিদা পেনানা ঈশৈ ৱারী (বেলড) অসি শক্লে। ফমশক্তা শক্লবা ঈশৈগী মতাংসু মথক্তা নৈনখ্রে। পেনা ফমশক ঈশৈদা সাহিত্যগী ওইবা মচাক মরাং কায়না য়াওরি। ঈশৈ ৱারী অসিদদি সাহিত্যগী কাঙলোন্দা লৈরিবা রস অসি ঈশৈ অমদা শুনবা য়াওই। পেনা শকপনা মাগী পীথোকলকপা হৈশিংবা ৱাহৈগী বর্নণ তৌবা,নুংঙাইহনবা মতৌ,ইমেজরিশিং কয়া অদুনা ফমশক অসিবু হেন্না মীয়াম্না পাম্নহল্লি। পেনা ঈশৈদা শক্লবা শীকপলোন, জাত ছন্দ,অনোয়রোল কয়া অসিনা পেনা ঈশৈগী ফজবা হেলহনবনা,অয়াম্বা ঈশৈ ৱারীদা অৱাবা,নুংশিবা পোকহনবা করুণ রস, শৃঙ্গার রস অসিনা মপুং ওইনা শীজিন্নে। পেনা ফমশক ঈশৈদা শক্লবা নুংশি-নুংওন ৱারীগী শৈথানরিবা অমদি অরিবা সাহিত্যগী লৈচল অমা ওইনসু শীংথানবিবা অসি পান্থোইবী খোঙ্গুলনি। পান্থোইবীনা খাবদা ওংদুনা লৈরবা মতুংদা পান্থোইবীনা খাবদা লৈবা পাম্‌দবদগী লোন্না নোংপোক নিংথৌগা নুংশিনৈ । নুংশিনবিবা অসি লাংওন-লংদাইনি । লাইনি হায়বা খঙনবা শাফোঙলকপনি। পান্থোইবীবু অহল-লমন হায়না শিংনদুনা খাবা শোকচ্রোংবগী

মচা নুপা তরং থোইনুচাদা লুহোংলবা মতুং,খাবগী য়ুমদা থিল্লকপা মতমদা অসুন্না শক্লে ঃ-

"হা তম্ফা নঙদি,খাবা ময়ুম নাক,
য়াংপা মশাইকোন্দা,
তম্বা লাইপু লাংনা ৱাইথুংলরবদা
খাবা হোইতোন কোকফম,
নিংঙোলগী মনুংতেক,
তম্ফা মহুইরোলবু শিঙচেপ মৈরা হাইচৌ থান্না
তম্ফা নঙ লমওকলম্মে
অঙৌবা ফিঙৌ থানা, কপোক হুলনা,
খাপা মীয়াম তীন্না তম্ফা নঙবু ওকলম্মে ।"

খাবাগী য়ুমদা মতম খর লৈরবা মতুং পাম্হোইবীনা নোংপোক নিংথৌগা লোন্না উন্নদুনা নুংশিনরকই। অনি অসি লৌনরসি হায়না য়ানরদুনা মফম হায়নরগা খাবা ময়ুমদগী পাম্হোইবীনা লোন্না চেল্লকখি। পাম্হোইবীনা হোংলক্লিবা ৱাখল, মওং কয়া অসিদা চিংনবদগী খাবনা পাম্হোইবীনা চৎখিবা মাইকৈদা তান্নরকই। খাবা শোকচ্রোংবনা পাম্হোইবীবু নাগা তুরেল লান্দুনা তান্নরকই । লম্বীদা থেংনবা খুনুদা পাউহংলকপগী মতাংদা পেনা শকপনা অলঙ্কারনা ৱাহৈ অমগী ফজবা হেনগৎহন্দুনা অর্থলঙ্কারশিংগী মরক্তা উপমা,রুপক,উৎপ্রক্ষ অলঙ্কারনা মপুঙ ওইরি।

"হে খুনু মানবীথক তোঙবী,
নমা ইবেম্মা পাম্হোইবী,
তুরেল অসি লানখিবনি,
মহাক্লা চৎখিবা লমবেলবু
উহৌবরা তম্মু ঐঙোন্দা।
খাবগী অৱাবা মতৌ,
নুংশিবা কায়নবগী মপাউ তাবদা
খুনু মানবী মহাক্লা
অশুন্না অমুক পাউখুমজরকই।
নমৌ ইবেম্মা লাইরু, অতেংবীদি উহৌদে,
ইমা চীংশাং লমলৈমদুম,
মোইথেম হৈবা কবো পাখঙনা,
থেমদুনা পোললোংদা হাপ্পগা,
লুনা চান্না পুখিবদি উহৌই ...।"

অতোপ্পা পেনা ফমশক্তা শক্লবা নুংবান পোম্বী লুৱাউবা হায়রিবা ঈশৈ ৱারী অসিদসু করুন অমদি বীর রস অনিমক্কী মশক য়াম্না থেংনৈ। অদু ওইরবসু মপুংদি নুংশি-নুংওল ৱারীনি, শৃঙ্গার রসনি। নুংবান পোম্বী লুৱাউবনা, কৌবরোন নামোইনুবু অহানবা উবদা নুংশিবনা থুমহৎখি। চাক-ঈশিং, চাবা-থকপা কাওখি। শৃঙ্গার রসকী আলম্বন বিভাব নামোইনুদা য়াওই। অসিদা নত্তনা আলম্বন মশাদা উদ্দীপন বিভাবসু য়াওজরি। নামোইনুগী অসিগুম্বা পুক্লিং ইহুন, ইরাং হৌনফম ওইবদগী হায়না-শীংনদুনা মংকৎনচিংবা কৎনরগা লুহোংখি। নামোইনুগী পুন্সি নৌনা লোইরে। মহাক্লা মনুং-মতম চাদনা লৈত্রবদা, নুংবান পোম্বী লুৱাউবনা নুংশি কায়নবগী মৈচাক্লা অৱাবা ওইখি। অশিবগী নিংথৌ থোংঙারেন্দা ফোংনা শীংনরকই ।

"মোমনু য়োইপুনাইও,  
নহাক য়াওদবা তাইবঙদা  
নসাবি নুংবান পোম্বী লুৱাউবা ঐদি  
তাইবঙ পানবসিদা লৈনিংদ্রে,  
শিরবসু শিমিন্নসি,  
খমনুং সৱা লৈবাক্তা  
নদোম লৈবা ঙম্মোই,  
নশাবী ঐগা লৈমিন্নসি  
মীখুরোনতা য়াংকোইপাপু  
ঈপীঙঙা কোইমানাসে ।"

অসুম্না নুংশি-নুংওন্দা, কায়নবা থুংনবা অনিগী ৱারী মরাং কায়না অরিবা সাহিত্যদা লৈরী। অরিবা সাহিত্যদা, অইবা ওইনা লৈরিবা অসি পেনা শকপশিংনা লাইথোকহল্লগা, ঙসিগী মীরোন্না খঙনবা মওংদা অরাইবা মওংদা শক্লে। মরক-মরক্তা অরিবা লোল খর খর য়ান্দুনা পেনা শকপশিংনা ঈশৈ ৱারী ওইনা শক্লে। অরিবা সাহিত্যদা লৈরিবা ৱারীশিং য়াম্মী- নুংশি-নুংওলগী মতাংদা মরু ওইনা **"চোথে থাংৱাই পাখঙবা"** অমদি **"খোংজোম নুপী নোঙ্গারোল"** অসি শীংথাবা য়াই। অবিবা সাহিত্যগী মচাক অমা ওইনা অইবা ওইনা লৈরবা **"চোথে থাঙৱাই পাখংব"**গী মতাংদা ইরম্বা অরিবা ৱাহৈ খর লৌখচ্চরি ঃ

"কেগে মোইরাং চোথে থাঙৱাই পাখংবদা,  
তাল্লোয় মরুম্বী লৈমা শুনুলেম্বীগা  
নোংনেম লাইনা অৱাং কোরৌ নোঙ্গাখিববু  
কেগে নিন্দুম নিন্না খুবাক লাইখন শানা  
চেংলৌ মিৎপু খুম্না মিৎয়েং শানখৈলৌয়ে।"

পেনা শকপশিংনা নোংপোক নিংথৌ অমদি পান্থোইবী অনি অসি শৈথাবা মতমদা, পেনাগী শৈহেক শৈদাগা চাননবা, অমদি অতাবা মীওইশিংদা নুংঙাইবা পোকহন্নবা মওংদা শৈথাই। অরিবা ৱাহৈ-ৱাতাসু শীজিন্নদুনা অরীবা লোনগী সাহিত্যগী ফজবসু খঙহল্লি। মসি পেনা শকপশিংগী হৈ-শিংবনি। মাত্র, লয়,তাম্থা চানা হায়বগী ফজবা শৈরেংগী মচৎ অসি থেংনৈ। পান্থোইবীবু অসুম্না শৈথাই ঃ-

"য়োয়বু তমপা ৱাংঙমলোন,
পলেম পীনাইতপী,পন্থৌ পানাইতপী
নপল লাইরেল তাউরোইনাই,
অসৈ ৱাংপা ৱাই, তুপী খিঙকোক
লাইরেল চিঙয়া ফৈথিংবা,
তুপী কোনতমপা, লাইরেল ফৈতমপনা
তমপা নতোম শাৎপা শাৎমাপী।"

পেনা শকপা ওজাশিংনা পেনাগী শৈশক শুনবা শকপদা নুংঙাইজবা, পেনা শকপগী মতীং,ফাগী-জুগাই,তোংঙানবা রস কয়া,অতাবা মীওইশিংদা পীবা ঙমহনবা, লোলগী ফজবা,অথোৎপা,অমেংবা,শুনবা শৈথাবা ঙমজবসি ফমশক ঈশৈদা মোইরাং কংলৈরোলগী মতাং অসিনি। মোইরাং কংলৈরোলগী মতাং য়াম্মী। লোয়নমক্তা পেনা ঈশৈগী ফজবা লৈ। অদু ওইরগসু **"কাও ফাবা"** মতাং অসিদি পেনা ওজা খুদিংমক্কী হৈনজবা,শৈথাবদা,শৈশক্তা তোংঙান তোংঙানবা উৎপা কয়া থেংনৈ। **"কাও ফাবা"** মতাংদা কাওগী ফজবা থাবদা হংস রসকী ৱা য়াম্না য়াওরি। মীবু নোকহনবা হায়বসি অরায়বা নত্তে। ৱাহৈগী শৈথারকপা চানবা, প্রমাণ তৌবগী পকচবা অমা য়াওদ্রগদি মদু পংনা ওইথোক্তে। পেনা শকপশিংনা কাও ফাবদা,মতাং চানা নোক্লিংহনবা ৱাতা শীজিন্নে।

"খনেক নত্তে য়াংকোক্লি
নাতোন নত্তে মৈহুম্নি,
মমিৎ নত্তে থৱাননি,
থৱান নত্তে নরাননি,
মনা নত্তে হুমাইনি,
মমায় নত্তে চীংমায়নি,
য়াংলেন নত্তে লৌরিনি,
লৌরি নত্তে চীংয়াংনি,
মরেং নত্তে চিংথাংনি,
মরুম নত্তে লৈপুংনি,

মখোং নত্তে য়ুম্বীনি,
ফজরেদা চাওরেদা,
নীংথিরেদা ষন অসে...॥"

পেনা শকপনা, অমুক কাও ফাবগী মতাংদা কাওগা খম্বগা নুংদা ৱারী শান্নহনবগী ফজখ্রবা ইমেজরী অমা শেমগৎলি। কাও হায়বসি লাইগী ষননি। ষন হায়বসি ৱা ঙাংবা য়াবা জীব ওইদে। পেনা শকপনা মহাক্কী ঈশৈ ৱারী অসি নুংঙাইনবা অমদি ওইথোকলরোইদবা মংলান অমদা ৱাহৈ ৱাতা হাপচিন্দুনা বর্নণ তৌরি, ষনবু ৱা ঙাংহল্লি। ঈশৈ অসিদা সুর লয়, ছন্দগী ফজবনা তাবদা ফজহল্লি নুংঙাইহল্লি।

"খম্বনা কাওগী মচী তাপ পায়দুনা,
ফানবা মুক্লরকপদা, খম্বগী মপাঙ্গল অদুদা,
কাওনা মথন্তা খল্লকই,
উশিৎতেদা নিপাসে, মীচমদি মান্দরে,
কাওগী মপাঙ্গল অদুদা খম্বনা অমুক খল্লি,
ফাগী য়াদে ষনসে, ষনসে ষন্দা অমনি।
ঐদি চেনবা নত্তে কাওরেল নঙনা খঙজহৌ...।
চেল্লবদি মখা তাল্লরোই খল্লি কাওদুনা,
চেন্দে হায়বা খম্বগী ৱাজাও অদু তাবদা
শাওরে কাও, খু খু কাম্মী,
মমিৎ থৱান নারন পাই, মখোং নোংথাং ওইদুনা
পরি মঙা তরুকতং মালং মমাং থাদুনা
খম্বা মাবু তান্নরকই।"

হেক তাবদা কাওনা হায়রমগদবা মানবা অমদি কাওবু ৱা ঙাংহনবদা য়ারিবা, কাওনা হায়রিবা লোন্দা অসি পেনা শকপা ওজাগী খুৎশেমগী হৈশিংর্বনি, মসিদা ইমেজরীগী ফজবা ফংঙি। মখা তারকপদা অমুক, খম্বনা পন্নুংদা চঙদুনা থাপ্লা কাওগা ইন্নবা মতমদা, পনবান্দা য়েংলিবা ময়াম্না খম্বগীদমক ৱাবী। খম্বনা কাওগা মতম শাংনা লাক্লা ফানা তৌরকপদা, পেনা শকপশিংনা শৈশক কয়া শীজিন্নদুনা হেন্না নুংঙাইনবা অলঙ্কার হাপ্লী। থাপ্লা উবদা, কাওনা তান্নরক্লুনা খম্বনা কিনা চেনবা ওইনা উরবদা, থোংলেন্না খম্বগীদমক ৱাখি অমদি ময়াম মমাংদা থৌওং অদু অচুম্বরা হায়না থোংলেন্না পন্নুংদা লৈরিবা খম্বদা হংলকপগী মতাংদা, নোক্লিংনবা অমদি ফজবা লোন্দা শীজিন্নদুনা পেনা শকপনা অসুম্না শৈথারকই ঃ-

"পারি ইবুংঙো খম্ব,
লৈপাক মীয়াম্না পন্নুংদা

খম্ব চেল্লে হায়নরিসে,
ইপা তাবা ঙমদরে,
চেন্দে হায়বা ইপাদি খংঙি,
নপা ইতাও পুরেম্বা,
ইচল ঙাংখালৈমা নীঙশিংউ,
নবাই লৈরি, নপা ঐশু লৈরি।
অওইবরা শাজৌবা,
চেন্দা হেক মচেল্লবদি
ইপাগী সগায় অসোমদা
থৱায় হিংনবা চেল্লকও...।
নঙনা ফাবা ঙম্‌দ্রগা
নপা ঐনা ফারগে
মানা অদুদি শাজৌবা,
নঙনা নহা ওইবনিনা লৌজৌও ...।"

খম্বনা, ময়াম কুম্মে নুংঙাইনবা তৌবনি হায়না খুমহল্লি। মখা তারকপদা কাও ফাবগী মতাংদা খম্বগা ইন্নবা মতাং অসি পেনা শকপশিংনা য়াম্না পেন্না হায়নিংবা ৱা হায়দুনা,থানিংবা শৈথাদুনা মীয়ামবু নোকহন্নবা মওংদা মনিং তম্না শক্লে।পেনা শকপনা অমুক হৌগৎ,অমুক ফমথা,খুনিং কাংনা পাঙ্গল লৈজবী থাদুনা মতাং অসি শক্লে। পেনা শকপশিংসু মতাং অসিদি হুম্মাং তাবা উই ।

"খম্বনা কাওগী চিরেন অনিদু
তাপ-তাপ পায়দুনা নমথবা,
কাওরেন মচিন অদুনা মালেম লৈদা শৌখরে,
কাওরেন ষনদু লেঙবা ঙমদরে,
খম্বনা ষনবু থেংনরে,কাওরেল মচি পায়খরে,
লৈপাক ৱাবু লাওখরে,খুমন ইনগে য়েংবদা
কাওরেন মখোং মরিদো উচুক য়ুংবগুম লেঙদরে,
কাওনা ইনগে নিংবসু য়ুম্বীগুম্না লৈখরে।
অনি খাঙনরকপসি মতম তানজা য়েংনরে
খম্বনা অমুক ইল,কাওনা অমুক ইল,
ৱাবানা লোইরে অনিদো,কাওরেন মশাপুম্বা
হুম্মাংনা পুমচোৎ চোৎখরে,
মচু ঙাংবা ষন অদো, মুসুক মুনা উখরে ।"

কাও ফাবগী শৈথাবা অসি য়াম্না শাংঙি, পাক হেক ফাহন্দে। নুংঙাইনবা ৱাফৈসু মরক্তা ফৈদোক্লুনা অতৈ শৈশক কয়া হাপচিল্লি। মহাকাব্য অমা ওইরিবা

খম্বা-থোইবীগী ৱারী অসিদা, পেনা শকপা ওজাশিংনা মাগী মাগী হৈজবা কয়া ঈশৈদা উৎথোকপা ঙম্মী। কাওবু ফারবদি পেনা শকপা লোইরে অদুনা মখা হাপচিন্দুনা অতোপ্পা কাও ফাবগী বর্নণ কয়া শক্লে।

"খুমন ইবুংঙো নোংয়াই মচা খম্বা, ইন্নবা কনবা লেংবান্নি,
শুক শুকপা পাম্বোমনি, লৌ হৈবা কমলাকনি।
নিংগোং চপ্পা ফৈবাক্লি। লমজেল য়াংবা খুনামনি,
নুঙ চপ্পা থবাক্লি, কবুই শলাং নিংথৌ মপারি ।।
মুক্লা-খোংনা, ইথিংদা-পন্থিংদা, চেঞ্জোংদা-মাংজোংদা,
খোংয়াইদা-ফুগৈদা,থাংদা-তাদা,ইয়ুম মোইরাং লৈপাক্তা,
পারি ইবুংঙো ইচাগী লম্বা ওইগদবা তম্বা নিপা লৈ,
নহাদে অদোনদে,পুরেম্বগী মচা,ঙাঙ্খারৈমাগী মনুংয়াই,
খম্নুগীনা মৌপ্ৱা,ফৈরোইজাম্বী মশেল, চাউবগী মমাক্,
থোংলেনগী মপারি,মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌগী,
মনাও ইবুংঙো ৱাঙ্গোল নিংথৌগী,মথং খম্বগী পাম্বোদি,
অঙৌবগী মতৈহন, নোংয়াই মচা খম্বনি ।
ইন্ন কনবা লেংদোনসিনা, তাপ্ হেক্তা পায়রগা
য়েৎতা লৈবা হারু ওইদা লৈবা হারু ,
থাংজিং চীংশাংনা লৈবা মাকৈদা, গ্রং হেক্তা লংশিন,
পুমতোয় পুমতোয় তোই, উফুল ফ্রং হৌ,
নুংঙাইরে হায়না লাওনরকপা, মানবী চীরেল পায়রগা,
খুমন্না ফৈরা তাজিল য়ৈনা, ফল চোংশিল্লগা,
নিংথি ঙাংবা ষনগী চীরেল অনিদো, মনাগা মচিলগা
তাপ্ পায়রগা খম্বনা, গ্রুক ইল্লকপদা,
খম্বনা খাঙবা ঙমদনা, ষনগী পন্থিং অসি নোংয়াইনা
গ্রীক ইনশিল্লকপদা লম ১৫ ইল্লি।
কাওনা নিফু ইল্লি, খম্বশু নিফু ইল্লি,
অশুম ইন্নরকপসিনা,খম্বনা কাওগী নাকথং মপাদা
খোংবী অসিনা হাইজিল্লগা দং থিনবদি,
ননাইনা থাবনা মৱাৎলি ওঝাশিং,
করিদা প্রমাণ তৌশিগে,কুরাওদা য়োৎপি থাগুম্মিদা।"

স্বর লেপ্পুনা,চীনদা কবোক পোকপগুম্না,অনেম-অৱাং নাইনা, অকনবা মতাং খরদা হেন্না খোঞ্জেল কন্না, ৱারী লিবা মীনা হায়বগুম, গ্রং, দং, তাপ, উফুল ফ্রং অসিনচিংবা ব্লেঙ্ক ভর্স ওইনা শীজিন্নবা অসি,কাও ফাবগী মতাংদা

মরাং কায়না থেংনৈ। লোলগী প্রমাণ-পাষ্টে, ৱাহৈ অনি অনি জুরা শেমদুনা হায়বগী ফজবা, মতাং চানা বর্ণন তৌবা, উপমা পীবা ইমেজরী মচাক কয়া কয়ানা অতাবা মীওইশিংবুসু, ঙাইহাক কাও ফাফমদা লৈহনবা ঙম্মী। মসি পেনা শকপা ওজাগী শৈথাবগী ফজবনি। মসিগী মথক্তা ঈশৈ অসি তারুবদগী অচুম্বনা মমৈদা জয় ওই হায়বা পাউতাক অসিসু লায়না খঙহল্লি। পাঙ্গল চাংয়েং নিপা থোক্লা তৌনবদা লমজেল, কাংজৈ, শা ফাবা অকল অথৌগী চাংয়েং তৌনবা অসি মণিপুরী সমাজ অসিদা চৎনরকই হায়বসিসু ঈশৈ ৱারী অসিদগী খঙবা ঙম্মী। সমাজগী রাজনিতী, অফ-ফত্তা নাৎকী ওইবা মশক কয়া নৈনদুনা পাউতাক কয়া ফংহনবা ঙম্বা, অকল-অথৌগী ওইবা ৱারীশিংদা-**"নুমিৎ কাপ্পা, শমশোক ঙম্বা, চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ জিলা চৎপা "**হায়রিবা ৱারীশিং লৈরি। নুমিৎ কাপ্পা ৱারী অসিদগী লমদম অসিদা তেন শীজিন্নরম্বা, মপু-মনাইগী লৈনগদবা মরী, অচৌ-মচা, মপু-মনাই খায়দুনা মীনা মীবু শীজিন্নবগী মতাং খঙহল্লি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা কাছারদা খোঙলেঙবগী ৱারীদা মতম অদুগী লম্বী-থোংগী ফিভম, ফম্নাইবশিংনা মমা লৈবাকপু লুনা নীঙজবা কয়া ময়েক শেংনা খঙবা ঙম্মী। মরু ওইনা মৈতৈগী থৌনা লিংজেল কয়া অসি মশক থোক্লা **চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ জিলা** চৎপা মতাংসি, পেনা ঈশৈদা অসুম্না শক্লে।

"নহাদে লৈশংদে, চন্দ্রকীর্ত্তি মনাইদি,
শ্রীগোবিন্দগী থৌজালনি, শিরে ভালো
পোক্লবদি অমুক্তি শিগনি, শিরবদি অমুক্তি পোক্লনি,
ঙম্মগা খ্বাইদা, লিতান থোং তিংলমগে,
ঙমদ্রে হায়রগনা, য়াইবি থৱায় মাঙখ্রগে,
শ্রী গোবিন্দ মশুংলাংগীনি।
য়াইরি অমনা থোংদা কি, য়াইরি অমনা খ্বাংদা
পুনিশিল্লগা, লৈশংনা লাইজা ইরোন তমলকপা,
লমলোং খ্বাইগী চাংদোন থুমনা চাওখ্রবা,
লাইজা ইরেল অদুনা, শামু পাম্বোম য়ৈখাইরগা,
লৈশংনা ইরোইরকপদা চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌনা,
খুবাক লাইখল শারগা, খুনিং মোদোন কাংদুনা,
শামু শায়াং থক্তগী য়েংঙকপদা, খ্বাইগী তুরেল মরুদা
তালা পামেল অচৌবা ফৈনা তাওরকপা উবদা,
বঝাই-বেঙ্গুন খোংউ হায়দুনা খোংবদা,
লাইজা ইপোম কনখিবনা, বঝাই মখোল তাদ্রবদা।
লোইবী চীংলোন মাপল লান্না লৈহৌরিবা,

শ্রীগোবিন্দ চরন্দ নিংথৌ মখুৎ লোন্নরদুনা,
ৱারবা মতমদা চানবীয়ু,চঙজরকপা মতমদা কনবীয়ু
চন্দ্রকীর্তি নিংথৌনা কৌজরকপদা,
মনাইগী প্রেমগী মৈনা কনখিবনা,
শ্রীগোবিন্দ মৈতৈ লৈবাক থাদোক্কনা,
শ্রীগোবিন্দনা লেঙলক্তনা,প্রজানা ৱারিবা
ময়ামদো লৈশংগী নাপ্পাদা হায়রুরি। লৈশং খুদক্তা
তারদুনা য়েংলকপদা,পামেল উ তাওথরকপা উরে।
শিরে ভালো, হিংলে ভালো পোকলবদি অমুক্তং
শিরবশু অমুক্তং ঙমলে, ইরোন্নুংদা লুপ্পগা থৱায়
অসে কলহৌগে, ঙমদ্রে তালা পামেল অসিনা
চেন্থখরে হায়রগা থৌদু নুঙপাক মথক্তা য়াইবী থৱায়
থারগে, অসি ৱাসি খল্লদনা লৈশংনা, শ্রীগোবিন্দ
মিংখৈ শোন্দুনা,ইরোন্নুংদা লুপতুনা নুঙদা
কোন্দুনা লৈহৌবা, পামেল মানা থৈদোকখ্রবদা
ময়াম্না,লৈশং শিরে ৱানবা,তানজা অদুদা
লৈশংনা,ফুং লাওনা ঈশিংদগী ফাওগৎলক,
লাইরাই নাকন অমদা ফন হেক চোংখৎলকপদা,
ময়াম্না ৱা-ৱা লাংনবা...শ্রীগোবিন্দগী জয়...॥"

মথক্কী পেনা শকপনা শীজিন্নরিবা লোন্দা-পুদা ময়াম অসিদা, লৈশংগী অকল-অথৌ ওইবা বীব রস অমদি মসিগা শাগোন্ননা ৱাহনবা, ঙাইঙমদবা, লাংতক্নবা,পুক্লিংদা করি থোক্লগদগে খনবা ঙমহনবা (করুণ রস) অমদি ময়ামশিং অসিগা য়ানশিন্ননা নোক্লিংহনবগী ৱাতা,পেনা শকপনা লাযনা পুশিন্দুনা শীজিন্নরি। মতাং অসি চীনবুংদা লৈরম্বা সাহিত্যগী ফজবা মশক্কি। অসিগুম্বা অসি পেনা ঈশৈনা অথুবা তাল লয়, মাত্রা কয়া হোং হোংনা শীজিন্নদুনা অতাবশিংদা হেন্না নুংঙাইহল্লি। শৈরেং অমসুং ঈশৈগী থৱায়দি ছন্দনি। ছন্দ য়াওদনা শৈরেং ওইবা য়াদে। পীরিবা ঈশৈ মতেক অসিদা যতি,ছেদ,পদ,মাত্রা অন্তনুপ্রাস অসিনচিংবা কয়াগী নিয়মদগী মনিং তম্মী। অতোপ্পা পেনাদা লৈরম্বা চীনবুংদা লীনবম্বা,থাজনবা ৱারী,সাহিত্যগী মচাক ওইবা য়াবা কয়াসু লৈরি। খরদং পঞ্জরবদা,নুপীনা মাইরেল খোংদ্রুম খায়বা য়াদবগী মতাংদা লীনবিবা ৱারী অসিনি। মৈতৈ নাৎকী চৎনবীদা থাজনবী, তৌহৈবা-তৌহৈদবা কয়া লৈরি। অঙনবা মতমদগী নুপীনা মাইরেল খায়দুনা চানবা শেম-শাবা তৌহৈদে হায়না তৌনরক্তে। পেনাগা মরী লৈনবা থাজনবী ৱারী, চীম্থাং য়ৈনা লীনরকপা অমা পীরি।

"কৌব্রু চীংগী হরাউ থেলদা, লাইনিংথৌ শোরারেলনা লাইয়ামশিংগা লোয়ননা, ইহান হান্না লাই হরাউবা হৌই হায়না থাজনৈ। হরাউবগী থৌরমদা, পেনানা অনোয়রোল শকই। হরাউবা মনুংদা, চাকখুমদা চাকথোংদুনা লৈবী নুপী অমনা, চাক থোংনা থোংনা হরাউবগী পেনা মখোল অদু থাপ্পা তারম্মী। পেনাগী নুংশিবা মখোলনা নুপী অদুনা চাকখুমগী থবক ঙাইহাক কাওখি। মতম্পাক্তা পল্লিবা মচানা মতম্পাক্তগী কুমথখিবা খঙহৌখিদে। পেনা মখোল নুংশিবা তানা তানা মখুৎনা মা মাদুনা থবক তৌই। য়েন্সাং শেম্নবা মনাক্তা থমখিবা মাইরেল কাওখি। পুক্লিং ৱাখল অনিনা পেনা মখোলদা থম্লগা মখুৎনা মাইরেল মারকই। মতম্পাক্তগী কুমথখিবা মচাবু মাদুনা পায়রগা মাইরেলনি খন্দুনা মচা অদুবু থাংনা লেনখি। মচাগী মীকপ-মীরাউখোল তারকপদা নুপী অদুনা ৱাখল লাকখি। তৌহৈদবা থবক অদু উবদা নুপী অদু ৱান্থখি। থৌদোক অসিদগী মতুং তারকপদা নুপীশিংনা মাইরেল খায়দুনা য়েন্সাং শেম্বা তৌহৈদে হায়না চৎনরকখি। অসুম্না ঙসি ফাওবা থাজনদুনা লাকই।"

পেনা হায়রিবা খোংনবা খুৎলাই অসিবু পাউখোং চনবদসু শীজিন্নৈ মসি মণিপুরী সাহিত্যগী মচাকশিংগী মনুংদা মচল অমা ওইগনি। পাউখোংশিং অদুদি- **শামরক-ঙামরক করিনো ?** ফোঙবা মতমদা অসুম্না ফোঙনৈ-**পেনানি**। মথংদা অমুক **শাগা-ঙাগা,ৱামৈগা উমৈগা শম্নবা করিনো?** মসিসু ফোঙবা মতমদা অসুম্না ফোঙনৈ-**পেনানি**। মখা তারকপদা পাওখোং অমগা অমুক **ৱাগা-উগা শম্নবা করিনো ?** ফোঙবা মতমদা অসুম্না ফোঙই-**পেনানি**। পেনাগা মরী লৈনবা ৱাফম চাংদম্নবা,প্রমাণ-পান্থে,পাউরৌ অমদি ৱারী শীংবুলশিং অসি তাবদা, মপাল থোংদা নোক্লিংবা পোকহল্লি অমদি ইচম চম্না লৌহল্লি। নুংগী ৱাহন্থোক চেনবা তোয়না হায়নবা খরদি**(ক )পেনা অমুক লায় (খ) পেনা শেম্মীঙৈ শামুরৌ য়ৌই** অসিনচিংবনি। ৱাফমশিং অসিগী মনুংগী ওইবা চীনবুংদা লীনরম্বা ৱারীশিং অমুক নৈনরিঃ-

**পেনা অমুক লায়ঃ**

পীরিবা ৱাফম অসি লমদমসিগী মীয়াম্না চীনবুংদা মীরোল অমদগী মীরোল অমদা হায়নদুনা লাকপা ৱাহৈনি। কনানা করম্বা মতমদা হায়খিবগে চপ চাবা

**হায়বা ঙমদ্রবসু, পেনা শীজিন্নবা হৌরকপা মতমদগী শীজিন্নবা হৌরকলম্বা য়াই হায়না থাজনৈ । "পেনা অমুক লায় " হায়বা ৱাফম অসি লমদম অসিদা, প্রমাণ-পাম্থে ওইনা তোয়না শীজিন্নবা ৱাফমনি। হৌজিকসু অদুমক শীজিন্নরি। কনাগুম্বনা পেনাবু পোৎচং ইচং চংদনা, লেন্দুনা খোংবা উবদা হৈগদবা মানবদগী হায়নবা ৱাহৈনি। তশেংবমক্তি, পেনা খোংবা অরায়বা অমদি নত্তে। মপানথোংগী মওং অদুদা হায়বনি। হৌজিকসু অদুমক প্রমাণ ওইনা হায়বদা শীজিন্নরি । ৱাফম অসিগী ৱাহন্থোক তোংঙান্না লৈরি। ৱাহৈ পরেং অসি শরুক অনি থোক্লা খায়দোক্লগা নৈনরি।**

অহানবদা-থবক অমা তৌবদা ইলায়-লায়না থোকপা মতমদা,থবক তৌরিবা মীদুনা- **"মসিদি পেনা অমুক লায়"** হায়না শোনবা অমদি হায়বদা ৱাহৈ অসি শীজিন্নৈ। অনিশুবদা-তাইবঙপানবা অসিদা থৱায়পানবা, জিবশিং পোকলক্লবা তেঙপানবা মপুনা পীনরকই। চাদা নাওদা শন্দোকপা অসি,থোইনা লুদনা হেক্তা ঙম্মী হায়বগী পেনা অমুক লায় হায়না নুঙগী ৱাহন্থোক য়াওনা ফোঙদোকপা মতমদসু ৱাফম অসি শীজিন্নৈ।

## পেনা শেন্মীঙৈ শামুরৌ য়ৌইঃ

মথক্তা পীরিবা ৱাফম অসিসু, প্রমাণ ওই-পাউরৌ ওইনা শীজিন্নদুনা লাক্লবা ৱাফমনি। কনানা হায়খিবা ৱাফমনো হায়বা চপ চানা হায়বা ঙমদ্রগসু লমদম অসিদা চীনবুংদা,চীঙ্থাং য়ৈনা মীরোল অমদগী মীরোল অমদা হায়নদুনা লাক্লে হায়বসিমদি চুম্লে। মিথ ওই লেজন্দ ওইনা হায়ন্দুনা লাকপা ৱারীসু লৈরি। মখল অনিদা প্রমাণ ওইনা হায়বা চৎনৈ ।



**অহানবদা**-কনাগুম্বা মীওই অমনা থবক অমা পাঙথোকপদা শিনবাংদবা,মঙম শান্দবা উরগা মী অদুদা থবক অতৈ নংহৌররোই,তপমল্লি হায়না শিনবাংনবা মওংদা মথক থোংবা অহল-লমনশিংনা **পেনা শেন্মীঙৈ শামুরৌ য়ৌই হায়দুনি** হায়না হায়নৈ। চীনবুংদা লীনবা ৱারী অমা অমুক মথংদা নৈনরি।

"কুপত্রেং শেন্দ্রেং (তাউহুইরেং অহল অমদি মশানৌ য়োইময়াই তাওতনপা) মচিন-মনাওনা মতম খর মৈতৈ

লৈপাক্তা নিংথৌ ওইদুনা নুমিৎকুম মঙাল লৈনা পাল্লম্মী। মনাওনুপা শেন্দ্রেংনা অয়ুক-নুংথিলদা নিংথৌ ওই। ময়াম্বা কুপত্রেংনা নুমিদাংগী মতমদা নিংথৌ ওই। অশুম্না মচিল মনাও অনিনা শিন্ন-শিন্ননা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লকখি। খ্বাই নুংজেং পিবাসি (খ্বাই নোংচেংবম) শেন্দ্রেংগী অচানবা মনাইনি। কুপত্রেংগীদি মাগুম্বা মনাই অমা লৈতবনা খ্বাই নুংজেং পিবাবু মাগী মনাই অমা ওইনা শীজিন্নরম্মী। খ্বাই নুংজেং পিবানা মখোয় মচিল-মনাও অনিগী লেপ্তুনা থৌগল তৌরকপদা পোৎথাবা ফংলকখিদে। অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং হায়বা খায়দনা নিংথৌ অনিগী থৌগল তৌরকপনা, নোংমতা ময়ুম মরানয়াইদা হনজবা ফংলকখিদে। ময়ুমদা কুমদুনা লৌউ-শিংউবা, শীংচন-লাংচনবা, মচা-মশু, নুপী তালোই পীজ-পীথক মতম ফংখিদে। মসিনা মরম ওইদুনা মাগী তালোই হাওনু চাখানুনশু নুংজেং পিবাবু লান্না খল্লকখি। শাওনা তালোই হাওনু চাখানুনা নুংজেং পিবাদা পাওহোমলকখি নচানুপা হাওদোংখু, নচানুপী হাওদোংহল, য়োকলক-থাকলক্পশু নোংমত্তা য়াওদে। য়ুমগী খন্দে। অয়ুক-নুংথিল, নুমিদাং খাক্তনা নিংথৌ অনিগী থৌগল তৌবসি হেনমল্লি। হাওনু চাখানুগী ৱা তাবদা, নুংজেং পিবানা চুম্মী হায়না খন্দুনা, নিংথৌ মচিল-মনাও অনিগী মরক্তা অমা কাপথরগে খল্লকখি। শোয়বা য়াদবা ওইবনা, খ্বাই নুংজেং পিবানা তেন শাননবা মাগী তালোই হাওনু চাখানুবু মপামদা থাদুনা ৱা নিহল্লুই। নুমিৎ শিংবুম তারা মঙানি চঙদুনা লিসা তেন শাখি। তেন শাদুনা খুৎ চুম্নবা পোম্বী শেন্দাংদা, খুনুদা মথং মথং কন্না চাংয়েং তৌরকখি। কোরৌ তরেৎনি শুবদা, হাওনু চাখানুবু পাওমেন্দুনা পুন্দা ঈশিং পুরকহনখি। নুংজেং পিবানা কোকথক্তা পুরকইবা ঈশিং পুন্দা তেনদমদুনা কাপথখি। নোংমা কোরৌ অমনা, হাওনু চাখানুগী চোল্লাং কক্লগা লৈমায়দা থাদখি। অশুম্না, কন্না খুৎ চুম্নবা হোৎনরবা মতুংদা, শোয়দনা নিংথৌ মচিল-মনাও অনিগী মনুংদা অমা কাফথবা ঙম্লগনি নীঙলে। নিংথৌনা কংলা কারকপা ঙাইদুনা লৈখি।

খ্বাই নুংজেং পিবানা লিরি চিংদুনা তেন্দমখি। কাপলকখিবা

তেন্না কুপত্রেংদা পান্দদুনা শাগোলদা পানখি। কুপত্রেংদি থৱায় হিংনবা চেনখি। থাংজিংগী মনাক্তা চঙজফম লৌদুনা লৈখি। ময়াম্বা হাৎকদবগী লাল হৌরক্লে হায়দুনা মনাও শেন্দ্রেংসু চেনখ্রে। কৈনৌ চীংশোম্বা হায়না মমিং ওম্থোক্লুনা নোংমাইজিং চীংদা লোত্তুনা লৈখি। নিংথৌ মচিল-মনাও অনিনা লোৎখ্রবদা নিংথৌ পান্দনা মতম শাংনা লৈরকখি। লৈপাক মীয়াম ৱানা খাঙনখি। মহৈ-মরোং পান্নখিদে, নোং তারকখিদে। কুম কাংখি। অসুম্না মতম শাংনা ৱানা লৈরক্লবদা, লাইয়াম্না কুপত্রেং শেন্দ্রেং মচিল মনাওবু নিংথৌ ওইনবা থীরকখি। লাইয়াম্না মোইরাং তান্না লাকপদা, মোইবাংগী লৌকুম্বী অনিনা ৱারী শাদুনা চৎলম্বা লাইয়াম্না তাহৌখি। থাংজিংগী মনাক্তা লোত্তুনা লৈরিবা নুপা অসি মশক-মতৌ মফজে। মহাক অসি মৈতৈ নিংথৌসু হায়নৈ। করিগী মহাক্না লোত্তুনা মফম অসিদা লৈরিবনো ? থোংঙাক লাইরেম্মানা থাংজিংগী মনাক্তা চত্তুনা লোৎলিবা কুপত্রেংগা উন্নরুই। মৈতৈ লৈবাক্তা হল্লসি হায়নরুই। কুপত্রেংনা য়েক্লবা য়াম্মী। ইথন্তা নিংথৌ ওইবা ঙম্মোই হায়দুনা চৎসি য়াখিদে।নোংমা পান্থোইবীনা অথেলপোৎ ময়াম পুরদুনা মোইরাংগা লাকই। মৈতৈ লৈবাকসে নিংথৌ পান্দদুনা য়াম্না ৱানরে। মৈতৈ লৈবাক্তা হল্লসি হায়না কুপত্রেংদা থেম্লে। থাংজিংনসু হন্নবা তৌরসি। মৈতৈ লৈবাক্তা হান্নগুম নিংথৌওইনা পাল্লু, মাইকৈ ঙাকপা লাইয়াম্না ঙাক শেলহনসি পুক্লিংদা চিংনবীগনু হায়জে। মৈতৈ লৈবাক্তা চৎপদা মহাকসু য়াওগে হায়না ৱাপাংলকই। থাংজিংনা থেমলকপদা কুপত্রেংনা য়ারদুনা মৈতৈ লৈবাক্তা হনসি লেপ্পরে। পাখঙবগী মাইবা থাংমাই লৈকাংনা কুপত্রেংগী য়েত্তা শেন্নরে। তুংদা পেন্না খোংনা ইন্নে। লৈনুং থরুক অশৈবনা তুংদা পেনা খোংনা থৌগল্লে। থাংজিংনা মাংদা খুং খোংনা লমজিংলে। মাইকৈ ঙাকপা লাইয়াম, মোইরাং লৈমরোল তরেৎ, ফমথৌ নিংথৌ মীয়াম্না কুপত্রেংগী মতুং ইন্নদুনা মৈতৈ লৈবাক তম্না খোঙশাল্লক্লে। য়াঙ্গোই কারোং য়ৌরকপদা, লৈনুং থরুক অশৈবনা খোংলিবা পেনাগী তেংখল নাম্থোক্লে। তেংখল শেন্নগা অমুক খোংঙি। খর লৈরগা, পেনা চৈজিং হিক্তোক্লে। চৈজিং শেমদুনাঅমুক খোংঙি। ঙাইহাক লৈরগা পেনাগী

শামৈ তৎলক্লে। শামৈ শমদুনা খোংলগা য়েংবদা পেনা মখোল থোকত্রে। অসুম্না, ব্রানা পেনা শেল্লিঙৈদা, কুপত্রেংদি লেপ্তুনা চৎখিবনা লম্লেন শামুরৌ য়ৌবনা হানখ্রে। পেনা খোংবা য়াওরকত্রবদা,কুপত্রেংদি মৈতৈ লৈবাক্তা হল্লরোই হায়দুনা শামুরৌদা পেনা ঙাইদুনা লৈখ্রে। তুংইল্লকপা ময়ামসু শামুরৌদা পেনা খোংবা লৈনুং থারুক অশৈবনা লাকপা ঙাইদুনা লৈনখ্রে। লৈনুং থারুক অশৈবনা পেনা শেম্বদা নুমিৎ তারক্তুনা হল্লকখিদ্রে। লৈনুং থারুক অশৈবনা হল্লকত্রবদা, কুপত্রেংনা ঐদি মফম অসিদা শামুরৌ লাকপা হায়না লৈজরগে হায়দুনা লৈখি । ময়াম্না হল্লসি হায়বদা য়াবা কৌবা লৈখিদ্রে। শামুরৌ লমদম অসিদা শামুরৌলাকপা হায়না লৈখি ।"



অসুম্না লৈনুং থারুক অশৈবনা পেনা শেল্লিঙৈদা,কুপত্রেংনা শামুরৌ য়ৌবা হানখিবগী ব্রাফম চিঙ্খাংদা লৈনরকপা ব্রারী অসিনা ঙসিফাওবা **"পেনা শেল্লিঙৈদা শামুরৌ য়ৌই"** হায়না, চিঙ্খাং য়ৈনা হায়নরক্লি। শামুরৌগী লমদমদা, মীয়াম্না লাইনিংথৌ শামুরৌ লাকপা হায়না খুফম য়াদুনা ঙসি ফাওবা হরাউনরি। লাইনিংথৌ অসি হরাউবদা পেনা খক্তনা হরাউবগী থৌরম পাঙথোকই । মাইবা মাইবী য়াওদে। ঙসি মণিপুরগী মফম খুদিংদা হরাউনরিবা উমং লাই ময়ামসিগী মনুংদা লাইনিংথৌ অসিগী হরাউবগী মশক তোংঙাল্লি। লাই হরাউবা থৌরমদা মাইবা-মাইবী য়াওদবা য়াই অদুগা পেনাদি য়াওদবা য়াদবগী চৎনবী অসি লাইনিংথৌ শামুরৌ লাকপা হরাউবদা ঐখোয়না থেংনৈ। মতাং অসি য়াম্না নৈননিংঙাই ওইবা মচাক কয়া লৈরি। ওইনাম ভোগেশ্বরনা ইবা তোরৈরোল লম্বুবা লাইরিক্তা **"পেনা শেমলিঙৈ শামুরৌ য়ৌই "**হায়বগী মতাংদা অসুম্না ইরি ঃ-

"অতোন থিংপাই নোংমাংপা ।। খানলৈ মরৌরেনতা ।। মতাইরেম হাওপা য়াংকোই খমলৌ লিতোননা।।সরারেন সাসিন এ।। মরুমপী খানিং য়াংতৈনুতি।। ব্রাংলৈ য়ুসিননৈএ।। মথংলেনগী সারেন সনা হেনপারা।। মরুমপীকী ব্রাংলৈ য়ুনা থোইপরা ।। য়েংনাপাপু সারেন সানা ব্রাৎলে।। ব্রাংলৈ য়ুনা

মৌরে।। ৱাংলৈ য়ুমৌরৌ হায়পাতি কতৌনাকাপনো।।
থংলেন তাঙচা ইকাইরকানে।। সারেন সানা মৌরে হায়রসে
হায়নখিএ।। অতু নোংকিপু সারেন সামৌলৌ-ও তৌনা
কৌয়ে।"

শামুরৌ থোনখিবগী মতাংদা ৱাহেংবম লুখোইনা মহাক্কী লাইরিক **"লাই হরাউবা"** হায়বা অসিদা অসুম্না ইরি ঃ-

"শামুরৌ থোনখিবগী মতাংদা চীনবুংদা লীনবা মিংথোন ৱারীশিংশু লৈরি। পেনা শেল্লিঙৈদা শামুরৌ য়ৌই হায়বা পাউরৌ অসিগী হৌরকফম ৱারী য়েংলুরগদি শামুরৌ হায়বা মিং অসি য়াম্না কুইরবনি হায়বা তাই। শামুরৌদা লৈরিবা শামুরৌ লাকপা হায়রিবা ইবুংঙো অসি পাখংবনি। অশেংবদি শামুরৌদা লাকপা হায়বনি। পেনা শেমলিঙৈদা শামুরৌ য়ৌই হায়বসি ইবুংঙো অসিগী মতাংদা থোনখিবনি। ইবুংঙো পাখঙবা অসিনা মোইরাংদা শম্থোংলোক চীঙবু লোক্তা চহী কয়া লোৎতুনা লৈরুরগা, মোইরেংজাম্বনা পেনা লমইন খোংদুনা থিঙ্গৎলক্লে। অসুম্না কংলৈ য়াকারকপা অসিদা পেনা চৈজিং নাম্থোরক্লবদা মোইরেংজাম্বনা লফু অদুদা পেনা চৈজিংদু য়ৈশিনবদা লফুনিনা ফুৎ ফুৎ চঙদুনা য়ৈশিনবা য়াদ্রে মতম অদুদা পাখংবদি শামুরৌ য়ৌরে। হৌজিক ফাওবা পাউরৌদা পেনা শেল্লিঙৈ শামুরৌ য়ৌই হায়রিবসিনি।"

পাখংববু মোইরাংদগী পুখৎনবগী থাংচীংনা খুং খোংদুনা থেমই, পেনা খোংই, অমদি পেনা শেল্লিঙৈদা শামুরৌ য়ৌই হায়বনচিংবা অসিদি খুমল্লম্বম য়াইমাগী লাইরিক্তসু পল্লি। ৱাফমশিং অসি য়েংলুরগদি, শামুরৌ কৌখিবগী মখাগী মিংথোল ৱারীশিংসু নৈননিংঙাই ওই। লাইরিক্তা ইরমলিবা ৱারোন্দিঃ-

"মীতৈ লৈবাক্তা মতম খর নিংথৌ পান্দদুনা লৈরবদা পাখংবনা থাংজিংগী মশাইগোন্দা থুপ্পুনা লৈখি। মীতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ পান্দনা লৈবা য়াদে হায়দুনা তাইবঙ মপু অতিয়া শিদবনা ৬মহাকপু কংলাদা কৌখৎতুনা নিংথৌ ওইননবা হায়দুনা মেইরাং তুরেল হঙ্গৎনা চেনবা তুরেলগী অসুম লাকপদা খোর্তাক মচীন য়ৌনা অসুম লাকখি। তুরেল মরিলদা অসুম লফুগী পোংদা লাকথি। পাখংববু তুরেলগী মরিলদা পেনানা নাউথেমদুনা পুখৎলকপদুদা ঈরোং হায়না খঙনবা মফম অসি য়ৌরকপদা পেনাগী চৈজিং তৎখিরম্মী। পেনাগী চৈজিংদু শেল্লিঙৈদা পাখংবদি লমদমসি শামুরৌ য়ৌরম্লে। লমদম

অসি য়ৌরগা মখা লাকউ য়াদ্রবদা চিংঙু শিদবা লাক্তুনা পাখংবা মখোয় অনী শমু হকচাং লৌ তৌনখি হায়দুনা লমদম অসিবু শমু লৌ (শামুরৌ) হায়না খঙনখি।"

## পেনা ঈশৈদা হৈরোল-লৈরোল ঃ

হৈরোল-লৈরোল হায়বসি ঈশৈ ওইনা পেনা অমদি খোংজোম পর্ব্ব শৈশক অনিসিদা য়াম্না কুইরবা মতমদগী শক্লরকই। হৈ-লৈশিংবু নাৎকি থৌরমশিং অমদি লৈতেংগী পোৎলম কয়াদা শীজিন্নদুনা ঙসি ফাওবা লৈরি। হৈ-লৈশিংগী মশক মওং,মখল,হৌফম-শাৎফম অসি অশৈবশিংনা পেনানা নীংথিনা মরিক চুম্না শৈথাদুনা শক্লরকই। হৈ-লৈশিং অসিগী মরমদা শৈথাবা অসিবু হৈরোল-লৈরোল হায়না খঙনৈ। লমদম অসিগী হৈগী মরমদা ঙাক্তা শৈথাববু হৈরোল অদুগা লৈগী লৈশক, লৈচু য়েংলগা শৈথাববুনা লৈরোল হায়না খঙনৈ। হৈরোল-লৈরোল অসি পেনা অশৈবশিংনা নিংথিনা খঙদবা য়াদে। পেনা অশৈবশিংনা শকপা মতমদা অমুক মখোয়গী শৈশক-শৈদা নুঙাইনবা,ফজনবা মওংদা খর খর শেমদোকপা য়াওনৈ। মসিনা হৈরোল-লৈরোলগী মশক মাঙখিবদি ওইদে। মণিপুরী সাহিত্যদা পেনাগা মরী লৈনবা সাহিত্যগী মচাক অতৈ ঈশৈশিংদা লৈবগুম লৈরোল অসিদসু মরাং কায়না য়াওরি। লাইয়াম্না তাইবঙ পানবগী শিল্থা য়াওনবা লৈ মখল ময়াম পুথোকখ্রে, অনৌবা নিংথিবা লৈ অমা মমিং থোন্নবা পুথোক্তুনা তাইবঙপানবগী থৌদা য়াওহনবগী লাইয়াম্না ব্রা হায়নরকপবু পেনা ঈশৈনা লৈপাক্লেগী লৈরোন্দা অসুম্না শৈথারি ঃ-

"...লৈরাংনা পোমবোম পোমলকপা,  
খোইয়ুম লাইরেম্বীশিংনা,  
চরৈ ফিগা ইয়োং শারকপদা য়াওরবী,  
ব্রাতারেং য়োৎ মান্বা লৈ,লৈরাংনা শাৎপকান্দা  
ইমাগী ফৈরাদা শাৎলগা,  
লৈরাংনা নিংবা থুংঙোই হায়দুনা  
মথন্তা হান্না ব্রাঙন্না শাৎলগা,  
তুংদা কোন্না য়েন্নিং চোংবালৈ  
কোন্না চোংলিবা লৈগী লৈনাতবু য়েংলগা  
খুম্মু নৌরৈ মানবা লৈ,  
লৈরাংনা শৎলকপদা মতমদা,  
লৈরাংগী মওং য়েংলগা,  
লাইয়ামগী পুক্লিং ঙক্ল-লৈ,  
লৈরাংনা শৎপাকান্দা,

শিঙেনগী মচু য়েংলগা,
মচু অহুম্না লৈতেঙবা লৈ,
লৈগী লৈয়োনতবু য়েংলগা
নিঙোন হিগোক কুম্বাম্থোং,
কুমজিং কোরি কানা ফবা লৈ
লৈরাং মাগী মমিংবু,লৈরেন হনবি
লৈবাকলৈমানা হেকচরগা,
লাইনিংথৌ-লাইরেম্বী অনিগী
ঙাংলৌখাদা কচ্চরে ।
লৈরাং অদু উবদা,
লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিনা,
মালেম লৈরেন হনবি,
অসিদি করি লৈনো হঙলবদা,
কোরৌনা লৈরি মখে,
মালেম্না পাল্লিমখে লৈহৌনবা,
লাইনিংথৌনা লৈগী মমিং পীবীয়ু,
লৈবাক লৈমনা হঙগৎচৈ।
খোইয়ুম য়াইবিরেল শিদবনা,
ইমা লৈমরেনগা তান্নদুনা,
খোইয়ুম লাইগী মমাংদা,
লৈরাংগী মমিং করি থোনসিগে
অসি হায়না খন্নখি ।
ইমা লৈমরেনগী য়াথং মতুংইন্না,
মালেম লৈবাক  লৈমগী কোলোইনে
অনিগী মিংলেনগা লোয়নদুনা,
লৈনা হৌরগা লৈনা লোইবা,
লৈবাং মাগী মমিংদি,
মালেম চাইবী লৈপাক্লে হায়না,
ইপুরোইনা খোইয়ুম লাইয়ামগী
মমাংদা থোনখিদো ।"

চীংথ্রাউ লৈ অসি চীংদা শাৎপা কবুই নিংঙোল মমা পোক্তবী অমনা ওনখিবগী মতাংদা মপুংদা শকপা অৱাবা ৱারীনি। চীংথ্রাউ লৈরোন্দসু পদ-নাইনা ৱাহৈগী মনিং তাবা মান্নবা শীজিন্নদুনা তাবদা নুংঙাইবা পোকহল্লি ঃ-

কবুই চাদি নুরাবী,পোক্তবীনা লাঙ্গোনবী অয়ুক
য়েন্দা মাংদগী,কোরৌ মৈশা হেনবাফাও
পামেন শিংজা লাংঙুবী,হুম্মাংগী লৈরিক কংদ্রিঙৈ,
লোইমোম ফৌ শুজরে। ফৌ শুবা লোইজরে।
লোইমোম ফৌ শুবগী অব্রা মৈশা লোইদ্রিঙৈ,
পোক্তবী মমানা পাল্লৌ য়াল্লু তাকপীরে।
তারা চজিক চারগা,পোৎথাবা ফঙদনা
পামলৌ য়ানবা চৎচৈ। ...হা পলেম ইবেম্মা,
শজিক মতুং ইনখ্রবী,থবা মমৈ ব্রাইখিবী,
নমোমবু লৌশিনবিরোনে।...খোইয়ুম থাংজিং নহাক্তি,
চানবি হৈবা মপুনি। কোরৌ মৈশা লাংবদা,
পামেল মাদি খাংঙম্মী।
নিংথম উল্লেন নংবদা,পামেল উরাই তাদেদো।
পামেন মাদি,ইঙা কুমদমলকপদা ইঙেন কুমখাইরকপদা,
পামেন মাদি ব্রায় হায়দেদো।
নশু ওইবী ঐবু, য়াইবী লৌবীরো।
অব্রা মৈশা খাংঙম্বা,পামেল লক্তা তিনজগে,
চিংউ নঙনা কুবিয়ু।...লৈরাং লৈউ তাববু হায়রগা,
পামেন উগী মওংনি। শিঙেন লৈনা য়েংলগা,
মপন তাংগা লফোই মানবা লৈ।
শিঙেন মানা পোল্লিঙৈ নুরাগী খুৎশা মানবা লৈ।
লৈরাং মানা শাৎলগা,লুপাগী নাচোম মানবা লৈ।
শিংঙেল মাবু উবদা,পলেম মানবী কয়ানা,
লৈরাং অসি শাৎলক্লে,কুমগী মতম ওইরক্লে,
নুংশিদকো শোন্ন-লৈ।"

"**শয়িরৈ**" লৈরোন অসি নুংজেং পীবানা নুমিৎপু কাপ্পগী ব্রারীনি। শয়ি লৈ অসি ওনখিবা মীংথোনবগী শৈথা ঈশৈনি। শাংখ্রবা লৈরোল ঈশৈ অসিদা অব্রাবা,নুংশিবা অকনবা কয়া তোংঙান তোংঙান্না শৈথাদুনা সাহিত্যগী ফজবা নাচোম অমা অশৈবশিংনা শেম্মী। নুংজেং পিবানা নিংথৌগী থৌগল কনবনা য়ুমদা হলকত্রবদা মনাইনুপী চাখানুনা য়ুমগী অব্রাবা মায়োক্লরকপা,মপুরোইবা নুংজেং পীবাদা তমজবগী মতাংদা অসুম্না শৈথাইঃ-

"নিংথৌগী থৌবু তৌথ্রিঙৈ,
পারি ইমোম থক্লবা

লৈকাই ফৌসু লংঙুইদো।
শংলৌ মথেল ওইনবা
খালৈ লৌবুক্তা কুমদুনা
পেরুক-য়েলাং থিজরুই।
লোইবী চীংদা কাদুনা
পামেল শীংজা চনজবনি ।
অদুবু ঙসি নোংশিদদি,
ননাও লাইবক চাওবীনা
হেদো নাহে চল্লকপা,
কোরৌ শীঙ্গুম য়ামখিবনা,
লৈরম্বা পুম্বা লোইখ্রে,
ঐনা খঙবা অমত্তংদি-
থেল্লবা নুংজেং মরুগী লাইজা
ঈরোন্নুংদুদা, অচৌবা লেম্লে অমত্তং
ওনখিবা ঐনা থেংনখি ।
লেম্লে অদুবু ফানবা,ঈপাম শেল্লোই
লংমাই, পন্থৌ মগাই কাদগী ঈনসু
ব্রাঈজরুবনি । লেম্লে অদুবু ফারগা,লেম্লে
ঙাতোং শৎ,তারা চাকপুম শাই,
পারি ইমোম চাকইন্নসি ।
তালোই মাগী য়াৱা তা,য়েংলুরগে খন্দুনা
খুহোঙ ঈনবু হুনখরে।
মীৎনা কুপ্পগী মনুংদা,
নুংজেংবগী ঈন্দুনা পাখঙববু উপখরে ।
থীন্দ্রে ঙাইহাক্কী মনুংদা,
ঈনগী খোংজি পদুনা
চিংবা হৌরক্লে নুংজেংবনা ।

শোইফদ্রবা হোদাম্বগী লাইবু ঙম্বা ঈন্নি,
লাংদা থুরে খঙলবা
লৈনুং লোঞ্জা পাখংবনা,লাইগী মতিক
অকনবা অমুক্তং হৌদুনা হাইবদা,
ঈনগী খোংজি তত্তুনা নাম্থোকখ্রে
ঈন্না পুংয়োম য়োমশিন্না

চঙখ্রে লৈখুন্দা পাখংবা।
লাকচখ্রেদা খন্দুনা নুংজেং মরুগী মপান্দা
নুংজেংবা ফমদুনা লৈখরে।
লাওং লাইনা খঙদনা
পাখংবা নারে লৈখুন্দা।
অনাবা হংবা লাকখিবা-কৌব্রু,ৱাংব্রেন,মাজিং,
খম্লাংবা,থাংজিং লোয়ারাকপা
কননা খঙবা ঙমদ্রবা পাখংবা মাগী লাইনাসে
খঙলে নোংপোক অচিবদি।
হায় নোংপোক অতিবনা-ঈল হুল্লকপা মাদুবু
ঐখোয় অমনা কৌরুদুনা
ঈলসি লৌথোকহল্লবতদা
অনাবসি লাইকোক্কনি। কনা চৎকনি খন্নবদা
চৎকে য়ারে মঙাংনা। নুংবংননা ফমলিবা
খ্বাই নুংজেং পিবাদা লৈনুং লোঞ্জা পাখংবগী
অৱাবা থৌদোক পুম্বা চিৎথদনা
লীরে মঙাংনা। নঙ নত্তনা কনা অমনা
অৱাবসি কোকহনবা ঙমলেরোই
হায়নরে চিঙু লাইয়াম্না,অমুক্তং চৎলুসি হাযজরে। "

নুংজেং পীবাগী মতিক-মগুন খঙহন্নবা হোৎনবদা পেনা শকপনা ৱারী মফৈ হায়দোকপা চৎনৈ। ৱারী মফৈ অসিদা নুংজেং পীবানা লৈপাকপু নুংশিবা অদুসু মতাং চানা ফোঙদোকপা ঙমহল্লি। তাবদা নুংঙাইহনবা মতাংদা অসুম্না অমুক মখা শক্লেঃ-

হে খ্বাই নুংজেংবা,নঙনা পাখঙবা ঐবু অৱাবদা কোকপীরে,
মসিগী চানবা মমল করি শিংসিগে হায়ঙমদ্রে। হায়য়ু নঙগী অপাম্বা
লৈপাক্কী নিংথৌ ওইগেরা ? লনগী মপু ওইগেরা ?
(পাখংবগী ৱাসি তাবদা খুরুখুদক ষনশা,লৈদকুন খুৎলোন্না হায়)
তাইবঙগী অমমম্ অঙান খায়রিবা, নিংথৌ ওইবা পামজদে,
লনগী মপু ওইদুনা ইদোম নুংঙাইবসু মিহৌদে। ননাই ওইবা ঐগীদি,
লৈবাক পুন্না নুংঙাইমিন্নবা পামজবনি অদুতং।

নুংজেং পীবানা নুমিৎ কাপথনবগী থৌরাং লোইদুনা থৌনা ফনা,পেনা অশৈবনা হৈ-শিংনা, অকল-অথৌগী ওইবা ৱাঙাং, অৱায়-অখুম তৌদুনা ঈশৈদা শৈথারি,প্রমান-তৌদুনা ঙাংনবা,খুম্নবগী ফজবা অসুম্না থাদুনা শক্লেঃ-

"লাঙ্গোই মোংশায়াং তোংদুনা,তাউহুইরেং কংলা কারক্লে
লাপ্পা নুংজেংববু উবদা অয়াকপা ৱাহৈ কয়ানা
চৈবা হৌরকই নিংথৌনা। হাই নুংজেংবা,
লোইদাম থাজ কয়া নিংথৌ ঐগী থৌগল থৌশাদনা
কাখিদবদি নিংথৌ ইতিক খঙগনি, নকোক লালু চোমাই কক
মালেমদা থাদগে,পায়রদুনা নাকন্দগী থাং শত্তুনা
লাঙ্গোই খুরুপ থারক্লে। নুংজেং পিবাসু
লীরি তেঙ্গা থোংদুনা ইনিংথৌ ইবুংঙো তাউহুইরেং
ঙসি কোরৌ নোংজাদা ৱাইরা তেন্না থৌগনগে
ঙাইজরম্মী ননাইশু,মায় ওনবীগনু হায়দুনা
লাঙ্গোই শাজৈ নমথা থা মায়োক্লনা থৌরক্লে।
কৈজেং লাংগী শকওইবা,নুংজেংবা মায়থোং উবদা,
নাপন মরায় লুকখরে। মাগীনা অরাপ্পে খুৎলাইনি,
ঐগীনা অনকপৈ খুৎলাইনি। মায়োক্লবা লানফমদা
মায়থিরনি খন্দুনা তাউহুইরেং হন্দুনা থৌখরে।"

অনিগী অকনবা লান্দা খুৎলাই চাংয়েংনবা অমনা অমবু হাৎলগে হায়না লান কন্না শোক্লহল্লি। পেনা অশৈবনা মরক মরক্তা লম মমিং থোনবগী মতাং হাপ্তুনা হেন্না ফজহনবা মতাং থেৎচিল্লি,প্রমাণ-পাম্থে মপা চানা শীজৈন্নে ঃ-

"চেক্লা খুনুখ্রংনা,
মাঙদৈ চেক্লা অপিখক
তুহৎলগে তানবগুম
খা-পাংনা তানখরে।
নুংজেংবগী লাঙ্গোইনা খরা লাকচরবদা,
তাউহুইরেংবু তমদুনা
নুংজেংবনা তেন কাফখরে।
তেন্দু তাউহুইরেংদা পানখিদে,
পামেন উবু য়াম্থখি।
মফমদুবু হৌজিকশু
উয়ান হায়না খঙনরি।
তেন তেকখি তেকচম কৌখি মফমদু,
শৎলবা তেনবু তাখিবা মফমবু
তেম্থা হায়না খঙনখি।

হুগী মৈচাক ফঙলবা
নিংথৌ মাগী লাঙ্গোইদো
লক্ষ্মী পরিং চেন্দরে,
ঙাওনা ফৈনা চেল্লকলে।"

লৈরোল অসিগা চান্নবা থৌদোক ৱারীবু মতাং চানা অমুক অশৈবনা পুশিল্লক্কুনা শয়ি লৈগী মতাংদা অসুম্না অমুক শৈথারি ঃ-

"পামেন শয়ি উফৈদা
ঙাইহাক ঙাদুনা পোৎথারিঙৈ
ৱাইরা তেন্না থাখরে,
ঙকশম তোংদম ফবদা
অরোইবা নিংশা হোনখরে।
পামেল শয়িগী উ কারোং
নুমিৎ সনা ময়াম্বা তাউহুইরেং কৌবগী
অককপা লালু থেৎখিদো,
পামেল মশা চোৎনা
ঈখেঙ লাইজ শিন্থখি।
ৱায়েন চৈরাক চুমদবা ,
ময়াই কনবা নিংথৌদি,
মী লাই অনিগী
য়েক্লবা ফত্রবনি তাক্লবা
চিঙু লাইগী থৌশিন্না
ঈসি লেম্না মাঙহনদ্রে।
অৱাং কৌব্রু নোংহৌরে,
কংলা তোংবি নোংদারে
তুরেল অচৌবা ইহৌরে,
ঈরিল তুরেল ঙাওরক্লে।
...লৈরাং লৈখোক্লা পাকপনে
শীঙেন লৈতোন্না পুংবনে,
মালং ইপোমদা খাংঙমদা
খঙ্গোন মাঙদা লেপঙমদা
নোপ্ন হাইনা খাঙবলৈ,
লৈরাং কোলোই মিংলেন্না
লোইদাম নাওৱা লৈনুংশি,

পামেন হৌফম মিংবু লৌ
লৈরাং শয়িরৈ মিংথোনখি।
পোইরৈ চাদোন শুদোন্না,
মুৎনাইদ্রবা থৌদোকপু
কাওফদ্রবা ৱারীবু
নীঙশিংনবা শাৎলক্লি।"

মণিপুরী সাহিত্যদা পেনাগী ঈশৈনা অচৌবা মফম অমা কন্দুনা লাকই। পেনা ঈশৈ ৱারীদা সাহিত্যগী ফজবা মচলশিং মরাং কায়না য়াওই হায়বসি নৈনখ্রিবা খর অসিদগী খঙবা ঙম্মী। মসিনা লোয়বা নত্তে,মরাং কায়না লৈরি। ভারতীয় কাব্য সাস্ত্রগী মীৎয়েংদা ওন্দুনা য়েংবদা রস,অলঙ্কার,বর্ণননচিংবগী ফজবা মচলশিং ঈশৈশিংদা নিংথিজনা য়াওরি। মখোয়দা য়াওরিবা রসশিংনা অতাববু শুম্নৎলি অমসুং নুংঙাইবা পোকহল্লি। মসিগীসু মথক্তা অলঙ্কারগী মতাংদনা শব্দ অলঙ্কার অমসুং অর্থ অলঙ্কার অনীগী ফজরবা মচলশিং মরাং কায়না য়াওরি। তশেংনা হায়রবদা পেনা ঈশৈদি অনুপ্রাস বীপ্সানচিংবা শব্দ অলঙ্কারশিং মরু ওইনা য়াওবা থেংনৈ। উপমা,রুপক,উৎপ্রেক্ষা,উদাহরণ,অর্থ অলঙ্কারশিং নিংথিনা শেন্নবা ৱাহৈ লৈচনশিং মরাং কায়না য়াওই। সাহিত্যগী রস,অলঙ্কার,ইমেজরী,বর্ণননচিংবা মরাং কায়না য়াওই হায়বদু শুগায়না খরগা অমুক নৈনরি।

শব্দ অলঙ্কারনা ৱাহৈশিংবু ফজহল্লি।ে মরম অসিনা শব্দ অলঙ্কারদা ৱাহৈনা মরুওই। ৱাহৈগী ফজবা হেনগৎহনবা ময়েক, ৱাহৈ নৎত্রগা ৱাহৈ চবুন অসিনচিংবা শেম্বা অলঙ্কারগী মশকনি। শব্দ অলঙ্কারশিংগী মরক্তা মরু ওইরিবা অনুপ্রাস অলঙ্কারগী খুদম অমা পেনা ঈশৈদগী লৌখৎলি।

"লৈরাংনা শাৎলকপা মতমদা,লৈরাংগী মওং য়েংলগা,
লাইয়ামগী পুক্লিং ঙক্লা লৈ,লৈরাংনা শাৎপা কান্দা,
মচু অহুম্না লৈতেংবা লৈ,কুমজিং কোরি কানা ফবা লৈ..।"

মথক্কী লৈপাকলৈবু শৈথাবদা পেনাগী ঈশৈ মতেক অসিদা ব্যঞ্জন ময়েকশিংবু নিংথিজনা অমগা অমগা নক্লনা হন্না শীজিন্নবা অনুপ্রাস অলঙ্কারগী মশক অমনি। ৱাহৈগী পরেংশিং অসিগী মমৈদা 'লৈ' না লোমদুনা সুর, ছন্দগী ঈপোম হৌহনবতা নত্তনা ফজবা হেনগৎহল্লি।

পেনা ঈশৈদা খোম্লোক তিন্নবা ব্যঞ্জন ময়েকশিং হঞ্জিন-হঞ্জিন হায়বদা তাবদা নীংথিবা নুংঙাইবা ফাওহনবা ময়েকশিংনা শ্রুত্যনুপ্রাস অলঙ্কার শেম্মী। লৈপাকলৈগী লৈরোলদা পেনা শকপনা শীজিন্নখিবা ঈশৈগী মতাং অমগসু লৌখৎলি ঃ-

"লৈরেন হনবী লৈবাক লৈমনা,
লৈনা হৌরগা লৈনা লোইবা লৈবু পুথোকখি,
লৈরাং মহাক্না শাৎপদি, কালেন থাগী থাজদা,
লৈকল্লোন মাপন ফাওনা পোমলগা,
লৈহৌরোল মাপল ফাওনা শাৎপা লৈনি।"

মথক্কী ঈশৈ মতেক অসিদা অহৌবদা 'লৈ' না হৌদুনা হঞ্জিন্না শীজিন্নরিবা,তাবদা ফজহনবগী মওং অসি শ্রুত্যনুপ্রাস অলঙ্কারগী মশক অদুনি। পেনা ঈশৈদা খোন্থোক মান্নবা শব্দ অলঙ্কারসু মরাং কায়না য়াওরি। লৈরোল ঈশৈগী চীংথ্রাউ লৈগী থারকপদা শীজিন্নবা ৱাহৈ পরেং খরা লৌখত্তুনা পীরি ঃ-

"কবুই চাদি নুরাবী,
পোক্তবীনা লাঙ্গোনবী,
অয়ুক য়েন্দা মাঙদগী,
পামেল শীংজা লাংলুবী,
কবুই চাদি নুরাবী,
অপোকপী মমা ওইবী,
শজিক মতুং ইনখ্রবী,
থবা মমৈ ৱায়খিবী।"

মথক্কী ঈশৈ মতেক অসিদসু ৱাহৈগী অরোইবদা 'বী' না লোমদুনা খোন্থোক খোন্দা মান্নহল্লি। মসিসু অন্ত্যনুপ্রাস অলঙ্কারগী মশক্নি। শব্দ অলঙ্কারনি। অতোপ্পা পেনা ঈশৈদা মহৌশাগী ফজবা থারকপদা ফজবা উপমা শেম্মী। পেনা ঈশৈ শকখিবা, লবুক লৈরিগী লৈরোল ঈশৈ মতেক অমা মখাদা  পীরি ঃ-

"নুমিদাংৱাইগী মতমদা,
নুমিৎনা চীংয়া থাংলকপা,
চীংয়ানা খেঞ্জৌ লাংলকপা,
তময়ানা কোরি চেল্লকপা,
কুমগী নোংনা হৌরকপা।"

মথক্কী ঈশৈ মতেক অসিদা মহৌশাগী ওইবা অঙনবা অয়ুক্কী মতমদা ওইরকপা, নুমিৎনা তরং তরং থোরকপগী ফজবা কয়াবু ব্যঞ্জন ময়েক 'প' অসিনা অরোইবদা হঞ্জিন-হঞ্জিন শীজিন্নদুনা তাবদা নুংঙাইহনবা ফাওহল্লিবা অসি বৃত্ত্যনুপ্রাস অলঙ্কারগী মশক শেম্লী। ইমেজরী হায়বসি সাহিত্যদদি থাদোকপা য়াদ্রবা মচল অমনি। অশৈবশিংনা ইমেজরি ফজনা শেম্লীবা মখৈ কাব্যগী ফজবা হেনগৎহল্লি। অসিগুম্বা ইমেজরীগী ফজবা অসিবু অলঙ্কারশিংনা লৈতেংদুনা

শেন্নদা পেনাগী ঈশৈদা মরাং কায়না য়াওরি। খ্বাই নুংজেং পীবাগী ৱারীদা নুমিৎপু মহাক্না তেন তমদুনা অকনবা লান শোক্লরকপদা অসুম্না ফোঙদোক্লি ঃ-

**"হাই নুংজেংবা,**
**লোইদাম থাজ কয়া**
**নিংথৌ ঐগী থৌগল থৌশাদনা**
**কাখিদবদি নিংথৌ ইতিক খঙগনি**
**নকোক লালু চোমাই কক**
**মালেমদা থাদগে...**
**... ৱাইর তেন্না থৌগনগে**
**মায় ওনবীগনু হায়দুনা**
**লাঙ্গোই শাজৈ নমথা থা মায়োক্লনা থৌরক্লে।"**

মথক্তা পীরিবা ঈশৈ মতেক অসিদা খ্বাই নুংজেং পীবাগা তাউহুইরেংগা অনীনা অকনবা লান শোক্লবগী, অমনা অমবু ওনশিন্নদুনা তেন কাপশিন্নবগী অকনবা ৱাফম শীজিন্নবা কয়াবু চাংদম্নদুনা ইমেজরীগী লৈতেংনা ফজনা শেম্মী। অতাবা ঐখোয়গা নুংঙাইবা ফাওহল্লি।

পেনা ঈশৈদা, লাইনীং-লাইশোলগী ঈশৈশিং কয়া লৈজরিবশিং অসিগী মথক্তা, ফমশক ঈশৈ শৈশক অসিদা লমদমসিগী নিংথৌরোলগী ৱারী, লম্মিৎ-তুম্মিৎকী ৱারী, অকল-অথৌ, নুংশি-নুংওলগী ৱারীশিং, থাজনবী চীনবুং ৱারী, লৈরোল কয়া জাৎ জাৎকী শৈশক ছন্দা কয়া লৈখ্রে। অশৈবশিং অসিনা শীজিন্নরিবা ঈশৈগী ৱাহৈ-ৱাতা, লোন্দা পুদা কয়া অসিগী অথোৎপা, অমেংবা ফজবা কয়া অসিনা, লমদম অসিগী সাহিত্যগী ফজরবা মচল অমা ওইবতা নত্তনা অশৈবশিং অসিনা শেল্লিবা বর্নণ, ইমেজরী, অলঙ্কারগী মশকশিং, রসকী মহাও কয়া অসি পেনানা লদম অসিগী নাৎকী শক্তমদা পীবা খুদোলনি (মণিপুরী সংস্কৃতিদা পীবা অবদাননি)। পেনা ঈশৈবু মখা তানা বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা হেন্না কুপ্না নৈনরবদি অফবা অচঙবা সাহিত্যগী মচাক কয়া ফংবা ঙম্নবতা নত্তনা মণিপুরী সাহিত্য চাওখৎহনবদা অচৌবা মতেঙ অমা ওইগনি। ◻

# বিব্লিওগ্রফি

## English Section


**Anton Radevsky** — **The illustrated encyclo-pedia of musical instruments,** Bulgaria, Kibea Publishing Company.

**Musical Instruments of the World,** New York, Facts on File Publications, New York, Oxford England.

__________ — **Aestheticians,**New Delhi,1990 Publication Division, Ministry of Inform ation and Broadcasting, Govt. of India, Patiala House, New Delhi -1

**Arang, M.C.** — **The Origin of the Tangkhul Nagas,** Imphal, 1989 Mrs. M.C Khayangla Place Gate Avenue, Imphal.

**Bahadur Mutua** — **Traditional Textiles of Man-ipur,** Imphal, 1997, Mutua Musuem, Imphal

**Deva B.C** — **Musical Instruments,** New Delhi, 1997 National Book Trust,India A-5 Green Park,New Delhi-16

**Devi, Dr.K.Sobita** — **Traditional Dress of the Meiteis,** Imphal, 1998, Bhubon Publishing House, Imphal

**Free Paothing Z.V.** — **Status of Tangkhul Women,** Imphal 1994 published by the Author in collaboration with Mrs. Runmila Mantero, Associate Secy. J.W.P Manipur.

**Goswami, P.D.** — **Folk Literature of Assam:** Gauhati, An Introductory Survey, Dept.of Historical and Antiquarian Studies, Assam, 1965. **Goswami, P.D. Ballads and Tales of Assam,** (2nd ed), Gauhati, Gauhati University, 1970.

**Hodson T.C.** — **The Naga Tribes of Manipur,** Delhi, 1989 Low Price Publications 425, Nimri, Ashok Vihar Phase IV, Delhi-64.

Hodson T.C. — **The Meitheis,** Delhi, 1989 low-Price Publications 425, Nimri Ashok Vihar Phase IV, Delhi 110052

Horam M. — **Nagas old ways New Trends** Cosmo Publications, 24-B, Ansari Road, New Delhi, Daryaganj,

**Joshi, Dr. S.C** — **Manipur The Jewel of India,** New Delhi,2002 Akansha Publishing House, New Delhi-59,

**Kamkhenthang. H.** — **Maram FolkTales** Imphal, Published by-The Directorate for Development of Tribals and Backword Classes, Govt. of Manipur, 1985

Krishnaswami S. — **Musical Instruments of India,** NewDelhi, Publication Division, Ministry of Information and Broadcasting. Govt. of India, Patiala House, Third Edition 1993

**Luikham R.** — **Folk Lore and Tales of The Nagas,** New Delhi 1987 Emmanuel Publishers Printers 17 Daryaganj,

**Manipur Sahitya Parishad** — **Glimpses of Manipuri Language, Literature and Culture,**Imphal1970.

**Manipur University,** — **Journal of Manipur University, Vol. 1,** Canchipur, Imphal 1989

**Menon Narayana V.K.** — **Language of Music, 1994** New Delhi,Publication Divison, Ministry of Information and Broadcasting. Govt. of India, Patiala House,

**Ng. Khongsai. L.** — **The Kukis,** Imphal, 1994 Anthropological Studies of the Kukis Sadar Hills, Manipur 795129

**Ranade Ashok Da.** **Hindustani Music,** New Delhi, 1993 National Book Trust,India, A-5 Green Park, New Delhi-16

**Richard Austin** **Ballet and Dance,** London, 1979 Macdonald Educational First Published 1979 Macdonald Educational Ltd. Holywell House Worship Street London EC2A 2EN

**Singh, N.Tombi (M.P)** **Manipur a Study**, Imphal, 1972, Raj Store, Paona Bazar,Imphal.

**Singh, H.Behari,** **A Study of Manipuri (Meitei) Folklore,** Ph.D. Thesis, G.U. (M.S), 1985.

**Singh,R.K.Sanahal (ed.)** **Methodology and Folklore Studies,** Imphal, 1987. Manipur Folklore Society,

**Sangeet Natak Akademi** **Vadya -Darsan,**New Delhi, 2003 National Academy of Music, Dance and Drama, India, Rabindra Bhavan, Feroze Shah Road, New Delhi -1

**Singh, Ch. Manihar** **A History of Manipuri Literature,** New Delhi, 2003 Sahitya Akademi, Rabindra Bhavab, 35, Ferozeshah Road, New Delhi 110001

**Singh,Dr. K.B.** **Bulletin**-Imphal,1998 Manipur State Museum Imphal, Dept. of Art and ulture, Manipur

**Wangkhemcha CH.** **A Short History of Kangleipak,** Imphal 2005 Published by Wangkhem Family.

**Yuri Borev** **Aesthetics,** Moscow, 1981, Progress Publishers

## Manipuri Section:


খাবা, চনম হেমচন্দ্রা (শিন্দেক) — **লাইরোল - থৌনিরোল,** অফোঙবা, অইবা মশা, ইম্ফাল, ২০০৪

————————, **মৈহৌবরোল শঙ্গাই-ফম্মাং,** ইম্ফাল, ২০০৪।

————————, **কংলৈরোল,** ফোঙবা, National Archives of India.Delhi. ১৯৯৬ ।

————————, **খমনুঙ থোঙঙাক অরোনপানে,** ইম্ফাল ২০০৭। অফোঙবা, অইবা

————————, **চায়নরোল,** ইম্ফাল. ২০০৬ । অফোঙবা. লময়ানবা পব্লিসর. কোনুং লম্পাক

সিংহ, অহোংশাংবম তেজমনি — **অরিবা মণিপুরী সাহিত্য নৈনবা,** রাইটরস কলব, নম্বোল, ১৯৯৯

সিংহ, পাওনম গুনিন্দ্রো — **মণিপুর কলচরদা মিৎয়েং অমা** (১বা ভোল্যুম) পোক্লফম পব্লিকেসন, ইম্ফাল, ২০০০।

সিংহ, এল. অক্ষয়কুমার — **অরিবা মপিুরী সাহিত্যগী পরিং,** ইম্ফাল ১৯৯২।

সিংহ, ডা. ওইনাম ইবোচাউবা — **ফোকলোর বিজ্ঞান, অহানবা শরুক,** ইন্সটিট্যুট আফ মণিপুরী ফোকলোর, ইম্ফাল ১৯৯৩।

————————, **ফোকলোর মচাক খোমজিন পৈশিনবা অমসুং নৈনবা** ইন্সটিট্যুট আফ মণিপুরী ফোকলোর, ইম্ফাল ১৯৮৭।

সিংহ, খুলেম চন্দ্রসেক্ষর (সম্পাঃ) — **লোয়য়ম্বা শিনয়েন,** ওল মণিপুর উমং লাই হরাউবা কমিটি, ইম্ফাল, ১৯৭৫

————————, **ইনাৎকী হরাউ-কুম্কে,** মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং এন্দ রির্সচ এসোসিয়েসন, মণিপুর, ১৯৯৪।

————————, **মসিল,** ইম্ফাল,১৯৯৭ মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং এন্দ রির্সচ এসোসিয়েসন, মণিপুর।

————————, **উমংলাই খুন্দা,**ইম্ফাল,১৯৮০ ওল মণিপুর উমং লাই হরাউবা কমিটি,ইম্ফাল।

সিংহ, এন. খেলচন্দ্র (সম্প.) — **ফমলোন,** ইম্ফাল, ১৯৮৭ মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল।

**সিংহ, এল. ইবুংঙোহল ১সুং** — **চৈথারোল কুম্বাবা**, মণিপুর সিংহ, এন. খেলচন্দ্রা সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল, ২০০৪।

**সিংহ, এন. খেলচন্দ্র (য়েংশিনবা)** — **চোথে থাংব্রাই পাখংবা ১সুং নুংপান পোম্বী লুৱাওবা** মণিপুর সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল, ১৯৮০।

**সিংহ, সরাংথেম বোরমনি** — **মৈতৈ পাউরৌ ৱারী**, ইম্ফাল, ১৯৯৩ ফোংবা

**সিংহ, হিজম অঙাংহল** — **খম্বা-থোইবী শৈরেং**, **ইম্ফাল**, ১৯৮৬ অফোংবা, য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকাই, ইম্ফাল।

**সিংহ, লাইশ্রম বীরেন্দ্রকুমার,** — **মণিপুরগী খুম্মং ঈশৈ খোমজিনবা** সাহিত্য একাদেমী, দিল্লি, ১৯৯০।

**সিংহ, ওইনাম ভোগেশ্বর** — **তোরৈরোল লম্বুবা** মণিপুর স্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফাল, ১৯৮৪

————————, **মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা** অফোংবা অইবা, ইম্ফাল ১৯৮২

————————, **নিংথৌরেল লম্বুবা** মণিপুর স্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফাল।

————————, **নুমিৎ কাপ্পা**, ইম্ফাল, ১৯৭৭। ফোংবা-পব্লিক বুক ষ্টোর, ইম্ফাল।

**পণ্ডিত, ঙারিয়াম্বম কুল্লচন্দ্রা** — **মৈতৈ লাই হরাওবা** ফোংবা অইবা মশা, ইম্ফাল ১৯৯৮

**পণ্ডিত মোইরাংথেম চন্দ্রা** — **পোইরৈতোন খুন্থোকপা** মণিপুর সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল, ১৯৭৯।

**দেবী, ডা. আইচ, বিলাসিনি** — **নিংথৌরোল লম্বুবা** (২শুবা শকক) অফোংবা, অইবা, ইম্ফাল, ১৯৯৪।

**দেবী, ডা. ঙাঙোম একাশিনি** — **মৈতৈ অমাইবী**, ইম্ফাল, ২০০৬, মণিপুরী লিটরেরি সোসাই

**দেবী, এলাম ইন্দিরা** — **লাইহরাউবা অনোয় ৱারোল** অফোংবা অইবা, ইম্ফাল, ২০০১.

**অসেম ইবোমচা** — **লোয়শঙগী থৌরম থৌগল**, ইম্ফাল ১৯৯৭।

## নৈনখিবা পুয়া লাইরিকশিং:

১/ সংকাই ফম্মাং (এম.এস)
২/ চাদা লাইহুই (এম.এস)
৩/ পেনা মৈহৌরোল (এম.এস)
৪/ পেনা হৌফমনে (এম.এস)
৫/ পাখঙবা লাইহুই (এম.এস)
৬/ পাতমো লাগা (এম.এস)
৭/ লাইসনা ফমলোন (এম.এস)
৮/ খমওই য়ামওই সেকনিং (এম.এস)
৯/ কংলৈ লায়াৎ (এম.এস)
১০/ লৈচিললোন (এম.এস)
১১/ ব্রাকোলোন হিলেল থিলেল সলাই অমাইলোন (এম.এস)

## নৈনজখিবা থিসিসশিং ঃ

| | |
|---|---|
| ১/ নোংমাইথেম বিজয়া, লেকচরর, জিরি কলেজ, কদমতলানা, | সেকমাই ফোকলোর নৈনবা |
| ২/ মোংশাতাবম তুলেশ্বরী, | লাংঙাথেলগী ফোকলোর নৈনবা ককরা মখা |
| ৩/ শ্রী কলাচান্দ (ইথোকপা) | সাগৈ-সালাইলোন অফোঙবা ও.কে স্টোর, ইম্ফাল |
| ৪/ থোকচোম রাজো | লংদাই, ইম্ফাল, ১৯৮০ অফোংবা অইবা |
| ৫/ ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্রা | লম্মীৎলোন পিপলস ম্যুজিয়ম, ককচিং, ২০০৪। |
| ৬/ মেমচৌবী | অমাইবী সগোলবন্দ মৈনো লৈরক, ইম্ফাল, ২০০৬ |
| ৭/ মোইরাংথেম চন্দ্রসিং | চকপারোল, ইম্ফাল ১৯৯২। |
| ৮/ মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফাল, (নীঙশিংচেফোং) | মণিপুরগী লাই হরাউবা ফেষ্টিভে ইম্ফাল, ১৯৭৩। |

| | | |
|---|---|---|
| ৯/ | মৈতৈ মংলেম | খমনুং ইভাল লৈশাবা ইম্ফাল, ১৯৯৫। |
| ১০/ | ইয়ুনির্ভসেল লিটরেরি এসোসিয়েসন, ইম্ফাল | লৈরোল, ইম্ফাল, ১৯৮১। |
| ১১/ | পিপলস ম্যুজিয়ম, | লৈরোল, ককচিং, ১৯৯০। |
| ১২/ | চনু, ভারিয়াম্বম মেমচা | লাই হরাউবা হৌরকফম ইম্ফাল ১৯৮০। |
| ১৩/ | নাওরেম অমুয়াইমা ককচিং, | খুম্হোক-লোন ইম্ফাল, ১৯৮৭। |
| ১৪/ | এস. থম্বাল | অন্দ্রো খুন্দা লৈতারকপা অমসুং মৈহৌরোলগী চৎনবীশিং অফোঙবা সলাম মেমচা, অন্দ্রো, ১৯৯৪। |
| ১৫/ | রাজকুমার সনাহল | সৎজাল ইম্ফাল, ১৯৭০ |
| ১৬/ | ব্রাংখেম তোলচৌবা | লৈশেম্বা, ইম্ফাল, অফোঙবা-করাম মাইপাকসনা, ১৯৬৭। |
| ১৭/ | তোইজম তম্ফা, লেকচরর, | নিংথৌকোন অমসুং মণিপুরী সংস্কৃতি |
| ১৮/ | য়ুম্নাম ইবোহায়বী দেবী, লেকচরর | মণিপুরী (মৈতৈ) লেজন্দ নৈনবা |
| ১৯/ | লোইতোংবম সনাজাওবা মীতৈ, | মণিপুরী (মৈতৈ) খুম্নুং ঈশৈ নৈনবা |
| ২০/ | সাইখোম রোবিন্দ্রো, ব্রাঙ্খে তোকপম | মণিপুরী (মৈতৈ) সমাজদা খোংজোম পৰ্ব্ব |


## সেমিনরগা মরী লৈনবা চেশিং ঃ


| | |
|---|---|
| Singh, Dr. M. Kirti, Imphal | Religious Belief of the Meitei |
| Singh, Dr. H. Behari, Imphal | Manipuri (Meitei) Folklore Material and its Importance |
| Singh, Ch.Manihar, Imphal | The Indigenous Faith of the Meitheis |

| | |
|---|---|
| Singh,Laishram BirendraKumar | Traditional Manipuri Music (Meitei) |
| Singh, W. Jugindro | Folksong (Meitei) and Literature |
| Singh, Dr. Ng.Navachandra, | Khongjom Parba: Origin and Development. |
| Devi,Dr. K. Sobita,Imphal | Evolution of Meitei Traditional Dress |
| Dr. H. Kamkhenthang,Manipur | Cultural Root of the Paite |
| A.S. Ngash Ahum Tangkhul | The Culture of Tangkhul |
| Guru Rewben Mashangva, | Musical Instruments and Folk Songs of the Tangkhuls |
| Gaingamlung, Ragailong, | Kabui (Rongmei) Musical Instruments |
| S. Achom Kom, | The Origin of Kom Tribe and its Cultural Dance and Festval |
| Th. Mang Kipgen, | Gangte Customary Marriage |
| সিংহ,লাইশ্রম বীরেন্দনকুমার | রোয়েল কেটি ম্যুজিক অমা ওইনা পেনা |
| মতুম্রা বহাদুর,ইম্ফাল | মণিপুরী সংস্কৃতিদা ফিজেৎ লৈতেং |
| দাইখো মাও, | **Traditional Tribal Dance and Music ( Mao)** |
| জেনফল গাংমৈ, | **Kabui Traditional Music** |
| নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রা, ইম্ফাল | লৈশেমলোন |
| এম.কে, বিনোদিনী, ইম্ফাল | কোনুংগী চৎনরোল "কোনুংলোন অমসুং থৌগল্লোন" |
| খুলেম চন্দ্রসেক্ষর, ইম্ফাল | পেনা ঈশৈ অমদি মসিগী মমল |
| খুলেম চন্দ্রসেক্ষব, ইম্ফাল, | পেনা অমদি নুংগী ঈচেল |

| | |
|---|---|
| চনম হেমচন্দ্র খাবা, ইম্ফাল | খৈয়োম লাংপা |
| লাই ইমো, ইম্ফাল | মণিপুরী চোথেশিংগী নাংকী পুকৈ |
| কে.থোইবা, ইম্ফাল | সনামহি লাইনিংদা পেনাগী অহকপশিং |
| রাজকুমার অচৌবীসনা, ইম্ফাল | লাইহরাওবদা তৌগদবা অমদি তৌরোইদবশিং |
| থোইদিংজম তোম্বী, ইম্ফাল | মণিপুরী মহৌশাদগী লৈজরকপা ফিজেৎশিংদা শীজিন্নরিবা মচুগী ফজবা |
| শর্ম্মা, বি.জয়ন্তকুমার, ইম্ফাল | মণিপুরী খুন্নুং ঈশৈ (মৈতৈ) |
| মুহমদ অব্দুর রহমন, ইম্ফাল | মুসলিম ফোক ম্যুজিক (মণিপুরী মুসলিমগী খুন্নুং ঈশৈ) |
| য়ুন্নাম গ্যানেশ্বর, ইম্ফাল | মণিপুরদা লৈবা চীংমীশিংগী জগোয় ঈশৈগী যন্ত্রশিং |
| ঙারিয়াম্বম কেরানি, ইম্ফাল | চুকশা মোইথেমগী থৌরম অমসুং ।সংকুম লম্বা। |
| ইবোয়াইমা সৌগাইজম্বা, ইম্ফাল | তাইবঙপানবা অমসুং মীওইবা পোক্লকপগী লৈশেম ব্রারী |
| প্রো. কাংজিয়া গোপাল, ইম্ফাল | সনামহি লাইনিং চউম্বা মতুংদগী য়ুম পানবা লৌন-লৈনবা ফাওবগী থৌরমলোন |
| মোইরাংথেম মোলাম্বা, ইম্ফাল | সিবগী সং পিবদগী পোৎলোইবা ফাওবা অমসুং মৈ চঙদবা মী সিবগী থৌরম |

--//--



অইবা অসি,

মণিপুরী ডিপার্টমেন্ট স্কুল ওভ হ্যুমেনিটিজ,

মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী মখাদা ইং কুমজা ২০০৮ দা

ডাক্তর ওভ ফিলোসোফি ডিগ্রী ফংখ্রে।

সাহিত্য অমদি কলা সংস্কৃতি অনিমক্তা পুক্নিং লুপ্নী।

হান্না ফোঙথ্রবা লাইরিক খরদি ঃ

- নীংশিংলুবদা (ৱারীমচাশিং)

- ৱাহৈগী শক্লোন (লোনগী নৈনবা)

- থোং নম্বোনবী (শৈরেং)

- নুপী কৈথেল (ৱারী মচাশিং)

---




Uripok Achom Leikai,
Imphal West–795 001

ISBN: 978-81-920096-0-5